

থোকবা : রাজকুমার গৌতম সিংহ অমদি
রাজকুমার মুনিন্দ্র সিংহ
উরিপোক খাই নম্বাপুর ইম্ফাল,

থোকনম : অহানবা, ১৯৯৭

কোপী মশীং : ৫০০

নমফম : সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস, মোইরাংখোম লোক্লাওবুং ইম্ফাল।



মমল : লুপা ৭৫

Manipuri Upanyas Amadi Samajik Chetna— A work of Literary criticism by Dr Rajkumari Manisana Devi, 1st ed 1997, 500 copies publ RK Gautam Singh and RK. Munindra Singh printed at Sucheta Printing Works, Moirangkhom Loklaobung Imphal, Price Rs 75

# রাহৌদোক

মনিপুরী উপন্যাসতি মণিপুরী সমাজদা যুমফম ওইবনিনা সমাজগী ওইবা মচল মপুঙ ওইনা যাওই হায়না থাজজনা কয়া য়াম্না কদায় ফাওবা য়াওবগে হায়রবসি লনাইগী ওইবা অপাম্বা অমদগী খঙনি লকখি। খম্ম-নৈনরবা মতুংদ' মণিপুর তাইবঙ মহৈকোলদা পি এচ, দি, গী ওইনা 'সামাজিক চেতনাগী মীৎয়েংদা মণিপুরী উপন্যাস হায়না মিংথোনবা থেসিস অমা ইজকই। প্রোফেসার এলাংবম দীনমনি সিংহনা গাইদ ওইবিখি। কৃপাদগী মহৈ য়ানখি।

মতুং অসিদা নৈনজক্নবা খরসি ময়ামগী ওইনা অমুক্কম্মু খম্ম নৈননবা পুথোকচনীংবদগী লানখৎচখিবা থেসিস অদুগী যুমফমদ, ককথোক-কক-শিন তৌদুনা অমদি অনৌবা খরা অমগা হাপচিঞ্জবগা লাইবিক ওইনা পুথোকচরি। হান্নগী থেসিস অদুদগী য়াংবিবমথৈ শেমদোকচবগা পুথোক-চবনি। শেমদোকপগী মতাংদম্মু গাইদ ওইবিখিবা প্রোফেসার দীনমনি সিংহনা চাউরবা মতেং পীবিখি। মসিগীদমক ওঝাবু ঙমথৈ লৈতনা থাগৎচরি। অনৌবা কয়া হাপচিনবা অমদি নৈনবগী মতাংদা অখণ্ড-অহৈ ওঝা-গুরু অমদি অহৈবা কয়াদগী মতেং ফংজখি। পুম্নমকপু পুকচেল শেংনা থাগৎচরি।

অহানবা ওইনা হোৎনবনিন। অশোয়-অণ্ডাম য়াম্না য়াওরমগনি। মথংগী খুৎনমদা তাকপিরকপা পুম্নমক লৌশিঙনবা থৌরাং তৌজবি।

ইম্ফাল ডাঃ রাজকুমারী মনিসনা দেবী

জুলাই ২০, ১৯৯৭

# হীরম লামায়

## অহানবা শরুক

# সামাজিক উপন্যাসকী থোঙহো অমসুং ঈচেল

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাস হায়বা মতম হায়বদি সিধা অসি বাঙ্গলা সাহিত্যদগী লাকখিবনি। বাঙ্গলা সাহিত্যদনা ইংলিশ সাহিত্যদগী লাকখিবনি। "উপন্যাস ইংরাজী সাহিত্যনা বাঙ্গলা সাহিত্যদা পীনবনি। অদুগুম বাঙ্গলা সাহিত্যনা অমুক মণিপুরীগী সাহিত্যদা পীনবনি।" [১]

উপন্যাস ইংলিশতা নোভেল কৌই। নোভেল ইংরাজী সাহিত্যদা অরাম্বা লিশুবা শতাব্দীদা পোকপনি। নোভেল রাখলনা লেখা রারানি, অমদি ফুঙ্গারারীনা তৌবগুম কল্পনাগী খুংগৎমনি। ফুঙ্গারারীনা তৌবগুম কল্পনানা মনীংতম্মা লাই-তীন ফাওবা পুন্সিনবা ঙম্বগদি নত্তে। অদুগুম এডভেঞ্চরদা চৎলবদা রাবা, থইথোক্কবা মীওং অমসুং থৌওং কয়া কল্পনানা মনীংতম্মা য়েকনিংবা য়েকশিনকদ্রু নত্তে। নোভেলদি মীওইবগী অওইবা অশেংবা শক্রুমডাক য়েকপনি। [২]

শম্মা হায়রবদা, নোভেল মীওইবগী পুন্সি খোঙচমদা অওইবা অশেংবা মশক রারেংগী মওংদা য়েকপনি। মপুংদি মুপা মুসীমশিং অদুগী মপুন্সি খোঙচমদা থম্মোয়গী ঈথিল অমনা চাবা, ঈগুল অমনা চেনবদগী তারুবা, শতাংদুদা পোকপা থৌওং য়েকপনি। [৩]

---

১। অশাংবম মীনকেতন সিংহ, "মৈতৈ উপনাস", সৌম্যনন্দ অশাংবম, ২ বা খুৎলম, ১৯৮৩, লাঃ ৭

২ Allen, 'Introduction', The English Novel, Penguin Books, Reprinted, 1970, p.16

৩ Chamber's Twentieth Century Dictionary, p. 732

মতাং অসিদা সাহিত্যগী ইতিহাস ইবা লংগী মোত অমম্তু পনবা য়াই। মহাক্কী "ইংলিস লিটরেচর ইটস হিষ্টরী এন্দ ইটস সিগ্নিফিকেনস", কৌবা সাহিত্যগী ইতিহাসতা ইরি:

অশেংবা উপন্যাস কল্পনাগী খুংফম অমনি, চুম্নগীনি। কয়িগুম্বা থৌরম থৌওং অপিকপা খণ্ডদ, অচৌবা খণ্ডদ অমগী ঈথিল চারুপ্দগী নত্তবা, মীওই-বগী মপোক্তা চাফম থোকপা অমইবা অশেংবগী ঈয়ৈ চাত্নুনা লাকপা থমোয়গী ঈহুল মতুংইন্না থাংবা পুন্সি থোক্তকমবু ইতিং তিংনা লীবদনি[১]

১৭ শুবা চহীচাদা সেমুয়েল রিচার্ডস (১৬৮৯-১৭৬১) গী 'পমেলা ওর ভরচু রিৱাৰ্ডেদ' ফোঙলকপদগী ইংলিশপা উপন্যাসকী থোঙচং অসি হৌরকই। উপন্যাসকার অসিগী খুংইদি মতম পুম্নমক্তা থমোয়গী ঈথিলনা মরুওই, হায়বদি সেন্টিমেন্টল ওইনা নৈ। ফোঙদোকলি

"... Richardson, the first in the field and in some respect the most original and modern in technique, owed his real destination and strength to his identification with popular sentimental trend[২]

---

১ "By a true novel we mean simply a work of fiction which relates the story of a plain human life, under stress of emotion which depend for its interest not on incident or adventure, but in its truth to nature.'
William J Long ' English Literature, Its History and its Significance. 4 th. Edition, 1973. p. 344

২ Dr. Johnson. The literature of the restoration and the eighteenth century,—Lois I. Bredvoid vol. III in 'A History of English Literature, Collin Books, Collin Macmillan Ltd. London.

মতুংদা তরানিপালশুবা চহী চাদা হেনরি ফিল্ডিং (১৭০৭-৫৪), লোরেনস ষ্টারন (১৭১৩-৬৮, টবিয়া স্মলেট (১৭২১-৭১), ওলিভর গোলডস্মিট (১৭৩০-৭৪), নচিংবা উপন্যাসকারশিং থোক্লরুনা উপন্যাসপু অনৌবা খোঙথাং অমা পীরকই। হেনরি ফিলডিংনা যথার্থবাদী অমগী মীৎয়েংদা উপন্যাস ইরকপা মতংদা ষ্টারন লোরেনসনা মতম অতৃগী শীংথানবা য়াবা মওংদা মশক নাইবা উপন্যাস কয়া ইরকই। টবিয়া স্মলেটনা ফিল্ডিংগী মতৌ তমজুনা যথার্থবাদী অমা ওইনা চংনবীবু ঙাক্লা উপন্যাসকী লমদা খোঙদারকই। মাগী 'ডি ভাইকর ওফ ওয়েকফিলড' (১৭৬৬) হায়রিবা উপন্যাস অসি এংগ্লো সেকসনগী লোনচং কায়দনা যথার্থবাদীগী মওংদা ইবা নীংথিজবা উপন্যাসনি। মতমনা অহৌবগী মতাং ওইরবসু গোলডস্মিটকা মতম ফাওবদা লৈরিবা উপন্যাসশিং অসি ইংলিশকী উপন্যাসপু মওক নীংথিনা তাক্লবা মচল ওাক্লনি। খুফোঙদোক্তি চংনরকপী (ট্রেডিশনেল) হায়না খঙনবা অদু ঙাক্লনি হায়বা য়াই।

১৯ শুবা শতাব্দীগী অহানবা তঙখায় অসি রোমান্টিসিজমগী যুগ (১৮০১-৫০) হায়না খঙৈ।

> "The first half of the nineteenth century records the triumph of Romanticism in Literature.[1]

(১৯ শুবা চহীচাগী অহানবা তঙখায়দা সাহিত্যদা রোমান্টিসিজম মায়পাক্লবা শক্তম ময়েক শেংনা উৎথি।)

যুগ অসিদা ৱার্ডসৱার্থ, কোলেরিজনচিংবা কবি কয়া পোকখি। মখোয়না নীংতম্বগী মগুণবু হন্না হন্না শৈশাখি। যুগ অসি মীওইবগী প্রাকৃতিক অধিকার (নেচরেল রাইট্‌স) পোকখিবা অমদি অচৌ-পিশকী ৱাখল

---

1 William J. Long, English Literature, Its History and Its Significance, 4 th edn., 1973, p. 369

যুগ অসিদা ৱাল্টর স্কোট (১৭৭১-১৮৩২), উইলিয়ম মেকপিস থেকরে (১৮১১-১৮৬৩), চার্লস ডিকেন্স (১৮১২-১৮৭০), জর্জ ইলিয়েত (১৮১৯-১৮৮০) নচিংবা পৃথিবীগী মরু ওইবা উপন্যাসকার কয়া চোংথোরকই। উপন্যাসকারশিং অসিনা ১৯ শুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তঙখায়দা উপন্যাসতা অনৌবা থৱায় অমা হাপ্লবা মায়পাক্লা হোৎনখি। ৱাল্টর স্কোটকী ঐতিহাসিক উপন্যাসশিং,[১] চার্লস ডিকেন্সগী সলস্যানা মরু ওইবা উপন্যাসশিং, থেকরেগী যথার্থদা য়ুক্ষম ওইবা, ময়ামগা মান্নদবা লোনচংশিং উৎপা উপন্যাসশিং ওসি ক্যাওবদা ইংলিশকী উপন্যাসতদা নত্তনা পৃথিবী পুম্বগী উপন্যাসকী লমদা তোপ তোপ্পা মফম অমা কন্দুনা লৈজরি। উপন্যাসকার জর্জ ইলিয়েতনা মুপীজা থামোয়গী ওইবা চীরম অমদি খুৎফোঙদোক কয়াগী মতেংনা উপন্যাসপু নৌহৌননা অনৌবা থৱায় অমা হাপ্লবা লাক্লরকখি। মুপীবু নৌনা খঙনবা লাক্লরকপনি।

২০ শুবা শতাব্দী চঙলকপদা সাহিত্যগী অনৌবা মায়ওল, অনৌবা লাম্বল অমদি অনৌবা মহাওগী শাফু অমা কম্না চঙলকখি। ২০ শুবা শতব্দীগী পৃথিবী অসি য়াম্নমক চনৈ-খনৈবা মতম অমা ওই। যুগ অসিগী পৌইনশিন্না, যুগ অসিমক্তী মমুংগী পুন্সি য়েকপা সাহিত্যকারশিং পরেং পরেং থোরকই। উপন্যাসকারশিংগী মমুংদা ডি, এইচ লোরেনস (১৮৮৫-১৯৩০), ই, এম, ফোষ্টর (১৮৭১-১৮৭০), ভর্জিনিয়া উল্ফ (১৮৮২-১৯৪১), এডলস হকাস্লে (১৮৯৪-১৯৬৮) নচিংবা অসি মশা মশাগী তোপ তোপ্পা মতৌ পুত্থনা লাকখি। ডি, এইচ, লোরেন্সনা কামগী ইথক ইরাং অমদি তাইবঙ মীদা য়াওরিবা শাৱম্নচংকী ওইবা কুপ্পবা ৱাখল কয়াগী

---

১ Ifor Evans, A Short History of English Literature, Fourth Revised and Enlarged Edition, Penguin Books, 1976, p. 230.

য়ুক্ষমদা মাগী উপন্যাসশিং শাগৎলকখি। কামবৃত্তিবু অনৌ অনৌবা ব্যাখ্যাশিংগা লোয়ননা অপাবশিংদা লানথোকই। লোয়ননা মীরমচংপু প্রবৃত্তি অসিগী শক্তিনা মশক খণ্ডনবা অমদি তাকনা লাক্লরকই। ডি, এইচ, লোরেনসনা অসিগুম্বা সমস্যাশিং অসিবু নৈনবত্তুনা লায়না কয়ান নারবা অসিগী সংস্কৃতি; লায়নাশিং অসি লাইরিক লাইশু হৈদগী থওনা কোবহনবা অমদ্রনা তমথীরবা লায়নানি হায়বসি উংলি। অনৌবা জগৎ অসিদা লোরেনসনা উরক্লিবা শক্তম অসিদি মীওইবগী পুক্লিং ইল্লগী নমথাকশিং অগুনি। ১

ই এম, ফোষ্টরনা সিম্বোলিজমগী মতেংনা মীওইবগী লীচং অমদি মীওইবগী মরীশিংবু মাগী উপন্যাসশিংদা তুপ্না নৈনখি। মাগী মশক নাইরবা উপন্যাস 'এ প্যাসেজ টু ইন্দিয়া'দা সিম্বোলিজম শীজিন্নত্তুনা ভারতবাসীশিং অমদি ইংলিশশিংগী মরক্তা লৈবা মরীগী সমস্যা নৈনৈ। উপন্যাস অসমক্তদা মোসোরী কেভস টেম্পললনচিংবা অসি সিম্বোলিজম ওইবা ঙাকনি। উপন্যাসশিংগী য়েক্লিবা চরিত্রশিং অসিসু করিগুম্বা রাখলগী মহুৎ শিননা সিম্বোল ওইনা শীজিন্নৈ। ত্তশেংনমক মহাক ১০ শুবা শতাব্দীগী শিংথানবা য়ারবা উপন্যাসকর অমনি। মহাককী উপন্যাসশিংদা মতম অতুগী সমাজগী মমি ময়েক শেংনা ফাই।

ভর্জিনিয়া ৱুলফনা নুপী মুপীগী মুংগী লিচংপু কুপথনা য়েংত্তুনা চাওথোক্না য়েক্লনা লাক্লরকই। ষ্ট্রিম অফ কনসিয়সনেস হায়না খঙনবা উপন্যাসকী থুংলানথোক অমবু অয়োবী থাক্তা পুথৎলম্বা উপন্যাসকারনি

1 The disea e was one which admitted no intellectual cure for the modern world seemed to Lawrence to have corrupted man's emotionel life.

Dickens, "A short History of Englisb Literature" I for Ivans, 1981, p, 277

হায়না লৌনৈ। মনোবিজ্ঞানগী ওইবা হীরম অমসুং খুংলাম্বোক হৈনজবা উপন্যাসকারনি। যথার্থবাদপু লুনা তৌজবী অইবী অমা ওইবগা লোয়ননা ফজববু পামজবা অমদি লুনা তৌজবা সাহিত্যকার অমসু ওইখি। মাগী তেক্নিকেল ওইবা খুৎইদা স্ট্রিম ওফ কনসিয়সনেসপু খুংপায় চেংনা পায়তুনা পুন্সি অমদি সমাজগী পাকচাউরবা থৌদোকপু তেল্লবা পুংজা খরদা উৎথোকপদা মপা লৈত্রবী অইবীনি হায়না লৌবা সাহিত্যকারনি। মাগী খুংলাম্বোক্তা কনিগী ওইবা মগুণ ময়েক শেংনা উবা ফংই।

জেমস জোয়সসু[1] ভর্জিনিয়া রুল্ভকী মতৌগুম স্ট্রিম ওফ কনসিয়সনেসকী উপন্যাস ইবা মীওইনি। মনোবিজ্ঞানগী য়ুক্ষমদা তাই-বঙগী লৌচং নৈনবনা মরু ওইবা খুৎইদা হৈনজবা উপন্যাসকারনি। জেমস জোয়সতি ট্রেইংদিদগী কোমেদিনা হেন্না পান্না লৌজবা উপন্যাসকারনি। মহাক্না চাংলেম্বা মীংয়েংদা য়েংবনা পুন্সিবু নক্না য়েংনবা লাক্লে। যথার্থবাদকা শীংথাবা য়াবা উপন্যাসকারনি। অদুবু মহাক্কী লুরবা দর্শন অসিবু তেক্নিককা খল মান্নবা থম্বা ঙমখিদে। তেক্নিককী মায়কৈদা রুল্ভকুম খুংপায় চেংনা পায়বা ঙমখিদে। তেক্নিক্তা রুলভনা মাঙজিন থংগ্রবসু দর্শনগী লমদদি জোয়স মাঙজিন থংখি। য়ুগ অসিদা সমাজ অমদি পুন্সিবু যথার্থগী মীংয়েংদা য়েংবা উপন্যাসকার অমসু খোরকই এডল্স হকস্লে। মহাক মাওইবগী লন্নাইগী অমদি সমাজগী পুন্সিদা পামদবা থৌদোক রাথোক কয়া ময়েক শেংনা উংপা উপন্যাসকারনি। মহাক্না সমস্যা কয়া পুখংলকই অমদি নৈনৈ। অয়াম্বা মতাংদা পুখং-লক্লিবা সমস্যাশিং অদুবু সমাধান তৌবগী মওং অমা অপান্নবা নক্রবসু নাকোইননা লাম্বোক্লমী। হকস্লেনা পামদবা থৌদোক কয়া উক্তুনা

1 Joseph Warren Beach, English Literature of the Nineteenth and the early Twentieth Centuries 1798 to the First World War. Hardin Craig General Editor, 1966, p. 248.

আত্মা অমদি আধ্যাত্মিককী ওইবা মঙাল কয়া নাকোইননা পীনবা কয়া লাক্লে। উপন্যাস অসিনা মীওইববু মপান্দগী য়েংবগী মহুত্তা মনুংলোমদগী য়েংনবা কয়া লাক্লরি। অরাবদি মহাক্না ময়েক শেংনা উৎপা ওমখিদ্রে।

যুগ অসিগী উপন্যাসকারশিংনা মীওইবগী পুন্সিবু য়াম্না কুপ্না মশা পীক্না পীক্না খায়দনা য়েংই। অকনা কয়া অমদি অপাম্বা কয়া হাকথেংননা উৎলকই। অসিগা লোয়ননা পান্দবা হৈনদবা অমদি ঙুংঙাইতবা মচল কয়া অমসু য়াওনা নৈরম্বা থেংনৈ। মপাম্লোংদদি চাওখৎপা মানবা অতৃগা মনুংদদি হামচংনরবা তাইবঙ পুন্সিগী মচল কয়াসু থেংনরকই। শেল থুমগী অমদি হকচাং কায়াংবী ওইবা মনুংঙাইদা পেন্থোকপা ওয়ক্তবা নোংচুপ নৈনাকশিংগী পুন্সি ময়েক শেংনা উৎপা উপন্যাস-কারশিংগী থুংইনি, যুগ অসিদা থোকলকই। পুন্সিগী মমল হুম্থরকপা অতৃগা যথার্থগী ওইবা ফিভমনা হেনগংলকপা মওংসি যুগ অসিদা মখোয়না উই। অংরোমদা অমুক পুন্সিবু অনৌবা মাংয়েংদা মমল লেপকে হায়না লাক্লরকপা সাহিত্যকারসু থোরক্তবা নত্তে। সমাজগী সমস্যা য়াম্না কুপ্না নৈনরকপা যুগনি। যুগ অসিমক্তদা প্রতিভা য়াম্না পাক চাউনা কোনবা এইচ, জি রেল্‌স (১৮৬৬-১৯৪৬) থোরকখি। মহাক্না বিজ্ঞানগী ওইবা লমদাংবু থরায় য়াওনা কোনশিল্লকই। বিজ্ঞানগী ওইবা কনখা হৈথানরবা হীরম্বু কল্পনাগী মতেংনা নীংখিনা ফজবা মওং অমদি মহাও হাপ্তুনা উপন্যাস ইরকই। বিজ্ঞানগী ওইবা উপন্যাসকা লম অসিমক মহাক্না চাওনা শাম য়াল্লমই হায়না থাজে। কেথরাইন (১৮৮৮-১৯২৩) কৌবী উপন্যাসকার অসিনা ফুপীজা ওইবীশিংগী হৌন-লোনচং, মখোয়গী থুংগী রাথল অমদি মখোয়গী মতাং মতাংগী ওইবা ভাংথক নাইরবা ঊথিলশিং য়াম্না চীংলম্ম। অমদি লিরি খোইরিবা খুংফোঙদোক্না উপন্যাস কয়া লাম্থোক্লম্মী।

অসুম্না ২০ শুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তংখায় লোইশিল্লকপা অসি-রাইদদি নোংচুপলোমগী উপন্যাসনা মপুংফাবদগী হেন্দোক্লুনা মশা মরেং নীংতম্না ফন্দোকপা হৌরক্লবনি। উপন্যাসকী হৌরকখিবা মওং অমদি ওসি ফাওবদা চেম্থরক্লিবা শক্তম নোংচুপকী ওইনদি মপুং মরৈ চপ চানা ফারবনি।

খৃঃ ১৭৫৬ তা পলাশীগী লানফমদা শিরাজউদৌলাবু মায়থীবা পীদুনা বৃটিশনা বাঙ্গলা লৌখি। মখোয়গা শম্নরকপা, য়াম্না নকশিন্নরক-পদগী ১৯ শুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক্কী অতুরাইদদি নোংচুপকী কৃষ্টি অসি বাঙ্গলা লৈবাক অসিদা নহারোল অয়াম্বনা চাওখৎপনি হায়না লৌনরকখি। অতুবু লুরিবা অমনা সাসন পুরিবা মীওইশিং অতৈদি অয়াম্বনা ককওাওনবা লাম্মী-মুংমীনা মপুঙ ওইবনা তুংইল্লিবা নহারোল-শিংদি ওক্ত-শীংদবনা মপূং ওইখি। মখোয় অয়াম্বনা বাবু শাদোকপা অতুগা মশাগী কৃষ্টিবুনা য়াম্না নোম্না উবা মওং অমা লাকখি। অতুবু মশানা মজাতিগী কৃষ্টিবু মুংশিবা জ্ঞান লৈবা কাওবুনদি মজাতি কন্নবগা অনৌবা মতমগী য়াওল অসিদা ধর্ম্ম ক্ষেত্রদা খওদে, সমাজগী ক্ষেত্রদনি খওদে, মজাতি মরৈবাকী শেমগৎনবা, ফননবা মতমগা চুননা শেম্নবা হোৎনখি। লম্বী ওন্নথবা নহারোলশিং অসিগী মমীৎ পাওনবা ভাবানী চরণগী 'নব বাবু বিলাশ' ( ১৮২৫ ) পোকখি। অতুনা উপন্যাস অসিমক্তি কাওলম চাদবা নহারোলশিংগী অরানবা মীৎয়েংবু চুমথোক্নবা হোৎনবদগী থোকখিবনি হায়না য়াই। অতুবু থাক্কৈশংবা উপন্যাসনিদি হায়বা য়াদে। অদুগী মতুংদা ম্যুলেসকী 'ফুলমণি ও কর্‌নার বিবরণ' ( ১৮৫২ ) লাকখি। খৃষ্ট ধর্ম্ম লৌখিবা বেঙ্গলী ইমুং অনীগী ওন্নকপা ফীভম অমদি অওনবনা লৈত-লাইর, অরা-অনংগী অরাবা কোপ্পায় অম্না ফংই হায়বগী চেতনাগী রাকম উত্তুনা ইবনি।

মথংদা প্যারী মিত্রগী 'আললের ঘরের দুলাল' ( ১৮৫৮ ) লাকই। বেঙ্গলীগী ইহান হানবা ঐতিহাসিক উপন্যাস ওইনা ইখে। সামাজিক

উপন্যাস ওইনা য়েংবা তারবদি মিত্রগী" আলালের ঘরের দুলাল' অসিনা অহানবনি হায়না লৌবা য়াই।

"Alaler Gharer Dulai (Pampered son of a first-rank Family) is the first specimen of original fiction that appeared first in a monthly magazine in 1855-57 and in book form in 1858" ১

উপন্যাস অসিদা মমা মপানা য়াম্না কেথোক মৌথোক্না য়োকমনবদগী মাওলবা অওাং অমগী পুন্সিগা য়ারী লিচুনা সমাজগী মনুংদা তত্তনা থোক্লিবা সমস্যা অসিগী কোক্লবা কন্থী থীবনি। চায়োক নাওয়োক্লা শোয়বা মুংশিমনবদগী চেয়া মনীং তমহনবা অমদি তুংগী পোমিং উবা ওমদবদগী সমাজগী মনুংদা অসিংস্বা মাওলবা পুন্সি কয়ানা চন্নফম খওদনা মাবেং অহবনা মাগী উপন্যাস অসিদা অওাং অমগী পুন্সিনা খুদম ওইনা উৎপনি।

থাঙ্গেশেংবা উপন্যাস হায়বসিনা পোকপদি চেতনাগী মথক্তা পোকপনি। মতম অসিদা নোংচুপ্পা উপন্যাসকী মওং তারে। বঙ্কিমচন্দ্রনা উপন্যাসকী মওংদা "দুর্গেশ নন্দিনী" (১৮৬৫) নি। অতুগা থাঙ্গেশেংবমক সাহিত্যাদা উপন্যাসকী লাইরিক মথক অসি নোংচুপকী অবদাননি হায়না লৌবা য়াই। বঙ্কিমগী উপন্যাস তাতানিপালগী মনুংদা ঐতিহাসিক উপন্যাসশিংদনা পাঁচনিনা পানবদা সমাজদা পোকথিবা অরাবা, আনংবা, মুংশাইতনচিংবদা ইবনি হায়বসু অদুম মথওনৈ। সমাজগী মশি নাংথিনা লাবা উপন্যাসশিংনি। মিত্রনা হৌরম্বা সামাজিক উপন্যাস অসি বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় (১৮৩৮-১৮৯৪) না মপুঙ ফরে ফাহনখিবনি। মাগী 'কৃষ্ণকান্তের উইল' (১৮৭৮), 'বিষবৃক্ষ' (১৮৭৩)

১ Sukumar Sen. "History of Bengali Literature" Sahitya Akademi, New Delhi, Third Edition. 1979, p. 209.

নচিংবা উপন্যাসশিংদা সমাজগী শক্তম চপচানা য়েকই ; মহাকপু উপন্যাসকার অমা ওইবগী অরাংবা খুডম ফংহনখিবদি "কৃষ্ণকান্তের উইল" অমসুং "বিষবৃক্ষ" অনী অসিনি। অনী অসিদা মতম অহুগী সমাজগী শক্তম মতিকচানা য়েকপা ঙমখি, অমদি কাচিন কোয়া থুংনা শন্দোক্লিবা পুন্সিগী সমস্যাশিংবু উংথোকপা ঙমখি।

"Vish Briksha" and "Krishna kanter Will" deal with contemporary society and therfore start with an advantage. It is in these two novels that Bankim reaches the height of his achievement as a novelist. ১

'কৃষ্ণকান্তগী উইল' দা মপুরোইববু খমনন্না নুংশিজবী নুপীগী শক্তম, নুংশিমনবদগী শোয়খিবা খোঙফম, মতুদগী অমাঙবা থোকখিবা ফীবম, ভ্রমরগী চরিত্রদা নীংখিনা য়েকই। য়ুমগী মপু ওইবা কৃষ্ণকানতগী অহল ওইবগী হৌনবা, মচা-মশু নুংশিবদগী, রারক মীংয়েং রাংখিবদগী মতুংদা অহাবা কয়া লাকখিননা অপুনবা ইমুংগী মাঙনবা মচল ওইরকই হায়বসি নীংথিনা উৎনবা লাক্লি।

"বিষবৃক্ষ" দা মতম অসিগী সমাজদা নুপী লোনবা অহুগা নুপী লোনবদা নুংঙাইবদগী নুংঙাইতবনা হেন্না থোকপগী মওং কয়া উংলি। নুপা-নুপীগী মরীদা নুংঙাইতবনা হেন্না থোকপা অসিনচিংবা চেতনা উত্নুনা ইবনি।' আনন্দমঠ' নচিংবা উপন্যাসশিংদা মতম অহুগী ময়ামগী ওইবা ঈহৌ ময়েক শেংনা য়েকই। ভারতনা মীখা পোনবা অসি করি করম

১ Humayun Kabir, "The Bengali Novel" ,Firma K. L. Mukhopadhyay, Calcutta, First Edition, 1968.p,22

তৌরগা মীনাই য়োংহিলং কোকদগে হায়বা অশিনচিংবগী মথক্তা 'আনন্দমঠ' ইবনি। ভারতকী সেবাদি ত্যাগকী মথক্তা তৌগদবনি হায়বগী মরমদা "দেবী চৌধুরাণী" ইবনি।

বঙ্কিম লৈমা নিংথৌ কোনগী, অচৌ-অশাং অমদি অরাংবা থাককী মীওইশিংগী পুন্সিদতা, পুন্সিগী মমল লৈবগুম থম্নবা মতমদা পোকপনি। অদুনা মহাককী লাইরিকশিং অসি সমাজগী অরাংবা থাককী কাওবুদগী ওইনা লৌবনি। অদুবু মহাককী উপন্যাসশিংসি সাহিত্যগী মথক্তা নীংথিজবা অরাংবা থাক্তা লৈখিবনা চহিগী লাইরিক ননা মহাককী প্রতিভানা যুগকী মশক নাইবা অমা ওইনা উপন্যাসকী জগৎতা লেপখি।

মথংদা "রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর" (১৮৬১-১৯৪১) লাকই। রবীন্দ্রনাথ সাহিত্য জগৎতা তোমথিন ওননা মীওইনি। মহাককী কলমনা শোকনা বিনয় অমত্তা য়াওদে হায়নদা লাম্লনি। উপন্যাসকী জগত্তসু মহাককী কলমদগী থোকপা অচল কয়া লৈরি। মহাককী 'রাজর্ষি" (১৮৮৭), মশক নাইবা ঐতিহাসিক উপন্যাসনি। 'চোখের বালি' (১৯০২), 'গোরা' (১৯১০) নচিংবা সামাজিক উপন্যাস লাক্কি।

উপন্যাস হায়বসিনক্কেবু সমাজগী চেতনা অমদগী অতোপ্পা সমস্যা পোকওনিনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী লাইরিকশিংদসু হায়রিবা চেতনাশিংসি লৈরবদসু মহাক অসিদি সাধারণ কবি অমা ওইনা লাকপনিনা মাগী উপন্যাসকী গুংইদা অপূনবা মীওইবা জাতিগী, খুন্নাইগী ওইবা মীৎয়েংনা পুথুনা মপুং ওইনা চংলি।

"Tagore judged men and women from the standpoint of humanism and allowed free play of emotions in his characters" ১

১ Humayun Kabir, 'The Bengali Novel', Firma K.L Mukhopadhyay, Calcutta, First Edition. 1968, p.65

বঙ্কিম যুগনা কয়া চংলিঙৈ সরতচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় পোকখি। মতমগী থোংলৈ মতুংইন্না মীওইবগী রাথল-ফীদম, মীংহেং-পান্দম অমসুং পুন্সিগী অর্থ মরো তত্তনা হোংই। নোংমা সমাজগী অরাংবা থাক্কী মীওইশিংদগী পুন্সি মমল লৈথদোনা তৌরম্বা থুনমক হোংলকখি। মতমগী কণিশিং অমসুং গুরুশিংগী শিক্ষা দীক্ষা মতুংইন্না সমাজগী থ্বাই থুম্নাইগী অনেম্বা থাক্কী মীওইশিংগী পুন্সিগী মমল লাকপগুম তৌখি।

সামাজিক উপন্যাসকার অমা ওইনা মায়পাকপা হায়বসি যথার্থ-বাদীশিংগী ফংফম থোকপা খুভমনি। মস অসিদা শরতচন্দ্রনা অংংবা শীংথাফম থোক্লবা খুভম অদো ফংবা ঙমখি। মহাক্কী কল্পনাগী পাঙ্গলনা হৌপ্রবা ইতিহাসকী কম্বাক্তা কলাগী মউ লিংনবা হোৎনবগী মতুং মহাক্কী মতমগী সমাজ অমদি পুন্সিগী অকোয়বদা থোকলিবা সমস্যা কয়াবু পুথোক্না মহাক্কী উপন্যাসকী মউ লিংখি। বেঙ্গল সমাজগী মনুংদা থোক্লিবা সমস্যা কয়াবু মহাক্না কুপশিন্না য়েংখি। মদু হুক্লবা সমস্যা কয়াবু মহাক্কী কলাগী খুৎথাদা য়েকথোকখি। রবীন্দ্রনাথনা কলাগী পান্দম ওইনা ফজববু পুথোকনবা ওইনববু শরৎকী মফমদদি সমাজগীদমক অচৌবা থৌদাং অমা হাকথেংননা পাঙথোকপনা ওইনখি।

"Tagore is the first and foremost an artist and his main object is the creation of beauty. Chatterji is also an artist but he also believed that the artist has a direct social obligation. ১

মহাক্কী উপন্যাস "শ্রীকান্ত"গী মনুংদা অরিবা চৎনবীনা কুপ্পুনা থমলবা সমাজগী তমথীরবা লায়না ওইরিবা চমদবা নীতিশিংগী মায়োক্না লালহৌ অমা পামজখিবদু য়াম্না শেংনা উৎলি। পুন্সিগী মমল অসম্বা

---

১ Humayun Kabir, "The Bengali Novel", Firma K. L. Mukhopadhyay, Calucutta First Edition, 1965. P. 73.

অমদি মীস্নুংশিংগী রাংলবা মনলবু লৈংথাক্তনা, কন্তুবা চংনবীনা অচম্ববু খোঙগাওনরিবা মহাক্কী মতমগী সমাজবু মহাক্না য়ানিংখিদে। উপন্যাসকার অসিনা অচৌবা সংস্কার অমগী মতুংদা শাগৎলকপা য়াবা সমাজ অমবু পামজনবত্তু উৎখি। অদু, ওইনমক শরৎচন্দ্রগী মায়োক্তা লেপখিবদি নত্তে, সমাজ অসিনা হিন্দু ধর্মগী মিংদা লৌশিল্লিবা ফত্তবা চংনবী মথৌ অসিতবু, লাক্তুনা তান্দোক্কে খনখিবনি। মরম অদুনা নুপী ওইবীশিংগী পুন্সিগী অখেংবা মশাক, মাওইনা তিংজবগী অধিকার, সমাজ অসিদা থনজনিংবত্তু শরৎনা উৎখিবনি। সমাজগী সমস্যা কয়াবু য়েকলবসু অইবা অসিনা মীস্নুংশিংগী মুসলমদগী পূম্নমক য়েংখি। শরৎচন্দ্রনা খুঙ্গংগী খুন্নুংগী, চংলিবা শাজং-নুংঙং অরা-অনা, মীওইবা খুনাইগী মীৎয়েং, রাখল পান্দম পূম্নমক সেংতুনা য়েকখিবনি। অদুনা মশাগী স্কুল অমা নাইনা চংফনি। অখেংবা সমাজগী লীচং য়েক্লবা লাক্লখিবা উপন্যাসকারনি হায়না লৌবা য়াই।

অসিদসু নত্তনা শরৎচন্দ্র (১৮৭৬-১৯৩৮) মহাক্কী খুংহীশিংদা প্রতিভাগী মঙাল থাংহনা লাই। স্বর্ণ প্রতাপচাঁদ (১৮০১) মতম অদুগী অচৌ জমীদারশিংগী মীগী নিংথিনা তাবা, লন-থুমগীদমক্তা ইমুং মনুং কায়নবনা মপূঙ ওইবা উপন্যাসনি। তারকানাথ গঙ্গোপাধ্যায় (১৮৪৬-১৮৯১) হৌখিবা হাইবা হধাহবাদ শরৎ চেনা সমাজগী শক্তম য়েকপা উপন্যাসকারনি। মহাক্কী 'স্বর্ণলতা' (১৮৭৪) অফাওবা উপন্যাসনি। মহাক্কী চরিত্র পূম্নমক তশেংনা পুন্সিগী অখেংবা মমি লাক্কি। প্রতাপচন্দ্র ঘোষ (১৯২০) কী 'বঙ্গাধিপ পরাজয়' বঙ্গগী 'শেষবীর' হায়না খঙনবা প্রতাপাদিত্য আকবরগী সেনাপতি মানসিংগা অনাগী ৱারীনি। অসিদসু নত্তনা নুপী উপন্যাসকার কয়ামরুম চোংখোরকই। নিরুপমাদেবী (১৮৮৩-১৯৫১) বঙ্গ সাহিত্যগী য়াম্না মশিং চংলবা উপন্যাসীকনি। নহা ওইনা লুখ্রা ওইবদগী সাহিত্য সেবাদা পুন্নলুপ লুপখি। শরৎচন্দ্রনা মহাক্কপু গদ্য সাহিত্য ইনবা থৌগৎপনি। 'অন্নপূর্ণার মন্দির' (১৯১৩),

দিদি (১৯১৫), আলেয়া (১৯১৭), বিবিলিপি (১৯১৯) অসিনচিংবা লাইরিক কয়া ইরম্বই। কলাবিদ্যা নীংথিনা হৈবী, মনতত্ত্ব নীংথিনা খঙবী লেখিকানি। মহাক্কী উপন্যাসতা প্রেম অমসুং দাম্পত্য-জীবন (কনজুগেল লাইফ) হায়বদি মুম্বানবা মুপা-মুপী অনীগী মনুংদা লৈনবা ইনথোক-ইনশীন শাওনবা মুংঙাইনবা. রারৌ পুকলোনচিংবা পুম্ন-মকসি য়াম্না কুপ্না ই।

কলকতা বিশ্ববিদ্যালয়না ভুবন মোহিনী গোল্ড মেদল অমদি জগৎ তারিনী গোল্ড মেডল পীদুনা ইকাইখুম্নৈ। সাহিত্য পরিষদনসু ইকাইথুম্নখিবা অইবনি।

২০ শুবা চহীচা য়োরকপা মতমদা উপন্যাসকী খোঙয়াং অসি বেঙ্গলী সাহিত্যাদা য়াম্না য়াংই। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী খুৎই অমসুং খুৎফোংদোক্কী মতাংদা. তুংদা লাকপা উপন্যাসকার কয়া য়াম্না পাক-শন্না ইরকই। হীরমগা চইনা য়েংবা তাংবঙ চহীচা অসিগী অহৌবা মতাংদা অনৌবা অনৌবা [illegible] চাউরকই। সমাজগী ওইবা সমস্যাশিং শিংথাদুনা হৌবা উপন্যাসকারশিংগী মীতেংদা অনৌবা অনৌবা ঈহৌ লাকখি। ঈনোৎ কয়ামরুম হাপচিল্লবপা মতমদা য়াম্না উপন্যাসকারশিংগী মনুংদা শশীচন্দ্র মজুমদার, গোকুলচন্দ্র নাগ ([illegible]-১৯২৫), সৈলজানন্দ মুখর্জি (১৯০০-১৯৭৬), বীভূতি ভূষণ বেনার্জি ([illegible]-[illegible]), বুদ্ধদেব বোস, আনন্দ শঙ্কর রায়, [illegible] তারাশঙ্কর বেনার্জি ([illegible]-[illegible]), অসিনচিংবা উপন্যাসকারশিং অসিনি। ২০ শুবা চহীচা অসিগী খ্বাইদগী শীংথাবা য়াবা উপন্যাসকী ময়োল অমনা খুনাং চাওখৎনবা (প্রগতি) হায়বা মীৎয়েং অমা লৈরক্লিবা অসিনি। কার্ল মার্ক্সকী লম্বেলদা চেংনা থাজবা অমদি হীরম খুদিংদা রাখনগী অমদি থবক্কী অওনবা পুরকপা অতুগা মসিগ দমক্তা লালহৌ নত্রগা ঈহৌ নিঙাইবা লৈতনা শীজিন্নবা অসিনচিংবগী মওং অসি শভাব্বা অসিগী সাহিত্যগী লম্বেলদা

ময়েক হেন্না শেংলকই। বেঙ্গলীগী উপন্যাসকী মতুং অসিদগী মণিপুরগী সাহিত্যদা উপন্যাস হায়বা বিধা অসি পোক্লকখি হায়বসি থাজবা য়াবা রাকমনি।

ইহান হানবা ওইনা মণিপুরদা মাধবী (১৯৩০) উপন্যাস থোক-লকখি, অইবা লমাবম কমল সিংহনি। উপন্যাস অসিমক মচল অসিগী অহানবা পোংথোক ওইবতা নত্তনা সামাজিক চেতনাগী য়ুম্ফমদা ইবা ইহান হানবা উপন্যাসনি হায়না লৌবা য়াই।

অসিগা মনাঙদা অংগংবা উপন্যাসকী মশক উবা ফংদ্রি। মযাইচনবা যুগগী লৈরম্বা রাগী মপুং ফাওবা লাইরিক খরস্থু পণ্ডিত নন্দলাল শর্মানা উপন্যাসকী হায়না কন্না থাজে।¹ লাইরিকশিং অসিদি অনৌবা যুগকী সাহিত্যদা উপন্যাস হায়না খঙনবা ঙিং অসি ওইবা য়ারোই। ইরমদি লাইরিকশিং অসিদি অয়াম্বনা লাইরোন, য়েনহৌ জগগী কুষ্টি, পুরাণগী নওবং, ইতিহাসকী থৌদোকশিং অমদি লম অসিগী লৈহাউগা চানবা সংস্কৃতিগী য়ুম্ফমদা পাক্তক্না ইবা রারীগী মওনি। "পাঙ্গোইবী খোঙ্গল" রারেংগী রারীনি। তৌইথুম্বস্নুং উপন্যাসতা ওইরোই। অম্নুমনা, "পোইরেতোন খুন্থোকপা", "মুংপান পোম্পী লুরাউপা", "চোখে থাওরায় পাখঙপা" অহুম অসিস্নু শ্রবাকাবা ওইনা লৌবা য়াই, উপন্যাসতি ওইনা য়ারোই। উপন্যাস বিধাগা খরা নকশিন্নবা, "নাও-থিংখোং কঙ্কাল কাবা" অমদি "অরোং নন্দকুমার" নাচনা খরস্থু লৈ। অহুমকপু হায়রিবা লাইরিকশিং অসিস্নু মও তারবা নাংথিজনা শেম শারবা নোংচুপলোমগী সাহিত্যদা ফিক্সন হায়না খঙনবা উপন্যাসকী মতুং অহুদি নত্তে। অতুনা মযাইচনবা যুগকী রারী লাইরিকশিং অসিদা সমাজগী মমি তারবা ফাওবদা নৈনবগী য়ুম্ফমগী কায়াং ওইনা লৌবা য়ারোই।

১ । নন্দলাল শর্মা, "মৈত্রবাক", উপন্যাস, তু কে ষ্টোর, অহানবা ফোঙবা, ১৯৬০, লাঃ XXII

(মাধবী উপন্যাসনা অহানবা মৌলিক উপন্যাস ওইবা তাবনি। উপন্যাস অসিদা মপুঙ ওইনা নুংশিবগী থৌরম অনী — নুংশিবতনা লম্বেল অমদি পনথুং ওইবা, খাদোকপনা পনথুং ওইবা নুংশিবা অসি ময়েকশেংনা উৎলি। মসিগা ইরোয়ননা মতম অতুগী সমাজগী মশেক মঙাল নীংখিজনা উবা ফংই। লাইরিক লাইগু নীংখিনা হৈতবী খুঙ্গংদা পোকপী অমদি খুঙ্গংদা চাউবী মাধবীগী খোংলবা নুংশীজা থমোয়দা অতোপ্পগীদমক্তা নুংশিবা অমদি ওইজবা খাদোকপগী চাউরবা ঈথিল অমা উপন্যাসকারনা হাপই। নুংশিবা লনাইগী ওইবা নুংঙাইবা অমদি অতোনবগী থৌরমনি। থমোয়গী ওইবা নুংশিবা অসি নুংশীজা থমোয়গী চাউরবা লম্বেল অমসুং পনথুং ওইনবা লিচংনি। লিচং অসিবু পুঙথা খাদোকপগী মহুত্তা তাইবং পুম্বিংগী ঈথিল অসিবু অপুনবগী ওইবা কাম্নবরোমদা ঈথৈ পিশিবা মাধবীগী থৌরাং অমদি থৌওং অইবনা পাম্না লেমজরিবা মাধবীমককী মচিন্দগী অসুমনা ফোঙদোক্লি। "এগী নুংশিবা রাখল অসি মী অমত্তদা পেশত্তুনা তাইবংপানবা পুম্নমকতা চাইথোকপা ওম্নবদি অরাবা পুম্নমক কোক্কদবনিকো।"[১] নুংশিবদি খাদোকপগা ঈরোয়নগদবনি হায়বসি অইবনা উৎলি।

নীঙমদ্রবা তাইবং ঈথিলবু ঈথৈ পীতুনা (রিদিরেকসন) ময়ামগী সেবা তৌবগী রাখল অসি উপন্যাস অসিগী চাউরবা সমাজগী চেতনা অমনি। লনাইগী ওইবা হিংবগী মহুত্তা পুম্নমক্কী ওইনা লৈবগী নুংঙাইবা অতু ফংহন্নবগী অচৌবা খৌইনশিন অমনি। উপন্যাসকী লমথুংনি। লমথুং

---

১। লমাবম কমল, 'মাধবী' মণিপুর ষ্টেট লাইব্রেরী চপ্তুবা ফোঙবা, ১৯৬৭, লাঃ ৫০

অজিগী মশেক মঙাল উপন্যাস অসিমক্তী পাত্র মচা ওইনা পুশিল্লকপা রাজেন কবিরাজনস্মু হাপ্পি। অমাবা য়েংহুনা পৈশা তানবতা নত্তুনা পাকচেল যজরবা লৈবাক্তী মাইবা রাজেন্দ্র সিংহনা মশাগী ওইজবা থাজোক্সনা ওং-নৈবা অমদি লাইরবগী চৈনানা শিরগদবী থম্বালদা ঙমজবা মশংদা লাইকরক্তুনা অচৌবা পুনসি অমা হাপ্পদা মাই পাকই। রাজেন কবিরাজগী মরমদা অইবগী মতনি "অরা অনাশিংগী ইমুংদা কনাগুম্বা অমা নারবদি শেল লৌদনা লাইয়েংবি, অহিং নোংশোইবা লেকতুনা অনাবা লাইকয়ে। অসিগুম্বা থৌজাল অসি জাং অতৈগী কবিরাজশিংগী মরক্তা থকা তাওই।"[১] সমাজগী অশেংবা সেবানি। দেশ সেবানি।

মতৌ অসুমনা উপন্যাসকার খ্বাইরাকপম চাউবনা মাগী উপন্যাস 'লবঙ্গ-লতা' (১৯৫০, ২শুবা খুংনম) দা লনাইগী ওইবা লুংশিবগী থৌইনশিনদগী সমাজ অমদি জীব পুন্নমক্তী সেবা তৌনবা রাখল অমা উংলি। উপন্যাস অসিমক্তি ইতিহাসকী মক্তুং চনবনি। অহৌমকপু ওল্লকইবা মণিপুরী সমাজগী শক্তম অমা চাউবনা উৎনবা লাক্লরি। হৌখিবা মতমগী মণিপুরী সমাজদা লুংশিবা অমদি অচুম্বগী মমল লৈরম্মী। অইবা চাউবনা লবঙ্গগী মচিন্দগী হায়হনখি "পৃথীবী অপুম্বা পাতালদা নমথসত্ন প্রেমদি মাংগনি নিংদে। পুন্নমক অরেম্বনি-প্রেমনা ডম্ম ওইবা অসি মহৌশানি"[২]

অহুবু অনৌবা মতমগী মণিপুরগী সমাজদা মী অমগা অমগা লুংশিন্নদবা অমনা অমবু থাজদবা অমদি মতম পুম্মক্তা নিংঙাই শংদানফগী হায়ম অমা লাকই। তুপী হায়ন-শিংনবা অমদি লুহোং

১। "মাববী" লা: ৬৮

২। খ্বাইরাকপম চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা', গৌরহরী খ্বাইরাকপা ২শুবা খুংনম, ১৯৫০, লা: ৬৩-৬৪

খোঙদোংবগী সমস্যা অমা চাউবনা মাগী উপন্যাসতা উৎনবা লাকনৈ। লুংশিনবগা লুহোংবা অমদি হায়ন-শিংনবগা লুহোংবা অনীগী মরক্তা লৈনবিবা খেন্নবসি ভইবনা ময়েক শেংনা উংলি। অইবনা মুপী অমগী মকমদদি লুংশিববুদি পামজবনা শেন্নবীবা মপুরোইববু অশেংবা মপুরোইবনি হায়না লৌনা ভাই হায়বসি যোঙদোকই। হিংবা অমদি শিবা ফিভম অনামক্তা লুংশিজবা মপুরোইববু লাচচবা তাই হায়বসি অইবনী থাজবা রাফমনি। লতাসনাগী মচিন্দগী হায়রুনখি - "লাইবক থীবনা ননাই ঐহাক লুপ্পা হায়বত্থ ওইরে, মপাগী মকমদা লানবগী দণ্ডি কংলে। তৌইৎমসুং পাবুং ইবুংঙো ননাই ঐহাক্তি মুপীগী জাত্তা পোক্লবনিনা লুংশিনা মমা মপামকপুম্নু মপুরোইবনা হেনকম থোক্লে, অদুগা মনা চরণনা কুপা তৌবিয়ু— ননাই ঐবুদি ইপুরোইবনা মণিপুরদা থোকউ হায়বা পীবমাত্র অদুনা মপোক অসিমা লোইহ্নবা ফাওবা ননাই ঐহাক রামনগর অসিদা ইপুরোইব ওইবা ভাবে।"[১] অচেৎপা রাশক অমদি অনীংবগী মওং উৎপা রাফমনি।

অসিগা ঈরোইননা জাতি অনগী মাইকবা পুন্সিদা মী অমনা বদায় মাওবা ভমদি কহা শাম্না মশাগী থৌদাং লৌবা তাবগে হায়বত্থ চাউকনা উৎনবা লাক্লি। এখল খুদিংমক্কী সমাজ পুম্নমক মাওববা লৈবাক্কী সেবা তৌবনা অশেংবা ধর্মনি হায়না খমখিবা অইবনি। ননাইগী বাফম পুম্নমক্কী লৈবাক্কী বাফরা খাইদগী মক ওইবনি অমসুং খাইদগী কববা ধর্মনি হায়ন অইবনা পাউজেল্লি। খাইরাকপগী মচিন্দগী অইবনা মবৈবাক অমদি মজাতিবু লুংশিনা লম্বন্দা অম্মা খণ্ডহল্লি

"ঐনা মৈতৈ ওইবগী অশেংবা গঙ্গাজলনা স্নান তৌজবা হেক ফংবা, লানফম অশেংবা তীর্থদা লৈতাদনা ক্ষত্রিয়মচা ওইবগী সনাতন ধর্ম ফংবা হেক উবমক্তদা স্বর্গদগী হেল্লবা জন্মভূমি অসিবু শিন্নফম

১ খাইরাকপম চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা", গৌহত্তি, ১৯৫০,

লৈরোইগত্রা ছায়ত্না রাববু হৌজিক্তি নহাকুম্না মরৈবাক মুংশিবা থাজবা য়াবা ইনাও অমসু ফংজরবা অসিদদি কোক্লে।”[1]

অসুম্না য়াইফব সমাজ অমা শেম্নবা লাকুবদা ললাই মীওই অমদি অপুনবনী থৌদাং উপন্যাসকার চাউবনা উৎলি।

মতুংদা সমাজগী চেত্না শোক্লা ইবা উপন্যাস, য়েংখোম ভাগ্যগী 'চাওবী'[2] (১৯৬৭) অসি লাকই। উপন্যাস অসিদা মতম অতুদা য়ায়া কম্না চংনরম্বা মণিপুরী সমাজগী লৌনবা য়াবা য়াদবা, অমাং-অশেং অমদি জাৎ তাবগী রাফম পাক শন্না, ময়েক শেংনা শিংথাই। মতম অতুগী সমাজদা পামদবা চংনবী ওইনা জাৎ তাবা অমদি মাংবা শেংবগী ঈচেল অসি কন্না নৈনবা উপন্যাসনি। উপন্যাস অসিনা মতাং মতাংদা মাংবা শেংবগী রাখলবু চুমদবা অমদি মাঙননবগী মশক ওইবা রাথন্নি হায়না শংথারি। হিন্দু ধর্ম চঙলক্লবা মতুংদা মণিপুরগী সমাজদা জাৎ খায়বা, অমাং-অশেং অমদি লৌনবা য়াবা য়াদবগী রাফম অসি কন্না চংনবকখি। লৈবাক অসিদা লৈরিবা জাতি খুদিংমক মমা অমত্তুগী মচাগুম চপ মান্নৈ, অমাং-অশেং অমদি অনেম-অরাংগী শাদম চেন্দুনা জাতিশিংগী মরক্তা খেন্নবা থম্বা চুমদে হায়বসি অইবগী রাখলনি। অইবনা থাজনা ফোঙদোক্লি—

“কোমোলনা কুঞ্জগীদা লইবা মতমবু মীতৈগী মমুংদা মাংবা-শেংবগী ঈচেল অমা কন্না চেল্লি মানা বাঙ্গালী য়ুমদা লৈরমদাইদা মমাগী

১। “লবঙ্গলতা” লাঃ ২.

২। শোক [illegible] দা ফোংলবসু উপন্যাস অসি ১৯২০ গী অতুবাইদা ইবা হৌখিবনি অমদি চহি খরা মতুংদা ইখি হায়না অইবা মশানা তাং ১৬। ৪। [illegible] গী অয়ুক উন্নত্তুনা রারী শান্নবদা ফোঙদোরকই। অসিনা য়ুম্নম ওইরগা 'মাধবী'গী মতুংদা উপন্যাস অসি থমজৈ।

য়াথং লৌখি। মহাক্কী য়াখলদা তাইবঙপানসি ইমাগী থৌজালদা হিং-লিবনি, পৃথিবীসিসু ইমাগী মওংদা ঈশ্বরনা শেম্বীরমই, তাইবংপানবা মপুবু খঙজগে হায়রবদি, ইমাবু মাক খঙদনা খঙবা ঙম্লোই থনখি।" ১

মহাত্মা গান্ধীগী য়াখলগী মমি তাবা অইবগী য়াখলনি হায়বা য়াই। মহাত্মা গান্ধীনা মমাগী য়াথংনা অরোইবা ওইনা লৌবদৌনা কমলসু মমাগী য়াথংনা অরোইবনি হায়না লৌবদনি বিলাতে চংলমদাইদা মমানা পাম্বা মতুংইন্না (১) শা চারোই (২) য়ু থকপই, (৩) মেম নুপী লৌরোই হায়বা য়াশক অহুমসি ঙাকখিবগুম[2] মমাগী য়াথংনা অরোইবনি হায়না চংখিবগুম কমলসু অতৈম চংখিবনি। মতুংদা হিজম অঙাং-হলসিংহগী 'জাহেরা' (১৯৬৪) লনা য়াই। উপন্যাস অসিদসু মতম অত্তুদা লৈরম্বা মঙনংগী মশক ওইবা সমাজগী চনবীবু পামদবা অমদি য়ানিংদবা ফোঙদোকপগী ঈশ্রৌ ওমা উবা ফংই লম অসিগী লোন অমত্তদা লোন্দুনা চপ মাল্লবা নাক-যেং অমত্তদা লৈতিন্নরক্কবা মৈতৈ অমদি পাঙল অনীগী নুংক্ক লৈবা অমাং অশেং অমদি চারো মৌরোনবা য়াদবগী চংনবীবু মরক যনা মুথপপা পামখিবা অঙাংহলনি। মৈতৈ পাথং অমগা, মৈতৈনা মাংই হায়না লৌবা পাঙল লৈশাবী অমগা অনীবু মানবতাগী য়ুক্ষমদা চান্‌হন্দুনা মপান্নোবগী ওইবা ধর্ম অমদি চংনবীগী পামদবা চৈথলবু লৌথোক্লে পৌনাংবা উপন্যাসকনি। ধর্ম খুদিংমক মপান্দা থেন্নজবতনি; মী ওইবগী ঈগীন অমদি লোনচক্তি পুন্নমক্কী ওইনা মান্নৈ হায়বসিদা অইবনা থাক্লে। নুংশিবা অমদি পান্নোইগী মরীদা মপানগী চংনবীনা নমহংপা ঙম্লোই হায়বা তাযম উংলি। অঙাংহলনা মফম অমত্তদা

---

১। শ্রীভাগ্য সিংহ, য়েংথোইবা, 'চাওবী' বিধুবাবু খুংনম ৩ বা, ১৯৫৭, লাঃ ৫৫

২। এস, কৃষ্ণমোহন, 'মহাত্মা গান্ধী অমসুং গান্ধী তত্ত্ব', অহানবা পন্দুপ গান্ধীনা অঙাং ওইরিঙৈ লাঃ ৫

লৈমিন্নবগা, সমাজ অমত্তগী মীওই ওইবনা তুং-তুং ওনশিল্লহুনা লৈবগুম তৌখিবা লৈ লৈ অমসুং পাউল অনীবু চান-চাম্লনা অমত্তা ওইনা লৈমিন্নবগী শেংলবা অমদি হুংঙাইরবা মুমিং অংগী আশা তৌজে। অইবগী লোন্দাদা— "গামিনী না হায়া চান্নরকপনি হায়না গোপালবু তোম্বী বিবিধীদা থম্মগা ইশ্কালদা লাকনা মথংগা উনখরে। মুখী কপ্পে নেকস্মু নোক্তে মুক্তক মুশিনখরে মী কম্মদা হায়রকপা লৈতনা গামিনীগগা তাল্লখরে। পৌশান্দা পুং ১১।। তাবদা মুখী থুঙাংঙে পাওলগী ফজবা উবদা মুপী জাতি লোপানবা, ওনখোকপনি হায়না থল্লি। মৈতৈগা পাওনগা হুংশিনবগী মুমিং অসিনা খুদম ওইনা লৌবা হৌরকই।[১] অসুম্না উপন্যাসকার অঙাংহলনা থর্ং অমসুং থাজনবগী রাখলদগী লাপথোক্লনা লৈনখবা মৈতৈ অমসুং পাঙন অনীবু অমত্তা ওইনা চান্ন-চিন্ননা লৈহল্লিংবগী অপাম্বা অসি মযেক শেংনা লানা ফোঙদোকই। সমাজগী হুংঙাইজবা পৌদাক অমদি রাথোকশিংবু য়াম্না ঈংনা মওং চুম্না মুথংনবা লাক্লনা থুংইনি। হিজম অঙাংহলগী অনিংবা অসিমক পুন্নুনা রাজকুমার শীতলজিৎস্মু লাকই। মতৈগা অসিগী থাদোকপা (১৯৪২) উপন্যাসতা হিন্দু ধর্ম্মগী মপান্থোংগী ওইবা চানবাদা লৈরিবা মাংবা-শেংবা, জাৎ তাবা, ইনথোকপা অমদি শেল-থুম শরা তিংলগা প্রায়শ্চিত তৌহুনা লৌথংপা অসিনচিংবা য়াম্না চৈনখনবা অমদি মীচং মীখায় নাইবগী চৎনবী অসি শীংথাই। অশেংবা ধর্ম্মগী মীওয়েংদা মী পুম্নমক অসি চপ মান্নে হায়বা অইদনা থাজে। উপন্যাস অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু রাংনা থাজংপা পামই অতুগা তৌবদবু ওইদবা অমদি পামদবা মপান্থোংগী চৎনবীদি অইবনা য়াবা ঙমদে। 'থাদোকপা'গী অতোপ্পা পাওজেল অমনা পুকচেল শেংনা ওইজবা থাদোকপা অমদি সমাজগী সেবা তৌবা অসিনি। উপন্যাসকী মিংথোলনা কোল্লিবা 'থাদোকপা' হায়বসি চুমদবা লীচং অমদি মশাগী ওইজবা থাদোকপবুনি। মতৈবা অসিমকী 'ইমা' (১৯৪৭)দা

১। অঙাংহল, 'জহেরা' নপুর সিংহ অহানবা ফোঙবা, ১৯৬৪, লা: ৩৭০

মতম অতুগী সমাজদা লৈরম্বা অচৌ অণাংশিংগী ওক্ত-লীচং অমদি অঙম্বশিংগী শেনজা থুমজাদা হালেংবা লৈতবা মওং অসি উৎনবা লাক্লে। মওং অসি চুমদবা অমদি মাওনাংঙাই ওইবা লীচংনি হাক্কবা উৎলি। মপুরোইবা লৈবা নুপাশিংদা মিতাবা অমদি ওহাক্কী ওইবা অরাম-থৌরাং কোক্নবগীদমক্তা লুনা চান্না তৌজরিবা মপুরোইববু হাং-তোকপা, মীহাৎপা অমবু আইন মখুংনা পাগরিবা গওম্বনা মীচঙ চঙহনা কনবা অতুগা প্রজাদনা শেল থুমনা উৎ চাইবা পূন্নমক অসি মতম অতুগী অচৌ-অশাং থরদা য়ান্না লাইনা থোকই। পামদবা লীচং শাজং অসি য়ানিংদবগী অমদি মসি শেমদাকপা পাম্বগী যৌইনশিন অমা অইবনা পীরি। মতুংদা অইবা অসিনকী 'রোহিনী' (১৯৪৮) থোরকই। মসিমক্ত 'ইমাগী মতৌওম খঙ্খোই অমদি মানবতাগা ওইবা বারী লীশাং অমনা মপুং ওই। অহুবু মাক মকক্তা য়েক্রকপা থৌদোক ব্রাংখোকশিংদা মতম অমগী সমাজগী মশেক-মলাক মপুং ফানা উৎলকই। উপন্যাস অসিনা কোল্লিবা মতমগী মণিপুরী সমাজদা শেল-থুমগী ফিভম ফত্তবনা মতমতুগা মণিপুরীশিংনা অসমগী অয়ুক মফমদা চা বাগান্নচিংবদা চংনরীগী রাফম উৎলি। মখোয়না লৈরিবা মফম অহুদা য়ুম-কৈ শাহুনা কুশি নুপীনচিংবা লৌহনা মপুনসি লেনখিবা কয়া য়াওবগী রাকম উপন্যাস অসিদা পেংনৈ। অতোপ্পা রাকম অমনা মণিপুরীশিংনা মণিপুর অমদি অসামচিংবা মীরৈবাক্তা জগোই ওইগা। কারবার তৌবগী রাফম অমা পল্লি—... "ইবেম্মসি অদোম্ম পুখিরকপরা ? .. ঙসিদি জগোই শাবী পুখিরকপগী ঐথোয়গীদ লৈখিবা তারে"।[১] কলা অমদি কলা-কারবু লাম্না শীঙ্কিন্নবা সমাজ অমগী মওং উৎপনি।

অসুমনা মতম অহুদা চংনরম্বা শেজনা-থুমজা অমদি মীতোপ মীয়াল ওইবী নুপীনা য়ুম অমদা লৈরবা মতমদা অনকপা নাক-য়েংকী সমাজনা

১। শীতলজিৎ, 'রোহিনী', কোইজম ইবোবী, ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৪, লাঃ ২৩-

লায়া থাজবা অমদি তোকওাগী মতেংনা বদনাম শন্দোকপগী মতাংনচিংবসি ময়েক শেংনা উংনবা লাক্লে। অসিগী মতুংদা অইবা অসিমকী 'মুংশি রাখেবা' (১৯৬১) থোরকই। উপন্যাস অসিদা মতম অহুদা ড্রাম' য়াওবা অমমুং য়াওবীশিংবু হনথর। তৌরা মীংয়েংদা য়েংবগী অরানবা চংনবীহু য়ানীংদে হায়বা উংলি। মাসিগা লোয়ননা ড্রামাগী লমদা থেংনরিবা লীলা য়াওবা অমমুং য়াওবীশিংগী পামদবা লীচংপুশ অইবনা য়থার্থগী মীংয়েংদা য়েংননা লাক্লে। শেল খুমগী ফাভম ফত্তবা মণিপুরগী ফিভম পাক শন্না শীংখাই। লালানাচবা কলাশিংবু থৌগতুনা ইবা উপন্যাসনি। মাগী লীচংপু শেমদোকপা পাম্বগী রাখল অমা ময়েক শেংনা উংলি।

১৯৭২ দা আর, কে, এলাংবমগী 'মরুপ অনী' থোরকই। উপন্যাস অসিদা পৃথিবীগী অনাশুবা লানরাং মতুংদা থোকখিবা মণিপুরগী ফিভম ময়েক শেংনা উংনবা লাক্লে। লান নংাব, মণিপুরী সমাজদা লাকখিবা অরাবা কয়া শিংথানবা লাক্লে। লানগী হমাংবা কয়া অমদ লাঞ্জাশুনা নৈহংলবা খুঙ্গং অমদি সহরগী মাও তাকহৌবা ফিভম কয়া উংলি। লাননা মমা মপা হাংতোকপিরবা অচোং অনানা মওং চাদ্রবা পুন্সি লেনখিবগী রারানা মপুং ওইবা উপন্যাসনি। লৈতানথেম রামসিংগী 'জাৎ ওনবা' (১৯৬৪) উপন্যাস মণিপুরী সাহিত্যদা চংনবীগী রাংমদা হেৎবা অকনবা লানহো অমগা লোয়ননা মণিপুরগী সমাজদা কন্না চংনরিবা বামনগা মৈতৈগা লোনা-লৈনবা য়াদবা হায়ব চংনবী অসি অইবনা শীংনরকই। মানবতাগী মীংয়েংদা মুংশিবা হায়বসি মীওইবগী লীচংনি, মসিবু মপানগী ওইবা ওইদবা চংনবীনা থিংবা অমদি থিংহনবা য়ারোই হায়বগী অকনবা থোল্লাউ পুরকপা উপন্যাসনি। মীওইবনা শেম্বা, পামদবা চংনবীনা থল্লবা সমাজ অসিবু খাদোক্লনা চংখিবা পাম্বগী রাখল অমা অইবনা পীরি। থিংতমজ্রবা মীওইবগী থোংলবা মরীবু থিংনবা লাক্লবা

লৌনবা য়াদে হায়বা পল অসিবু নমখায়রয়গা অমদি ইনথোরকদবা সমাজবু হায়না ইনথারগা অপনবা লৈত্রবা চীংসনদমদা খুন্দা লেতাদুনা লৈখিবা নায়ক অমগুং নায়িকা অনীগী অরাব। পুন্সি মরেল অমা উংপা উপন্যাসনি। অরাবা পুন্সি অসিবু হয়াও হয়াওনা মায়োক য়াখিবা নায়ক নায়িকাগী মীচঙ চঙদুনা অইবনা চংনবী অসিবু শীংনগে লাক্লে। মতুংদা হিজম গুণ 'সংহুনা মাগী ইহান হানবা উপন্যাস 'লমন' (১৯৫৮) দা ইতিহাসকা ওইনা য়ুম্ফম অমদা মীনাই অমসুং নাইথাংগী চংনবী অমদি চীং অমসুং তমগী মরক্তা লৈবা য়েংথিনবগী মওংবু মরূ ফংনা মুংথংপগী অপাম্বা অমা ময়েক শেংনা উংলি। মীনাই ফুঙ্গা লিংবগী চংনবী অসি মুথংপগী মতাংদা অইবনা মরু-ওইবা মুপী পাত্র ওইরবা তমুবীগী মচিন্দগী শেংনা য়াহৈ অসুমনা য়েঙদোকই — "মীনাই ওইদুনা মাগী লুখাক চাদুনা পুন্সি লেনগদবগী শরুক্তা চীংদা কাদুনা নথোয় খাইগী মরক্তা লৈজবনা ঐগী লাইবক ফবনি শন্দুনা লাকচবনি নমোম্না, ইরোন ইরান তাক্লবানি। ইপুরোইবগা কায়নরবানি ঐবু চঙজফম পীবীয়ু।"[১]

মতম কুইনা য়েরুদুনা লাক্লবা চীংমী অমদি তম্মীবু নৌহোননা চান্ন-চিন্নবা অমত্তা ওইবগী রাখলগা লোয়ননা লৈমিন্নহন্নবগী লংলা লংজিন অমা অইবনা কাঙলি। লৈভাক্লোনগী চুপলী পায়রিবা অচৌ-অশাংনা প্রজাবু অমদি অপাম মাহৌ লাংদা খুদুনা মুপীবু শাংপোৎ ওংনা লৌরকপগী পামদবা ফীভম অসিবু অইবনা ময়েক শেংনা উংলি। শেষ থুমগী থুয়া তুশিল্লবা ফীভমনা প্রজাবু য়ানা পুন্সি লেনহনবগী থৌদোক রাথোক কয়া উংনবা লাক্লি। মণিপুরী সমাজদা চংনখিবা অমদি চংনরিবা ভোল্ল-তারবশিংবু অচেং অচেংদা পায়দুনা তুহংপগী মওং

১। গুণ 'লমন' হিজম চন্দ্র সুরধবনী, ৫শুবা ফোঙবা, ১৯৮১, লা: ৪১

অসি অইবনা কন্না য়াল্লিংদে। মীওি মা ওইনা হিংবা তাবনি অমদি হিংমিন্নবা তাবনি হায়বসি অইবগী খোল্লাউনি। মান্নবা অমদি অমত্তা ওইবগী রাখল লানথোক্লবা হোংনরিবা উপন্যাসনি।

পুনেনশেম ইবোহল্না মাগী উপন্যাস অনা 'ইমানা ঐবু মাওহনবনি' (১৯৬১), অমদি 'ঐদি ওক্তবীনি' (১৯৬৩) পুথোরকই। অহানবগীসিদা লন-থুম মীহৌবদগী লমচৎ নাইবা মরম ওকপা লুপা অমবু নমথুনা ওক্তবী ওইহনরিবগী য়থার্থদা মুক্ষম ওইবা রারী অমা য়াওই। মুপাবু অহল লমম্না শেন্দান লম্বাগী পাথৈ ওইনা শাজিন্নরকপা অমদি চয়বা য়ুম অমগী মনেম্মা ওইগদবী মহাকপু শান্নপোৎ ওইনা শীজিন্নবগী থৌদোক অমা অমি। সমাজদা লৈরিবা ওক্তবীগী লমচৎ অসিবু অইবনা মীমুংশিংগা লোয়ননা য়েংই অদুগা লোয়ননা খিংনবা লাকনৈ। অনীশুবগী 'ঐদি ওক্তবীনি' (১৯৬৩) হায়বা উপন্যাস অসিদা অহানবদা তৌখিবগুম ওক্তবীশিংগী পুন্সিবু মতুং হন্তিন্না য়েংনবা লাকনৈ। উপন্যাস অনীমক্তা অইবনা থাজবদি ফত্তে হায়রিবা ওক্তবীশিং অসি মপানথোংদদি কবা মাল্লিবা সমাজনা নমথুনা ওইহনবনি অমদি নাকোয়ননা য়োক্লিবনি হায়বা রাফমসিনি। মিহৌবা অমদি ইরাংদা তাউগ্রবা সমাজনা মুপীবু সেরান্নবা লম্বেলদা নমথুনা চৎহনবগী ফাওম অসি লৈরি হায়বসি অইবনা উৎনবা লাকরি। অসুমনা ওক্তবাশিংগী কত্তবা মতৌ অমদি মখোয়গী মরমদা নিংখিনা উৎলবা মতুংদা সমসা অসি কমদৌনা কোক্কদগে হায়বগী চাম্বেল অমসু নাকোয়ননা পীরকই। উপন্যাস অনী অসিদা থুমনথেম ইবোহলনা লৌখংলিনা ওক্তবীগী সমস্যাবু নাকোয়ননা সমাধান তৌননা হায়বদি কোক্লবা উপাই মতাং থরদা পুথোক্লমী। মীওইবগী লমচৎশু শেমদোক্কথা অমদি মরাইবক থীরবী চয়শিংবু মৌহৌননা সমাজনা অফবা ইমুং মমুংদা পুশন্দুনা থমবগী লমবেল অমা উৎলম্মী। সমস্যানা মরু ওইবা উপন্যাসনি। সমস্যাগী সমাধান থিরিবা উপন্যাসশিংনি হায়বা য়াই।

মথংগী চহীদা হায়রবদি ১৯৬৪ দা গুণগী 'খুদোল' ফোঙলকই। মণিপুর অমদি ভারতকী অতৈ লমশিংদা অনী শুবা লাঙ্গাঙ্গো পীবা পামদবা ফল কয়া উৎনবা লাক্লে। মুংশিবা অমদি অপাম্বা অনীগী মরক্তা লৈরিবা মুক্রবা অমদি শেন-থুমগী ফঁভম কত্তুবনা সমাজদা তোক্সনা হিংলিবা মীওইশিংগী অরাবা মহিং উপন্যাস অসিদা উবা ফংই। মুংশিবা হায়বসি মপাশথোংদা লৈতে অছুনা মুংগী ওইবা লীচংনা জাং-বিজং লাইর-ইনাক খুনবা অমদি কোন থেম্নবা অসিনচিংবগী মাম্নদবা কয়াগী মরক্তা অমগা অমগা পুক্চেল্ল তিন্ননা হিংমিন্নগদবনি হায়না মাথল অমা উপন্যাস অসিনা পুরি। মশাগী পুন্সিবু আতোপ্পদা খুদোল ওইনা তত্থী অমগী খুদোলবু হুরাওনা তাইবং অসিগী চংনরোল অমনি হায়মা অইবনা লৌই। সমাজ সেবা তৌবগী অমদি লৈমিন্নরিবা মীওইবগী সেবা তৌবগী কান্নবা মুংঙাইবগী পাউজেল অমসু শুপনা পী। মথংগী মহাককী উপন্যাস 'অরোইবা পাওদম' (১৯৬৫) দা অমুকসু হন্না অনী শুবা লাঙ্গাংগী তমথীরবা চৈনাখোলনা মণিপুরগী প্রজাশিংবু মথোং মরম খঙদবা পুন্সি লেলহনবগী মতাং অহু ময়েক শেংনা উৎলি। লাননা শোকহল্লবা মণিপুরগী সমাজবু মঙুং অমসুং মপান্দগী য়েংনবা লাক্লবা উপন্যাসনি। লাননা পুরকপা লাইর-অনংগী পুন্সিনা সমাজগী মীওইববু কয়াগী মতিক রাহনবা হায়বত্থ মথা তানা উপন্যাস-কারনা উৎলি। মবক অসিদা মিহোৎলাংনা হুপীবু শাম্নপোৎনি থন্দননা তাশংনা কুংশিনরবা মীওইশিংনা তামনা অমগীদমক অমদা কংথোক্লবা, মমৈদা ক্চম্বা অমদি অফবা নীনা মায় পাকপা উৎলগা সমাজ অসিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক্তা মানবতাগী মুখমদা শেমগৎপা তাইবগু লমচং অমা পাউজেল ওইনা পীনবা লাক্লে। অপুনবগী ওইবা সমস্যানা মপুংওইবা উপন্যাসনি। ১৯৬৬ তা ফোঙবা গুণমককী 'ঐথোয় তাদা' হায়বা উপন্যাসতা খুঙ্গংগী লবুক্তা চমনা লেল্লিবা পুন্সিদা থেংনরকপা অচৌ অশাংবা ওংপা অমদি শেঙ্গা থুমজানচিংবা তৌহুনা অচৌম্পগী

খল্লূদবা মশাগীতা য়েংবা লৈপাক চুপ্নি পায়বা মীওইশিংগী লিচংপু মতুং হনজিন্না য়েংনবা লাক্লে। চমজরিবা মীচম প্রজাবু পোইশঙ পুবা অওম্বশিংনা ওইদবা রাফমনা থাজতল্লগা অচেং অচেংবদা পায়বা, নমতুনা চাবা অসি য়ানিংদে হায়বা উংলি। অইবনা রাকংলি —
"কনান। কনাদ। পীগাদৌরিবা: ভাংনবনা অমা, ইনবনা অমা, করম্বনা চুমলিবা? মীনা ফজ্রবদা আইক্লা ফহনবা ওম্মা, শেমদোকপা য়াত্রা? মখোয় অসিগী মমাংদনিবো এখোয়না খুং লোননতুনা খুকউ লৈপাক তানা ভক্তি কত্তুনা অচুম্বা পীজখিবা"
মণিপুরী সমাজদা চংনরিবা অনেম অরাংগী রাখল অমাং অশেং অমদি চারৌ মোরৌনদবা চাকতিন ফীদিন্নদবা অসিনচিংবা অসিগী মায়োক্তা শুণনা লানখৎলি রাকং কয়া। লাল হৌবর্মাক্তি নত্তে। শুণনা হৈনজবা মানবতাগী য়ুমফমদা শেমজবা মীমুংশি অত্তোপ্পগী ফনবা তৌবা পুকচেল চাউবা অমদি ময়ামগী সেবা তৌবা হায়বা লিচাশিং অসিনা পাকশন্না শৌগৎহল্লি। মী অমা শেম্বা হায়বসি ইমুং অমা শেম্বনি ইমুং অমা শেম্বদি লৈকায় অমা শেম্বনি লৈকায় অমা শেম্বদি লৈপাক অমা শেমগা মান্নে হায়বগী থাজবদা তোল্ল তারবা মীবু শেমগৎলিনবা অমদি শেম্বীনবা থৌইনশিল অমা নাকোয়ননা পীরি শুণগী 'এখোয় তাদা'দা।

এ, চিত্রেশ্বর শর্মাগী 'লৈপাকলৈ' (১৯৬৮) ফোঙলকই। মুপী অনী অমদি মুপা অমগী মরক্তা লৈবা মুংশিবগী শক্তমবু পাক শন্না উংপা উপন্যাসনি। মুপা অমদা মুপী অনীনা তামনা ফোংনা অমনা লোম্না মুংশিবগী মতাংদা ফোংনা মুংশিরিবী মুপীতুনা লোন্না মুংশিরিবী মুপী অচুগীদমক্তা মানা মুংশিরিবা মুপা অতুবু করিগুম্বা মখলগী অশাওবা অমদি মিচুইবগী রাখল পাংদনা থাদোকখিবগী রাফম উংপনা

১। হিজম ইবা 'এখোয় তাদ ইম্ফাল বুক হাউস, অহানবা খুংনম ১৯৬৬, লা:৮১

উপন্যাস অসিগী পোলোইনি। পুন্না ছিংমিন্নরিবা সমাজদা মীগা মীগা, মরূপকা মরূপকা য়েক্লবগা মরূপকা থেংজিন্নবা অমদি মায়োন ভিন্নরুবা মতাংদা থেঙ্গায়নরকপা য়াবা হীরম কয়ামুক লৈ হায়বগী রাফম উংলি। মতাং অসিদা উপন্যাসকারনা পুকচেল চাঙবা অমদি অতোপ্পগী ফনবা তৌবা হায়বা অফবা লীচং অসি সমাজদা তঙাইফদবা মঙল অমা ওইনা পুশিল্লকপা পামই। থাদোকপদসু সৌশিনবদা ফংলিবা মুংঙাইবা অমদি অপেনবহ শোয়দনা ফংই হায়বসি চিত্রেশ্বরগী পাউজেলনি। মতুংদা থোরক্কই থোইবী দেবীগী 'মুংশি ঈচেল' (১৯৬৭)। উপন্যাস অসিদা নহারোল মুপা মচা অমদি মুপামচা কয়া মহে মশিং তম্বরোমদা থরাই রাওদবা কোম-লংদুনা মওম মাঙহনবা অমদি মশাদা নত্তনা লম্বেলদসু অপানবা ওইবা য়াবা থৌদোক-রাথোক কয়াবু যথার্থগী মীংয়েংদা উংনবা লাক্লে। লাইরিক লাইগু তম্বা তাংকক অমা লোইরবা মতুংদা সরকারগী থবক তৌবা পান্নবা অতুগা থবক্কুদি অকক্লবা মশিংদা লৈবনিনা পূন্নমক ফংনবদি ঙমদবা, অসিদগী অমুক থবক ফংদবগী সমস্যা অসি য়াম্রিবথে কোকনবা উপাইসু উপন্যাসকারনা থিনবা লাক্লে। অইবীগী মত মতুংইন্না চাকরী তৌবা ঙাক্তনা পুন্সিদা মায়পাক্কদবা নত্রি লনাইগী ওইবা লম্বেলদা লৌশিং অমদি পাঙ্গল নীজিক্তুনা মশাগী অমদি ময়ামগী কান্নবা তৌবা য়াবা থবক মশীং লাকঙমদনা লৈরি হায়বসিনি। লৈজবা খজিক্তুংনা পুকচেল শেংনা হোংনহুনা কল কারখানানচিংবা লিংবদা লনাইগী অমদি অপুনবগী ওইনা য়াইফবা পুরকপা ঙমগনি হায়বসি উপন্যাসকারনা থাজজে। থবক খুদিংমক চপ মান্নে। অনেম্বা অমদি অরাংবগী রা থোইনা লৈতে। থবক খুদিংমক মশা মশাগী ওইবা মগুণ পুদুনা চংলি। অদুনা থবক অমা হেক্তা পায়বা য়াই। পুকচেল শেংনা নীংথিজনা থাজবা পতুং অমগী আশা তৌরবদি থবক অংনা লনাই অমদি অপুনবগী পুন্সিদা অফবা মহে পুরকনি হায়বসি উপন্যাস অসিদা উংলি। তঙাই ফনদা চঙদবা য়াদবা শেল থুম্বু হেন্না চিকশিন্দুনা অমদি পৈশিন্দুনা থম্বা অসিমক লন-থুম মাঙনবগী মচাক্নি।

অতুনা নাক-য়েংবা লৈরিবা মীওইশিংগী কান্নবগীদমক অকনা থবক পৌরম কয়াদা অয়াম অমদি অতওপা মওংদা দাননচিংবা তৌগোকপদা নিংঙাইবা লৈরোইদবনি হায়দসি উপন্যাসকারনা উৎপা পামজে পুন্না হিংমিন-নবনা হীরম অমদি থবক খুদিংমক্কা পুন্না চংমিন্নবগী অপাম্বা অমা ময়েক শেংনা উংলি। চহি অসিমক্তদা (১৯৬৭ তা) পাচা মীতৈগী 'হয়াদ বেগম' থোরকই। উপন্যাস অসিদা মণিপুরগী তঙাইফদবা প্রজা ওইনা লৈরিবা মুসলিম সমাজদা চৎনরিবা মুপী লোনবা, মপুরোইবা লৈবী মুপীবু মমল হল্লপা লৌবা য়াবা লোয়ননা মুপা অমদি মুপীগী মরক্তা লৈবা অকুপ্পা মরীশিং পাচানা উৎনবা পাক্লে। সমাজ অসিদা মতমগা চুনদনা থোকপা চংনবী অমদি থাজনবা থরস্থু অতুমক উংলি। মুংশিবা অমদি মীমুংশি মীৎইবগী পুক্নিদা চংই। হিন্দু হায়বা লৈতে, মুসলিম হায়বা লৈতে, চপ মান্নে হায়না অউবনা থাজবি। ১৯৮৯ দা ফোঙলকপা পাচাগী 'না তাথীবা অতল অমা' হায়বা উপন্যাসতা সমাজদা চৎনরিবা পামদবা থৌদোক য়াথোক কয়াবু আনৌবা খুদলায়োক অমদা লাম্বোয়বা লাক্লে। মুপা-মুপীগী কোময়থোক্লবা মরী, মন্ত্র-যন্ত্রগী মতেংনা অমদি পোৎশেম যাম্বগী মতেংনা অতোপ্পা মুপা মত্ৰগা মুপীগী মাতুনবা তৌবা, মপান-থোংজদি নেত্তা মানবা অতুগা মমুংদদি বৈবাক মুংশিবগী য়াখল চেন্দবা, য়াথেক লাম্বোয়বী মতাংদা অচম অদৌশিংনা শেংনা থুমজা তৌদনা অশেংবা বিচার তৌদবা, চিনগা থুংকা মান্নদবা অসিনচিংবা থোকহল্লিংদবা থৌদোক কয় সমাজ অসিদা লৌক্লি হায়বা উপন্যাসকারনা পাকপন্না উৎনবা লাক্লে। সমস্যা থবা লৈবে হায়বা খঙনা উৎলবস্থু সমস্যাশিংবু কয়মা কোকহনবদগে হায়বগী উপাইদি উপন্যাসকারনা থোক্না পুথোক্লম্বা লৈতে। খুংইদা চাংয়েং থুংই অমা উবা ফংই। অমবা অসিমক্তী ১৯৭১ দা ফোঙবা 'হুংগাল অমসুং মাগী ঈশিং মুংলিংকী ফিভম' উপন্যাসতা ইম্ফাল মমুংদা লৈরিবা সমাজগী লোন্না হংদি ফেংনা চংনরিবা য়াম্না হেন্না পামদবা থৌদোক য়াথোক কয়া উৎনবা লাক্লে।

ফংনা মাওহনখিবা উপন্যাসকারনা পাএজে। অমাং-অশেং মপাম্মোংগী চৎনবীনি। মুংদগী য়েংলকপা তারগদি মী পুম্নমক অমত্তনি হাম্নবসি য়াম্না শেংনা উংলি।

চহী অসিদা পাচা মীতৈগী 'হজ্জ' (১৯৭১) উপন্যাস থোক্লকই। 'হয়াদ বেগম' দা উৎথিবগুম মনিপুরী মুসলিমশিংগী মণিপুরী সাহিত্যদা মফম য়াম্না লিক্না কল্লিবা অচৌবা সমাজ অমগী মশক উংনবা লাক্লবা উপন্যাসনি। ১৯৭৩ দা অইবা অসিমক্কী 'আনৌবা পাও অমা' উপন্যাস লেওলকই। উপন্যাস অসিদা মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না ওন্নলক্লিবা সমাজগী ফিভমবু শম্লপ শম্লপা উংনবা লাক্লকই উপন্যাস অসিদা সমাজবু মপান্দগী য়েংবগা লোয়ননা সমাজগী কায়াৎ ওইরিবা মীওইববু মুংদগী য়েংনবা লাক্লরকই। মীগী মমল হনথরক্লবা সমাজ অসিদা পুন্সিবু য়াম্না থাজন য়েংলিবা মীগী থম্মোয়দা ফাওরকপা ইহৈ হৈনাংদবা অমদি হজ্ঞানরকপগী ফিভম অদুবু পাচানা উংলি। পুন্সি অসি ইয়াং য়াংবা ইতোও তাওবা মহি ময়াই ইকায় কম্মকপা পোৎশক অমা ওইনা উরকই। অনৌবা য়ুগনা পীবা অনৌবা মথলগী মীওইবগী রাথলনি। সমস্যানি। অদুবু সমস্যা অসি কোক্লবা উপাইদি অইবনা থোইনা থিরমদে। অইবা অসিগী উপন্যাসিকা অমসু ফোঙলকই — 'লম অসিদ ঐবু খওবা অমতংদি থোরকপা ফৈ' (১৯৭৫) ডাইরিগী মওংদা ইবা উপন্যাসিকানি। মমুং ফাওনা ওল্লকপা সমাজবু নৌহৌনা য়েংনবা অমদি য়েক্লবা লাক্লরকই। লৈমিল্লরিবা ইমুং মমুংগী মীশিং অমদি নাক য়েংকী সমাজগী মীওইশিং অসি অমগা অমগা মোংম মোংমগী অমুম অমুম লাপথোক্লরকপগী রাথল পরাং অমা উংনবা লাক্লরকই। মপানথোংদদি নকপা মাল্লগ মমুংগী লীচৎতা মায়োক্লবা মাগকৈরোমদা চৎথোকখিবা রাথলগী লাচৎপু পাচানা য়থার্থগী মীৎয়েংদা য়েংনবা লাক্লরকই। থুংই অমদি হীরমদা অনৌবা মথলগী উপন্যাসনি হাম্নবা য়াই। সমাজগী কায়াৎ ওইরিবা মীওইবগী লাচৎ অমদি

লোনচংপু যথার্থগী ওইবা মীৎয়েংদা য়েক্নবা লাক্নবা উপন্যাসনি। পাচাগী উপন্যাস অয়াম্বা যথার্থদা যুম্ফম ওইবনি। যথার্থগী য়াক্লবা মঙাল মরক্তা অইবগী সমাজবু, মরমদমবু অমদি মজাতিবু লেশেংনা চেৎনা মুংশিজবগী শক্তম অমদি ফাওরি। শক্তম অসি অতাংবা শক্তমনি।

মতুং অসিদা অনৌবা উপন্যাসকার কয়া থোক্কই। উপন্যাস কয়া পুথোরকই। অয়াম্বনা সমাজগী ওইবা হীরমদা ইনরকপনি। নৌদ নৌবা অইবা নহা কয়ানা মুংশিবা অমদি মিতাবগী হীরমদা মপুঙ ওইবা অয়াংবা থাককী উপন্যাস ইবদা থরায় য়াওনরকপা থেংনৈ। হান্নদগী উপন্যাস ইরকপা কয়ানা মথা অতুম্মক চংথতুনা থুং থাবা লেপ্লদ্রি।

হেংবা নাইবা মীওইবগী পুন্সিনি। মী ময়াম পুল্লগা সমাজ অমা শেম্মী। মীওইবগী লাচংপু য়েক্লিবা উপন্যাসনা সমাজগী লীচংপুসু মতম মতমতুগী ওইনা য়েক্নুনা থমহোই। সমাজগী ওইবা খোঙচংপু তাংকক তাংককা ওইনা লাচন্দনা শোয়দনমক থমহোই। সমাজগী ফাবমবু লাচল্লিবা উপন্যাস মণিপুরীদা তাঙনা থোক্কে।

মণিপুরী সাহিত্যদা মচল অসি লাকখিবা কুইদ্রি ইং শক ১৯৩০ দগীদনি। মতম থরতগী মমুং অসিদা নথল কয়াগী উপন্যাস কয়া লেপ্পা লৈতনা থোক্রক্লি। "শয়া হায়রবদা মণিপুরী উপন্যাস মতম খজিক্তগী মমুংদা ফনা য়াম্না মশা-মরেং শন্দোকলকপা উরি। অনৌ অনৌবা উপন্যাস কয়া অমা ঐথোয়না উখিগনি থাজৈ।"[১]

---

১ হিজম গুন সিংহ, 'মণিপুরী উপন্যাস' 'পরিষদকী অনৌবা মণিপুরী য়ারেং লাইরিক' (সম্পা,ডাঃ আই আর, বাবু সিংহ), মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, অহানবা শায়োন, ১৯৭৩, লাঃ ২১

অশেংবনি মতম অসিদা মনিপুরী উপন্যাসকী মশক অসি মখল মথা য়াম্লে। হীরম অমদি মফোঙদোক্কী মীৎয়েংদা চাংয়েংগী শক্তোন পুবা কয়া অমগ্ন লেপ্পা লৈতনা উরক্লি। মরক অসিদা সামাজিক চেতনাদা য়ুমফম ওইবা উপন্যাসকী চাংদি পেন্থোকপা য়াবা হায়বত্থু নক্তি। ত্তৌবগীদি উপন্যাসকী পোথোক অসি অতৈ মচলশিংগা য়েংনরুবদা পেন্নীংঙাই ওইদে হায়বা য়াই। সমাজগী ওইবা চেতনাগী লমদাংদি হায়দগী অমুকস্থু হেন্না চপশিনখরে হায়বা তাই। হৌজিক্কী অনৌবা উপন্যাসনা য়াম্না কন্না কোনশিল্লিবা অসি মতমগী পুন্সিনি। মতমগী পুন্সিদা সমাজগী ওইবা য়াফম য়াওদবদি নত্তে অত্তবু অনৌবা যুগকী অনৌবা য়াথল্লোনবুনা হেন্না উংখিবনা সমাজগী ওইবা সমস্যা শাগোন্নবা উপন্যাসতি তাঙনা অত্থমক থোক্লি

---

মীওই কয়ানা শেম্লিবা সমাজগী পুন্সি অসি ভত্তনা হোংবা নাইবনি। "পুন্সি অ সমক লেঙদবা নত্তে তত্তনা হোংলিবনি। অওনবা পুন্সিশিংনা শেম্বা সমাজদা অহোংবা হায়বসিদি থোক্তবা য়াত্রবনি। মীওইবগী পুন্সি অমম্লং সমাজগী অহোংবা হায়বসিসত্তবু মীওইবগী লমচত্তা অহোংবা অমা য়াওদনদি ওইথোকে।"[1] অসিগুম্বা অহোংবা শক্তমশিংসি অতম্পা খোঙ-থাঙদা নত্রগা অথুনা শক্তমদা ওইবকপা য়াই। মতমগী ওইনা অহোংবা নাইনসিতনা সমাজ অমবু মতম চুপ্পদা হিংহনা লৈহল্লিবনি, মরম অসিনা অওনবা হায়বসি সমাজ অমগী কওইবা থরাই অহনি।[2] অনৌবা যুগনা লাকপদা ঐখোয়গী পুন্সিদা খুং-শা হৈবগী ওইবা অওনবা (টেক্নিকেল চেঞ্জ) বয়া পুশিল্লকপসিম্নু চংনবি। মসিনা ঙসিগী অহোংবশিং অসিগী খোঙজেল য়াঙথংহল্লি। ঐখোয়গী ইমাঙমক্তদা তেল্লবা চহী থরগী মনুংদা অহোংবা কয়া থুংলরি। অসিগুম্বা মথল মথেলগী অহোংবশিং কয়াগী মশকসিনা উপন্যাসকারশিংদা অকনবা ইথিল পিরকুনা য়াওল কয়াগী মমি তাবনি। ক্লার্কনা পৃথিবীগী লাম্তাংনা পুরকখিবা অচৌবা অহোংবা কয়ানা ওইহল্লকপা বেঙলগী পুন্সিগী শক্তম অমদি অহোংবশিং অসিনা

---

১। Dr Radhakrishnan, 'We cannot hope to change human life and Society, without a change of human nature,"—Religion and Society third impression, 2nd Edition, 1956 P. 48

২। Ronald Fernandez, "We must therefore, assume that social change is a more or less potent force in any society at any time. – Social Psychology through Literature, 1972, P 399.

উপন্যাসতা তারকপা মমিশিংবু মরিক চুম্না উৎলি।[১] অশেংমক য়াওলশিং অসিনা উপন্যাসপু মমায় চুম্বগী ফিভম কাওবা য়ৌশিল্লকই। মসিগুম্বা মতম মতমগী সমাজগী শক্তম অসি ময়েক শেংনা শেংনা উৎথোকপা ওম্বসিদা উপন্যাসকী মমল রাংনা লেপ্পরম্মী। রুসভানা সমাজগী মশক চপ চানা উৎপা ওম্বা উপন্যাসপু ইকাইখুম্নহনা ইতিহাসতগী মসিনা হেন্না চেকশিন্না শীংথাখি। পোৎশক অসিমক অইবা মশামক্কীনি।[২] অহোংবশিং অসিনা য়াওল কয়াগী মতুংদা হায়গী ফিভমদা অমুক হল্লক্তবদি নত্তে, মরমসিনা ইতিহাসতি অমুক হল্লকই হায়না লৌনবনি। টোলষ্টোইহৃম্বা অচৌবা উপন্যাসকারনদি ইতিহাসকী থিংওমত্রবা ঈচেলনা পুরকপা সমাজগী শক্তম অসি মীওইবনা শেমলুবা নত্তে হায়বসি মহাক্কী 'ৱার এণ্ড পিস'[৩] কুম্বা অচৌবা উপন্যাসতা ফোঙদোকই থিংবা ওমত্রবা মীওইবগী ইতিহাসকী ঈচেন্দা মাওই পুন্সিনা শরুক য়াহনা তাউথরকপনি, মীওইবন য়াওন কয়া পুরক্কদবা ইতিহাসকী ঈচেল শেম্বগী হক লৈতে হায়বসি উৎলি। অহোংবা হায়বা ঈচেল অসিনা পুন্সি অমম্তুং সমাজবু হোংহনবনি, লানগী মুংশ হৈত্রবা অমদি মসিনা পুরকপা সমাজগী অচৌবা অহোংবশিং অসি টোলষ্টোইনা মাগী উপন্যাসতা অচেৎপা দর্শনগী শাফুগা লোয়ননা উৎথোকই। ইতি-হাসকী তেমথেংনা হোংহল্লকপা সমাজগী শক্তম অমদি মসিনা পুরকপা পুন্সিগী চৈনাখোল কয়াদি পৃথিবীগী অচৌবা উপন্যাসকার কয়াগী অচেৎপা খুৎই ওইনরি। দিকন্সনা মাগী 'এ টেল ওফ তু সিতিজ' দা থরাই

১। T, U. Clark, Novel in India its birth and development. George Allen and Unwin. 1970, PP. 21.-22.

২। মথক্কীসি, লাঃ ১৩৩

৩। War and Peace (Tr. by) Luice and Almer Moude, Great Books of the Western Worlds, Britainica Books, vol. 50

কয়াগী মাঙনফম ওইরবা লালহৌ অমদি মীওইবগী আশা কয়াবু থুগায়বা অমসুং শাগৎপগী থেঙ্গায়নবা অমদি সমাজগী য়াওন কয়া লাকখিবা মশক্তু উংলি।[১] সমাজ অমগী মসুংদা মীগা মীগা মায়নবগী অমদি মীওইবনা মীওইববু তুহংপগা শক্তম কয়াগী মরক্তা লমন খুমখিবগী মশক অমগা লোয়ননা অচুম্বা পুন্সি ফংনবা পুন্সি কয়া তাকখিবা শক্তম উংলি। ইতিহাসনা পুরকপা য়াওনদা মীওইবনা পাংমজনা অমদি পাম-জদনা শক্তক য়ারকপা অহুনি। মসিনা সমাজবু অচৌবা অহোংবা মায়কৈ অমদা পুরকখি। লানগী মীমুংশি খঙত্রবা শাজংপু নিন্দা তৌগ্রবা (মীথাইল) সোলোাকোভনা লাঙ্গাওশিংগী তনথীরবা ফলনা ওইহল্লকপা সমাজগী মশকপু মীমুংশিংগা লোয়ননা উংথোকই। অরা-অনানা থল্লবা লানগী মথাক ওইনা লেমহৌবা পুন্সি কয়াগী সমাজনা মহাকপু থম্মোই শোকহনখি। পুন্সি কয়াগী মুংনফম ওইরবা লানফমদা ওংপীরবা অমদি আশা কয়াগা লোয়ননা সাগংখিবা সমাজবু উফুল থোক্লা থুগায়খিবগী য়ুমফমদা অনৌবা সমাজ কয়া মীকপ মীরাওখোলগা লোয়ননা শাগৎপা তারকপা মশক অমা 'এন্দ কাইট ফ্লোজ দি দোন' অমদি 'এ ফেট অফ এমেন' হায়বা উপন্যাসশিংদা উংলি[২]

---

১। 'It was the best of times, it was the worst of times. it was the age of wisdom, it was the age of foolishness, it was the epoch of belief, it was the epoch of incredibility, it was the season of light, it was season of Darkness, it was the spring of hope, it was the winter of despair, we had everything before us. We had nothing before us"—Charles Dickens, A Tale of Two Cities, Den Dutton, reprinted, 1979, p: 1

2। Solokhov Mekail "And quiet Flows the Don, part III, Tr. by Stephen Garry, London Putnam, Sixth print, 1978.

লানফমনা পুরকপা অহোংবা কয়াসি তঙাইফদনা অফবা মশক্তা ওলহল্লকনি হায়না চেংনা থাজবা অইবা কয়া লৈতবা নত্তে। সভ্যতাগী য়াওন্দা লাননা সমাজদা চাওখৎপগী য়াওন তন্তনা পুরকই, মসিনা পুরকপা অথুবা য়াওনসি করিগুম্বা থৌদোক অতৈনা পুরকপা য়াওনগা চাংদমবা য়াদে। জর্জ থায়ারনা ১৯৪৫ দা পৃথিবীদা লানফম ৫৫ থক থেংনখি; অসিগুম্বা লানফম অসিনা মীওইবগী সমাজদা চাওখৎপা হায়বা ফত্রবা য়াওনবু পুরকখি হায়বসি নীংখিনা উংলি।[১]

অসিগুম্বা রাখল অসিবু য়েংলুরগা মীওইবা হায়বসি তমথীবা থৌদাং পাওলগা অফবা ফল পুরকপা ঙম্বা জীবনি হায়বসি নীংশিংবা য়ারি। "অশেংবা মীওইবা হায়বসি থুগায়বগা লোয়নবা শাগংপসু ওইরিবনি।"[২] য়াওন হায়বসিগী পান্দম হায়বসিমক্তবু সমাজ অমবু অফবা থাক্তা থাজৎপা ওইরবাদ অতুমক শীংথাবা য়ারে। মুংগী যুগতগী ঙসি ফাওবদা ওইরক্লিবা অহোংবা সমাজ অসিনা মীওইবগী থাক অসি ব্রাংখৎহল্লক্লি হায়বসিদি অশেংবনি, থাক অসি য়ৌনবা হোংনবদা পুন্সি কয়া লমখাঙদা মাঙ-দবসু য়াথিদে। অতুবু চাউখৎপা হায়বসিমক পুন্সিগী লম্বীনি মীওইবগী শক্তিনা পুরকপা থৌওং অমনি।[৩] হিংলিবা জীবনা য়াওন কয়া পুরক্রবা মতম পুম্বদা শেম শাদবা য়াদে নত্রবদি পুন্সি অমদি সমাজ অতু হিং-দ্রবনি। অসিগুম্বা য়াওন কয়া অসিনা ঐখোয়গী সভ্যতাবু অমুক ঈরোলমুংদা লুপশিল্লকনি হায়না চেংনা থাজবা কয়া লৈরি। অতুবু সভ্যতাগী অরোইবা হায়বসিনা ইতিহাসকী অরোইবা হায়বদি থক

১। George Thayar, the War Business, New yoık, 1868.

২। Dr. Radhakrishnan. Religion and Society, 2nd edn., 1956, 3rd impression p. 20.

৩। য়থকীসি, লাঃ ২১

ওইরোই, অনৌবা যুগ অমা হৌরক্লবা তাংকক ওইবা য়াই।[১] রাখল অসিদগী সভ্যতাগী য়াওন্না মীওইবা সমাজগী ইতিহাস অমুক অমুক হৌফমদা হল্লকপা য়াদে। পুন্সিগী অচৌবা য়াওন পুন্সিগী মশক কয়া হোংদোকপসি, প্রকৃতিনা করিগুম্বা তাংকক খরদা শক্লক য়াখিদবদি নত্তে। লোয়নন ধর্ম্মগী অহোংবা কয়ানও অচৌবা ঈথিল ওইরিবনি। ধর্ম্মগী মিংদা অচৌবা হিংসাগী থবক কয়া পাঙথোক্লুনা পৃথিবীদা অহোংবা কয়া লাকখিবসিনা ধর্ম্মগী মিংদা তমথীরবা লানফম কয়া থোক্লরকই, লোয়ননা লানফমদা হোংহনবা রাখলহুনা হেক হেক তিনশিন্নৈ। অদুবু ঙসিগী সমাজ অসিদা ধর্ম্ম শন্দোকপা কয়ানা য়াম্না শান্তিপূর্ণ ওইবা মওংদা সংসারগী য়াইফববু চেংনা থাজহুনা ধর্ম্ম শন্দোক্লবগী রাখল তৌবা কয়াম্ব উবা ফংলকই, মসিনসু সমাজদা অহোংবা কয়া পীদবদি নত্তে। ধর্ম্মগী অহোংববুনা হেন্না থাজবা কয়াম্সু লৈরি। লোয়ননা রুসেলগুম্বা অচৌবা বিদ্বানশিংনদি ঙসি ফাওবা মিসীনরি অমশুং লাম্মী অনিমকসি জগত্তা সভ্যতাগী মঙাল শন্দোকপদা মান্নবা থৌদাং লৌই হায়না চেংনা থাজবা উংলি।[২]

মীওইবা সমাজগী পুন্সিদা অওনবা লাকখি হায়বসি ইতিহাসশিংনা শাখি ওইরবনি। মণিপুরী সমাজশু মতম মতমগী মতুংইন্না ওল্লকখি। মৈদিংঙু লোয়দা লাইরেল পাখঙবদগী ঙসি ফাওবদা চংখরাক্লবা মণিপুরী

---

১। Dr. RadhaKrishnan 'Religion and Society', Third impression 2nd Edition 1956 "The end of our civilization is not the end of history, it may be the opening of a new age" p. 20

২। Bertrand Russel—'Missionaries and Soldiers have hitherto played equal parts in the difusion of civilization for the future, it must be the missionary—taking, this term in a large sense who will alone be able to carry on the work.—The Story of colonization Fact and Fiction, 1961, p. 115.

সমাজনা লম কয়াদা অওনবা মখল মখা কয়া হাকথেংনরক্লি। অওনবশিং অসি নোংমতদা মফম অমত্তদা অমদি হীরম অমত্তদা লাকখিবা নত্তে। মীয়োল কয়াগী পুন্সিগী লাম্বল ফাওদুনা লাকখিবনি। লাক্লিবা অওনবশিং অসিগী মরম অমত্তা নত্তে: কয়ামুক লৈ। সমাজগী পুন্সিদা চাউনা চাউনা শিংথানা য়াবা অওনবা পুরকখিবগী মরম কয়ামুক্কী মনুংদা পানবা য়াবা খরদি লৈঙাকলোন (রাজনীতি), ধর্ম, মহৈ-মশিং শেল-থুমগী ফাতম অমদি সংস্কৃতি অসিনচিংবনি হায়বা য়াই। মরমশিং অসি মথাগী অশুম্বা তোঙান তোঙান্না নৈনবা য়াই।

## লৈঙাকলোন্না পুরকপা অওনবা

মণিপুরী সমাজগী অহোংবা মশক কয়াগী মনুংদা রাজনীতিগী অহোংবা হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা মচল ওইদুনা মমাংথৈদগী হৌনা লাক্লি। জাতিসিগী হৌখ্রবা পুন্সি অমদি সমাজগী ইতিহাস নৈনরুরগা রাজনীতিগী অহোংবা কয়ানা থুংগায়বা অমসুং শাগৎপগী অচৌবা খোদাং লৌরকই হায়বসিদি অশেংবা রাফন্নি। কাঙলুপ কাঙলুপ নাইবা য়েকশলাইগী মরক্তা মচেৎ তানবা অমদি রাজনীতিগী অকুপ্পা কাঙলোন শাজিন্নদুনা অওম তান্নবগী খোদোক্লচিংবসি মফম কয়াদা থেংনরি। পাঙ্গল চাউরবা অঙোম'শংনা অতৈ লেমহৌবা সলাই পুম্বগা অকনবা লান্থেংনখি।[১] রাজনীতিগী ওইবা মীৎয়েংদগী য়েংলবদি লালোং আস অকুপ্পা পরমদগী শাগৎপনি হায়বা উবা ফংই। তশেংনমক শক্তি তান্নবদা রাজনীতিগী কাঙলোন পুশিন্নবসিদি লৈবাক নিংথৌ পানবশিংগী মহৌশা ওইদুনা লাক্লবনি। লৈবাক মরা তঙ্গা ঈংনা পান্নবা য়ুমলোন্নবা লৈবাক কয়াগা মপাপ শান্নবা, কবো, শেন্দ্রা, তখেল, আসামনচিংবদা মৈতৈ

১। চৈথারোল কুম্বাবা- "অঙোমগা লাল শোকনৈএ অঙোম নিংথৌ কাকপা থৱাম্বাবু হাত্তুনা লোই চল্লমএ"; মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ—১৯৬৭, লাঃ ৩,

নিংথৌ মচানুপীশিং থাজরম্বা থেংনরি।[১] চায়ৌ মৌরৌনবশী লিপুন্না পুন্নুনা অমগা অমগা তেংবাংনবা কুটনীতিগী ফজরবা মশক্তি। ঐখোয়না মৈদিংঙু নাউঙ্গিংখোং হাকক্তা পোং নিংথৌ সুকানফাগী অচেৎপা মরী থম্মরকপা থেংনৈ। পোংনা মচেৎ ফিরাল থেংলকপা মতম্দা লৈবাক কয়া জয় তৌরগা হল্লকপদা সুকানফাগী মনাও সামলুংনা মণিপুরদা কুইনা পান্দুনা লৈবক্তগী রা চৈথারোল কুম্বাবদা থেংনৈ।[২] অসিগুম্বা লৈবাকশিংগা মরী থম্মবসিনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা অহোংবা মচলশিং অমদি অনৌবা মচাকশিং শাগৎলকপা ওমখি। ফিজেৎ চাকচা অমদি অচম্বা পুন্সিগী মচল কয়াদা মকপ ওইবা লৈবাকশিংগী মরক্তা লৌথোক-লৌশিন হায়বসিদি শোয়ত্রবনি। অনৌবা ধর্মগী ঈথিল অমা পীহনা ক্যাম্বনা বিষ্ণুপুবদা বিষ্ণু লাৎখিবা পোং নিংথৌ খেথোম্বগী খুদোলনি।[৩] মসিনা

---

১। Sir Edward Gait, K. C. S I, C. E, "He subsequently sent valuable presents to Rajeswar Singh and gave him a daughter in marriage A number of Manipuris who accompanied her were settled near the mouth of the Disoi of Magaluhat, or the Manipuri Market"—'A History of Assam, L. B S publications (as published by Khagendra Narayan Dutta Baruah, Third Edition (Reprint) 1984 p 188

২। এল ইবুংহোল সিংহ অমসুং এন খেলচন্দ্র সিংহ। 'শকাব্দ ৫৮৫ দা নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওইএ শক কা ৬০০ দা পোং নিংথৌ সুকানফাগী মনাও সামলুংনা পাশা য়েনা লোই চল্লুবগা মৈতৈরোমদা থোকলকুনা অপোং ইংখোল্দা (কোম্মুং অানবগী নোংপোক থংবদা লৈবা) চহি ১০ লৈবমএ। অবাং লমদা ইরিনমক লমদা চংখিএ' 'চৈথারোল কুম্বাবা' মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, অহানবা থুৎনম ১৯৬৭ ইং,লাঃ ৩

৩। মীনকেতন 'নিংথৌ খেথোম্বনা সনাগী বিষ্ণুমূর্তি অশিকপা অমগা সনাগী কাগোক অমগা খুদোল ওল্লকই।' 'মণিপুরদা নব্য বৈষ্ণব ধর্ম' সোভেনির, বিবেকানন্দা কেন্দ্র ১৯৮০' লাঃ ৫৫

মণিপুর সমাজদা আচৌবা অহোংবা অমগী মমি তম্বা হৌখিবনি। ধর্মগী অহোংবা অসি রাজনীতিগী মশক্তা ঈথিল্লনা লাকখিবনি। মপালগী ওইবা রাজনীতিগী মশক্তগী সমাজদা অহোংবা কয়া লাকখিবগা লোয়ননা লৈবাক মন্নুংগী শক্তি তান্নবগী লমজেন্দা অফবা অমম্বং ফত্তবা হীরম কয়াদা অনৌবা শেমগৎপা তরিবা মাঙহনখিবা থৌদোক কয়াস্পু মরাঙ কায়না থোকখি। নিংথৌ শাগেগী নিংথৌ খুভম মন্নবগী থৌদোক্তা কাঙলুপ নাইনবা, ইমু নাইমু তনবা অমদি পুক্নি কয়া মাঙনবগী ক্লুংঙাইত্রবা থৌদোক কয়াসি মতম মতমগী ওইনা থোক্কবা য়াখিদে। রাজনীতিগী মমলবা অতিয়াগী মখাদা মৈতৈ জাতিনা চনৌং তাদবা পুন্সি অমদা লেনখিব। চৌরজিৎ, মারজিৎনচিংবগী তাংককশিংদা থেংনর।

রাজনীতিগী মশক অমা উপন্যাসকার কমলনা য়েক্লবা হোংনবগী মহুত্তা মীগা মীগা মান্নদবগী শক্তম অমদি মসিবু শেমজিল্লবা লম্বা থিবদনা হেন্না পুক্নং চংশিনখি। অত্তম ওইনমক শেঙ্গাও পায়বশিংনা করিগুম্বা হীরম খরদা মশাগী খুবামন্নুংদা শক্তিবু পায়শিন্দুনা থম্বগী শক্তম অতুদি অতুমক উবা ফংই। লৈবাক্তা রায়েন চুপ্লিনা ভুবন মপাঙুম্বা আচৌবা ইনাক খুনবশিংবু ভাকথোকপা ওমদবা ফিভমবু উংলি। মসিনম্ব রাজনীতিগী মশক্তা মীওইবা সমাজবু চাং য়াম্লনা তেমশিনবা ওমদ্রবা শাজৎ কয়াবুম্ব উপনি অত্তবু অসিগুম্বা মান্নদবা পন্সিশিংদা অহোংবা অমা পুক্তুনা মান্নবা সমাজ অ। কমলনা শাগৎনবা হোংনখিবনি। রাজনীতিনা মীওইবগী পন্সিবু ক্লুংহৎলিন্না শেমদোকপা অমদি সমাজগী ফত্তবা ফয়াবু তেমশিনগনি হায়বসি সমাজগী অহেংবা পামজরবম্ব কমলনা থাজবা ওমখিদে মবর্মসিন মহাক্কী রাজনীতি খঙজদ্রবী মাধবীনা ভৈরবী হিয়াং অথৌবী শাখিবনি।[১]

১। কমল, 'মাধবী' গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী ১৯৬০, লাঃ ৪৭ (সামচং)

সমাজবু রাজনীতিনা শেংদোকনা পুম্নি কয়াবু য়াইফবা অমদা চিংলকনি হায়বসি হেক্তা থাজনিংঙাইস্ত ওইদে। অংশংনমক রাজনীতি হায়বসি মীওইবগী মপান্থোংগী শক্তম অত্তবু শোক্লম্বতনি।[১] মনুংহঙ্গিনবা পন্সিগী চুম্লিবুদি পায়বা ঙম্বা নত্তে। মরমসিনা সমাজ অমগী দমক্তি রাজনীতিগী অহোংবশিং অমুদগী মাওইবগী করথোকপা হায়বসিনা মমল লৈবা হেল্লি হায়বসি কমলনা তেনা থাজখি।

ইতিহাসকী তাংকক্তা অচৌবা থৌদোক কয়া লাকখিবা মশক্তা রাজনী-তিগী মশক্তি হেক চেক য়াওল্লখি। নিংথৌ খাগেম্বা হাতক্তা রাজনীতিগী ওইবা শক্তিগী লমজেল লাম্নখিবা অমদি নিংথৌ খুবম মুন্নরকপদা ঐখোয়গী সমাজদা অহোংবা কয়া লাকখি। ধর্মগী অহোংবনি অমদি মুসলিম কাপ্লুপনা মণিপুরী সমাজদা শাগৎপা হৌরকপনি। মসিনা লৈবাক অসিগী পুম্নমক অমদি সংস্কৃতিদস্তু অহাংবগী তাংকক অমগী লৈই চিংবা হৌরকপনি। রাজনীতিগী শক্তি পাম্নবা শানোংবনা মায়থীরবদা মহাক্কী ময়াং মুসলিম লাম্নী কয়া নিংথৌগী লানফা ওইখি।[২] মসিনা সমাজ অমগী মশক্তা হোংদবা য়াখিদে অসিগুম্বা রাজনীতিগী উংথংনপা অমসুং নিংথৌ খুম্ভমগী লাল অসিব উপন্যাসকার চাউবনা

১। Leslie S[illegible] "Politics [illegible] only the surface of human life." English Literature and Society, Methuen and Co. Ltd., London, 1963, p. 117.

২। এন, ইবুংহোহল সিংহ অমসুং এন, খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা), "লাইনিংথৌ খাগেম্বনা ময়াং ঙমলোঁএ। শানোংবস্তু থামহৌএ। শামু ৩০ নোংমৈ ১০০০ পাংঙনপারা ১০০০ থাং শাবা, কোনশাবা, খুংহৈবা, পের, পুংতোং কাপৈ শাবা, ধোবী, শগোল শেনবা, শামু শেনবা অসি খৈবিক থোকলোঁএ। পাংঙন অচংবা খৈবিক্তি লোইশং অমা লিংলোঁএ লান্দি ১০০০ কাইএ।" - 'চৈথারোল কুম্বাবা,' মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১বা খুৎনম, ১৯৬৭, লা: ২১-২২

থৈবায়ননা পুথোক্লবস্মু মহাক্কী উপন্যাস 'লবঙ্গ-লতা' দা অসিগুম্বা লাল অসিবু শীংথোরি।

লৈবাক প্রজাগী মরকস্তু লৈবাক্কী লুচিংবশিংনা উংথংনরকপদা কাওলুপ কাওলুপ নাইরকই। হৌগী হৈস্নুং নাইরকপগুম, লৈগী লৈচা খায়রকপগুম লৈবাক অমত্তুদা পানমিন্নরিবা পুন্সিশিং লুচিংবশিংগী ফোরেই য়েংহৌনা মচেং তানরকপা রাজনীতিগী কাওলোন কয়ানা ওইহল্লকখিবা শাক্তংনি। মণিপুরী সমাজ রাজনীতিগী মশক্কা চফম কয়াদা তাংকক কয়াদা থেংহনখিবনি। অসিগুম্বা অহোংবা অমক অসি চাউরনা মহাক্কী 'লবঙ্গ-লতা' দা নীংথিনা উংলি। খাগীগী অকনবা লানফম্না মণিপুরগী রাজনীতিদা অহোংবা পীখিদ্রবস্তু শানোংবগী লানফমদি অহোংবা কয়া পুরক্কবা য়াখিদে। কাওলুপ নাইহৌনা শক্তি মুন্নবগী রাফম অসিদি যাম্না মরেক শেংনা উবা ফংই। অদুবু নিংথৌ শাগে লোযননা লমদমসিগী মীওই পুন্সিনা চমাংচৈদগী হৌনা চেংনা থাজরকপদি বাজনীতি অসিগী হিমায় মতম থৃদিংদা ধর্মনীতিনা চম্বগী রাযম অসিনি। রাশক ভাকপগী, পুন্সিদা লেপখ্রবা রাফমদা হৃনবা য়াদবনচিংবা মচিং মশানগা রাগল লোয়নখি। অদুবু য়াম্না শীংথাবা য়াবদি নিংথৌ খাগেম্বনা মতম চুপ্পদা ধর্ম্ম অমদি রাজনীতিবু নীংথিনা ভাক্কনা থমখিবসিনি। তাংকক অসিগী চনৈনবা অমদি উংথংনরকপা মরক অসিদা মণিপুর সমাজ তেম্না অবাবা ফিভমদা তারম্বা য়াবদু খাগেম্বগী রাজনীতিগী হৈশিংবা অমদি থৌনা-ফবগী মগুণনা কন্দ্রনা থমখিবনি।

জাতি অমগী পুন্সিগী ইতিহাসতা অরংবা যুগ কয়া লৈবগুম মীথা পোনবগী শক্তম কয়াসিমু লৈতবা য়াদে। পৃথিবীগী লৈবাক কয়াবু বৃটিশনা খুদম চনশিল্লকপদা মণিপুরসু অথেংবদা সম্রাজ্য অসিগী মীথা পোনদবা য়াখিদে। অসিগুম্বা মীথা পোনবগী মশক কয়াসি অওনবা মতমদসু লৈত্রবনি। মীথা পোনবগী অমদি রাজনীতিগী কাংথোং

চাইবগী শক্তম কয়া অসিনা অহৈবশিংগী মফমদা অকনবা ঈথিল ওই-থিবনি। অনৌবা যুগকী অহৈবা অঙাঙ্গল অমদি শুণগী থুংহৈদা মীখা পোনবগী মুংঙাইত্রবা শক্তম, রাজনীতি অমদি রায়েল চুপ্লিবু লমজানব-শিংনা পায়শিনখ্রবদা ওইরকপা সমাজগী ফিভমবু য়াম্না নীংথিনা উং-থোকপা থেংনৈ। তশেংনমক সমাজ অসিগী অহোংবা কয়াগী মরক্তা খ্বাইদগী চেয়া মুংঙাইত্রবা ফিভম অমদি মীখা পোনবগী মুংঙাইত্রবা শক্তম অসিনি। রাজনীতিগী অচেৎপা চুপ্লিবু লমলানবনা চেংনা পায়শিনখিবা হায়বসিক পুন্সি কয়াগী আশাবু খোঙনেংনখ্রবনি, মসিনা মীওইবগী পুন্সিদা মথেল কাদ্রবা অমদি লৈতাফম লৈত্রবা ফিভম ওইহল্লি। মীখা পোল্লবা সমাজ অমনা উদ্ধারগী লম্বী থারকপা অসি অহৈবশিংগী মফমদদি অচৌবা ঈথিল অমনি। পৃথিবীগী অচৌবা অহৈবশিংনা অসিগুম্বা রাখল অসিবু চেংনা থন্নখিনি: দবালিউ এইচ, লোংফেল্লো, গোর্কি, টোল-স্তোহনচিংনা কয়াসিনা মীংশ্রবগী নাংৎম্বা হায়বসিবু রাংনা থাগত্তুনা নাংতাগী অচেৎপা সমাজ অমা শাগৎনবা হোৎনরম্বনি। ফাওরবা দার্শ-নিক সোক্রেতিসমু লানফমদা থৌনা উংখি। মহাক্কী রুপপু লানফমদগী কনখি।[১] মীখা পোনবা তুহংলিবা শক্তম অহুবু কোকহন্নবা লাম্বেংনবা হায়বসি সমাজ অমগী শক্তিগী লম্বী থিবনি। মরমসিনা মীখা পোল্লবা জাতিসিগী নাংৎম্বগী আশা কয়া শমজরসি অঙাংহলগী জহেরাগী তাংকক কয়াদা থেংনৈ। লেংলবা মুংশিবগী অকনবা লাপুম্না, মান্নদবা ধর্ম্মগী শংশু তেমশিন্নবা হোৎনরম্নবসু নাকল অমরোমদা উপন্যাসকার অঙাংহন্না জাতি অসিগী নাংৎম্বগী অচেৎপা খুঁফমদি হিন্দু-মুসলিম অমীন, লীচিং অমত্তুদা চংশিল্লরতদা ওইগদবনি হায়বসিবু চেংনা থাজখি।

---

[১] J B. Bury.- "He fought with bravery at Delium, where his life was saved by his friend Socrates the philosopher". 'A History of Greece' Random House, 1900 p 441.

"হিন্দু মুসলমান ইচিন-ইনাও থম্মোই অমত্তা ওইনা, তিন্নদুনা ভারত মাতাগী মখোংদা থাংইবা সনাগী য়োম্বিলিং থাদোক্লসি। মতম কুইনা মীগী কৈশুমশংদা লৈবদুনা চংপা থাংবা য়াম্রবা খোং অনিনি; অহল ওইরবা ইমাবু হিন্দু মুসলমান ইচিল ইনাওগী লেংবান্দা মখুং য়েং ওইনা কোন্দুনা হোগংনবা তৌ:স নত্রবদি নীংতম্বা উম্মরোই।'[১]

রাক্ষম অসি মহাক্কী অচেংপা লাইনিংনি। ইতিহাসকা ঈচেলদা মীথা পোল্লবা জাতি অমগী পন্সিদা ওইরক্লিবা অহোংবা কয়াসিদি কাংখোং লাইরবনি। মীওইবগা অধিকার মাওথবা সমাজ অমগী মশক্তি। অসিগুম্বা অহোংবা অসিগী মায়োক্তা অশেংবা অহোংবা অমবু শাগংপা হায়বসি অঙাংহলনা পামজখিবনি। নংতম্বগী লানকমদা লংজেন মান্নবা জাং বিজাং থায়দবা ধর্মগী অখুবা রাথলবু থাদোক্লবা হায়বসি তঙাই ফদবনি হায়বসি অঙাংহল্না উরম্মী। মরমসিনা মহাক্না 'জহেরা'গী মনুংদা পাউজেল অসিসু য়েন্নবা হোৎনখিবনি। গান্ধীজগী পাউজেলগী মশাক কয়া মহাক্কী উপন্যাসসিগী মনুংদা থেংনরি। তশেংনমক 'জহেরা' উপন্যাসনা হুংশিবগী অকনবা লিচিং অমম্বং সমাজগী অথিংবগী পল অনীগী মশাক উংনবসু সমাজগী মনুংদা লৈরিবা য়ানাংদবা বয়াবু অনবা শক্কুনদা হোংদোক্লা অমদি রাজনীতিগী চুলিবু ইথুংমক্লা পায়ত্তনবগী লম্বী খিবগী রাখল অসিমদি থক থাদোকখিদে। অমরোমদা জহেরানা কুঞ্জোগী মখুত্তা থরাই থাথিবা পুকচেল খুরবা সমাজ অসিনা হাংদনি হায়না লৌবা য়ারি। কুঞ্জো জহেরা অনীমক রাজনীতিবু উখিবা মাশাক্তি নত্তে, চুম্নতগী মীথা পোল্লবা মণিপুর সমাজদা শরুক য়ারুবা পুন্সিবু উৎপগা লোয়নননা মতমতুগী পুন্সিদা অফবা অহোংবা অমথকপুরক্লবা মঙ মঙজরম্বা অইবগী রাথল্লবু উংপনি। মশাগী পুন্সি অমদি সংস্কৃতিগী অচেংপা থাজবা থমজদুনা ঈংনা চাক্লা পাঞ্জরম্বা মণিপুর সমাজদা

১। অঙাংহল, 'জহেরা', শ্রীনপুর, ১ বা নম্বা, ১৯৬৪, লাঃ ৫৬

খঙহৌদনা পুশিল্লকপা মীখা পোম্বগী অহোংবা মশক্না ওইহনখিবা সমাজ অমদি নীংতম্বগী দমক লান্তক্লরবা পুন্সিশিংবু অঙাংহল্লনা মায়কৈ থরদগী উৎপনি।

ধর্ম্মগী শক্তমদা অহেংপা থাজবা থমখিবা শীতলজিংকী খুংইদা রাজনীতিগী অহোংবা কয়াসি পূংফানা উ এনস্থ অনৌবা যুগকী রাখলদা শাগৎলকপা গণতন্ত্রগী য়াওন অপৗ। ফজরবা মসিদি তাবা থেংনরি। শীতলজিংনা হিন্দু ধর্ম্মবু চেংনা থাজবগা লোয়নননা গণতন্ত্রবু য়াম্না থাজখি। মীওইবগা পুন্সিদা নীংতম্বগী ফজরবা মার্কস গণতন্ত্রনা পুরকপা শোযদনা দমগনি হায়রসি মহাক্না থাজরনি. অসিগুম্বা গণতন্ত্র অসিবু ধর্ম্মগী য়ুম্ফমদা শাগকদবনি হায়বসি মহাক্কী আশানি। অসিগীদমক মহাক্না খাদোকপা মনুংদা গণতন্ত্রগী রাখললোনবু পামজনা পুশিল্লি। পৃথিবীগী ওইবা গণতন্ত্রগী ঈংহৌ অমা লাককখিবা রাখল অসি মণিপুর সমাজদসু থুংলখি। অসিগুম্বা রাখল অসিনা মণিপুর সমাজদা অহোংবা অমা ওইরক্কদবা ফিভম অদুবু শীতলজিংনা উৎলম্বনি। মসিনা সমাজ অসিগী মপংদা অসিগুম্বা অপাম্বা পোকপক অমা নংগা য়াওন অমা শোয়দনা থুংলদবী শক্তম অহু উৎপনি। অনৌবা যুগকী অনৌবা মীয়োংগা লোয়নন শীতলজিংকী সদানন্দবু নিংথৌ অমদি লৈমাক প্রজা থুদিমকপু গণতান্ত্রিক ওইবা মীৎয়েং অমদি রাখলবু নীংখিনা শকখঙলনিংদা উপন্যাসকারনা শাগংনবা হোৎনৈ। হিংসাগী রাখলবু তুংওইনহনা গণতান্ত্রিক অধিকার তানবদা নিংথৌগী য়াইফ খোলনাপগা লোয়ননা পুং কোর্তানগা লোয়নননা ঈশৈ শক্তুনা আন্দোলন চংশিল্লি।

খুল অমনা পুং কোর্তান যৈহনা নিংথৌগী য়াইফবা খিহনা লাইগী নাম শোল্লনা চংলম্মী, খুল অমনা নিংথৌগী স্না মিংবু পল্লগা জয় ধনি লাউর লাউরহনা অরৈবা খোঞ্জেল থাদোক্লম্মী।[১]

---

১ শীতলজিং থাদোকপা "খুল অমনা পুং কোর্তান যৈহনা নিংথৌগী য়াইফবা নিহনা লাইগী নাম শোল্লহনা চংলম্মী, খুল অমনা নিংথৌগী স্না মিংবু পল্লগা জয় ধবনি লাউর লাউরহনা অরৈবা খোঞ্জেল থাদোক্লম্মী" — অইবা মশানক, ২শুনা নম্বা, ১৯৪৯, লাঃ ১২

তথোংনমক ধর্মনীতিগী মথা পোন্না রাজনীতিগী অহোংবা অমা শাগৎপগী থাথলসি শীতলজিংতা লৈখি। ধর্মগী মুক্ষমদা রাজনীতিগী অকবা থাওন অমা পুরকনি হায়বসি উপন্যাসকারগী থাজবনি। মণিপুর জাতিগী পুন্সিদা লৈখিবা অহোংবা কয়াগী মরক্তা মীথা পোনবগী লৈতাব্রবা অহোংবা শক্তম অমদি ১৮ শুবা শতাব্দীগী মঙ্গুংদা মণিপুর সমাজদা থুংলখি। নিংথৌ শাগৈগী নিংথৌ খুভম মুন্নবগী মুংঙাইত্রবা খৌদোক অমা ঈমু-নাইমু ত্তান্নবগা লোয়ননা কাংথোং চাইরবা সমাজ অমবু জাতিসিগী পুন্সিদা পুশিল্লরুবা থৌরাং অমা ওইখি। মশাগী মতিক মথৌনাতনা মশাগী নীংতম্ববু হাকন্নহুনা লাকখিবা জাতি মশেনগী মরক্তা পাঙ্গল শীক্কিন্নহুনা শক্তি তান্নরকপনা যান্না রানবা অচৌবা মরম অমম্থু ওইখি। মশাগী চিং-লেন্নবা পুন্সিগী মশক অমদি থৌনাতনা জাতিসিগী মিংচৎ উরোং খিনখিবগী শক্তম অমা উপন্যাসকার চাউবনা 'লবঙ্গ-লতা'দা উৎখিবগ্র গুনদি ইতিহাসকী তোরৈ অমদগী মীথা পোনবগী তাংকক অমবু লৌথোক্তুনা তাংকক অসিদা ওইরকপা সমাজগী অচৌবা অহোংবা কয়াগী মুংঙাইত্রবা শাকংপু উংথোক্নি অমদি অসিগুম্বা মীথা পোনবগী মুংঙাইত্রবা শক্তমদগী নাংতম্বগী লম্বা পিখিবা জাতিসিগী অচৌবা খৌদাংবু মহাক্কী উপন্যাস 'লমন'দা শীংথারি। জাতি অমগী পুন্সিদা রাজনীতিগী লৈতাদ্রবা ফীভম অমা লাকখিবা হায়বসিমক ইতিহাসকী লম্বীদা লমফাংনবনি। অসিগুম্বা রাজনীতিগী উংথংনবা কয়াসিগী ফল ওইনা পাঙ্গল চাউরবা কম্মাগী মখুত্তা মৈতৈ জাতিনা মায়থীবগী[1] তম্মথীরবা চৈনাখোল অমা ফংহল্লি। জয়সিংহনা মরৈবাক নীংতম্মবগী-দমক থেংনরম্বা অকনবা লাম্লেংশিং অমদি অরা অনা কয়া থাওহুনা জাতিসিবু নীংতম্মহন্নখিবা কথাবু মহাক্কা মতুংদা লাকখিবা নিংথৌ মচাশিংনা অমগা অমগা নিংথৌ খুভম মুন্নবগী ফম্মনা মচেৎ তানহুনা নাকপাক তানা থেঙ্গায়নরকুনা মৈতৈ জাতিগী মপাঙ্গল থম থেংনা

১ | গুণ, 'লমন', সুরুবথনী, ৫ শুবা নম্বা, ১৯৮১, লাঃ ১৬৭

শোনথহনখি। অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিদা মতম কুইনা লুমহনা লৈরকপা পাঙ্গল চাউরবা য়েক্লবনা থুদোংচাবা লৌহনা মনিপুর সমাজবু মচেং মচেং তানা থুগায়খি অমদি মখোয়গী থুহুম মথাদা থমজিনখি। অসিগুম্বা অসি য়োরবা ফাওবদা খোনা ফনবা ওইজবা থাদোকপা চীংমী অমদি তম্মী কয়ানা নীংতম্বগী লম্বী থিখিবগী শক্তম কয়া অইবা গুণনা উংলি। মহাক্কী খুৎইদা কাংখোং চাইরবা সমাজগী মরক্তগী অশেংবা মচা কয়ানা হৌগৎলকুনা থরাই পাম্মুবা লৈত্তনা কখোকখিবা পুন্সিগী মশক অদুবু 'লমন'দা নিংখিনা য়েকখোক্লমী।

মীখা পোল্লবা পুন্সি কয়াগী মরক্তা উংথংনবা মুক্লবা লোয়ননা অপাম-মুংশি কয়াগী মশকপু উপন্যাসকারনা য়ায়া পামজনা য়েকখোকপদা মতমতুগী মীখা পোল্লবা জাতি অমগী কাংখোং চাইরবা সমাজগী মশক-পুসু উহনবা ওম্মী। চহী তরেং খুম্ভাকভৈদা মৈতৈ জাতিনা শাই-দাংফমগীদমক্তা য়ুমলোম্নবা কাছাড়নচিংবা লৈবাক কয়াদা চংজফম লৌখিবা লোয়ননা থাপ্লবা লমদমদা লৈখিহনসু মরৈবাক উহ্বারগী রাখলভনা লাইনিং ওইজখিবা শক্তমদুবু তোম্বা, পারী য়াইমা অমদি কাছাড়দা খুললিংবা খুঙ্গা কয়াগী পুন্সিগা লোয়ননা য়েকখোক্লি।[১] অসিগুম্বা তাংকক অসিদা হেন্না লাইবক থীবা মশক অমদি মতমতুদা চীংমী-তম্মী অনীগী থম্মোয়গী অপুনবা লীপান তংলম্বা অসিনি। মসিনা মণিপুর সমাজ অরাবা শক্লোন অমদা হোংলকুবা থ্বাইদগী চাউবা মরম অমা ওইখিবনি।

চীংথংখাম্বগী হাকক্তা চীংগা তমগা ভাইওইনা শেংনা থাইনদনা পানমিন্নরম্বা শক্তমতু নিংথো অসিগী মতুংদদি তংগে। মৈতৈনা চীংমী-শিংদা লংজরুবা মরাল মচা অমখক্তা চীংশাং ভুপ্পা শাওগ্রে। চীংমী-তম্মী অনীগী মরক্তা অনা অমনী থাজবা কয়াতু মাওখিবদা নত্তনা চীংগী

১ ' গুণ 'লমন' স্মুরধ্বনী, ৫ শুবা নম্বা লাঃ ৭৮, ৯৮, ১১৫।

খুল অমদা মৈতৈ অমগী চঙজফম ফাওবা ককথৎলে। মরু ওইনা চৈংমী তম্মীগী লিংজেল মাল্লবগী লৈপুন্না হেক তংখিবগা জাতি অসিগী মপাঙ্গল খম থেংনা শোনখ্রে। অরাগী অচৌবা শক্তিদগী ভাকাথারবা পাঙ্গলন্থ মপাউ মানা মাঙখিবসিনা সুংঙাইত্রবা সমাজগী মশাক অমবু পুরক্কবা অচৌবা মরম অমা ওইরে। লৈবাক্কী লুচিংবা ওইরিবা নিংথৌ মচাশিংনস্থু অসিগুম্বা রাজনীতিগী অমদি কুটনীতিগী লমদা লৈরিবা অচৌবা অশোয়বা কয়া অসিবু মেনখত্তুনা চৈংমী তম্মী অনৌগী অপুনবা পাঙ্গল শাগংনবা হোৎনবগী মহুত্তা থুরবা মীংয়েংদা মথোয় মশেল য়ান্নবদা পুক্নিং হেন্না থিংজিনখি। নিংথৌ শেমদোক শেমজিনবী অঙম-অহো ওইজনিংবগী শক্তিগী লমজেন্দা জাতিসিগী শক্তিবু লৈখা তাহনখিবা সুংঙাইত্রবা তাংখক অসিদা ফংখিবা চৈনাখোলনা থল্লবা সমাজগী মতাক অসিবু হংনা নাখিনা য়েকখোকই। শেলুংবগুম্বা ওইজবা থিবা, নিংথৌ শেংবা মীওই কয়াগী শাক্তিগী লমা থিবদা হেন্না রানবা মচাক ওইখিবা অমদি মশামকস্থু অরাবা অতুদা লুপানখিবা শক্তম অসি শেলুংবনা ঙবোংখাউদা চংখিবসিনা উংলি। মতিক লৈরবা লৈঙাকপা অমগ মতুংদা মতাক চাদবা কয়ানা মহুং শিলহোবদা য়ংলবা অরা অনা অমদি সমাজগী অহোংবশিং অসি লেমনদদি অচৌবা থোদোক অমনি। লাবনা-চন্দ্র নিংথৌ ওইরবদা পোকমিন্নবা মনাও ইদুংঙো মধুচন্দ্রনা নিংথৌ খুভম অত্থগীদমক পোকলিবা মরাপবু নমথাক তৌদুনা হাখিবা মতৈ জাতিগী ইতিহাসতা রাজনীতিগী শক্তি তাল্লবদা থোকখিবা নিংথৌ শাগে হাত্তোক্নগী সুংঙাইতবা থোদোক্নি। মরাম্বা হাত্তুনা নিংথৌ ওইরকপা মধুচন্দ্রবু চৌরজিংবী খুজিল লৌরাংদনা থাখিবা অমদি চৌরজিংপু অরাগী মতেং তৌদুনা মনাও মারজিংনা তাম্হোকখিবা রাজনীতিগী অথুবা মীংয়েংদা ধর্মনীতিবু তুংইনবগী থৌদোক্নি। মশা ওমন্তুং চাবু শক্তি পাম্বগীদমক অসি মৌনা খুংশিনদনা নিংথৌ মচাশিংগী শাকংনি। অম্মুন্না মথাং মথাং মচিন-মনাও হাত্তোক্লতুনা রাজনীতিগী শক্তি তাল্লবদা অচৌবা

অশোকপা অমা তাংকক অসিদা ময়েক শেংনা লৈরি।[১] অসিগুম্বা থোক্লোক অসিনা রাজনীতিগী লম্বীদা লম্মুক্কবা ফিভম অমা মণিপুর সমাজদা পুক্নিংকথি, লোয়ননা ইংনা চিক্না পাঙবা পুন্সিদা শান্তিগী লম্বী মাঙহন্নখি। রাজনীতিগী লৈত্তাত্রবা মশক্না সমাজদা অচৌবা অহোংবা পুরকপা অমদি জাতি অমগী পুন্সিদা কাংখোং চাইরকপা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি। অশেংবমক জাতি অমগী অহোংবা খুদিংমক অসি সমাজগী অহোংবা হায়বদুগা চেকশিন্না ঙসুন লৈরিবনি। রাজনীতিগী অহোংবা কয়া অসিগী নীংতম্লগী পুন্সগী অচেৎপা থাজবা কয়াবু হোংহন্নবা মরমনি।[২]

চহী কয়েক থনরাকপগী মতম অসি নিংথৌ শাগৈ শক্তি তাম্বগী অমদি চীংজম অনীগী থামাংগী মরী চৎথিবা অসিনি। জাতিগী নীংতম্ববু নৌহৈনা হাপ্পিরকবা চীংমা-তম্মাগী তৎথবা মরীবু নৌহৈননা শাগৎপা তাই হায়বসি উপন্যাসকারনা উৎলি। মসিগীদমক পারঁনা মসা কায়নখ্রবা মতমদা চীংলৈবাক্কা লাকুনা চীংনীংথিংগী মতেং পীরৈ। অশেংবমক লৈমৈ সমাজনা কাংখোং চাইবা অমসুং মীথা পোনবগী

---

১ Sir Edward Gait, K. C. S. I, C. I. E, 'In 1799 Jai Singh died, His elder son, Harsha Chandra, succeeded him but was murdered, after a reign of two years, by the brother of one of his father's wives—A History of Assam' L B. S publication. Third Edition. reprint 1984. p. 272.

2 | Leslie Stephen. "The most important changes which have taken place have been closely connected with the social changes and with the changes of belief which have been cause and effect of the most conspicious political changes"

"English Literature and Society in the Eighteenth Century Methuen & Co. Ltd. London. 1963. p 15

চৈনাখোল যংবা হায়বসিমক চীংমীশিংগী পুজিদস্থ অচোবা অশোকপা অমনি। মসিগীদমক খুল্লাকপনচিংবা চীংমীশিংনা মণিপুরদগী ঙাক্ষা তাম্বোক্লবা থৌরং তৌরকই। ঙুণগী মকমদস্থ মণিপুরী সমাজ হায়বসি চীংমী-তম্মী অনীগী অপনবা সমাজনি হায়বসি চেংনা থাণ্ডে, মহাক্না রাখল অসি উপন্যাসকী মফম কয়াদা উংলি। মরমসিনা মহাক্না চীং-মীশিং অসিগা নক্লবা ইয়া থাজ্রবনি। অনী অসিনা নক্লদ্রিমখৈ অনীমক মীরক তিনবা ঙম্মোই[১] হায়।

মৈতৈ সমাজদা লাকপা অহোংবা কয়াদা চীংমীশিংনা শরুক যাদবা হায়বসি অমুক যারোইদবনি। যাওন কয়াগী মমুংদা অফবা যাওনদা শরুক যামিন্নবা লিংজেল যাল্লবা হায়নসি তঙাইফদবনি হায়বসি উংলি। রাজনীতিগী শক্তমলোম্নদা য়েংবা তারবদি খাইদগী মরু ওইরিবা তগী ফিভম অসিনা আনৌবা ফিভম অমদি কন্দুনা থম্মী। লৈবাক নিংথৌ পানবগী হৌনবা নিংথৌ নিংথৌগী হাকুক্কো রাজনীতিগী অহোংবা লাকপা অমদি শক্তিগী লমজেলদগী থোরকপা কত্তবা কয়াগী ফলদি চীংমী-শিংনস্থ শরুক যাদনা লৈথোকপা যাদে। রাখল অসিমক অমদি অসি-গুম্বা ফিভম কয়া অসিমক উপন্যাসকার গুণনা মহাক্কী 'লমন' দা যান্না মরীক চুন্না য়েকথোকই।

গুণগী মফমদা নীংতম্ববু য়াংনা থাজবা অমদি মীথা পোল্লবগী মুংঙাইত্রবা ফিভমদগী শাগৎলকপা রাখল অমদি মহাক্কী খুৎই কয়াদা ইরোইদা লোয়নজুনা লৈরি। মীথা পোল্লবা জাতি অমগী সমাজগী শক্তম্না উপন্যাসকার অসিগী রাখলদা তক্তুন ঈথিল ওইহনা লাকখি। মহাক্কী 'খুদোল'দস্থ অসিগুম্বা রাখল অসি অতুমক চুশিন্দুনা লৈরি। মীথা পোল্লবা পুন্সি কয়াগী থমোয়দা চাক্রিবা নীংতম্বগী মৈরী অমদি

১। গুণ, 'লমন', ফোঙজবী সুরধনী দেবী, ৫ শুবা ফোঙবা, ১৯৮১, লাঃ ১৭১

রাজনীতিগী চুপ্পীবু ইথুংজক্লা পান্নজনীংবগী লাংতক্লবা কয়াসিনা মরম ওইহুনা মহাক্কী মনোরঞ্জন, পুর্ণিমা অমদি পাত্র কয়াদা রাখল অসিবু চুশিন্নুনা লৈহল্লি। মহাক্না আজাদ হিন্দ ফৌজগী নীংতম্বগী লাল্লংগা লোয়ননা রাজনীতিগী শেংলবা লম্বী অমগী লুচিংবা ওইনা চোংথোরকপা সুভাসচন্দ্র বোসবু ভাক্তি তৌজে। মীথা পোল্লবা সমাজ অসিবু অমুক্তং উদ্ধার তৌরগনি হায়বা রাখলদা আচৎপা থাজবা থম্লি।[১]

মতম অদুগী ভারতকী রাজনীতিগী অমদি মীথা পোল্লবা সমাজগী ফিভম য়েকপদা নত্তনা পৃথিবীগী ওইবা রাজনীতিগী অনৌবা মীংয়েং অমসু মহাক্না খুদোলগী মতুংদা থাংজিল্লকই। অনৌবা যুগতা অনৌবা অহোংবা কয়াগা লোয়ননা শক্তি কনবা লমজেল অমসুং অকনবা শক্তি-শিংগা অশোনবা কথাবু মচেৎ তানা থুগায়বগী শক্তম কয়াবু শুগনা শীংথাখি। অসিগুম্বা থুগায়বগী মশক অসি ভারতবাসীশিংগী পুন্সিদসু অচৌবা খোদোক অমা ওইররি। অদুবু মণিপুরী সমাজনা অনীশুবা লাল্লাংদা ফংখবা চৈনাখোল অমদি নাংতম্বু খোরাংলবা মচা কয়ানা বলিদানগীদমক চোংশিনখিবা শক্ত-মশিং অসিদি 'খুদোল'দগী 'অরোইবা পাউদম'না হেন্না হকচিল্লি। নীংতম্বগীদমক লাংতক্লবা রাখল কয়াসি খুঙং চমু চম্নবী যমুনা ফাওবদা ময়েকশেংনা ফাওহনবা উমখি। কাওলুপ কাওলুপকী শক্তিগী লমজেলদা অমদি রাজনীতিগী অহোংবা ভাগীকপা শক্তমদুবু উৎপগা মসুং পৃথিবীগী অচৌবা শক্তি কয়াগী মরক্তা লাক-খিবা রাজনীতিগী উংথংনবা শক্তিগী লমজেল অমদি লোইলম শন্দোকপগী অকনবা লানফমনা ওইহল্লিবা মচেং মকায় ভারতকা সমাজগী মশক কয়াগী

১। গুণ, "বৃটিশ সরকারনা কুপ্পা শেম্নহুনা থম্মগ্রবা সুভাসচন্দ্রবসু চৎলিবা চহি অসিগী জানুয়ারীদা 'ময়ুমদগী থাদোক্লুনা চেনখ্রে' হায়না মুশুক মুশুক ভাংনরক্লে। ভারত শিন্দুংনা জাতিগী লুচিংবা পুম্বা অমমমতা ওইনা ফাঙ্কিনখিবগী পাউ তানরক্লে।"

'খুদোল' হেরাসিংহ, ১৩শুবা নম্বা, ১৯৬৮, লাঃ ১০৪

নত্তুংদা অমা ওইনা মণিপুরী সমাজগী ওইরক্লিবা শক্তম উপন্যাসকারনা উংলকপনি। ভশেংনমক উপন্যাসকারনা 'খুদোল'গী মতুংদা গোকুল গুম্বা লমংশিংবু লানকমগী লেমহৌবা মথাক ওইনা উংপগুম 'অরোইবা পাউদম'গী মতুংদগী লমসং কয়াবু লেমহৌবা মখাক ওইনা উংথোক্লি। ইতিহাসকী ঈচেলদা লাকখিবা অহাংবা কয়াগী ভঙাইফদ্রবা মশকনি হায়বসি অইবসিগী রাখলদা মতম খুদিং চুনা লৈখিবনি; মরম-সিনা গুণগী শাজীবনচিংবা কয়াসি ইতিহাসকী তোরৈ ইন্না তাউথবা তাখি। মীথা পোল্লবা সমাজ অমদা পোকপুরবা পুন্সিনা মীথা পোনবগী অরা-অনা কয়াবু শক্তক হায়বা হায়বাস ভঙাই কদ্রবনি। "মী ওই পুন্সি কয়ানা পুনশিন্দুনা লেম্বা সমাজ আসিদা মী ওইবা খুদিংমক অসি মহাক্কা চাউজকম ওইরিবা সমাজ অগী মশা অমনমনি।"[১] অসিগুম্বা মীথা পোনবগী চৈনাখোল অসি অংবনা মরোল তারকপদা হাকথেংনরক্লবনি। মরম অসিনা গুণনা রাখল অসিবু থক থাদোকপা ঙমখিদে। মসিগী-দমক মহাক্না য়াওন পামখি।

পৃথিবীগী শক্তিগী লমজেন্দগী থোরকপা অনাগুবা লাঙাওনা সমাজ কয়া কাংখোং চাইহন্দুনা মথক মথা ওন্থোকপগা শক্তম অসি মণিপুর সমাজদসু থুংলখি। ঈংনা চীক্লা পাইরবা সমাজগী শক্তম অহুবু শাথীববা খুংথা অমনা থুগায়খিদুনা লোতাদ্রবা পুন্সি অমদি সমাজগী মশক অমদা মনিপুর সমাজবু লংথোক্তুনা থমখি। হুন্মি হৈদ্রবা লালগী পুন্সি কয়া শেংন-থায়নহনখি অমদি লেমহৌবা পুন্সি কয়াবু মহাম তাহনখি। অসিগুম্বা কায়র-তোয়রবা পুন্সিগী মচেং মকাযশিংনা শারবা মৈশা মৈথু মরক্তা পল্লেপকম খঙদ্রবা সমাজ মগী শক্তমনা ভঙাইফদনা শাগত্তবসু

১। L. Stephen. — "Every man is also an organ of the Society in which he has been brought up"

'English Literature and Society in the 18th Century' Methuen and Co. Ltd., 1963, P. 5

য়াখিদে। লানফম্না নৈহংগ্রবা সমাজগী অসিগুম্বা শক্তম অসিবু অার, কে, এলাংবম্না ময়াক্কী উপন্যাস 'মরূপ অনীদা মায়কৈ থরদগী য়েক-থোক্লি লাঞ্জাও নংগ্রবা সমাজগী শক্তমবু তাংকক কয়াদা উংথোকপগা লোয়ননা শরৎ চান্দনি অঙাং অনীবু শেংন-থায়নগ্রবা পুন্সি কয়াগী লেমহৌবা মথাক ওইহল্লি। অনিশুবা লাঞ্জাওনা থুগায়গ্রবা সমাজগী লেমহৌবা মচেৎ ময়াম মরক্তা লেমহৌবা পুন্সি অনীনা হিনাও শাবীনবা য়াওদনা মায়োক্নরিবা শক্তম অদুবু অঙাং অনীগী রারীনা লীহুনা ফোঙদোক্লি।

বৃটিশকী রায়েল চুপ্লি মথাদা লৈরম্বা মণিপুর লানফমগী শরুক অমা ওইখিবগা লোয়ননা লানফম্না পুরকপ থুগায়বা অমম্বং শাগংপগী শক্তম অদুদি নংদবা য়াখিদে।

পৃথিবীগী অনাশুবা লাঞ্জাওনা হোংহনগ্রবা সমাজ, অনৌবা খোঙফম কয়াদা অচৌবা মচল কয়াগা লোয়ননা অহোংবা কয়াসু যুগনা থুংলবগা লোয়ননা লাকপা তাখি। লাঞ্জাও মতুংদা অচৌবা রাজনীতিগী লানফম কয়া মায়োক্নরবা মতুংদা ভারতনা নীংতম্নকপগা লোয়নন মণিপুরসু নীংতমখি। অদুবু মশাগী পুন্সিগী মমলদা অমদি সংস্কৃতিগী চৌংলেম্নবা শক্তমগা লোয়ননা মরামদোম হিংজরম্বা মণিপুর অদুদি অমুক হন্নকপা ওমখিদে। রাজনীতিগী অনৌবা কাংলোন কয়াগী মথাদা মণিপুরনা নীংতম্বগী মীকপ থোরকপাসি ভারত রাজ্যগী শরুক অমা ওইননি। মশাগী পুন্সিগী তোপ তোপ্পা মশক্তা অনৌবা সমাজ অমবু শাগংপগী মহুৎ ভারতকী মতুংদা ভারত রাজনীতিগী চুপ্লি মথাদা অনৌবা সমাজ অমবু শাগংপা তাখি। অনৌবা নীংতম্বগী, অনৌবা রাজনীতিগী অহোংবা কয়াসিনা সমাজ অসিদা হিংলিবা পুন্সি কয়াগী অমদি অচুম্বা নীতিগী মশক্তা চুপশিন্নবা মহাও অদুদি ফংবা ওমখিদে। গণতন্ত্রগী মঙলান্দা মঙলান্নরবা, অচুম্বা অফবগী মিংদা পুন্নক মকশিন্নবা সমাজ অমা ওইরক্লে হায়বসি পাচানা মহাক্কী উপন্যাস "না তাখিবা অহল অমাদা উংথোরকই। পরম্পারাগী পুন্সিগী লেমজরবা শক্তন, শেংলবা হৌগ্রবা সমাজ অদুবু ঈথৌ

লাংজবনা উপন্যাসকার অসিনা হৌথ্রবা সমাজ অমদি অনৌবা যুগনা পুরকপা সমাজ অনীগী মরক্তা লৈরিবা অচৌবা খেন্নবা শক্তম কয়া অহুবু শীংথারি। "অসিগুম্বা মীওইবা কাণ্ডবু কয়া কয়ানা মকোক নোন্নখিবা খৌনা লৈবা মীওইশিংগী তাংলবা হকচাংগী ঈ মরিক মরিক্তা, থোনখিবা নত্তরা— ঙসিগী ঐগী ঈরৈবাক" ১

পাচানা অনৌবা যুগনা অনৌবা রাজনীতিগী কাংলোন্না পুরকপা মণিপুর সমাজগী অহোংবা অসি অফবা শক্তমদা হোংলকখিবা নত্তে, মসিনা পুন্সি কয়াবু মপূং ফাহন্দবনি, অশেংবা লমচংকী অশেংবা থমোয়গী শক্তম অহুদি লৈখা তানা মাঙহল্লবনি হায়বসি উংলি। হৌথ্রবা পুন্সিগী হৌথ্রবা মতমগী সমাজগী লেমজফম ওইরবা শক্তম অহুনা লৈখা তাথ্রবদা ঙসিদি মণিপুর সমাজ মমুং হোরবা অমদি ফিভম শোকলবা সমাজ অমা ওইরে হায়বসি উপন্যাসকার অসিগী রাখলদগী উংথোক্লি। অশেং-নমক মণিপুরী সমাজগী অহোংবসি অনৌবা যুগনা লাকপদনি। ঈচাওনা লাকহুংখিবগী শক্তম্নি। জাতিসিনা চাওথোকচরম্বা আশা কয়াগা তায়-ওন্নবা শক্তম্নি। মীখা পোনবগী মুঙাইত্রবা অহোংবা কয়া খাঙত্নুা লৈরক্লবা জাতিসিনা পৃথিবীগী তমথীরবা লাঞ্জাওগী চৈনাখোলমু ফংদবা য়াখিদ্রে।

লানফমগী শরুক অমা ওইখিবনা থুগায়বা কয়াগী চৈনাখোল ফংথ্রে। লাঞ্জাওগী মতুংদা নীংতম্বগী অনৌবা মঙাল অসি ভারতকী শরুক অমা ওইনা ফংলক্লে। অনৌবা যুগকী রাজনীতিগী সাসন মথাদা গণতন্ত্রগী কাংলোন পুশিল্লক্লবমু চুশিনবদা য়ানা থোকথ্রে। লোয়ননা ভাব তান্নদবগী শন্নদবা রাখল কয়া অমদি ওইজবা তানবশিংগী খুদোংচাবা য়েংবদা প্রজানা অশেংবা মহাওহু চুপচবা ঙমখিদ্রে। নায়কৈ অমরোমদা বৃটিশনা

১। পাচা, 'না তাথীবা অহল অমা', গীতা বুক ষ্টোর অনীশুবা খুৎনম, ১৯৮২, লাঃ ২

ভারতপু দিমোক্রেসিগীদমক্তা মতিক চাদে[১] হায়না শীংথাখিবহু মীংয়েং অসিদদি মণিপুরদা য়াম্না চুম্না থোক্লরে।

মণিপুর সমাজগী অহোংবা কয়াগী মরক্তা মীথা পোনবগী অহোংবা কয়া অসিদি তাওনা থোক্লবা অতুগা জাতি অসিগী পুন্সিদদি খাংওমদ্রবা পোৎলুম ওইরবা শক্তম্নি। গুননা ঐরাগী মথুক্তা তাগ্রবা মণিপুর সমাজগী শক্তম অমদি ইংলিসকী মীথা পোল্লবা সমাজবু নীংতমহনবগী অকনবা আশা অমা মহাক্কী উপন্যাসশিংদা উৎলকপদা মণিপুর সমাজগী অহোংবা কয়াগী শক্তমবু মরীক চুম্না উৎথোকপা ঙমখি। মহাক্কী থুংয়েক্তা মীথা পোন্দুনা লৈরম্লবা সমাজগী শক্তমবু থেংনরি। মীথা পোনবগী মুংঙাইত্রবা ইশুন অমদি রাজনীতিগী লম্বীদা লম্মুক্লবা. চায়েৎনবা অমদি শক্তিগী উৎখৎনবা কয়াগী মরক্তা মণিপুরনা লমলানবা ইংলিশকী খুবামমুংদা তাখিবগী মুংঙাইত্রবা ফিভম অমদি বিনোদিনীগী 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী'দা নৌহৌনা উপা ফংই। অসিগুম্বা অচৌবা অহোংবা অসিনা থুগায়বা অমম্মুং শাগৎপগী মশক্তা হান্নগী অরিবা শক্তম কয়ানা লৈথা তাখিবা লোয়ননা অনৌবা শক্তম কয়ানা নৌহৌনা শাগৎলকপগী শক্তমবু থেংনদবা য়াখিদে। রাজনীতিগী লৈতাদ্রবা শক্তম অসি পোকমিন্নদবা মচীন-মনাওশিংগী উৎখৎনবা শক্তমদগী শাগৎখিবনি। অশোননা নিংথৌ সুরচন্দ্রগী অপৎবা মতৌদগী অসিগুম্বা জাতিগী ফিভম অসি ওইরক্লবা অচৌবা মরম অমম্ম ওইখিবনি।[২] মতমসিগী সমাজগী, মুক্লবা কয়া অমদি জাতিগী অরা

---

১। Bipin Chandra Amales Tripathi Barun De, "Indians, they said, were unfit for self government or democracy" "Freedom Struggle, National Book Trust, New Delhi, August, 15, 1972, P. 36

২। বিনোদিনী, 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী', অইবা মশামক, ১ বা থুংনম ১৯৭৬, লাঃ ৬৮

লুংঙাইগী ফিভম অসি সনাতোম্বীগী পুন্সিসিনি। অকোইবদগী শাগংলক্লুনা অইবী অসিনা য়াম্না মায়েক শেংনা উংথোকপা ওম্মী। লোয়নদা য়েক্লবগী খুবামম্লুংদা সাসনগী চুপ্পীনা তাগ্রবা জাতি অসিগী পুন্সিদা লাকখিবা অফা অপুন্নবা ফিভম অমদি পেনদবগী য়াথোক কয়াম্থ থেংনবা তাখি। মশাগী পুন্সিগী অচেংপা বিশ্বাসতা মতম কয়া চুপ্পা পাঞ্জরকপা মণিপুরগী ভাগ্য বিধাতা য়েক্লবনা লেপঞ্জবদা ওইরকপা সামাজগী মশক অদুবু য়াম্না নীংথিনা উংলবস্থু মতমদুগী রাজনীতিগী খুজি পায়রিবা অংংজনা মণিপুরী জাতিগী সংস্কৃতিগী শক্তমদদি অদুক হাক্লা খুং থিংজিনখিদে। অদুম ওইনমক রাজনীতিগী চুপ্লিবু পন্থগ্রবদা সমাজ অংদা অহোংবা কয়াদি শোয়দনা লাকপা তাখি। সনা কোম্লং অঙেজগী য়াকাবুং ওইনাখি। মদুনা কংলাগী শা অনৌবু নংদুনা থুগায়খি। শা অনৌদুবু সাহেবনা তোংবা কাপখায়বনি।[১] অনৌবা পুন্সিগী মীংয়েংদা অনৌবা য়ুগকী রাখলদা অপাকপা মীংয়েং থরগী মমিদি তাংকক অসিদা তম্বা হৌরকখি। সাসনগী শক্তমস্থু লৈবাক নিংথৌ পানবগী অস্থপ্পা শকম অদুদগী তোংানখি। মতম অদুগী নিংথৌনা অচম্বা পুন্সি অমদি ধর্ম অমদি সংস্কৃতিগী লমদা লুচিংবা অমা ওইনা লৈরবস্থু অচৌবা রাজনীতিগী ওইবা লমদদি শক্তি লৈখিদে। অদুবু অনৌবা রাজনীতিগী রাথন্দা পেন্দনা কয়াবু ইচং থৌনা ফোঙদোকপা ওম্বগী অনৌবা পাঙ্গলদি লৈদোকলোন অসিগী মথাদা পুরকপা উখি। সোটেং সাহেবক য়ুম মৈ থাবগী হাক্তক্তা অকনবা চন্দ্রগী পোৎলুম লাকপদা যানীংদবা উংতুনা আন্দোলন চংশিনখি। বড় সাহেবকী মথক্তা নীন্দা তৌতুনা য়ানীংদবা ফোংদোকই তামরোমদা মৈতৈ নুপীশিংগী অশেংবা থৌনাগী মশককা হীরোইনরবস্থু রাজনীতিগী অপাকপা মীংয়েংদা পেন্দবা কয়াবু ফোঙদোক্লবা মফম অমদি কন্দুনা

---

১। বিনোদিনী, 'বড় সাহেব এবং সনাতোম্বী'. অহানবা ফোংবা, ১৯৭৬, লাঃ ১১১।

থম্বা হৌরকখিবনি হায়বসি শীংথাবা য়াই। "অহুদগীদি মুপীশিং হৌরক্লে, শঙ্গু শঙ্গু লাক্কুনা বড় সাহেবতা লাউরে, অশোক অপন য়াওনখি।"[১] নিংথৌনা অম্মুপ্পা ইঙাক মপু ওইহিবৈদা পেন্দবা কয়াবু অম্মুন্না ফোঙদোক্লবা পাঙ্গল মপুংফানা লৈখিবা উদে। অদুম ওইনমক মণিপুরগী নিংথৌগী লৈঙাকালোন্দা অচৌবা থৌরাং অমদি লৈ। নিংথৌ ওম্বা অঙম্বা হায়না শীংথানবা অমদি ফমদৌ হুফু হায়বসিবু নমহৎতুনা নিংথৌনা তৌনিংবদা মনাংতম্বা ঙমদে। মসিনা মীয়ামগী য়াইফবা য়েংহনা থৌপুরম্বনি। মীয়ামগী অপাম্ববু শীংনরবদি য়াইফবা লৈতে হায়বসি মুন্না খঙহুনা রায়েন চুপ্পিবু নীংখিনা পায়রম্বা লৈবাক্তা অশেংনমক ওং নৈবা হায়বসি লালহৌনবা মরু ওইনা লম্বী ফাংনি হায়বা রাখল অসি য়াম্না নীংখিনা উহুনা লাকখি। অদুবু অনৌবা পুন্সিগী মীংয়েং কয়াগা লোয়ননা সাসনগী মশকসি হংদনসক রায়েন মথাদা পুরক্কুনা সমাজগী অনৌবা মচল ওইনখি। য়াওল কয়াগি মনুংদা মীশা পোনবগী য়াওনে অমনা শাগৎখিবা সমাজগী মশক[২] অসি অইবা বিনোদিনীনা মহাক্কী উপন্যাস অসিদা মায়কৈ খরদগী উৎংথাত্তুনা মতমতুগী সমাজগী শক্তমবু উৎংথোক্লম্মী।

রাজনীতিনা লৈবাক অমদি সমাজগী ফীবমদা অওনবা পুরকই হায়বা সমদি শোয়দ্রবনি। অওনবা পুবকপদা নত্রি মতাং মতাংগী ওইনা মমায়ম্মু চুপ্পা হায়না লৌবা ঙাই। অওনবা পুরকপগী চাউরবা মরম অমনি। অওনবা অসিগী মমি মণিপুরী উপন্যাসতম্মু শোয়দনা তারি। উপন্যাসনা অওনবা অসিবদি থিংবা ঙমদে। অদুমকপু পামদবা মুংওাইতবা অমদি চুমদবা অওনবা লাকপা মতাংদদি চুমদে ফজ্জে হায়বা উংপা ঙম্মী। চুমদে হায়বা খঙবা অমদি খঙহনবসিম্মু অফবা অচুম্বা পুরক্কবগী তঙায় ফদ্রবা পান্থৈ অমা ওইনা য়াই। পান্থৈ অসি উপন্যাসতা থেংনরি।

---

১ | বিনোদিনী, 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী', অহানবা ফোঙবা, ১৯৭৬ লাঃ ২৩৪।

২ | The rise and growth of communism, National Book Trust, India, New Delhi, August 15, 1972, p. 110.

## ধর্ম্মনা পুরকপা অহোংবা মশক :—

মণিপুরী সমাজদা মতম মতমগী ওইনা অঙনবা কয়াগী মশক্কা লোয়নননা ঙসিগী শক্তম অসি ওইরকখিবনি। ধর্ম্মগী অঙনবা কয়ানা সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী মশক ওন্থোকখিবনি। ১৮ শুবা শতাব্দীদা হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা প্রভাব তারকখিবদগী থেংনৈ। সমাজগী অচৌবা অহোংবসিমক ঐথোয়গী লাইরিক কয়াদা মরিক চুম্না তাখি। মতমসিদা ইখিবা 'সনামহি লাইকল' 'মীয়াং'নচিংবা লাইরিকশিংদা অসিগুম্বা অহোংবশিং অসিগী মশক ময়েক শেংনা উবা ফংই। ধর্ম্মগী অহোংবসিনা জাতি অসিগী সংস্কৃতিগী মশক্তা শাফু পীতনা অচৌবা অহোংবা কয়া পূরকখিবসিগী মমি মতমতুগী সাহিত্যদা ময়েক সানা তাই। মতম মতমগী লাইরিকশিংদা সমাজগী অঙনবা কয়াগী শক্তম য়েক্লম্বা সাহিত্য অসিগী পুক্কৈদগী থেংনতুনা লাকই। উপন্যাসকী মশক উরক্লবা (১৯৩০) মতুংদা মচল অসিদা সমাজগী শক্তম্মা অহোংবা কয়া লাক্লবদা তাখিবা মমি অচৌমক ঐখোয়না হাক-থেংনবা ঙম্মি।

মণিপুরী জাতিগী পুন্সিদা ধর্ম্মগী অহোংবা মশক কয়া মতম মতমগী ওইনা লাকখি, অসিগুম্বা ধর্ম্মগী অহোংবা মশকশিং অসিনা সংস্কৃতিগী শক্তমদা থুগায়বা অমসুং শাগৎপগী অচৌবা ঈথিল পীখি। মণিপুরী জাতিগী অঙনবা মতমগী সাহিত্যগী পুক্কৈদা অনৌবা মচল কয়াসু থোরক্লবা মরম ওইখি : লোয়নননা অনৌবা যুগকী অইবশিংনা অসিগুম্বা মচলশিং অসিবু পুন্সিগী শরুক অমা ওইনা লৌশিনখি। অনৌবা লাকখিবা হিন্দু ধর্ম্মনা মণিপুরী সমাজদা অহোংবা কয়া পুরকখ্রবসু মমাঙৈদগী লৈরক্লবা সংস্কৃতিগী নীংথিরবা মচল কয়াদি জাতিসিনা অতুমক চেকশিন্না থমজরকই; শক্তমশিং অসিগী শরুক খরা অনৌবা যুগগী 'মাধবী' উপন্যাসতা ঐখোয়না থেংনরি।

কমলনা য়েক্লিবা মহাকী মতমগী সমাজগী শক্তম, হিন্দু ধর্মগী অমসুং হান্না লৈজরম্বা ধর্ম অনীগী মশক্তা শাগংলকখিবা শক্তমনি। [1]বীরেনগী য়ুম্বাল, নবীনচন্দ্রগী মোং হাদনা পাঙ্গরম্বা অচম্বা পুন্সিগী মশক, রাজেন কবিরাজগী পুন্সি অমসুং লীচত্তা হিন্দু ধর্ম অমসুং মৈতৈ পরম-পরাদগী থমজরকপা থাজবীগী মমি তাই।[1] অসিগুম্বা ধর্ম অমসুং সংস্কৃতিগী য়ানশিন্নবা মশক অসিবু য়াম্না ময়েক শেংনা উংতুনা উপন্যাস অসিগী ফজরবা তাংকক অমা ওইনা শাংথানরবা 'চীঙ্গোই বারুনী' হায়বাস অইবনা লাপ্তোকখি। হিন্দু ধর্মনা পুরকপা ঈথিলনা শিব দর্শনগী অচেংপা থাজবা অসি জাতিসিগী পুন্সিদা লাকপ্রবসু লংমাই পিতওঙাগী নীংনিং রারীবু তত্তনা পাউদম্লিবা চীঙ্গোই ইরুপ্পা থৌদোক অমা থেংনরুবদগী খঙবা ঙম্মী। মাধবীদা স্বর্থত্যাগকীদমক অচেংপা থোঙফমদা চোংথোরকপদা ভৈরবী, কালিগা মশক লৌরকপা অইবনা য়েক্লি:

। "মাধবীনা মশম-মনা থাদোক্তুনা মরৈ তমথোক্তুনা, মখুত্তা থাংশাং অমা পায়দুনা, লাউ থোংদুনা চেনশিল্লি।"[2]

অমসুং ঈশ্বরগী মফমদা পাঙ্গল থৌনা নীজরকপা উংলি:

"হা ঈশ্বর: পাঙ্গল শোনবা মুপীমচা ওইনা পোক্লুবা ঐহাক্না সমুদ্রগী মতৌগুম্না পুকচেল চাউরবা স্বার্থত্যাগকী মরিক অমত্তং লৌজবা ঙম্নবা পাঙ্গল পীবীগদ্রা?"[3]

অদুবু মাধবীগী মপুংদা হিন্দু ধর্মগী মিংদা চংনবী ওইনা লৈরিবা জাং বিঙাঃ থায়বা, শোক্ল-শম্নবা য়াদবগী চংনবীনচিংবদি শাংথারমদে।

---

১। কমল, 'মাধবী' (থৌরাং, "চীঙ্গোইবারুনী', কাঞ্চীপুর, অঙকপা শাউ', মণিপুর গর্ভনমেণ্ট লাইব্রেরী, ৮শুবা থুংনম, ১৯৬৭, লাঃ ১,৮, ১১, ৬৭।

২। মথক্কীসি লাঃ ৫১।

৩। মথক্কীসি।

ভাগেংনমকম মৈতৈ সমাজদা হিন্দুগী ঊথিল চঙপ্রবস্নু অসিগুম্বা চংনবীশিং অসিদ্দি থুমাও চাওশিল্লকপা ভমখিদে হায়বসি মসিনা থুদম ওই। মৈতৈ জাতিগী সংস্কৃতিগী মরুওইবা মচল ওইরিবা লুহোংবগী থৌরমদা ধর্ম্ম অনীগী তিনশিন্নবা শক্তমশিং ভসি ফাওবা মুংপা লৈতনা চংনরি। অসিগুম্বা য়ানশিন্নবা মচলশিং অসি কমলগী থুয়েক্তস্নু থেংনৈ।[১] 'মহাক্কী অঙকপা লুহোংবদা শাগংলিবা থৌদোকশিং অসি ধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতি অনীগী অপুনবা মশক্তি। অদুবু অইবাসনা বৈষ্ণবকী ওইবা পুন্সিগী মশকপু লৌশিন্দুনা অরোইবা শরুক্তা মাধবীন সন্ন্যাসি অমা ওইখিবগী ফিভম য়েকই। থাজবা অসিদগী মাধবীনা অকনবা পাঙল ফংদুনা ত্যাগকী লম্বীদা চংশিনখি, লোয়নননা মহাক্কী অরোইবা আশা ফোঙল-দুনা—"অথৌবা ঐদি লম্বোইবীনি অপাম্বা থাদোক্লবীনি মরম অসিনা তাইবঙপানবা অসিদা ইনিং থুংদনা পো' করিস্নু লৈতে। ঐগী হৌখিবা পুন্সিস্নু লৈঙাংশংবা ফি পেত্তুনা লেল্লক্তে, অরোইবা পুন্সিস্নু ফিজেং অসিনা লোমগনি।"[২] হায়খি মসিনা হিন্দু ধম্মবু থাজবা মশকসি মণিপুর সমাজদা মরূ ওইরবা শক্তননি হায়বসি উংলি। নীংশংনবা য়াবা রাফম অমদি মাধবীগী মঙ্গংদা কমলনা য়েক্লিবা সমাজগী শক্তম অসি অচৌবা মথল মথেলগী অহোংবা নত্তে, অদুবু পৃথিবীগী অচৌবা লাঞ্জাও অসিগী মমাংদা লৈরম্বা সমাজগা শক্তম অত্তবুদি মহাক্কা নাংথিনা য়েকখিবসিনি। মসিনা লাঞ্জাও নংলবা সমাজ অমদি লাঞ্জাও মতুংগী মণিপুরী জাতিগী পুন্সি মশকপু য়েক্লকপদা অচৌবা অহোংবশিংদু ঐখোয়না নাংথিনা লাকশিন্নবা লম্বী ওইরগনি।

অসিগুম্বা ধর্ম্মগী অহোংবা মশক অসি হৌরবা ইতিহাসকী য়ুম্ফমদা শাগংখিবা চাউবগী 'লঙ-লত' উপন্যাসতম্বু ভাংকক থরদা থেংনরকই। থাগেম্বা হাক্তা মহাক্কী উপন্যাসকী শক্তবু শাগংলবস্নু হিন্দু ধর্ম্মগী

১। কমল 'মাধবী', গভর্মেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা থুংনম, ১৯৬৭, লাঃ ৮২

২। মথক্কীসি লাঃ ৭৮।

মমি তারবা মণিপুরগী হৌখ্রবা পুন্সি অমদি সমাজদা অনৌবা ধর্ম্ম অসিনা হোংহল্লকপা শক্তমবু চাউবনা য়েকখিবনি। ইতিহাসকী তাংকক কয়াদা ধর্ম্মগী অহোংবা কয়া লাকেপসি অয়াম্বা জাতিগী মহৌশা ওইদুনা লাক্লবনি। ঐখোয়গী মণিপুর সমাজদসু মতমগী ঈচেন্না পুরকপা ধর্ম্মগী অহোংবা মশক অমা খাগেম্বা হাক্তক্তা নীংখিনা লৈরম্লে হায়বসি থেংনরুই। শক্তম অসি চাউদনা মহাক্কী উপন্যাসকী লমচংশিং অমদি থৌদোক কয়া শাগৎলকপদা পল্লম্মী। তাংকক অসিদা পাংবনচিংবা হান্নগী লাইদা ভক্তি থমজবগী অচেৎপা মশক অতুম্বু অতুমক থাদোক্লি অসিগুম্বা থাজবা অসিগী মরক্তা হিন্দু ধর্ম্মগী থাজবা কয়া তিন্শিল্লকপনি হায়বসি ময়েক শেংই। খাগেম্বা হাক্তদা ধর্ম্মনা সমাজবু হোংহনবগী শক্তম লৈএবসু খাগী লানফমদা তুগা মায় শোনবা 'জয় জয় দুর্গা মাইগী জয়'[1] অমদি ক্ষেত্রিমচাগী অকনবা ফিরেপ উংঙা। অসিদি হিন্দুগী দর্শনদগী পোক্লকখিবা রাখললনি। লৈবাক্কী লুরবা তানমমদা ইবুধৌ পাখংবগী থৌজাল ফংজবা, শক্তম অসিনা ধান্নগী থাজবা ঈশ্বরদা ভক্তি তৌজবগী মশক্নি। মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা ইবুধৌ পাখংবগী থৌজালদগী হিন্দু সরোবরদা থাং থৌ-বোম্বা অমসুং থংনা তা ফংদুনা খাগিশিংবু মাইখিবা পিবা ওমখি[2] (রামচং) অদুবু অইবনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অশেংবা য়ুম্ফমদা মাৎয়েং থমদুনা লাতাসনাগী পুখ্রা ওইরবা পুন্সিগী মশকপু শাগৎলকপা রামান্দিগী অকনবা বিশ্বাসপু উংখি।[3] (রামচং) মসিনা তুংদা মণিপুর সমাজদা রামান্দি ধর্ম্মগী অচৌবা অহোংবা অমা লাকপা মাবগী ফিভম অমা উংপা ঙম্মী।

---

১। খাইরাক্পম চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা' গৌরহরি, ২শুবা থুংনম, ১৯৫০ লাঃ ২১

২। মথক্কাসি, লাঃ ৩০

৩। মথক্কাসি, লাঃ ১১৬-১১৭ঃ নবীন্না শ্রীরামগী গুণ শকপদগী কুঞ্জলতা সনানচিংবা নুপী পুন্নমক অসিসু শ্রীরামদা শ্রদ্ধা লৈরে।

তশেংনমক ধর্ম্মগী অহোংবা অমা লাক্তুনা মণিপুরী সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী মশক্তা অহোংবা কয়া লাকদৌরিবা মশক অসি শুপ্পতগী হিন্দু ধর্ম্মগী ইথিনতনা ওইদ্রি. হিন্দু ধর্ম্মনা পুরকপা সংস্কৃতিগী মশক্তনা মপূং ওইরবস্থু মুসলিম ধর্ম্ম অমদি মসিনা পুরকপা সংস্কৃতিগী মচল থরস্থ খাগেম্বা হাক্তকা পুশিল্লকপা তাখি। ইতিহাসকী থিংজমদ্রবা ঈচেলদা য়াওরকপা অহোংবা কয়াগী মশকসি মফম মতমগী ওইনা লৌশিনবা তাখি। তশেংনমক মীওইবা সমাজগী শক্তম অসিদা অহোংবা হায়বসিতনা থরাই ওইহনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা অহোংবশিং অসিদা থুগায়বা অমস্থং শোগ'পা হায়বসি য়াম্না মকওইবা থৌওং অমনি। "মসিগীদমক মীওইবনা থুগায়বগী থৌদাং লৌবগা শোয়ননা শাগৎলস্থু ওইরিবনি।"[১] সমাজ অমদি পুন্সিগী অনৌবা মশক অমা শাগৎলক্কদৌরিবা ফিভম কয়া অসি। চাউবনা মহাক্কী 'লবঙ্গ-লতা'দা ময়েক শেংনা উৎলম্ম। খাগীগী লানফমদা মৈতৈ জাতিগী পুন্সি অমদি ধর্ম্মদা অহোংবা পীবা ওমখিদ্রবস্থু শানৌবগী লালশিংনদি অহোংবশিং পুরকখি। অসি মণিপুরী জাতিগী পুন্সিদা মুসলিম ধর্ম্মদগী লাকখিবা সংস্কৃতিগী মশকশিং অমদি ধর্ম্ম অসিনা পীক্রবা লমদম অসিদা শাইদাংফম লৌরকপদা ওইরক্লিবা পুন্সিগী মশকশিং অদুনক চাউবনা মহাক্কী উপন্যাস অসিদা শৌংথারমদ্রবস্থু তৌবুলগী লানফমদা খাঙল লাম্মী ময়াম্না লানফা ওইখিলসিনা ধর্ম্মসিগী খোঙদাফম অমদি থমথ্রে হায়বসি মহাক্তা উৎলম্মী। ধর্ম্মগী খেন্নবা মশকশিং চাউবনা য়েকপা পামখিদে, অমদি তাঞ্জাস্থু ফংখিদে। অমরোমদা মণিপুরী জাতিগী ইতিহাসতা বৈষ্ণবকী ঈথিল চংদ্রিঙৈদদি অমাং-অশেং অমদি মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নবসি কন্না লৈরমদে, মসি চাউবগী থুংইদস্থু উরি। চীংলোন মাপলগী মঙুংদা চিক্না লেম্না ভাল্লম্বা, হৌরবা মতমগী মৈত্রবাক্কী সংস্কৃতিগী শক্তমদা চাউথোকচবা অইবনা চয়বা, শেংলবা ঐখোয়গী

[১] Dr. Radhakrishnan, 'Religion and Society', 3rd impression, Second Edition, George Allen and Unwin, 1956 p. 20

হৌরবা সমাজ অদুবু খুৎথোক্তুনা উৎনবা হোৎনখিবতনি। অকল-অথৌগী মুংশি মুংওল অমদি হৌরবা জাতিগী পুন্সিগী মশকশিং অসি ইতিহাসকী যুম্ফম অমদগী শাগৎলকখিবনা, মহাককা অসিগুম্বা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমদি পুন্সি মশকপু ইতিহাসকী পোইরৈ য়েংদুনা শোকখিবতনি। অদুবু তৌবুলগী লানফম মতুংদা মণিপুর তম্পাক্তা পাঙল লানমীশিংনা খুন্দাবা হৌখিবা অসিনা[1] মণিপুর সমাজদা মুসলিম ধর্ম্মগী ঈথিল অমদি পুন্সিগী মচল অসি হাপচিনবা হৌরবনি।

[1] চাউবনা লবঙ্গ-লতাদা উৎখিবা হিন্দু ধর্ম্মগী মশকসি অচম্বা ঈথিল থবতনি লোয়ননা মসিনা তুংদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকপা য়াবগী খোঙফম অদু উৎলম্বতুনি। মণিপুরী সমাজদা লাকখিবা অনৌবা ধর্ম্ম অসিগী শক্তমসি ১৮ শুবা শতাব্দীদগীদি মপুঙ মরৈ ফাগ্রে, লোয়ননা অনৌবা যুগকী পুন্সি কয়াদা অচেৎপা মচল ওইনরে। ধর্ম্মসিগা লোয়ননা জাতিসিগী পুন্সি মশকসি শেমদোক শেমফিন কয়া তৌগ্রে, গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী প্রভাবত্তা, সংস্কৃতিগী মচল কয়াদা অনৌবা মচল কয়া খোঙদাগ্রে ; মসিনা জাতি অসিগী পরম্পরাগী মচল কয়াদসু থুগায়বগী শাফু পীগ্রে। শম্ম হায়রবদা হিন্দু ধর্ম্মনা মণিপুরী জাতিগী সংস্কৃতিগী মচল কয়া থুগায়খি, লোয়ননা কয়া অমা শেমগৎখি। অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিনা অফবা মচল কয়া পুরকপদা যক্তবা চৎনবী কয়াসু চেন্নদুনা লাকখি। হিন্দু ধর্ম্মগী মতুংদ লাকখিবা মুসলিম ধর্ম্মগী খোঙদাফমসু চাউবগী উপন্যাসতগী উবা ফংগ্রে। অসিগী খোঙদাফম ফংখিবগা লোয়ননা তপ্পা তপ্পা মঙাল শন্দোরকপসু হৌরকখি। মণিপুরী তম্পাকা হিন্দুশিংনা মপুঙ ওইবা পুন্সিগী মশক লৌবসু মুসলিমশিংসু মশাগী ধর্ম্মগী অচেৎপা বিশ্বাসতা হিংদুনা লাকখি। লৈবাককী থৌদাং কয়া য়াম্নিরকখিবা কাঙলুপ অনি অসি গৌড়ীয়

---

১। চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা' গৌরহরি, ২শুবা খুৎনম, ১৯৫০, লা: ১১০

সম্প্রদায়গী মমুংদা শাগংলকপা অথুবা মীংয়েংদগী অমুক থাইনবা তারকখি। লেংগা লেংগা লৈনদুনা পানমীন্নরকপা জাতি অসিগী মরক্তা শোক্ক-শন্নবা য়াদবগী মুংঙাইত্রবা চৈথল অমনা মতম কয়া খন্দুনা থন্নকখিবা অসিনা মীওইপোক্কী থমোয়গী শোংলবা মরদা অচৌবা লংজবা অমা ওইরকখি। অসিগুম্বা মুংঙাইত্রবা সনসা অসি হিন্দুম অঙাংহলনা মহাক্কী 'জহেরা'দা নরিক চুন্না যেকথোকই। মণিপুর সমাজগী মমুংদা কাংলুপ নাইবা, ধর্মগী অথুবা পন্না পুক্কিগী শক্তম হেংহনখিবদগী ওইরক সংসারগী থমোয়গী ওইবা রাকমদা, মুংশিবগী মমলদা শাফু পীদুনা তেংশিন্নবা যাগদ্রা হায়বগী চাংয়েং অসি লাস্তোকখিবনি।

মৈতৈ জাতিগী হৌজবা সমাজদা মীগা মীগা মান্নদবগী ধর্ম খেন্নবা মীংয়েংশিং মসি য়ান্না কন্না লৈরম্বা নত্তে, অদুবু গৌড়ীয় ধর্মনা মকা লান্নকপগা লোয়ননা অসিগুম্বা চংনবী অসি য়ান্না কনশিনখি। মৈতৈ-রোলদগী হৌনা পানমান্নবরুবা চাংমী ফাওবা মাংই হায়দুনা খাইদোংদুনা জাতিগী মান্নবা মীচিংদা অকায়বা থোকহনখি অমদি মরাল লংজখি। ধর্মগী মিংদা লাকখিবা অহোংবসি য়ানিংদবা কয়া লাক্রবসু পাঙ্গল থোকপা য়াখিদে। ধর্মনা তাদীবসি পাঙলশিংনা মওক্কনা অমুকসু হেন্না চেৎনা থমখি। অমত্তা ওইবা সমাজ অসিদা মুসলিম সমাজ অমসুং হিন্দু সমাজ হায়না কাংলুপ অনি থোরগা খায়দোকপগী মুংঙাইত-তবা রাখল লাকখি। অসিগুম্বা কাংলুপ অনী অসিগী মরক্তা থোকখিবা উংখৎনবা, শন্নবা য়াদ্রবা মশক কয়াসু অঙাংহল্লা 'জহরা'দা ফজনা উংথোকই অমসুং মসিবু অমুক্কং তেমশিন্নবা হৌস্তী থি অমসুং সমাজদা রাকখৈ। মতমতুগী হিন্দু কাংলুপকী হেন্না খুজিনবা মীংয়েং অমদি কন্নবা নিয়মগী পল লান্দুনা জহরাবু হিন্দু সমাজদা পুশিন্নকপা তেমখি-দবসিনা অইবগী থৌনাদা অমকপা অমা ওইরবং সমাজসিগী মমুংদা লৈরিবা অথিংবগী পল অসিদি তমথিবনি হায়বসি উংলি। মীওইবগী

পুন্সিগী তাহোংবনা সমাজগী অহোংবনি, অসিগুম্বা অহোংবা মচলদা ফত্তবা কয়া য়াওরকপসিনা মীওইবগী পুন্সি কয়াদা অমোং-অনৈ কয়া পীরে। লানজদবী জহেরাগী পুন্সি অপীকপা মৈরিক্কি। কুঞ্জোগী পুন্সিদি অরানবশিংসিগা তেমশিংনগে চোংথোকখিবা হিন্দু সমাজগী নৌনা খন্নগদবা রাফমশিং উৎপা পুন্সি অত্তুক্কি। অত্তুবু জহেরাগী অরা পোলোই অসিদা মণিপুরী সমাজদা মান্নদবা কয়াবু মুথংনবগী অমদি ধর্ম্মগী অথুবা নীতিবু থদংনবগী রাফম শমা লম্ভোকখিদবা নত্তে। অইবা হায়বসিমক্তবু য়াওল পাম্বনি, অওাংহনবা অশেংবা য়াওল অমবু খোরাংজরম্বনি। মসিনা সমাজ অসিবু অচুম্বা লম্বীদা শম্ভোকচনীংবগী আশা থমজখিবনি। তশেংনমকস্তু সমাজগী মন্নুংদা ফত্তবা নীতি হায়বসি পোংলুমনি। মসিনা সমাজদা কুইনা থক লৈবা ওমদে, অহোংবা কয়াগী লেপত্রবা য়ানবদা অচুম্বা য়াওলবু পুবকপা অইবনা পামখিবনি।

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অকনবা প্রভাবনা মণিপুরী সমাজদা অহোংবা অমা লাকখিবসি শীতলজিৎকী উপন্যাসতস্তু এখোয়না থেংনৈ। ধর্ম্মসিনা পুশিল্লকপা অমাং-অশেংগী শক্তম, মীগা মীগগী মরক্তা থেন্নবগী শক্তম কয়া শাগৎলকই, মীংয়েং অসিদগী জাতিসিগী রাথল য়ান্না খুজিল্লকই হায়বসি খঙবা ঙম্মী। হিন্দু নত্তবা কাওলুপপু হুনথনা খনবতা নত্তনা মৈতৈ জাতি নত্তবা কাওলুপপস্তু হুম্বনা য়েংবগী রাথল লাকখি। শীতলজীৎকী সদানন্দনা মণিপুরগী মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎপগীদমক মহাকপু ইম্ভোকপগী রাফম[1] ফাওবা য়ৌশিল্লকই। অসিগুম্বা সমাজগী মশক অসিনা গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী ইথিলদগী মণিপুর সমাজ কয়াগী মতিক হোংহনথবগে হায়বাসি খঙনি। অদুবু মতমসিগী অইবশিংগী রাথলদদি

১। শীতলজিৎ, "হোটেলদা জাত অতোপ্পশিংগা লৈমিন্নৈ হায়তুনা সদানন্দবু মহাসভানা মাংই হায়বদগী মখোয় ইমুংস্তু য়াওনা মাংলে।" থাদোকপা অহান মশামক, মগুরা খুংনম্ব, ১৯৪১, লাঃ ২

অসিগুম্বা অথুবা মীংয়েং অসিবু পামজখিদে। অমাং অশেংগী চৎনবী অসিনা মতম কয়া সমাজগী পোৎলুম শুইররকবসু অনৌবা যুগকী মঙাল ফংলবা মতমসিগী নহারোলশিংনা মসিগী মায়োক্তা লেপখি, অসিগুম্বা চৎনবা অসিবু থাদোক্লবা দাবী তৌখি। শীতলজিংনা 'থাদোকপা'দা ধর্ম্মগী মিংদা শাগৎলিবা অমাং অশেংগী হেক্সিল্লবা শাজৎ অসিবু য়ানিংদবা ফোংদোকখি; অদুবু ধর্ম্ম'সিনা পুরকপা পুন্সগী অফবা মচলশিংদি শীতলজিংন. পাম্না লৌশিনবতা নত্তুনা মসিতনা পুন্সিগী অশেংবা লম্বীনি হায়রবসি উংখি। শীতলজিংনা সমাজগী মনুংদা লৈরিবা ফত্তবা চৎনবী-শিংবু য়াম্না য়ানিংখিদে অদুবু মহাক্না পুন্সিবুদি পামজনা লৌশিনখি। মহৈ মশিং হৈবা মরমচৎ ফজবা ব্রাহ্মণ, বণ, শামু, কুই, কুইচাবা চন্দাল মখোয় পুম্নমকপু চপ মান্নন অদুম মউই জ্ঞান লৈবা মীশিংনা বিদ্যাবিণয়সম্পন্নে ব্রাহ্মণে গবি হস্তিনি। শুণি চৈব শ্বপাকে চ পণ্ডিতাঃ সমদর্শিণঃ ॥[১]

শীতলজিংকী মীংয়েং অসিগুম উপন্যাসকার দিকনসসু মহাক্কী মতমগী সমাজগী চৎনবীবু য়ানিংখিদে অদুবু পুন্সিবুদি পাম্না লৌশিনখি।[২] অইবা শীতলজিং নৈষ্করনি, ধর্ম্মনা মুক্তি ফংলগনি হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা থাজবনি। মহাক্কী সদানন্দবু তংকক কয়াদা গীতাগী মপাঙ যেন্নবা মীশক অমগমনা হেক হেক শীক্তিজরকপা মসিগদমক্কি। গীতানা তাকইবা 'ভাকশীনতনা অথোইবা ধর্ম্মনি' হায়বসি মহাক্কী সদানন্দনা চেৎনা থাজবনি। মীপুম খুদিংদা ঈশ্বর অয়মম লৈরিবনি।

---

১। শ্রীমদভাগবত. গীতা, ৫ বা অধ্যায়, ১৮ বা শ্লোক।

২। I for Evans, "Dickens enjoyed life, but hated the social system into which he had been born" A short History of English Literature, The English Novel from Dickens, Penguin Books, Reprinted, 1981, p. 244

মীগা মীগা খেন্নবা লৈতে, অমত্তনি হায়বসি মহাক্কী সদানন্দনা চেৎনা, য়ান্না চেৎনা থাক্তখি।

শীতলজিৎনা মণিপুরী জাতিগী অহোংবশিংগী মথক্তা হিন্দু ধর্ম্মনা হেংহল্লকপা সংস্কৃতিগা মচলশিংবু মহাক্কী উপন্যাসশিংদা উৎলকই। মচা মুংশিবগী ঈচেলবু শাগৎপদা শীতলজিৎনা মহাক্কা 'ইমা'দা নিমাই সন্যাসকী লীলাবু পুশিল্লকই। ধর্ম্মসিগী থাজবদা জাতিসিনা খম থেংনা লূপশিনখ্রে হায়বসি নিমাই সন্যাসকী লীলা উবদা অয়োকপী মমা য়াধাগী বাৎসল্য প্রেমগী শিরাং অতুনা ময়েক শেংন উৎলি।[1] ধর্ম্মগী মশক্তা সমাজদা শক্তক য়ারিবা ফিভমশিং উৎলবসু অতৈ ধর্ম্মগী অহোংবা কয়াদি উৎখিদে। ধর্ম্মগী মশক্তা অহোংবা কয়া সমাজদা শাগৎলকপবু শীতলজিৎনা পুরিং থিংজিল্লবগী মহুৎ হিন্দু ধর্ম্মতনা পুন্সিগী মুক্তি পীগনি থাজখি। মহাক্কী অতোপ্পা 'মুংশি য়াথৈবা', 'রোহিনী'নচিংবদসু ধর্ম্মগী অহোংবা মশক কয়া থেংনখিদে। অদুনকপু রোহিনীনা হাওল্লবা শাদুনা চুড়াচান্দপুরদা শাইদাংফম লৌখিবদা খৃষ্টান ধর্ম্মগী শান্তি অমদি মান্নুংশিগী পাউজেলগী মশক অমদি থেংনরুই। ধর্ম্মসিনা ঈশ্বর্দ মুংশিবগা শায়োননি হায়না শিংখাখি।[2] অইবসিনা খৃষ্টান ধর্ম্মগা পাউজেলদা য়াওরবা অহিংসা অমদি মীন্নুংশিবু ইকাইখুম্নজবগী শক্তম্নি। মণিপুর সমাজদা খ্বাইদগী নৌবা মশক অমা ওইনা ধর্ম্ম অসিনা খোঙদাফম লৌরকপদু উৎপনি। অদুবু শীতলজিৎনা ধর্ম্ম মান্নদবগী মুরুবশিংদি মহাক্কী য়াথলদা য়াখিদে অমদি উৎথোকখিদে। তশেংনমকসু ২০ শুবা শতাব্দীদা ঐথোয়গী সমাজদা ধর্ম্মগী মুরুবা অমদি মুরুবশিংনা হোংহল্লকপা সমাজগী শক্তম লৈখিদে হায়না লৌবা য়াই। ১৮ শুবা শতাব্দীদা মৈতৈগী হান্না লৈজরম্বা ধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতিগী মশক্তা

১। শীতলজিৎ, 'ইমা', অচোম ইবোবী, ২বা ফোঙবা, জুন ১৯৪৭, লাঃ ৭৩
২। শীতলজিৎ, 'রোহিনী', ইবোবী, ১৯৪৮, লাঃ ২০৪, ১০৬।

শান্তিদাসন পুরকখিবা রামান্দী ধর্ম্মগা অনী অসি মুক্কনা খ্বাইদগী চাউবা খোঁদোক্কি হায়বসি তশেংবনি। মণিপুরনা অনৌবা যুগতা ভারতকী শরুক অমা ওইরক্লদম্বু ভারতকী মদম কয়াদা হিন্দু মুসলিম মুক্কবগী অচৌবা হিংসাগী খোঁদোকশিংদি লোকখিদে। মুপ্পতগী খোরকপা ম্যাকগী চিংনবা শক্তমতুদি খরমখৈদি লৈরম্মী হায়বসি অচাংহন্না উংখিবা অতুতনা শাখিনি। ধর্ম্মগী অহোংবা মখকসি আর, কে এলাংবমগী 'মরূপ অনী'দম্বু শীংথাখিদে। অতুম ওইনমক গৌড়ীয় ধর্ম্ম হায়বা অনৌবা ধর্ম্মসিদা য়াওরিবা খোঁও খরাদি মহাগা পুখোগুন করেন্নবদা থরোইনা শালগ্রাম শাবগী খোঁদোক থেংলকই। লোয়ননা হিন্দু ধর্ম্মগা থাজবীদা হুকচিনখিবর্গী শক্তম অচাং অনিনা লৈবাককী লাই লাৎপগা খোঁদোক্কু উংলি।[১]

হিন্দু ধর্ম্মগী চোংলকপা শক্তমদা মণিপুর সমাজদা জাতি-বর্ণগা রাখল অমা কন্না চৎনবগী তাংকক অমা লাকখি। খ্বাইদগী অথোইবা কাঙলুপ অমবু ধর্ম্মগী মীংয়েংদগী ইকাইথুম্নবা অমদি মখোয়গী মম ফাওবা নেংহৈদে থম্নরকপা তাংকক অমা সমাজ অসিগী মনুংদা লৈরম্মী। অসিগুম্বা চৎনবীগী অহোংবা শক্তমসি 'জাং ওনবা' উপন্যাসকা মনুংদতা থেংনখি অমদি অসিগুম্বা থেন্নবা ধর্ম্মগা মাংয়েং অসিবু তেমশিংবগা রাখন্না রামসিংগী উপন্যাস অসিগা পান্দম ওইখি। জাং বিজাং খায়বা অমদি জাতিবর্ণগা রাখলসিনা কয়াগা মতিক চেংশিনহনম্বগে হায়বসি অইবা অসিনা শেমগৎচরুবা পুন্সি অনানা তান্নবা চাং লৈবাক্কা শাই-দাংফম লৌথিবসিনা শাক্কিনি। অশেংনম্মক্কে মণিপুরী সমাজদা জাতি বর্ণগা পোৎলুম অসি অকনবনি হায়বসি মন্নেক শেংলবনি। 'মৈতৈ পাখং

---

১ | আর, কে. এলাংবম, "ঐনা নহাল মথৈ লাংচবা ইষ্টদেব অসি ওসিদি মখোঙ খোংনা লেংথোরক্লে' 'খুড়াগী ইষ্টদেবদি থরোই ওইরে" মরূপ অনি, অইবা মশা লাঃ ৫১।

নবকিশ্বর অমদি ব্রাহ্মণ চন্দ্র যামিনী, অনীনা নক্ক-তাম্নবা তারক্লবা সমাজগী চৎনবী অসিবু য়ানিংদবা অমদি থমোয়গী শেংলবা লৌচিংনা সমাজগী পনবু কানথোকখিবসিনা ধর্ম্মসিগী চৎনবীনা পুন্সি কয়াদা শীংনরিবা শক্তম্ ময়েক শেংনা উংলি। অসিগুম্বা মশক অমদি মতমগী চৈনা অসিবু রামসিংনা অসুম্না পেন্দবগা লোয়ননা ফোঙদোকই—

"আঃ অথাবনি; হায়নিংঙাই লৈতনা অরাবনি। পোকওমদনা পোক্লরবা মীওইবগী মপোক্তা নবকিশ্বর অমসুং যামিনী নুংশিনবগী অকনবা লিচিংগী পাঙ্গম্না মৈত্রবাক্কী রাংলবা চৎনবী পল্লগী থূরবা লম্বীদগী লিৎ-থোকখিতুনা ....."[১]

চীংমীশিংগী মফমদদি মীনুংশিগী অশেংবা মশক অমদি মীওইববু চঙজফম পীবগী অচেৎপা মশক অসিনা অশেংবা মগুণ ওইতুনা লৈরম্মী। বৈষ্ণবর্কী অকনবা প্রভাবনা মৈতৈ সমাজদা অচৌবা অহোংবা লাকখিতুনা মীগ-মীগগী মরক্তা অচৌবা খেন্নবা মীংয়েং কয়া শাগৎলকখিবা তাংকক কয়া লাকখ্রবসু চীংমীশিংগী মফমদদি অসিগুম্বা ফত্তবা চৎনবী কম্না অসিনা খুৎ থিংজিনবা ঙমখিদে। লোয়ননা অইবনা অশেংবা মীওইবগী ধর্ম্ম চঙজরকপবু চানবীবা হায়বসিবু নৌহোননা নীংশিংখি। মরমসিনা কসোম থুল্লাকপনা নবকিশ্বর যামিনীবু মচাদা মচাগুম চঙজফম পীবিখি। মসিনা মতম অতুগী চাংমীশিংগী পুকচেলবু ময়েক শেংনা উৎথোকই। চীংদা তোংবা চীংমীনা অসুক মীনুংশি চাউরগা তম্মীশিংগী অথুবা রাথলনা থমোয়গী লিচিংদা অপনবা পীরম্বসি গৌড়ীয় ধর্ম্মনা পুশিল্লকপা রাথলনি।[২]

১ | রামসিং, 'জাৎ ঙনবা', ৪ শুবা খুংনম, ১৯৭৯, লাঃ ৮৪

২ | রামসিং, "ঐথোয়গী মৈত্রবাক্তা আ পারম পুরমদগী জাৎ অনি অগি লৌন লৈনবা য়াদে। অতুবু মা ঐ য়াগ্না নুংশিনখিবদগী কায়রবা ঙমত্রগুনা ঐথোয়গী মৈত্রবাক্তা অমুক লৈরগনুসি হায়রতুনা অসুম লোমা লাকমিন্নরবনি। মথোয়না ঐথোয় অনি অসিবু ফাগদবগী পুলিশকা লোয়ননা কন্না কোইথি থিরি।"—'জাৎ ঙনবা' ৪শুবা খুংনম, ১৯৭৯, লাঃ ৫৮।

তশেংনমক রামসিংগী 'জাৎ ওনবা' অমাং অশেং, জাতি, বর্ণ থায়বা মণিপুরী সমাজগী অশেংবা শক্তম অমনি। তাংকক অসিদা উপন্যাসপু পুন্সিগী শরুক অমনি হায়না লৌনবা বিশ্বাসশিংগী রাখল কয়াসি অচুম্বনি। মেথিউ আরনোল্ডনা অসি শুম্বা মীংয়েং অসিদগী অন্না-কার্ণেনিয়াবু পুন্সিগী শরুক অমনি হায়না শিংথাখিবনি।[১] সমাজগী অসিগুম্বা মপাউদা উপন্যাসকী অচুম্বদি ইতিহাসতগী হেক্তিনবা শক্তম্নি। অদুবু ইংনা চিক্লা পাঞ্জরকপা মণিপুরী সমাজদা মুংওাইত্রবা চংনবী কয়া পোৎলুমগুম্না ফাজিল্লকপা সিগী মায়োক্তা পোথায়রকদৌরিবা য়ানিংদবা মৈগী চাং অদুগী শক্তম উংলম্লবনি।[২] অনৌবা পুন্সিগী মীৎয়েং অনৌবা ভেল্যু কয়ানা অনুকস্নু চেকশিন্না হায়রবদা অশেংবা মীওইবগী থমোয়গী ঈচেলদা পাল ওইরিবা চংনবী সমাজদা কুইনা লৈবা য়াদে। সমাজগী ঈচেলদা লৈঙোইগী পালগুম নমথায়থিগনি হায়বসি ময়েক শেংলবনি। হিন্দু ধর্ম্মনা মৈতৈ তম্পাক্তা অচেৎপা খোঙদাফম লৌহুনা মসিগী নিংদা থমজিল্লকইবা পোৎলুমশিংসি চাংমীশিংগী মফমদাদি লৈরমদে ; মখোয়গী অচুম্বা থমোয় অমদি মান্নুংশিনা থল্লবা পুন্সিদা নবকিশোর অমসুং যামিনীনা চঙজফম লৌখিবনি। অদুবু অসিংশা ধর্ম্মগী মন্নুংদা য়ানিংদবা কয়া লোয়নরবসু রামসিংনা হিন্দু ধর্ম্মবুদি হুন্দোকপা পামখদে। শরৎচন্দ্রনা হিন্দু ধর্ম্মগী মন্নুংদা য়াওরিবা কত্তবা চৎনবা কয়াবু য়ানিংত্রবসু হিন্দু ধর্ম্মবুদি নিন্দা থক তৌখিদবহু রামসিংগী মফমদসু ময়েক শেংনা থেংনৈ।

ধর্ম্মগী শাফুদগী হেংংহল্লকখিবা মণিপুর সমাজগী শক্তমশিংসি গুণনা মপুঙফানা য়েকলমত্রবসু ধর্ম্মসিগী থাজবদা চিক্লা পাঞ্জরম্বা মণিপুরী সমাজগী মশক অমদি মহাক্কী 'লমন'দা থেংনৈ। ইতিহাসকী কাংখোং চাইরবা

১। মিথিউ আরনোল্ড, 'এসেজ ইন ক্রিটিসিজম', ১৯৭৪, লাঃ ১০১

২। মণিহার, 'ঋতু' আব কে, বিহুর (সম্পা'; কলচরেল ফোরম মণিপুর, ৬০ শুবা চেফোঙ, লাঃ ১৮।

শক্তম অমনা মণিপুরী সমাজবু লৈতাহনখিদবা শক্তমবু য়েকপদা ধর্মগী মচলশিং অসি চেন্নখিবনি। সনা কোম্মুংগী শ্রীগোবিন্দগী শরিক খোঙ্গেলনা মাইগৈ পুম্নমক শন্দোক্লিবা, শক্তম তমুবীনা পারি পুতুনা চেল্লকপা খোৎদোক্লা থেংনৈ। অদুবু জাতিসিগী হান্না লৈজরম্বা ধর্ম অমদি ঈশ্বরগী মফমদা থাজরম্ব। কয়া অহুম্ম চেকশিন্না থংজরি হায়বসি তমুবীগী পুন্সিগী লুরবা খোঙফমদা চীংশাং খোনবা খোয়ুম লমলৈমা অমদি মাইগৈ ঙাকপা লাইশিং নীংশিংজরকপসিনা শাখি ওই:

"লমলৈমা নহাক্লা নমোমগী খুজেং পায়বীয়ু। লমঙ্গাও কোনবা নহাক্লা ঐগী লম্বী পীবীয়ু। পারি কাংদোং ফারগা নখোয়গী লমন শিংজগে; তাওজিং হৈরাং তমলগে শিঙেল লৈরাং কংলগে।"[১]

চংনিংনা মবুং গাইরেমনং অমসুং লুখৌ অনীনা চাইনবা তারক্লবদা খৌবুম কোনবা লাইবু খুরুমজনা মশুংলাং খৌবুম তম্পাক্লা ইরাং থোকহনবিগনু হায়না নিজখি।[২] পুম্নমকসি জাতিসিগী মমুংদা থায়নদগী লৈরক্লবা ঈশ্বরবু থাজবগী শক্তম অহুনি।

অনৌবা য়ুগকী পুন্সিদা য়ুম্নম ওইহনা শাগৎপা খুদোলদা মৈতৈ সমাজনা হিন্দু ধর্মদা চঙশিল্লকপা শক্তম অদুবু য়েক শেংনা উবা ফংই। খুদোলগী লমচং পুম্নমক্লা ধর্মসিগী থাজরিবা পুন্সিগী শিন্থা কয়া পাঙহল্লি। গুণগী মফমদা লৈরম্বা ধর্মগী দর্শন, হিন্দু ধর্মগী শক্তমলোমদগী শাগৎলকপনি। অসিগুম্বা দর্শন অসিগী মতেংনা উপন্যাসকারগী রাখলদা রহস্যবাদ মিস্টিককী ওইবা ওজরবা শক্তম অমা শাগংলহনা নোঙ্গাগ্রবা রতনকুমারগী —মফমদা তর্পন কৎচবদা উংথোকই।

---

১। গুণ, 'লমন', স্বরধনী, ৫ শুবা ফোঙবা, ১৯৮১, লাঃ ১, ৪
২। মথক্কীসি, লাঃ ১৮৫।

"ভাইবং ঊয়াংমা লানগ্রবা ছে মরুপলোই ; নহাক্কী আত্মানা স্বর্গগী নন্দন কানন্দা লেঙদনা লৈবা ওইসনু ; মপোক অমদসু মরুপ ওইনা ফংজগে। অপংবা করিসু লৈত্রবা ঐহাক্কা, ওসি নংগী প্রেমগীদমক কচ্চবা, নহাক্কা উরগা পেনবিয়ুকো।" [১]

লোয়ননা সোরোগী অরোইবা খোঙচৎপু থরায়গী লাঙোল অমগী খোঙচৎ অমনি হায়না অইবনা শীংথারি, তশেংনমক গুণ হিন্দু ধর্ম্ম'না তাক্লিবা লম্বীদা অরানবা খুভম ফংগনি হায়বসি থাজে। সোরোগী আত্মাগী খোঙচত্তা মহাক্কা শ্রীহরিগী নামামৃত শোন্ন-শোন্না স্বর্গদা চৎগ্রবনি হায়না লৌজরি।[২] গুণগী খুৎয়েক অসিদা মণিপুরী সমাজ হিন্দু ধর্ম্ম'দা মপুংফানা লুপশিনখি হায়বসি ঐখোয়না খঙবা ওন্মী। মণিপুরী সমাজনা হিন্দু ধর্ম্ম'দা থমজবা থাজবা শক্তম অহু 'অরোইবা পাউদম'দা উথোক্লি। জাতিগী লু তোংদা চুম্রবা মচল ওইনা মশাগী লৈজরম্বা, ধর্ম্ম'গী পামজবা মচলসু অহুমক কোনশিল্লি। মরমসিনা লৌরোক পাম্বা য়ৌরক-পদা থাগোইনা ফৌরুংবা লাইবু খুরুমজবগী থৌদোক্তা অইবনা শিংথারি।

"যমুনা মানা চিংহনা ওসি অমুক নৌহৌনা কবোক অথুম অহাও-নচিংবা হৈকং লৈকংলে, ফৌরুংবা ফৌওইবী অনীদা ফৌথোক চাথোক তাহনবীগসু হায়না মালেম লৈমায় পক্লা নীজে।" [৩]

অসুন্না ধর্ম্মগী থাজবী অহুনক থম্মী। হেন্না শীংথাবা য়াবদি ভারত নীংতম লালহৌদা শরুক য়াগ্রবা মচাশিংনা ধর্ম্ম'গী য়েংথিনবা থাদোক্তুনা লীচিং অমত্তদা চিংশিনখিবা শক্তম অহুনি। শক্তম অসিবু গুণনা চাও-ভৌপাগী অরোইবা মীকুপ্তা উৎলি।

১ | গুণ, 'খুদোল', হেরা সিংহ, ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৮, লাঃ ২৭৪

২ | গুণ, 'অরোইবা পাউদম', সম্পাদক, ১৯৬৫ লাঃ ৯৮

৩ | মথক্কীসি, লাঃ ২৭৩-৭৪

"ধর্ম্ম তিন্নবা তিন্নদবা, হিন্দুনা কনা মুসলমাননা কনা চীং-তমগী মরোল ইরোল তিন্নরবা ঙসি তিগ্নরিবা মীয়ামশিং অসে অমত্তা ওইনা উরক্লে।"[১]

গৌর ধর্ম্মনা মণিপুরীগী সমাজদা হোংলকপা শক্তম অমদি মহাক্কী 'ঐখোয় তাদ'দা উবা ফংই। ধর্ম্ম অসিনা সমাজগী মনুংদা অচৌ পিশক, অমাং-অশেং খায়বগী মুংঙাইরবা শাজং অমা জাতিসিগী পুন্সিদা পুরকখি। অথুবা মীৎয়েং অসিনা কাঙলুপ নাইবগী রাখল লোয়নননা শমনদসগী চৈথল কয়া ঐখোয়গী পুন্সিদা থাংজিল্লকই। অসিগুম্বা শক্তমশিং অসিগা লোয়নননা গুর্ণনা লাইবক থীরবী নুপী অমগী খাংউথক্কী পুন্সি অমদি তোল্লবা মচা অনীগী রারীবু 'ঐখোয় তাদ'দা লীরি। মুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা পোকপা ইবোচৌবনা কৌক্রুক নিংঙোল অমবু লৌরুবদগী অমাং অশেং খায়খ্রবা, মপানা ইন্তোক্তুনা কৌক্রুক নিংঙোল অগুবু অরা পোলোই তাহনখি। লোয়নননা ইবোচৌবগী পুন্সিবু য়োক্হিং ফলাং চন্দুনা খাংউথক্তা কেমহনখি।[২] অসিগুম্বা থুরবা মীৎয়েংদগী লৌরকপা থীর থীরবা শাজং কয়াসি অনৌবা ধর্ম্ম অসিগী থাজবীদা শাগৎলুবা থুরবা মীৎয়েংনি। মসিনা মফম অমা নত্রগা থৌদোক কয়াদা মণিপুর সমাজদা চৈনাখোল কয়া পীখিবনি অইবা গুণনা অসিগুম্বা সমাজগী অরানবা চংনবী অসিবু পেন্দবা উংখি।

অঙাংহলনা হিন্দু মুসলিম অনীগী মরক্তা লৈরম্বা থেঙ্গায়নবগী মশক অমদি অসিবু কোকহুক্কনীংবগী রাখল অমা উংপদা সমাজ অনীগী মশকপু উথোক্লম্বহ পাচাম্নু মহাক্কী 'হুজ' অমম্নুং হয়াদ বেগম'দা মুসলিম সমাজ অমদি পুন্সিগী মশকপু য়েকথোকই। খুয়েক অসিদা মণিপুর সমাজগী ধর্ম্মগী অহোংবা মশকশিংবু উংখিত্রবসু লমদম অসিদা খুন্দা লৈতাহুনা

---

১ | গুণ, 'অরোইবা পাউদম', মশামক, ১৯৬৫, লাঃ ১৬২

২ | গুণ, 'ঐখোয় তাদ', ইম্ফাল বুক হাউস, ১৯৬৮, লাঃ ১১৩

লৈরক্লবা মুসলিমশিংগী পুন্সি অমদি মখোয়গী ধর্মগী থাজবী মশকপু পাম্নজবা মীৎয়েংসোমদগী য়েকথোক্লকনি। মহাক্কী 'না তাথীবা অহল অমা' অমসুং 'ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিৎকী ফিভম'দা ইংনা চিক্লা পাঞ্জরম্বা মণিপুর সমাজগী ইরম কয়াদা কায়থরক্লবা মশক উৎপদা ধর্মগী মউ শোক্লবা ফিভমবু উৎলি। মপান্থোংদা ফজনা উরিবা অতুগা মমুংদদি হোত্রবা পুন্সিগী ফিভমদা ধর্মগী মমল কয়াসু থাজহনখিবসি উৎথোকই।

মণিপুর সমাজদা তন্ত্রগী মচলশিংসি মতম কয়াগী মমাঙদগী হৌনা লৈরক্লবনি। অসিগুম্বা তন্ত্রগী মশক খরা ঐখোয়না ইবোমচাগী 'মঙ লৈবাক'তা থেংনরুই।[১] শকউদবা শক্তি অমদি মন্ত্র-তন্ত্রগী থাজবী কয়াসি মমাঙউদগী হৌনা লৈরক্লে হায়বসি খোঙনাং থাবা অমদি শাস্ত্রিদাসকী রারীদগী অমদি মোইরাং কংলৈরোন্দগী মতিক চানা থেংনৈ। কবুই সলাং মাইবা, থোংলেননচিংবা তন্ত্র হৈবা মীশক্তি। মখোয়গী পুন্সিদা অসিগুম্বা ধর্মগী মচল অসিনা অচৌবা মগুণ ওইনখি। অসিগুম্বা থাজবাসি ঐখোয়গী সমাজদা মতম কয়াগী মমাঙদগী হৌনা তুংকোয়না লৈরক্লে হায়বসি ইবোমচাগী খুংয়েক্তা থেংনৈ। মহাক্না থল্লাকপা অচৌবা তান্ত্রিক অমা ওইনা উৎনবা হোৎনৈ। মহাক্না মন্ত্র-তন্ত্রগী অচৌবা খুদম ওইনৈ। অহুবু ধর্মগী অহোংবা মশক অতৈদি অইবা অসিগী খুৎইদগী ঐখোয়না ফংবা ঙমদে।

মইহৈ-মশিংনা পুরক্লপা অঙগম

মণিপুরী জাতি অপীকপা সমাজ অমগী মমুংদা চমলবা পুন্সিগী অচেৎপা থাজবীদা হিংহুনা লাকখি। মশাগী ওইজবা, পুন্সিগী তোঙ্গা পাঞ্জরিবা শক্তমগা চান্নরবা অচম্বা মইহৈ-মশিং কয়া অগন্নবা মীওই খরদনা তন্ত্রগী চৎনবী লৈরম্নবসু পৃথিবীগী ওইবা অনৌবা খোঙথাংদা শীংথারিবা লাইরিক লাইগু তন্ত্রগী চৎনবা অসিবু পুশিল্লকখিবদি অথেংবদনি। মসিগী মমি

১ | ইবোমচা, 'মঙ লৈবাক', ৩ শুবা শম্পুপ, ৩ শুবা খুৎনম লাঃ ৭৬-৮৫

তম্বা হৌরকপগী শক্তমশিং ঐখোয়না উপন্যাস খরদা অখন্নবা থেংনরি। মহৈ-মশিং তম্বগী মমলবু মশক খঙবা মীওইশিংগী মশীংসি অপিকপা সমাজ অসিগী মনুংদা য়াম্মদনা লৈরম্মী। মখোয় অতুবু অয়াম্বা মীওই-শিংনা শাংথানরমদে, অঙাওবা অপংবগুম করেম কথাইনরম্মী। লাইরিক লাইশু তম্লগা পুন্সিদা তঙাইফদনা পুরকপা য়াবা কান্নবশিং অতু মশক খঙদবশিংনা মতম মাঙনবা অমসুং অরেম্বদা লন তিংনবা ওইনা খল্লম্মী। ১রাখল অসিবু কমলনা 'মাধবী' উপন্যাসকী মনুংদা শীংথাই। খুঙ্গাগী অহল-লমনশিংনা বীরেনগী মহৈ-মশিং তম্ববু অপংবা মতৌনি হায়, লোয়ননা কান্নদ্রব খবক অতুগী মহুৎ মমাঙৌদগী চৎনরকপা পুন্সিগী শিন্দা মায়পুনবা অচুম্বা লম্বীনি হায়না পাওতাক পী। বীরেনগী মরূপ শর্মাকুমার ফাওনা বীরেনগী লাইরিক পাবদা অয়েৎপা পী।

"নংদি মুমিং চুম্না 'রখা' তৌগনি হায়তুনতা মরৈ, মীনা কোয় য়াওদে হরাও-কুম্মৈ তৌই য়াওদে; পরখাম্মু তৌনি, লাইসু খুরুমগনি মনা কোয়বম্মু য়াওগনি. নঙবু তাইবংপানবগী হরাও-কুম্মৈ ইউ উদনা লৈরাংগুম্বা নপুন্সি অতু অরেম্বদা লৈমন চনথনি হায়বনি।" ১ অমরোমদা ইংনা ইচম চম্না নুংঙাইবা ফংলিবা পুন্সিগী মশক অঙবুনা হেন্না নুংঙাই-জবগী শক্তমনি। অতুবু মতমতুগী রাখলগী মিং হান্না পাঙথবা বীরেনগী মপাঙম্বা অশিংবা খরতনা অসিগুম্বা রাখল কয়াসিবু নমহত্তুনা মচাশিংবু অরাংবা থাক্কী মহৈ তম্নবগীদমক মীরৈবাক্তা থাবা ঙমখি। বীরেন অমসুং ধীরেন অনি অসি মতমতুগী মণিপুর সমাজগী মাঙজিন থংবা মহৈরোই অনীনি। মখোয়না মণিপুর সমাজদা অনৌবা মহৈ তম্বগী খুৎমাখা শক্তম ওইনা কমলনা য়েকখি।

---

১ | কমল, 'মাধবী' (থৌরাং,) ৮ শুবা নম্বা, গবর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ১৯৬৭, লাঃ ১-২

মণিপুরী সমাজদা মহৈ তম্বগী অচৌবা য়াওল অমা ল'কপগী হৌগং-লকপা শতম অসি কমলনা মহাক্কী 'মাধবী'দা উংলম্লে হায়বসিদি ময়েক শেংলে। অহুম ওইনমক মহাক্কী মাধবীগী মমুংদা বীরেন অমসুং ধীরেন অনীনা তানশিল্লবা মহৈ-মশিং অহুগী শিজিন্নফম অমদি অনৌবা জ্ঞানগী মশক্তি উথোক্লম্বা থেংনদে। মরমসিনা এম, এ, পাস তৌরবা বীরেন্না খুঙ্গং চম্নু উরিবৈগী অচম্ব থামোয়গী রাইংগী চপ চাবা পাওথুম পীবা উমখিদে।[১] মীৎয়েং অমরোমদা অনীবু মহৈগী মঙাল ফংলবা বীরেন ধীরেন অনীগী অনৌবা জ্ঞান অহ চমবা মণিপুর সমাজদা হেক্তা চুশিল্লবা ওমদবা শক্তম অহুনি।

অসিগুম্বা মহৈগী খোঙথাং অসি অঙাংহল্না মহাক্কী 'জহেরা'গী মমুংদা মপুঙফানা শীংথারম্লবগুম মহাক্কী নায়ক ওইরিবা কুঞ্জোবু অনৌবা মহৈ মশিংগী মঙাল ফংহল্লি অমদি জহেরা মশামক মহৈমশীংগী মঙাল ফংলবী ওইনা শীংথারম্মী। মতম অসিগী মণিপুর সমাজদা য়াম্নমক রাংবা মখলগী নত্রবসু মহৈ মশিংগী লমদা মিৎ পাঙনরকপগী তাংকক অমা পুরকখিবা শক্তম অহুনি। বাঙ্গলাগী লোল্লা পুরকপা রাখলগা লোয়ননা মসিগী সাহিত্যগী মমি কয়াম্ব য়াম্না ময়েক শেংনা মণিপুরগী সমাজদা তাবা হৌরক্লে হায়বসি অঙাংহলগী খুৎয়েক্তা থেংনরি। আয়েষাগী 'এই বন্দি আমার প্রাণেশ্বর'[২] হায়না রাইহৈশিং অসিবু নায়ক নায়িকা অনীগী কাউঙমদ্রবা রাহৈ অমদি 'দুর্গেশ নন্দিনী'বু কুঞ্জো জহেরা অনীনা য়াম্না পামজথিবসিনা উংলি। বেঙ্গলগী প্রভাব অনৌবা যুগতা তারকপগী শক্তমগা লোয়ননা অনৌবা মহৈ তম্বগী লম্বী অমা মণিপুর সমাজদা লাওনা ফাংপা হৌরক্লে, হায়বসি অঙাংহলগী খুৎইদগী থেংনরি।

মহৈমশিং তম্বগী য়াওল অমা কমলগী 'মাধবী'দা মমি তম্বা হৌখিবদু অঙাংহলগী খুৎয়েক্তা হেন্না মপুং ফারক্লে, হায়বসি উবা ফংদ্রবই। বীরেন

---

১। কমল, 'মাধবী', (থৌরাং), গভর্নমেণ্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৭, লাঃ ৭৮

২। অঙাংহল, 'জহেরা', নপুর সিংহ, অহানবা খুৎনম, ১৯৬৪, লাঃ ৩১

ধীরেনগুপ্তা এম এ, বী পুন্সিবু শীংথারমম্রবস্থু মহাক্কা উংলম্লিবা অয়াম্বা লমচৎশিং হাম্নবদি, গোপাল, আমির, জংহুয়। অমস্থং কুঞ্জোনচিংবশিং লাইরিক লাইশুগী মমল খঙলবা মীশক ঙাক্কা ওইনা উংলি।

অঙনবা মতমগী অইবশিংগী মফমদা মহৈ মশিং তম্বগী য়াওন অমা লাকখিবগী শক্তম অসিদা মফম অমদা নত্রগা অমদা ইরোয়ত-লোয়নচুনা লৈরি। শীতলজিৎনা শাগৎলিবা থৌদোক য়াথোক কয়াদা মসিগী মমি নীংথিনা তারি। মহাক্কী 'থাদোকপ'গী সদানন্দনা মণিপুরগী মপান্দা চত্তুনা মহৈ তম্ববু মীয়াম্না নোকুরবস্থু মতম অচুগী মহৈ তম্বগী অচেৎপা ভেল্যু অচুবু শক খঙনরকপগী শক্তম অতুবু উংথোকপনি। অনৌবা মহৈ মশিং তম্বগী থৌরাংবু পাম্নরকপ শক্তম অসি লৈকাইগী অঙাং কয়া সদানন্দগী মখুত্তা শিন্নচুনা লাইরিক তমচুনবগী থৌদোক্কা য়াম্না ময়েক শেংনা উৎলি।[১] মণিপুরী সমাজদা মহৈ তম্বগী ঈহৌ অমা লাকখিবা অমদি মসিগীদমক্তা ওইজবা থাদোকুনা হোৎনখিবা মী ওইশিংগী শক্তম সদানন্দগী পুন্সিদগী শাগৎপা ঙমখি। মণিপুরদা অনৌবা মহৈ তমফমশঙ লিংচুনা হৌরক্লিবা অঙাংশিংবু লমজিংনবা থৌরাং কয়া পায়খৎনরকপগী ঈহৌ অমা লাকখিববু সাদানন্দ অমদি মহাক্কী তেংবাংবশিংগী থৌরাংদগী থেংনরি।[২] মতমচুগী লৈবাক্কী নিংথৌমক্কা লাইরিক লাইশুদা থরায় য়াওজবা শক্তমচুস্থু য়াম্না নীংথিনা উংথোক্লি। মণিপুরী সমাজদা মহৈ তম্বগী থবক অসি য়াম্না থুনা চাওখৎলকখিবা ফীভম অচু থাদোকপগী মমুংদা উংথোকলি। মহৈ মশিং হৈয়বা লৈবাক্কী মীওইনা অচৌবা থৌদাং লৌবগী শক্তম ওইনা সদানন্দদা অয়াংবা ফম্ন পীচুনা অরুবা থৌদাং কয়া পায়থৎহল্লি।

১। শীতলজিৎ 'থাদোকপা' মশামক, অনীশুবা নম্বা, ১৯৪৯, লাঃ ৫
২। মথক্কীসি, লাঃ ২২, ২৩, ২৪

"সদানন্দ নংগী মতৌ য়েংগে তৌবনি। এদি প্রনামী ব্রাহ্মণদগী নমথুনা লৌবা মী নত্তে। অমুক্তং কাওবা লৌরক্রি নংবু শোইদনা হাপ্লবনি মেম্বর অসি।"[1]

ওশেংনমক সদানন্দনা নিংথৌনক্কী মফমদা মহাক্কী হৃদলবু শিল্লব-সিনা[2] অইবসিনা মহৈ মশিংদা কদায় ফাওবা হকচিল্লা থরাই লুপচবগে হায়বসি উৎপগা লোয়ননা মতমতুগী মহৈ তম্বগী য়াওন্দা কদায় ফাওবা কংথোকপগা লোয়ননা হোৎনখিবগে হায়বসি উৎলি।

উপন্যাসকার শীতলজিৎ মণিপুরদ মহৈ মশিং তম্বগী অগৌবা ঈহৌ অমা লাকপা মতমদা শোকলুবগী মতিক মহাক্কী খুৎইদা মহৈ মশিং তম্বগী পামজব শক্তম অমদি অগৌবা চংনরব্রিবা য়াওন অসিগী মমিদি য়াম্না মরীক চুপ্পা তাবি। মহাক্কী উপন্যাস 'ইমা'গী মম্নুংদা রণজাংপু মপান্দা থাডুনা মহৈ তমহনখি।[3] মতমতুগী মণিপুর সমাজদা মহৈ-মশিং তম্বগী অকনবা অপাম্বা লাকলবসু অৱাংবা থাক্কী মহৈ-মশিং তম্ফম লৈত্তবগী অৱাবা সমস্যা কয়া লৈরিবত্ত মসিনা সাখি ওইনৈ। মহৈ হৈবশিংনা চিং লেয়বা পুন্সি ফংনবা অমদি ইকাইথুন্নফম ফংবসি রণজাংনা বিচারপতি ওইরকপনা উৎলি।[1] মহৈ তম্বগী থৌরাং অচম্বা থৌরাং ওইদবা অৱাবা ফিভমদা লৈরম্বা শংমশিং শ্রীতলজিৎকী খুৎয়েক কয়াদা মতাং মতাংগী ওইনা থেংনরুবসিনা মতমতুগী সমাজগী ফিভমদা লাকখিবা লাইরিক-লাইস্ত তম্বা য়াওন অমদি মসিগীদমক অৱাবা কয়া থাঙবা তারিবা ফিভমবু মায়েক শেংনা উৎলি। মহাক্কী 'রোহিনি'গী মম্নুংদা

---

১। শীতলজিৎ, থাদোকপা, মশামক, ২ শুবা নম্বা, ১৯৪৯, লাঃ ৪৯

২। মথক্কীসি, লাঃ ৯৫-৯৬

৩। শীতলাশিং, ইমা, অচোম ইবোতোম্বী, ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৫, লাঃ ২০

৪। মথক্কীসি লাঃ ২৬

মণিপুর সমাজদা মহৈ তম্বগী থাক অসি খুমাং চাওশিল্লক্লে। মিসনগী স্কুলনচিংবা লিংখৎলক্লুনা অঙাংশিংবু শেমগৎপা হৌরক্লে হায়বসি রোহিনীনা চূড়াচান্দপুরদা হোংখিবা মিসন স্কুলগী শক্তম্না উবা ফংই।[1]

অঙাংকী অনৌবা ঙাসিগী মঙাল ফাওরকপগী লোয়নন মহৈ তম্বগী ঈহৌ অমা লাকখিবসি গুণগী খুদোলগী মমুংদা গোকুল রতনকুমার, য়াইমা, থম্বাল অমসুং ননিগী পুন্সিগী অকোইবদগী অসিগুম্বা মহৈ মশিং তম্বগী চংনবী অমা লাকপসিবু শাগৎলকই। তত্থবু মুপীশিংবু হীরম অসিদা মপুঙফানা শৌগৎপীত্থনা শক্তম অত্থবু থম্বালবু লাইরিক তম্বা খাংতপতা তোবহনখিবসিনা উৎলি[2] সমাজ অসিনা মুপীশিংবু হীরমসিদা মপুঙফানা শৌগৎত্রবসু মফম কয়াদদি মখোযগীসু মহৈ তম্বগী লমী ফাংলে হায়বসিদি ময়েক শেংলে। অপিকপা মণিপুর অপিকপা সমাজ অসিদা মখল মথেলগী অমসুং অরাংবা থাক্কী মহৈ তম্বগীদমক্তি চপ চাবা মফম অমা ওইরমদবনা মহাককী গোকুলসু বীরেন ধীরেনগী মতৌগুম অমসুং সদানন্দ অমসুং রণজিৎকী মতৌগুম চীংলোন মাপলগী রাংমদা থাত্থনা মহৈ তমহনবা তাখি। লাইরিক লাইগু তম্বগী অপাম্বা অমা কনা লাক্লবা তাংকক অসিদা তম্ফমগীদমক অরাংবা কয়া লৈরিবত্ত খোদোক অসিনা ময়েক শেংনা উৎপনি।

চয়বা পুন্সিগী মশক্তা হিংলম্বা মণিপুরী জাতিগী পুন্সিগী মশক্তা লোয়নন মহৈ মশিং তম্বগী চংনবী অমা লাকখিবসি 'অরেইবা পাউদম'গী মমুংদসু অত্থমক মরীক চম্না থেংনরি। মহাক্কী সনারেন্দ্র মণিপুরগী মমুংদা লাইরিক তম্বগী অরোইবা তাংকক অত্থ য়ৌনবা শাগৎলি। লোয়নন লাইরিক হৈববু ইকাইখুম্নবগী চংনবি অমা লৈরবসি যমুনা অমসুং লৈমগী

---

১। শীতলজিৎ, 'রোহিনী' কোইজম ইবোবী, ২ শুবা ফোঙবা, আগষ্ট, ১৯৬৪, লাঃ১০৮-১১০

২। গুণ 'খুদোল' টি, হেরা সিংহ, অনিশুবা ফোঙবা, ১৯৬৮, লাঃ৩৮

রাখলদগী ফোঙদোকই। অদুবু লানফমা পুম্নমক মৈথায় থীজাহনবা শক্তম মরক্তা মহৈ-মশিং তম্বগী তংতাবা ফিভম অদুদি উপন্যাস অসিদা উৎনবা তাঙ্গা ফংথিদে।

মণিপুরী সমাজদা লাইরিক-লাইশু তম্বগী চংনবী অসি অয়াম্বা মীওই পুন্সিগী থাদোকপা য়াদ্রবা মচলগুম লৌনরে হায়বসি রামসিংগী 'জাৎ ওনবা'নসু খুদম ওইনরে। মহাক্কী 'জাৎ ওনবা'দা নবকিশোর, যামিনী, শখিতোম্বীনচিংবশিংসি লাইরিক লাইশু তমহল্লি। অদুমক মুপীশিংগী মকমদদি অফা অপুন্নবা মশক থরগা শাগোম্লনা লৌনবা ফিভমসিসু যামিনীনা লাইরিক তম্বা তোকহনখিবসিনা অদুমক শাখি ওইরি। মতমতুগী মণিপুরী সমাজদা মুপীবু করিগুম্বা মীৎয়েং থরদা হন্দনা লৌবগী চংনবী অসিদি থরমখৈ লৈরম্বগী খুদমনি।

অসিগুম্বা লাইরিক লাইশু তম্বগী অপামবা অমদি চংনবি অসি আর, কে, এলাংবমগী 'মরূপ অনিদা খজিহুং ওইরবসু ফোঙদোক্লি। লাক্লিবা য়াওন অসিদা শরৎ-চান্দনী অঙাং অনীসু য়াওশিল্লকই লানফমগী লেমখাক ওইরবা অঙাং অনসু লাইরিক লাইশু তমবগী অপাম্বদু থাদোকপা ৩মখিদে। চংনবী অসিদা মখোয়সু শরুক য়াদবা য়াখিদে। থোদোক অসিনা মপুংওইবা শরুক ওইখিদ্রবসু চংনবী অসিবুদি পান্দনা তোকখিদে।

মণিপুরী সমাজদা অনৌবা যুগনা থোঙদারকপগা লোয়ননা মহৈ-মশিং তমবগী য়াওন অসিদি মপুঙ ফারক্লে। অনৌবা য়াওনগী মশক অসিদা অনৌবা অইবা কয়াসু লুপশিনগ্রবনি। অনৌবা অইবা কয়ানা মহৈ মশিং তমবগী অনৌবা য়াওন্দা লাকখিবা সমস্যা কয়াবু নৌহৌননা শীংথাখিদ্রে; মপুং ফারবা শক্তম অসিদা মখোয়সু লুপশিনগ্রবনি।

ঋগ্‌বেদগী দেববানীনি—আ নো ভদ্রাঃ ক্রতবো যন্তু বিশ্বতঃ—অফবা রাখল কয়া মায়কৈ খুদিংমক্তগী লাকসনু। অফবা রাখল অমদি

লৌশিং অসি মহৈ মশিং তম্নদগী শোয়দনমক লাকপনি। মহৈ মশিং তম্নগী লম্নী লিচং অসি মফম খুদিংদা মতম খুদিংগী লৈবনি। মনিপুরদসু নীংশিংবা থোক্তবা মতমদগী অতুম্মক চংনরক্নি। অওনবা কয়া লাকখি। তরানিপান অমদি তরামাপন শুবা শতাব্দীদগী অনৌবা মহৈ মশিং তম্নগী মওং লাকখি। অনীশুবা লাঙ্গাও মতুংদগী নোংচুপ লোমগী পথাপ্তা য়ুমফম ওইবা মওং য়ৌরকখি অমদি থুমাঙ চাওশিল্লকখি। অনৌবা মওং অসি মকওইনা বিজ্ঞানগী ওইবা য়ুমফমদা শাগংপনি। বৈজ্ঞানিক ওইবা মীংয়েং অমা বিষয় খুদিংমক্তা য়াওই। চংনবী থাক্তনবী, দর্শন শাস্ত্রং চাকচা ঈথক য়ুমলৈ কৈ কৈ ফিজেৎ চাকচা পুন্নমক্তা সিজ্ঞানগী মীংয়েং অমদি মরৈ চঙলকই। ধর্মদা হুকচিনবা, জাৎ-পাত থাম্নবা, অন্ধবিশ্বাসনচিংবা মাওংনবগী মশক ওইবা বিষয় কয়াদা বৈজ্ঞানিক ওইবা মীংয়েং থমজনা অওনবা কয়া পুনরকই। পুন্সি মরেন অমদি হিংবগী মহিংদা অনৌ অনৌবা মাইকফিন্নগদবা লিচং কয়া মথং মথং লাকখি অমসুং পুরকখি। পুরকপসু লেপত্রি। শন্না হায়রবদা মহৈ মশিংনা সমাজদা অনৌবা মখলগী চেতনা পীরবই হায়বা তাই। মাংই খন্নরম্বা নোংচুপলোমগী মহৈ মশিং অসিবু অনৌবা মওংনি হায়বগী রাখলদা য়েংনরকই। মসিমকসু মহৈ-মশিংগী লমদা ফওকপা চেতনা অমনি। কান্নরবা চেতনানি।

চেতনা অসিগী মমি মণিপুর সাহিত্যদা শোয়দনা তাবনি। মীয়াম্না পাম্নবা তৌরিবা উপন্যাসতা মমি অসি য়াম্নমক পাক শন্না তাবনি। অনৌবা সাহিত্যগী মচল ওইরিবা উপন্যাসতি সমাজগী পুন্সি য়েকই। মসিদা মহৈ-মশিংনা শরকপা অওনবা অসি মাংমক শেংনা উংসি। তৌবতবু মহৈ-মশিং তম্নগী ওইবা শন্দোকপগী মওংনা (প্রোপেগন্দা) মরূ ওইবদি নত্তবনিনা উপন্যাসশিংদা মসি ওাক্তা ইবদি তৌনদে। অত্তবু রাইগী এতাং মতাংদা পাত্র পাত্রগী লমচংতা অমদি অইবগী রাখলদা মহৈ-মশিংগী রাখল অমদি রাখল্লোন অসিদি চপ চানা থেংনৈ। সাহিত্যগী মরূওইনা উপন্যাসকী চাউবা খুদোলনি।

## অর্থনীতিনা পুরকপা অকোংবা :

সমাজ অমবু ওলহন্নবা মচাকশিংগী মন্নুংদা শেল-থুমগী ফিভম অসিমসু য়াম্না মরু ওইবনি — হন্নবা অমদি ওলহন্নবা মচাকশিং অসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ। রাজনীতিগী কাঙথোং চাইবনা শেল-থুমগী ফিভমদা চৈথেং পীদুনা অহোংবা লাকই। শেল-থুমগী ফিভম ফত্রবদা ধর্মগী অচেৎপা মশক মাঙশিল্লকই। সমাজগী অহোংবা হায়বসিবু নেক নৈনরকপদা অমগা অমগা মরী লৈনরম্বসি তত্তুনা থেংনৈ।

লৈবাক অমদা নত্রগা সমাজ অমগী মন্নুংদা লাইরবা-ইনাকখুনবা অনীগী মরক্তা লৈরিবা শম্নবা ওমদ্রবা অহোংবা অমদি থোং মাম্নবা হিংমিন্নবা ওংদবগী মুংঙাইত্তবা ফিভম অসিদি অতুমক থেংনরবনি। অসিগুম্বা সমস্যা অসিবু থুংপায় নেংনা পায়দুনা কমলনা মহাক্কী মাধবীগী মন্নুংদা মথল মথেলগী থেঙ্গায়নবা অমদি মুক্কবা কয়া শাগৎলকই। মণিপুর সমাজগী মন্নুংদা ইনাকখুনবনা লাইরববু হুন্দুনা থননা অমদি মথোয়গী হুমাংগী মমলবু মুন্দুনা চানীবগী থৌদোক কয়া অসিদি তাঙকক কয়াদা লৈখি। ইনাক খুনবা শেঙ্গাও পাযবশিংনা মশাগী শক্তি অমদি নাপালগা লোয়ননা হাইনা হুন্না পান্নবা হোংনবদা খুরৌ ওইবা কয়াবু মাওহন্নবা হোংনবগী ফিভম অমা কমলগী 'মাধবী'গী ধনঞ্জয়গী থৌরাংদা উব ফংই। ঙৎনৈবা অসিনা হেক্তিল্লক্রবদি থাঙবা ওমদবগী লালহৌরকপা মশক অসিবুনা নবিন্না লমন থুম্নকপগী পৌদোক্না উংল্লি।[১] অদুবু অসিগুম্বা থেঙ্গায়নবগী থৌদোকশিং অসিনা সমাজগী শান্তি থুগায়দবা য়াথিদে। য়াইতোং খমদোংবা ইনাক কৈরাক খুনবশিংনা শেল-থুমগী লোয়ননা মশাগী শক্তি শাগৎপা, আইননসু মথোয়বু লাকশীনবা হেক ওমদবা ফিভমসি ঐথোয়না থেংনৈ। ধনঞ্জয়গী মীনাই মশন অমদি দাকু থুংপু লীংই, মসিনা

১। কমল, 'মাধবী,' লবন থুম্বা, গোভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা নম্বা, ১৯৬৭, লাঃ ৬৬ দগী (রামচং)

শান্তি থুগায়নবা মরম ওইরকই। কমলগী মীৎয়েংদা সমাজগী শক্তম্মা মুংঙাইত্রবা ফিভমদা ওল্লকপদা শেঙ্গাও পায়বা কাঙপুপকী মরাল কয়াসু মতম মতমগী মতুংইন্না য়েকই। মহাক্কী মীৎয়েংদা মশাগী হুমাং মমলনা চরা তাঞ্জবা চম্লবা পুন্সিদা হিংলিবা লাইরবশিংদি মরাল লৈতে হায়বা চেকশিন্না থাজৈ উপন্যাসকার অসিনা অসিগুম্বা থোং মান্নদবা কয়া অসিবু তেমশীংনজনাংবগী অকনবা অশা ফোঙদোকই।

উপন্যাসকার চাউবনা জাতি অসগী চাং লেমজবা পুন্সিগী শক্তম্মু য়েকপদা লাইর ইনাকখুনবা অমদি অর্থনীতিগী সমস্যা শীংথানরমদ্রবসু মহাক্কী খুৎয়েক্তা মীপোং মরন তোন্দনা রাত পাদনা হিংজরিবা মৈতৈ জাতিগী লেমজরবা পুন্সিগী মশকপুদি মকা লান্না য়েকখিবনি। রাজনীতিগী কাংখোং চাইববু নীংথিনা খুদুম চনশিন্দুনা নীংথিনা লৈবাক ঙাক শেনখিবা খাগেম্বা হাক্তক্তা অর্থনীতিগী অশোকপা ফিভম মণিপুর সমাজদা লাকপা ঙমখিদে।

য়ায়া যথার্থ ওইবগী মীৎয়েং অমা হিজম অঙাংহলগী 'জহেরা'গী মন্নুংদা থেংনখিবগা লোয়ননা লাইর অনং অমদি য়াইতোংবা পুন্সি অনীমক্কী মশকসু হাকথেংনখি। অদুবু ইনাকখুনবা অমসুং লাইরবা অনীগী মরক্তা লাকখিবা থেঙ্গায়নবা কয় অমদি মহাক্কা য়েকুবা হোৎনখিদে। অদুম ওইনমক লৈবাক মচা তারবা আমিবগী খুদামনুংদা শক্তি কয়া ফিভমগী মতুংইন্না পুশিন্দুনা লৈখিবা অমদি অসিগুম্বা শক্তি অসিনা মতমগী মতুংইন্না জহেরা মমা মচা নত্রগা তোম্বা মিয়ানচিংবগী মথক্তা শন্দোরকপগী ফিভম অদুদি অদুমক উংলম্মী। অদুবু সমাজগী মুংঙাইত্রবা ফিভম কয়াধু হুন্দোকপা পামজবা অমিরমা মহাক্কী লন-থুমগী শক্তিবু লান্না শিজিন্নখিদে। উপন্যাস অসিগী মনুংদা লাইরবা মীওই কয়াবুনা মপুং ওইনা শীজিন্নদুনা মতম অদুগী সমাজদা হিংলিবা লাইরবা কয়াগী পুন্সিবু মমেক শেংনা য়েকখোক্লি। অসিগুম্বা লাইরবা পুন্সি কয়াসিনা

মপুঙ ওইনা শাগৎপা মতম অদুগী সমাজদা ছায়বসি অইবগী খুংয়েক্তগী ময়েক শেংনা থগৎপা ওন্মী। অহেরাগী পুন্সিদা ইবেমচাওবী লাইবক থীরবী লাইরবা কয়াগা খুৎশম্নহল্লি, লোয়ননা কুপ্লোগী অকোইবদসু লাইরবা পুন্সি কয়ানা শরুক য়াহল্লি। হিন্দু মুসলিম অনীগী মরক্তা মুংশিবগী অশংবা মশক অমা শাগত্তুনা সমাজ অসিবু তেমশীন্দুনা অচুম্বা মশক অমদা পুরকপা পামথিবা অইবসিনা সমাজগী শোংথরবা কাওল্লুপকী পুন্সিতুবু নীংথিনা উশিনখি।

পৃথিবীগী ওইনা উংথংনবা রাজনীতিগী মুকথায়নবা কয়ানা মীওইবগী সমাজবু কাংথোং চাইহন্দুনা রারবা সমাজ কয়া শাগংখিবা শক্তম অদুগী শরুক অমা ওইনা আর, কে, এলাংবমনা মহাক্কী 'মরূপ অনী' দা মণিপুর সমাজবু উৎথোক্লি। অনীশুবা লাঞ্জাওনা থুঞ্জায় লৈচায়হনখ্রবা, কাংথোং চাইরবা পুন্সিগী মরক্তা শরৎ-চান্দনী অনীবু লংশিন্দুনা অনীশুবা লাঞ্জাওনা হোংহনখ্রবা সমাজগী মশক উংলি। রাজনীতিনা মরা শোক্না নৈথায়খ্রবা অর্থনীতিগী লৈতাদ্রবা সমাজগী শকম অদুনি। অসিগুম্বা অহোংবা অসি রাজনীতিনা হোংখিবা অর্থনীতিগী ময়েক লারবা খুদন্নি। অদুবু মীওইবনা হিংবগী মানফমদা থৌনা ফনা চোংশিল্লিবা ফিভম অদুদি শরৎ-চান্দনি অমদি মথোয়গী অকোইবদা শাগংলিবা পুন্সি কয়ানা অদুমক উংলি। তাংকক অসিদা জাতি সগী ধর্ম, জাতিগী সংস্কৃতি, রাজনীতি পুম্বদা চৈনাথোল ফংখ্রবনি। অসিগুম্বা শোক্লবা সমাজগী মশক অসিবু আর, কে, এলাংবমনা মহাক্কী উপন্যাস অসিদা উৎথোক্লি।

মণিপুর উপন্যাসশিং অসি অয়াম্বনা লাইরবা মীওই পুন্সি কয়াগী শক্তম য়েকপদা পুক্নিং চংজরম্বনি। মরমসিনা লন-থুমগী অরাংপা কয়াগী মশকশিংদি মথোয়গী খুংয়েক্তগী থেংনবা তারি। অশেংনমক মণিপুরী জাতি মশাগী হুমাং মমলবু থাজবা, অম্বা পুন্সি মহিংদা লাইরবশিংনা মপুঙ ওইনা লেপ্তবা য়াদে। রামসিংগী 'জাং এনবা' দা জাং বিজাং

খাম্বগী মুংভাইত্রবা শক্তম অমা উৎসবস্তু শরুক য়ারিবা পুন্সিশিংদা লাইরবা হাতে হাতে থিদুনা চাবা পুন্সি ভাক্তনি। পুন্সিগী লানফমদা নবকিশোর যামিনী অনীমক লাইরবগী লানথেং অতুমক্তা অচৌবা থৌদাং অমা ওইদবা য়াখিদে। অসংগম্বা লাইরবা পুন্সি কয়াগী অকোয়বদা য়ানিংদবা সমাজগী পোৎলুন ওইরবা চনবা কয়াস্তু হাপ্‌চল্লকখিবনি। লাইরবগী লাম্ভেং মরক্তা য়ানীংদবগী চৎনবা কয়াস্তু নবকিশোর যামিনী অনীনা থেংনখিবনি।

উপন্যাসকার শীতলজিৎকী খুৎয়েক্তা মপূঙ ওইবা মীৎয়েংনা য়েংধদি লাইরবশিংনা সমাজগী মনুংদা হিংলবা অমদি মায়োক্নরিবা সমস্যা কয়াতুনা মপূঙনি হায়না লৌবা য়াই। মহাকস্তু কমলগী মতৌশুম্না ইনাকখুনবা মুংভাই য়াইফবাশিংনা শংনৈরকপদা খাংভমদতুনা লমন খুমলকপদা শক্তম অমা মহাক্কী 'ইমা'গী মনুংদা থেংনরি।[১] মরল মথুম লৈবশিংনা সমাজগী শাস্তু দুগাম্বা, লাকদ্রবা কয়াদা অকাম্বা পীতুনা লংহবগী শক্তম স উপন্যাস অসি মনুংদা ময়েক শেংনা উৎলি। সমাজগী মশক্তা অহাংবা কয়া পুরকপদা য়াইভো, খমদোংবশিংগী মশাগী ওইজবা তানবসিনা মরম অমা হেক হেক ওইরকই হায়বসি মহাক্কী খুৎয়েক্তা য়াওরি। উপন্যাসকারগী অসিগী উপন্যাস খুদিংদা লাইরবা মীশক কয়ানা মরুওইবা শমচং ওইহল্ল। লাইরবনা মপূঙ ওইরবা সমাজসিগী শক্তম য়েকপা হায়বসিমক্তন্না লাইরবনা মপূঙ ওইবা শোয়দ্রবনি

লাপ্তাওনা চৈথেং পীতুনা অর্থনীতিদা কাঙথোং চাইহনবগী শক্তম অসিমক গুণগী উপন্যাস 'মদোল' অমদি মরু ওইনা 'অরোইবা পাউদম'গী

---

১। শীতলজিৎ—'ঙরাইগী মনি থংহৈগী ষরাই ওইনজরিবা মচাস্তু কাইনবগী মেচাক্তা থাওবা ওৎকত্নুনা থম্বানা অহুং অনা গৌরহরিনা তুম্লিজৈদা খাংনা নিঙুনা হাৎলক্লগা লোম্না কাজেং হোংনহনা চংখিরম্মী।'—'ইমা', অহোম ইবোবা, ১ শুবা ফোঙবা ১৯৬৫ লাঃ ২৪-২৫।

মসুংদা মায়েক শেংনা থেংনরি। ইংনা চিক্না পাঞ্জরম্বা মণিপুর সমাজগী লানফমগী শরুক অমা ওইখিবগা লোয়ননা কাঙথোং চাইরবা শক্তম অমদা ওইহনগ্রে। য়ুম-কৈ, লম-থুম খুদিংমক্কী অরেপ্পা শকম থঙখিদ্রে। থরাইগীদমক লম-থুম হুন্দোকনা কোয়চেন চেন্নরক্রে। রাজনীতিনা অর্থ-নীতিবু মরু তরুবা ধুগায়বগী মশক অদু উপন্যাসকার অসিগী খুৎয়েক্তা ময়েক শেংলরে। অদুবু উপন্যাসকার শসি লাইরবগী চৈনা ফংলবা পুন্সি কয়াবু য়াম্না নীংথিনা য়েকখি মখোয়গী অশাগী পাউদমশিং মহাক্কী উপন্যাসতা পীনবা কন্না হোৎনখি। অপুনবা মীৎয়েংদা গুণগী মীৎয়েংদি লাইরবনা মপৃঙ ওইরবা মণিপুরী সমাজনি। অসিগুম্বা সমাজ অসি মতমগী চৈথেং কয়া ফংদা হেক হেন কাঙথোং চাইদবা য়াখিদে লোয়ননা থুগায়বা অমসুং শাগংবা হায়বসি লেপত্রবা লৌদাংনি হায়বসি উৎলি।

অনৌবা যুগতা অনৌবা অহোংবা কয়ানা মণিপুর সমাজবু মাথৈকে কয়াদা থুগায়খিবা অমদি শাগংখিবগী মশক অসি পাচাগী তোপ তোপ্পা খুৎয়েক অমদা য়েক্লবা হেৎনখি। হীরম খুদিংদ কয়াদা রাজনীতিদা, অমদি লেল-থুমগী ফীভমদা মউ লোক্লবা সমাজনি হায়বসি মহাক্কী খুৎথাদা উৎনবা হোৎনরি। অসিগুম্বা অহোংবা শক্তম অসিনা লমচং শাজংপু হোৎহনগ্রে হায়বগী মুনাংবা কয়া মহাক্কী 'মা তাখীবা অহল অমদা অমদি 'ঈশ্বাস অমসুং মাগী ঈশিং মুংশিংকী ফীভমদা উৎথোক্লি। মশাগী মতিক মচাল চাইনা পাল্লবা পুন্সি অনৌবা যুগকী মশক্তা ওল্লকপদা চুশিন্নবা ওমদবা অমদি লম্বা লম্মুক্লবগী মশক অসি উপন্যাসকার অসিগী উৎলকপদা লেল-থুমগী মহাম তারবা লেলগীদমক পুন্সি মমল থাদোক্লবা লমচাংনবদা লমচং য়োল্লবা সমাজগী মশক অমগুম্না য়েকথোরকই। উপন্যাসকার অসিগী মীৎয়েংদা লেল থুমগী ফিভমদা তমথীনা ওলহনগ্রবা সমাজ অসি অচুম্বা লমচংসু মাঙগ্রবনি হায়বসি নীংঙাইদনা উৎথোক্লি।[১]

১। পাচা, 'ঈশ্বাস অমসুং মাগী ঈশিং মুংশিংকী ফীভম', গীতা বুক স্টোর, ১৯৮২, লাঃ ৭-৯৬

মীখা পোল্লবা জাতি অমগী পুন্সিদা অচৌবা অহোংবা অমা লাক-খিবগী মশক অসি বিনোদিনীগী 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী'দা য়াম্না নীংথিনা থেংনরি। জাতিগী নীংতম্বা মাঙখ্রবা মণিপুর জাতিনা য়েক্নবগী খুবামমুংদা ভাখিবা অমদি অনৌবা য়াওন অসিদা পুন্সি কয়াদা মীখা পোল্লা হিংখিবা মশক অদুনি। লৈবাক্কী য়াইতোং থমদোংবা ওইবা, লৈবাক্কী থৌগায় কয়া মকোক থোংনা পুরম্বা নিংথৌমচা কয়া ফাঁসি সগাইদা কাখিবা অমদি পুন্সিগী লোই খাখিবগা লোয়ননা নীংতম্বগী নুংঙাইতবা ফিভমদা তারকখিবা শক্তম্বু অইবী অসিনা য়েক্লি। নিংথৌ মচাশিংগী লন-থুম লৌচা কয়া মাঙখ্রবদা লাইর অনং পন্সিরক্পা তিল্লকপগী য়ারবা ফিভম কয়া মহাক্না য়েক্লি।

"মজাট্রামশিংগী মরক্তা ফিভম চাদনা সাওরে। লান মতুংদা মরোং মরাং তাকখ্রবা থরদি চান্না কাওবা হৈকক য়ান্দুনা চাবা য়াওখি। য়ারা রানা লৈরে—লাইরেন্না লফং কাহুনা শিরগী রাফম্লি।"[১]

অদুমকপু বৃটিশনা মণিপুর খুদুম চনখিবগা লোয়ননা য়াইতোং-থমদোংবা কয়াগী লন-থুম শোকহল্লবসু মীচম প্রজা কয়াগী লনদা অচৌবা অহোংবা কয়া পীখিদবদি নত্তে। অদুবু মীখা পোল্লবা জাতি অসিনা ফংফম থোকপা অরাবা কয়া অদুদি ফংদবা য়াখিদে। রাজনীতিগী অহোংবনা অর্থনীতিদা পীরকফম থোকপা চৈথেং অমমক তাংকক অসিদা লৈখিবনি।

অসিওম্বা মফম মতমগী মতুংইন্না থোক্লিবা অহোংবা কয়া অসিনা মণিপুর সমাজবু তাংকক কয়াদা হেংহনখিবসি ঐখোয়না থেংনহুনা লাক্লি। সমাজগী মমুংদা পোক্লরবা অইবশিংগী মফমদা থৌদোকশিং

১। বিনোদিনী দেবী, 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী', মশামক ১৯৭৬, লাঃ ১৩৫

অসিগী মমি তাখিবনা মখোয়গী থুংই কয়াদসু হায়রিবা অহোংবা কয়া অসিগী শক্তম থেংনবা তাখি। উপন্যাস অর কয়ানা রাখল অসিবু লৌখিন্দুনা মখোয়গী উপন্যাসতা পামজবা মাহৈকে কয়াদগী শক্তম কয়া শেম্বথোকপনি।

য়াম্না হেন্না ইনাকখুনবা অমদি য়াম্না হেন্না লাইরবা পাক শান্না লৈবা মণিপুর সমাজ নত্তে। লেমনবদগী তুম্বা য়াদবা নত্রগা লৈমন্দ-বদগী চরা কয়া হেনবদগী পোত্থাক্ম খঙদবা মীওই লেতে হায়বা য়াই। অদুবু অতৈ লমগী সমাজশিংগী ফীভমগা চাংদম্নবদা চাং হন্থনা লৈরবদ লাইরবা ইনাকখুনদ অনীমক লৈ। মরক অসিদা অনীশুবা থাক ওইনা লৌনরিবা মচাপ্পাক চাব হায়বদি অমাই ওইবা থাক্কী মীওইসু লেরি। মণিপুরদদি থাক অসিগী মাওইন নম্না লৈ হায়বা য়াই। হায়রিবা থাক অসিগী পুন্সিদা শেল থুম ফীভমনা পুরকপা অওনবা কয়া পাক শন্না শীংথাবগী তঙ্গা মণিপুরী উপন্যাসক কয়াশিংনা নাম্থোকহন্দে। অইলশিংদা অর্থনীতিগী ওইবা চেতনা অমনি।

সংস্কৃতিনা পুন্সিদা অওনবা :—

মীওইবগী পুন্সিদা নং হায়বদি সংস্কৃতি হায়বসিগী চাউরবা থৌদাং লৈ। নাং হায়বদি লেনাং হায়বনি। মীওই কাংলুপ অমগী পোকপদগী শিবফাওবগী লম্বৈদা থেংনরিবা মান্নবা মখলগী সংস্কারশিং পুন্নমক কোনশিল্লগা নাং হায়বসিদা হম্বা য়াই। ময়েক্কীদি পোকপদগী শিব-ফাওবদা থংলিবা খোঙথাং পুন্নমক নাংকী ওইবা লিচত্রা থোকপনি। অদুবু খরা পীবশিল্লপা অর্থদা নাং হায়রগা খঙনরিবা লমদাং আসদা চঙলক্লিবসি বুমৈ ফিয়েং ধর্ম্ম-বর্ম্ম, মাকচা-ঈথক ফিজেৎ-চাকচা হৌন-লোনচৎ, থাজনবী অমদি রাঙং শাঙাংনচিংবা অসিনি।

মণিপুরী সমজদা নংগী ওইবা নং লৈজে। সমাজ অসিগী তোপ তোপ তাহৈবা মশক নাং তসিদা উংলি। লোম্লিবা লোল,

ভাংলিবা রাভাং, অমদি মতুং অংসুং মপান্দা ফোংনা অমদি ফোংদোক্তনা লৈবা চংনবী করা মৈহৌরোলগী তৌনা লৈরক্লি। লম অসিগী তোপ তোপ তারবা মশক নাং অসিন ইংপগুন, নাং অসিনসু লমদম অসিগী সমাজবু মশক তাকই। লাইনিং-লইংলোনগী মতাংদা হিন্দু লিচৎকী মওং সমাজ অসিদা পী অতবু ভারতকী অতৈ লমদা চংনরিবা হিন্দু লিচৎকী মওংগা লম অসিগী সমাজদা লৈরিবা মওংগা ময়েক শেংনা খেন্নৈ।

কমলগী 'মাধবী' উপন্যাসতা মাইকৈ লাইগু ভগ্নগী হায়বদি নোংচুপ-লোমগী মহৈ মশিং তগী মতোল অমা ইই। মহৈ মশিংনা পুরকপা অওনবা কবাগী মথক্ত সংস্কৃতিগী এইবা মফম মতৌগী মখা পোনবা থৌদোক রাথোক কয়া শিংথাবা লেংনৈ। 'অওকপা লুহোংবা' হায়বা পন্দুপতা মফম অমত্তদা মাগুং অমত্তদা লুহোংবা অনা নিয়ম নাইনা পাংথোকখি মসিগা ঈরোইনবা রাজনংশ ওইনা নীংথৌনা মাগী মচল মুপী থম্বালসনাবু মাগী মরূপ শশীদা কৈন্যাদান তৌখি। অদুম্না মফম অমত্তদা লুহোংবা অহুম পাংথোকখি হায়বা য়াই মফম অমত্তদা নোংমতদা লুহোংবা অহুম থোকবা উরবদা খ্বাই পুন্নমক চপমাগা নুংঙাইখি অমসুং মী খুদিংমক লুহোংবা অহুমগী দক্ষিনা অহুমক হন্না লৌহুনা য়াম্না থাগৎনখি। পুরিং ঠাকুরসু দক্ষিনা শোয়বদি থমবু থমগাহুনা, অহুমক হন্না ফংলবদা মুপা ঐনা তৌবা থবকদু শোয়বা হৌনবা হায়তুনা য়াম্না হরাওখি।[১]

মাধবীদা পল্লিবা লুহোংবগী মওংক অসি হিন্দু শাস্ত্রনা য়ারবা নত্রগা লাচন্দুবা থম্নবা লুহোংবগী মখল নেপালগী মনুংদা মখল অহুমথক তশেং তশেংনা উবা ফংই। 'মাধাবী'গী লুহোংবা অহুম অসি অমত্তা মাগ্নদে। মান্নদবা মওং অহুমথক মফম মতম অমত্তদা থোকপনি। 'অওকপা লুহোংবা' হায়না অইসনা থোনবা মতা চারি।

১ | কমল, 'মাধবী' গোভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুক্রা নম্বা, ১৩৬৭, লাঃ ১১৮

বেদগী লীচৎ অসি লৈত্রিভৈদা লুহোংবা হায়বা সংস্থান অসি মণিপুরী সমাজদা লৈরবনি অদুবু হান্নগী লৈরম্বা মওং অদু নত্তবা মখলশিং ১ লাকখ্রে।

সস্কৃতিগী ওইবা ফিজেৎ চাকচাদমু অওনবা লাকই। মণিপুরী মুপীশিংনা ফনেক শেৎলম্মী হৌজিক ফাওবা শেংলি। অওনবা থোইনা লৈতে। অদুবু মুপাগী মতাংদদি অওনবা কয়, মথৎ মথৎ লাকখ্রে অমসুং লাকলি। মতম খরগী মমাংদা চাংবাক্না চহি যাঙ্খি (৫০) মুক্কী মমাংদা মুপাশিং পাকতক্লনা ফৈজোম শেংলম্মী। যুমদা লৈবা মতমদা খুদৈ শেংলি। চংথোক খোৎতোরকপা নীরক তিল্লকপা মতমদদি ফৈজোম অসি তঙাইমক ফদনা চংনবী ওইনা শেৎলম্মী। 'মাধবী' উপন্যাসতা চীঙোই বাকনী থুকম্বা চংনবশিংগী দৃশ্য উৎগা ফৈজোমগী বাফম অসি অশেংনা থংবা ঙমই। কমলনা শিংথারমই। "অংবা হুম্না কুপ্পবা পাং, লোক্তগী থাক থাক নাইবা চেম্ভরক্লিবা ঈশিং ঈ: ল মচা মচা খুদিংদা বসন্ত

১। B. K., Barua

Among Social institutions that of marriage is in many ways, the most important. The Hindu Sastras, recognised eight modes of marriage. They are (i) Raksasa or Ksatra Vivaha, where the bride is carried off by force, (ii) paisaca, a secret elopment, (iii) gandarva a secret informal union by copulation : (iv) Asura, acquirement by purchase : (v) brahma, where the bride is freely given to a worthy bridegroom with due ceremony ; (vi) daiva where she is married to a priest : (vii) arsa, in which the bride's father, in giving her away receives from the bridegroom a formal gift of a pair of oxen : and (viii) kaya or prajapatya in which the proposal, comes from the side of the bridegroom.

'A Cultural History of Assam', vol. (1), K. K. Barooah, Nowgong Assam, First Ed. 1951, p. 116

হৌগৎলকপগী নৌনা য়েম্নিং হুল্লক্লবা থৈবোং হৈনৌনচিংবা উপাল লৈমাই-থক্তা নেম্না নেম্না হৌরিবা লৈবাক্লে কোম্বীরৈ, লম্মৈ চাকথরবগী তুংদা ইনৌ নৌনা চোংখৎলকপা অশংবা হানৌ মরক্তা উথুম্না 'তুম তুম' খোংলক্লিবা, নুংশিংনা লিরি লিরি শিৎলকপদা খর খর হাই-হুমত্তুনা লেঙ লেঙ চংপগুম্না উরিবা চাংমাইথক্তা হৌরিবা হাউনা, দৃশ্য পুম্নমক অসিনা বীরেনগী পুক্নিংদা নুংঙাইতবগী মঙুত্তা অরাবা হাপকংখরে। অসুম তৌনা মাইথোং লাংশন্না তুমিন্না চৎলকপদা খঙহৌদনা ফৈজোমগী মচী খরদা তিংখংনা পনখরে।"[১]

নুপাশিংনা শেংলম্বা ফৈজোম অসি অনৌবা মতম লাকপদা খোঙ-ঙাওনা শিনখ্রে। মরম কয়ামুক লৈবা য়াই. তৌবদবু খোঙঙাও হায়বা মচল অসিনা গুং, মরাংবা ওইবা চংনরবা অমদি থোইদোকপা রাহৌ-দোক য়াওদনা ফিজেৎ ওইররে। পাচাগী 'না তাথীবা অহল অমা' উপন্যাসতা য়ান্না শন্না ময়ামগী ওইবা মওংদা শিংথারকই।

"এহাক মতৌনা শংশং উরি মহাক্না কোলেজ তম্লিরৈদুদা মহাক্না শেংচাথিবা ফিরোলশিংনি। অমনদা ফৈজোম অমা অতুগা লুই অমা। এশু খনথ খেংগাও অমতং পাসিরা শেংলু হায়দুনা, অদুবু মাগী থমোইনুংদা তুংদুনা লৈরিবা শখ পা মরিংজন্দুদা করেম্নবা তারগনি খন্দুনা নোংনওসু রাকমত্ ঐ, মহোন্দা হৌদোকখিদে।[২]

চাকচা য়ুথক্কী মতাংদসু মণিপুরী উপন্যাসশিংদা অওনবা ময়াম থেংনৈ। মণিপুরগী ওইবা তোপ তোপ তাবা পোৎলমগী মমি তাবগী মওং উই। শীতলজিৎ, খোইরী, গুণ অমদি পাচোদিনানচিংবগী উপন্যাসশিংদা লমদম অসিগী ওইবা চিঙ্গাক মহৈক শেংনা শিংথাই থোং-থাকপা অমদি

১। কমল, 'মাধবী' গে ভনমেন্ট লাইব্রেরী। ৮ শুবা নম্বা, ১৯৬৭ লাঃ ৯।
২। পাচা, 'না তাথীবা অহল অমা', গীতা বুক ষ্টোর, ২ বা থৃৎনম ১৯৮২, লাঃ ৫০।

চাবগী মওং একাওবা থোহৈবীগী হাধানচিংবা উপান্যাসশিংদা ময়েক শেংনা থেংনৈ। অপাল অপিলগী ওইবা চাবা থকপদা শিজিন্নবা হৌন লোনচরকী মমি বানোদিনীগী অমদি শাভলজিংকা উপন্যাসশিংদা ময়েক শেংনা তাই। অসিগা ঈবোইননা ওল্লাক্লিবা মতমগী সমাজদা মথল মথা কয়াগী অচা অথক শিজিনরকপগী মওং শিংথারবপা উপন্যাস ময়াম পোক্লকই। সমাংবৈগী মতমদা ময়ামগী ওইনা শিজিন্নরকবসু য়ু হায়রিবা নেশা অসি মণিপুরী সমাজনা বৈষ্ণব ধর্ম লৌরকপদা হায়বদি ১৮ শুবা চহিচাগী অম্মায়দগী তোক্লখ্রবনি। মনম্তনা অতৈ অতোপ্পা শাশিং চাবা য়াদবগী ফিভম ময়েক শেংনা উৎপনি। হিন্দু ধর্মগী বৈষ্ণবকী লিচং অসি ওসি ফাওবা লৌরি। মসেনামা ওইন শাজা য়ুথক্কী রাফম য়াদবা ওইনা লৈরবনি অহুবু পাচাগী উপন্যাসশিংদা অনৌবা যুগকা মণিপুরী সমাজদা লৈরিবা থাক কয়াগী মীওইশিংনা য়াদবা পোৎলমশিং অসি মায়োক্নৌক্লা অমদি ইফোং ফোনবা শিজিনরকপগী ফিভম শিংথাবা থেংনৈ। অনৌবা চংনবী ওইনা মাকম পাউ হায়বনচিংবা থোদোক থৌরম কয়াদদি য়াদবা পোৎলম শিজিনবনিংগী মনুংদা মুপীসু য়াওরকপা উংলি। পাচাগী লোন্দাদা হায়রগা

"য়ু থক্লবা! মৈরবাক!! মুপীশিং! মতুম্ম সনা লৈবাক, পারী-পুরী ঈরমদম, মৈরবাক্কী মুপীশিং! য়ু থক্লব! ফনেক খোইদোম শেং, কুমলং নাদা চিন নাংশিংলকইরনি নোংমা, নহান নোংমা অমা, শেনা তাবা পুবা (মোনজরনা) শকহেনবী মাখোয় য়ু থক্লবা!! য়ু থক্লবা! (১)

নতম আসি সমাজদা অনৌবা মওংগী সংস্কৃতিগী মচল অমগী ফলনি। পামদবা ফলনি। চন্না শেংনা লৈরম্বা সমাজ, মরু ওইনা মুপী সমাজ অসিগী

১। পাচা 'ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈপিরোমুচিংকী ফীভম,' পাসস পব্লিকেশন, ইম্ফাল, অহানবা, ১৯৭২ লাঃ ২৯।

মফম মতাং খরদা ফল অসি তাররে হায়না পাচানা উৎপনি। নোং-পোকলম অসিদা নোংচুপলোমগী ইথিল অমনি। অওনবনি। পামদবা মওংনি হায়বগী খোঙ্গেল অমা পাচাগী মফাঙদোক্তা উরি।

মণিপুরী সমাজদা পুন্না লৈরিবা চাংগী মীওইশিংদা খৃষ্টান ধর্ম চঙলকপদগী ওল্লক্লিবা মওং কয়াসু উপন্যাসকারশিংনা শিংথাই। মসিগা ঈরোইননা লাইশঙদা থবক তৌবা মীওইশিংগী পুন্সিদা লাকপা অওনবা কয়াসু অইবশিংনা শিংথারমই। অপাম্বা কয়া য়াওই। আদর্শগী থাক্তা লৈবনি অহৌগা পামথিবা কয়া অমদি পামদবা কয়া অমসু অইবগী কলম্না য়েক্লকপা থেংনৈ। যথার্থগী ফিভমদা লৈবনি।

অসিগুম্বা লেপ্তনা চেঞ্জরক্লিবা সংস্কৃতিগী ঈচেলদা অনৌবা অওনবা কয়া পুরকপা থেংনৈ. নাং হায়বসিনা লন্নাইগী অমদি অপুনবা পুন্সিদা মশক খোকপা শাথু হেক হেক পী। শাফুশিং অসিনা মতম কুইরক্লগা সমাজগী পুন্সিদা তঙাই ফদনা অওনবা কয়া অনা সমাজনা খঙনা নত্রগা খঙদনা শাগোম্লরকই। সংস্কৃতি হায়বদি নাং অসি শম্না হায়রবদা কাঙলুপ অমগী অপুনবা পুন্সিবু শাগংপদা চঙদবা য়াত্রবা কায়াং ওইনা লৈ. উপন্যাস হায়বসিমক্তদু মীওইবগী লন্নাইগী অমদি অপুনবগী পুন্সিগা অপানা মরি লৈনৈ।

পুন্সি অসিমক কপাক লায়ুমদা য়েকপা পোখোকনি। অতুনা উপ-ন্যাসতা সংস্কৃতিগী মশক শোয়দনক থেংনবা তাবনি। মণিপুরী উপন্যাসতা সংস্কৃতিনা পীরকপা ইথিলদগী ওল্লকপা শক্তম উবা পুন্সিগী মতাং মতাং অমদি মফম মফমগী ওইনা শোযদনমক থেংনৈ। সংস্কৃতিনা ওলহল্লবা পুন্সিগী লমদাংনি হায়না লৌবা তাই। উপন্যাস অসিনা কল্লা য়েক্লিবসি মীওইবগী পুন্সিন। পুন্সি অসিদা মীওইবগী পোকপদগী শিবা ফাওবগী লোমননা শিরবা মরুগী লোনচং কয়া অমসু য়াওরি। চঙদবা য়াত্রবা

মচল ভাক্তনি। মচলশিং অসি উপন্যাসকারগী মশাদা য়াওরি। মতাক্না ইথোরকপা খুদিংদা মশাদা য়াওরিবা মচলশিং অসি, অপানন্না খল্লুবা ভৌদ্রবস্থু, মথন্নতা য়াওজরকপনি। মণিপুরী উপন্যাসকারশিংনা মণিপুরীগী নাং ময়েক শেংনা য়েকই। য়েকলকপা মতমদা মতম মতমগী অমদি মতাং মতাংগী ওইনা ওল্লকপা। কয়াম্থু অচুম্বক য় ওরকপা মশানা তাবনি। উপন্যাসকার কমলগী 'মাধবী'দগী পাচান উপন্যাসশিং ফাওবদা নাংকা শল্লক্লিবা পরাং অমা উবি। পরাং অসিদা মণিপুরী জাতিগী তাংথক নাইনা নাইনা ওল্লকপা পুন্সিগী মশক অমা তশেংনা য়াওরি। নাংনা পুরকপা অওনবনি।

---

অহুমশুবা শরুক

# উপন্যাসতা সামাজিক চেতনা

সমাজগীদমক মীওইবনা সাহিত্যব শেম্লনি। মীৎয়েং অসিদগী 'কলা খুদিংমক্কী পান্দমদি পুন্সিবু মওং অমদা ফজনবা শেমদোকপনি'[১] হায়বসি য়াম্না মরেক শেংই। অমবসু হৌ চনা ভারতকী কলাগী পান্দম অসি অবান-খুভম যৌনবা। তাংখাইবা লৌকিক যৌনা চেংনা থাজরে।

In India, the ultimate aim of life is release (Moksa), and art is one means of attaining this aim[২]

অচৌবা উপন্যাসকারশিংগী রাখল, ময়েং, পান্দম হায়বসিমক্তবু অচম্বা মীওই-শিংদগী যাম্ন তেন্না পাক চাউই। লোয়নবা মথাইন সমাজদগী লৌশিনবা ওম্বা রাখলশিং অমদি মচ কশিংসু যাম্না হৌখি। অশেংনমক উপন্যাস-কারশিংগা অচম্বা মীওইশিংগা শান্নবা ককা নৈনবা খেন্নবা হায়বসিসু উপন্যাসকারশিংনা সমাজগী মরমদা যৎলুপিন ময়েক শেংলবা রাখলশিং অহুনি। মানা সমাজদগী ফংলুবিরা মচাকশিং অসিনা মফম অমসুং মতম-চানা শীজিন্নবা ওম্বসিনা মহাক। অচম্ব মীওইশিংদগী মথকথো না অমদি অথোইবা ওইবিরনি।

---

১। মণিহার, 'ঋতু', হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য, আশা অমসুং শিংনবা, আর. কে. বিহুর, (সাম্পা:) ৬০ শুবা চেফোঙ

২। Stelle Kramresh, The Art of India, 'Tradition of Indian Sculpture' "Introduction", 1965

অইবা খুদিংমক ধ্যানগী পাঙ্গলনা নত্রগা হাকথেংননা উরুবা সমাজগী শক্তমবু মচাক ওইনা লৌশিন্দুনা মখোয়না মীওইবদা পামজবা মচল কয়াগী খুৎশেমদা লাস্তোরকপা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি।

The novelist must deal with men in a specific place at a specific time, and the novelists, especially the greatest, have normally been acutely conscious of their time and qualities in it that appear to distinguish it from other times.[১]

শম্না হায়রবদা, উপন্যাসকার অমা মাহাক কপা অমসুং মাহাক্না অসি মখোয়না ফংলুরিবা পুন্সিগী অনুভূতি (এক্সপেরিয়েন্স)গী পাঙ্কপা, লোয়ননা শাগৎলবপা পুন্সি অমদি সমাজগী শক্তয়েক অতুগী মশক লৈরবনি। অইবশিংগী মরক্তা অহুকপা লৈরিবসি অমদি ঐখোয়না থাজবা অমা থমলুবসি মখোয়না ফংলিবা সমাজগী পাক-চাউরবা রাখল, মখোয়না খনজিল্লিবা লুথবা রাখলশিং লোয়ননা মখোয়না সমাজগীদমক খল্লবা অচুম্বা রাখলশিং মশকশিং অতুগীদমকনি। অতুমক্তা উপন্যাসকারসু মীওইবনি, মীওইবগী অমদি সমাজগীদমক মখোয়না খল্লবা অমদি থমজরিবা রাখলশিং অতু অচুম্বা পুন্সিগা তাইওননকপদি মতৌ অতুবু মখোয়গী পামজবতু মসিনা হায়রসিমদি উৎলবনি।

অমরোমদা অমুক—অইবশিংনা মশা মশানা পোকলুরিবা অমদি চাউরক্লিবা সমাজগী ফিবমশিং অতু মখোয়না কুপশিন্না বিচার তৌই, লোয়ননা মখোয়না ফংলুবা অচুম্বা লম্বী অতুনা পান্দমযম ওইতুনা অমুক ভাবকশিংদা লাস্তোরকই। অদুবু ফইবা কাংলুপ খরদি মখোয়না সমাজগী মরমদা খল্লরিবা সমস্যা অমদি হাকথেংনরিবা অরা-মুংচাইগী রাহং কয়া

১। Walter Allen, 'The English Novel', Penguin Books. Reprinted, 1970, p. 23.

হংই। মসিমকসু মহাক্না সমাজগী মরমদা খঞ্জনা রাখলশিং অতুনি। মসিদি মতম মতমগী সমস্যাগীদমক্তা অচম্বা লম্বী থিবনি, তৌবতবু অইবনা সমস্যাশিংবু লানখত্তুনা লোকহন্নবা লম্বীতমক থিবনি, মহাক্না তাজবা লৈখায় অতুদি উংথোক্লমদবানি।

কমলনা মগী 'মাহংনাইদা লখুৎ' মখেলনা থল্লবা সমাজগী শক্তম অমদি সমস্যাশিংবু হাকথেংনকম্বা মহাক্না চেকশিন্না খঞ্জখিবা সমস্যা সমাজ অমত্তগী মনুংদা হিংমিন্নরিবা মীওই পুন্সিশিংগী মরক্তা থোং মান্নদবা অমদি পুন্সিগী খেন্নবা কুমশিংদগী লোকলকখিবা সমস্যাশিং অতুনি। ইনাকখনবা খুংকল পাগন মাওইশিংনা চম্না হিংজরিবা, শান্তিগী মণ্ড-লদা তাউজরিবা মীওই পুন্সিশিংদা কাইহৌবিরিবা অমদি মথোয়বু তুংনবীবদগী থোরকপা সমস্যাশিং অতুনি। সমাজগী মনুংদা হিংলিবা অচম্বা পুন্সিদা হিংবগী লমলোয়বা কাঙলুপ অসিদা যাইতোং খম-লোংবানা ওঙনা কাইহনই। লৈমননা মথোয়বু তুহংলবা অথুবা মনুংদা থুংডাজবা খি, হম্না হমা তংশিনবা মাওইশিংনা মমৈথংদা থাজবা ঊমংদগী লানহৌরকই। মুক্তিগী লম্বী অমা তঙাইফদনা থীরকই। ওয়াংমমক তংনৈবনা শিংথাহৌনবা নকওইবা লম্বীনি[১] হায়বসি ময়েক শেংলকই, সমস্যা অম লোকহনবা অচৌবা সমস্যা অমা লাকতবা য়াদে। মরমসিনা কমলনা তংনবগী মায়োক্তা লালহৌদনা লমন খুমখিবা পুন্সিগী লৌরাং অথুবু অথুবনি হায়দুনা ময়েক শেংনা থোগংলি। সমাজ অমগী যাইথনবা মতম মতমগী মনু হম্না পায়খংফম থোকপা সমস্যাশিংগী মনুংদা হিংবা হায়নসিমু থোদোকপা য়াদে হায়বসি উংলমই। যাইতোং খমদোংবা পুন্সি কথাগী মতুং শিন্দুনা ভুবন অমদি ভুবন মপাগুম্বা মীওই

১। R. K. PRABHU & U. R. RAO, (Compil d and edited) "The Mind of Mahatma Gandhi" non-violence, Shantilal Harijivan Shah, Navjivan Press, Ahmedabad—14, 1969, P. 112,

পুন্সিশিংবু উপন্যাসকারনা শীজিন্নরম্মী। চমজরবা অহুগা মীপোৎ মীয়নসু তোন্দবা মশাগী হুমাং মমলতনা হিংজারবা পুন্সি কয়াগী শক্তম উৎপদা উৱাঁরৈ অমদি নবানসি পুন্সিবু থান্দোরকই, লোয়ননা কাঙলুপ অনীসিগী মরক্তা থেক্কাহনবনা সমস্যা অসিদা মশক ঙৈথি। অহুবু অচম্বা মীৎয়েংদা থেংনরিবা সমস্যা অমদি মরূবা অসেত্তনা কমলনা পামজবা শক্তম, সমাজ অসিদগী ফংলুবা অমদি সংশোধক থঞ্জবা খ্বাইদগী হকলবা মচাক হায়বহুদি ঙক্কাথদে। খোং মাঙত্রবা সমাজ অসিদা মশা মশাগী মুংঙাইবা থিরবা, মসিগীদমক মাখুংদা লাদোক্লবা সমাজ অসিগীদমক খ্বাইদগী অথোইবা খুংলাইদি মশাগী ঙক্কজবা থাদোকপা হায়বসিনি হায়বসি কমলনা চেৎনা থাজখি। সমাজগী সমস্যাশিং অসিবু কোকহন্নবা খ্বাইদগী অথোইবা মম্বাদি স্বার্থত্যাগ হায়বসিনি হায়না কমলনা লৌখি। মপুং ফাদ্রবা হৈজেংগা হগাই ওইরবা সমাজ অসিগী শক্তম্না কমলবু পোথাহনখিদে। সমাজ অসিগী কাননবা ঙমজবা থৌদাং অমতংদা ওইরবসু মী ওইনা লোকলরবদি তৌফম লোকত হায়না থাজখি। মহাক্কী থাজবা মাউদম অসিবু সমাজ অসিদা হেক্তরিবা মীশক অমা থল্লকপদা মহাক্কা মাধবী কৌবী নুপী মচা অসি থেংনখি। অসিগুম্বা নুপ্পবা পোৎলুম অসিমক শোল্লবী নুপীমচা অসিগী মথক্তা থোঙ্গৎলি, পোৎলুম অসিবু থোঙ্গৎলকপদা মাধবীনা —

'হে দয়াময় হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবী, পুক্নীংগী পাঙ্গল শোল্লবী, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্না য়োমহুনা পোল্লবী ঐঙোন্দা অন্ধবিশ্বাসনা কুপ্পুনা থক্কবা অমম্বা সমাজগী মঙুংদা স্বার্থত্যাগকী মঙাল থজিক্কুং উৎনন্নবা পাঙ্গল পীবিয়ু।'[১]

হায়না থাংঙমদ্রবা পোৎলুম অহুবু পুবা ঙমজনবা ঈশ্বরদা চঙজবা

১। কমল, মাধবী', (মাধবী পুকচেল হোংবা), মণিপুর গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৭, লাঃ ৫১

তারকখি। তশেংনমক কমল উপন্যাসকার অমা ওইনা লময়ানবা ওইবতা নত্তে সমাজগী মরমদা কুপশিন্না খঙবা অহৈবা ওইনা অনৌবা যুগকী লময়ানবা অমসুনি। হৃন্না হন্না মৈচঙলবা সনাগুম মচু মাওবগী মহুৎ ময়েক লারবা শাবী শানৌগী থুংশি-মুংঙনবু কমলনা ইকাইখুম্নরবসু অসিগুম্বা পুন্সিগী শকউং অসিনা সমস্যানা থল্লবা সমাজ অসিগী অরাবা কোকহনবদি ওইথোক্কে হায়বসি চেংনা থাজখি। তশেংনমক কমলনা রাখলগী অপোৌবা মীংয়েংনা মাওদ। তারিবা সমাজগী শক্তমবু মনুং থীংনা উখি। মহাক্না চেকশিন্না শেমজখিবী মাধবীগী মীৎকা পিবু মহাক্না খন্দুনা থওইদবা তাখি। নরনসিনা মাধবীগী পুক্লিংগী লৈকোন্দা চেংনা থাজখিবা লৈরাং মখস্তা কংবা তাখি; শেরেংনি—

"চন্দন পাম্বা কয়া কয়ানা,
চীং-মান নারক-শীংলক্কা
মাংগুম অরেম্বা উকং ওইনা,
পুক্লিং লৈকোলগী অথুপ্পদা
থাখিবা লৈরাংদু চেকশিল্লা,
কংগ্রগনিদো অরেবদা
পুক্লিং হকচাংগা লোইননা,
খঙহৌররোইনে কনা মত্তা!"[১]

তশেংনমক মাধবী সমাজ অসিগীদমক পোকলকখিবনি। মদাম মুংশিবা নপ্রেগা শাবা শানৌগী মংখে নাইবা মুংশি-মুংঙনগীদমক্তা নত্তে। সমাজগী সমস্যা কয়াগীদমক মাধবীগী মুংশিবগী আশা থমোয়দুংদা কংখিবা তাখি। শন্না হায়রবদা কন্নাদ মহাক্না মতমগী সমস্যানা থল্লবা সমাজবু চেকশিন্না উাখবনি ঙমদি মসিতনা অথোইবা আশা ওইখিবনি, শাবী

১। কমল. 'মাধবী', অরেইবা শরুক,) মণিপুর গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা কোডবা, ১৯৬৭, লাঃ ৮৩,

শামৌগী মুংশি মুংওন্না সমাজতত্ত্বদশী হুকচিন্না উবা ওইথোকখিদে। অমত্তদা তুংশিন্দুনা খমলিবা মুংশিবদি অরাবগী মশক্তি পূন্নমকতা চপ মান্ননা মুংশিরবতদা সমাজগী য়াইফবা ওইগনি হায়বসি মাধবীগী মফমদা চেংনা ফাওহনখি। মসিগীদমক মাধবীনা অনৌবা লম্বী থিবা হোরকখি। পূন্নমকপু মুংশিবা হায়বসিনা মুংশিবগী লমনশিংবনি হায়বা অরাংবা আদর্শসি উংথোকখি। হায়খি—

'ঐগী মুংশিবা রাখল অসি মী অমতদা লেপতদুনা তাইবংপানবা পূন্নমক্তা চাইথোকপা ওয়বদি অরাবা পূন্নমক কোককদবনিকো[১]

অপাকপা মীংয়েংদা মাধবীনা ঐ ঐগী ওইবা রাখলগী পনথৈ অতুগী রাংমদা মীংয়েংফম থমদুনা মীওইবা সমাজগীদমক খনবা হায়বসি অচুম্বা পৌদাংনি হায়না লৌখি। মশাগী অরা মুংতাইবনু থওইদনা অতোপ্পগী তেংবাংবনা পুন্সিগী অচুম্বা লম্বীনি অমদি সমাজদা লৈরিবা সমস্যাবু কোকহুনবা শেংলবা থৌদাংনি হায়বসি চেংনা থাজদুনা স্বার্থত্যাগকা শরুম অসি লৌখিবনি। কমলনা উখি, পুকচেল পীক্লবা মৈতৈ সমাজ, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োন্না কুপ্লবা মৈতৈ সমাজ মশা মশাগীতা খন্নবা মৈতৈ সমাজ। খরা হেন্না পাকথোকপা মীংয়েংদা য়েংখিবা কমলবু নীলকান্তনা নহা ওইবগী মতিক সমাজগীদমক খনখিবনি হায়না ফোঙদোকখিবসিঅচুম্বনি[২]

'তাংশংনমক উপন্যাসকার কমলনা ঐ ঐগী ওইবা কুটিল ওইবা সমাজ অসিবু য়ানিংদে।[৩] মসিগীদমক সংস্কার অমা তঙাইফদ্রে হায়না

1 | কমল, 'মাধবী,' (মাধবীগী পুকচেল হোংবা,) মণিপুর গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী ৮ শুবা ফোঙবা, ১৮৬৭, লাঃ ৫০
২ | নীলকান্ত, 'হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য,' "রারেং অথোম্বা", মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ৩ শুবা ফোঙবা, ১৯৭৩, লাঃ ১০৭
৩ | ডাঃ বাসী, কৃষ্ণ চূড়াগী অডাংবা মপাল'. ট্রাইমরেং পব্লিকেশন, ১ বা ফোঙবা, ১৯৭৭, লাঃ ২৬

লৌথি। অইবগী মপুংওইবা মীংয়েংদা স্বার্থত্যাগকী অচেৎপা রাখল অসিনা মাঙদা থম্লবস্মু অতোপ্পা সমস্যা কয়াগী মরমদস্মু মণিপুরগীদমক ইডুকেসন মপুংফাবা মঙালব পুশিল্লকপা পামখি। থাইনগী থুন্নুংগী চান্নদ্রবা রাখলদা লৈশিন্দুনা লরিবা রাখলগী লাং মহাক্না থদংনবা হোংনখি। মাসিগীদমক অয়েৎপা কয়াগী মরক্তা মতম অহুগীদা মরিং মরাংনা লৌনবা লাইরিক-লাইগু তম্বগী শক্তম অমা বীরেন অমস্মুং ধীরেনগী মায়কৈদা পুশিল্লকখি। অতুবু অসিগুম্বা অনৌবা রাখল অসিবু মতম অহুদা কান্নদবনি খনবা রাখলবু খনবা অমনা অস্মুম্না ফোঙদোকখি --

"কান্নরোই লাইরিক তম্বা তোক্লো, থবক শিংনবনি, ঐখোয়গী তোমালস্মু চহি ঃ পুরা থবক মনা অমত্তা শুতন্দনা ইস্কূল তমহুনববু পৈশা অমত্তা ফংদতুনা হৌজিক্তি তোকহনগে।"[১]

অইবশিং অসিমক্তবু মহোশানা য়াওল কয়া পুরকপা পামখি। মখোয়গী চিঙ্গা মপুংফাদ্রবা সমাজগী খৌদোক কয়ানা শন্দোক্লুনা লৈবনি। কমলগী মতমদা লৈরম্বা সমাজ অহমক অন্ধবিশ্বাসনা কুপ্লবা সমাজনি। চরানবা থাজবা কয়াগী রাখলদা অচুম্বা কয়াবু শন্দোকপা তারকই। অসিগুম্বা রাখলশিং অসিগী মায়োক্তা কমলনা লেপখি। ইচম চম্বা লমচং, রাজেন কবিরাজ কাওবা রাখল অসিগী তায়োন্নবদা পুরক্লুনা উরীরৈ মমাগী থরাই কনখি। অচুম্বা মশক খঙবা হায়বসি কমলম্বা মতম চুপ্পদা পামখিবগী থুদম ওইনখি। অনৌবা য়ুগকী রাখলগী মখি কয়া রাজেন কবিরাজগী মফমদা তাবত্তা নত্তুনা মঙোম্বা মীওইবগী সেবাগী রাখলস্মু ময়েক শেংনা য়াওরি। মরমদি উরীরৈ মমাবু চিত্তাথক্তগী

---

১ ' কমল, 'মাধবী' ( থৌরাং ), মণিপুর গোভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৭, লাঃ ৩

লৌথভুনা লায়েংখি অমদি ভুমথিংবা হনখ্রগী মখুত্তুগী কন্নবা লোত্তুনা থমখি। লোয়ননা কমক্না সংস্কৃতিগী মচল কয়াবু য়াম্না পামজনা লৌশিন্দুনা তাংকক খরদা শংথাই জাতিসিগী লুহোংবগী থৌদোক্তা মহাক্কী অপেনবু লৈ। রাজেন কবিরাজগী শুমাংদা পোকখিবা লুহোংবগী থৌদোক্তা জাতিসিগী হিন্দু ধর্ম্মগী মংক্তা লু শিল্লবা সংস্কৃতিগী শক্তম উবা ফংই। মসিমক লেমজনফম ওইরবা পুন্সিগী মরুওইবা তাংকক অমমম কমলনা শিংথাখি। মসিগুম্বা সংস্কৃতিগী মচলশিংসি ধর্ম্মগী রাখলনা চুশিননবুনা লৈর।' চীঙ্গোই বারুনীং থৌদোক্তা শাবী শানৌশিংগী পুন্সিগী হরুবা তাংকক অমা ওইরবসু সংস্কৃতিগী মচু অমা ওইনা তিনশিনগ্রবা থৌদোকনি হায়বসি কমলগী খুংফোঙদোক্না অহুমক তাকই। মীৎয়েং তসোমদা উপন্যাসকার অসিনা মণিপুরী জাতিগী সংস্কৃতিগী ফজরবা মশক কয়াদা অপেনবা পামজখি হায়বসি য়াম্নমক ময়েক শেংগ্রবনি। মশাগী সংস্কৃতিবু লুনা চান্ন তৌজখিবা অইবনি।

সমাজ হায়বসি মখল মখেলনি। অদুবু লাইরবা ইনাকখুনবা অনীগী মরক্তা লৈরিবা কা হেন্না খেন্নবা পুন্সিগী মশক অদুবু কমলনা কন্না য়ানিংখিদে। ইনাকখুনবা শেঙ্গাও পায়বশিংনা মীনাই মীশনগা লোয়ননা তৌওমদবা কয়াবু পাওথোক্তুনা হাইনা হুন্না পাল্লিবা শক্তম অহু ধনঞ্জয়গী পুন্সিরোমদগী উৎথোরকই। অসিগুম্বা পুন্সিশিংনা অচাউ-রুম অমদি শক্তি তানবদা চন্না হিংজবা পুন্সি কয়াগী শান্তিগী লম্বী মাওনবসি নবীনচন্দ্রগী কমুংদা ওইখিবা পুন্সিগী ফিভমনা উংলি। লাইরবনা পৎ তৎশবসু নবীনদি পুন্সিগী নমথাক তৌবগী রাখল থনখিদে। হুমাংমলনতা লেপকনি হায়বগী অচেৎপা রাখলগা লোয়ননা মীরৈবাক্তা লন তানবা চংখি। কমলগী রাখলদা মোং হাদবা নবীনগী পুন্সিদা থাজবা থমখি। মহাক্কী মুপা পাংশিংগী মমুংদা খ্বাইদগী থৌনা ফবা মীশক ওইখি। মহাক্কী লমন মথুমবু কমলনা থাগৎখিবা অসিনা

তঙাইফদ্রবদি সমাজ অসিবু য়াইফনবা হিংসা হায়বসি তৌকম থোকই হায়বসি উৎলি। অদুবু সমাজশিংদমক খল্লখিবা কমলনা হিংসাগী মমলনা অহিং-সাদগী হেল্লি হায়না লৌখিবদি নত্তে মপুঙফাদ্রবা সমাজ অসিগীদমক তঙাইফদবা তাঙ্গা লাকই হায়বসি উৎখিবদনি। অশেংনমক অহিংসানা অথোইবা ধর্ম্ম ওইরবসু সমাজ অসিনা মপুংফাদবনা হিংসা হায়বসিসু থোক্কবা য়াদে।[১] মরমসিনা খাণ্ডবগী পম্বেং ম্যৌরবদা খাংঙমদবা মেগী চীং পোকথায়রক্তুনা নবীননা ধনঞ্জয়বু হাত্তুনা লমন থুমখিবনি।

উপন্যাসকার চাউবগীদি মৈতৈ জাতিগী হৌখ্রবা পুন্সিগী চীং লেমজবা শরুক্তা অচেৎপা থাজবা থমওইবগী ওতৈক মহাক্না উপন্যাসকীদমক খল্লখিবা সমাজগী শরুকমবু হৌরবা মতমগী সমাজগী শক্তম অমনা ওইখি। অদু-মকপু অইবা অনীনা হৌখ্রবা সমাজ অদুগী পনখৈদগী অপাম পামদগী মচলশিংবু কুপ্পা পুথোক্না উৎথোকখিবদি তৌখিদে। চীং-লেমজরবা, হনবা নাইদ্রবা থৌনা লোয়ননা নিংথৌ মচাশিংগী হায়খ্রবা রা হোংবা নাইদ্রবা শক্তম অমদি হনবা নাইদ্রবা মচিং মশানদগী থোরকপা থেং-গায়নবশিং অদুনা হেন্না ফজনা লৌখি। শম্না হায়রবদা হৌখ্রবা ইতিহাসকী চীং লেম্নবা সমাজ অমদা কাওখোং চাইবগী মুংঙাইদ্রবা শক্তম অমা পুশিল্লকখিবসি অগল্লবা মীশক খরগী মচিং মশানদগী থোরকপা থোদোক ওইখি। মাদু তাক্লবা পুন্সি কয়াগী তাক্লফম ওইরবা লানফম অসিগী হৌরকফম নিংথৌ মশাশিংগী করিস্সু লৈতবা মুক্লবা অমদগী ওইখিবসিমক মুংঙাইতবা থোৌলোক্কি। অপিকপা মৈরিক অমনা মৈরাইদুনা মপাল

---

১ | Dr. Radhakrishnan, "Religions however, how exalted non-violence as the supreme virtue, and acquired in voilence on account of human imperfection."—

"War and Non-violence", Religion and Society, George Allen and Unwin Co. New York, 1965, p. 20

নাইত্রবা পুন্সি অমদি আশা কয়াগী তাক্লকম ওইবসি চাউবনা নীংথিনা উৎলি। মণিপুর জাতিগী লেমজনফম ওইরবা হৌগ্রবা পুন্সিদা লেল-হৌত্রবা মীকুপ্তগী নত্রপা অয়ানবদগী হায়গ্রবা রা ঙাকপনা হেন্না হক্লা লৌরকখদগী মুংঙাইতবা সমস্যা কয়া লাকখিবসিবু চাউবনা মরু ওইবা থিম্ম ওইনা লৌশিনখি। উপন্যাসকার অসিনা অসিগুম্বা থেঙ্গায়নবা অমদি মাঙন-তাক্লবা থৌদোকশিং অসিদা পেন্দবা ফোঙদোকগ্রবসু মহাক্না হৌগ্রবা মতমগী সমাজগী শক্তম কয়াবু পুথোক্লুনা পামজবা মীয়েৎনা য়েংজখি। লোয়ননা অপাবশিংদা হৌগ্রবা পুন্সিগী শক্তমবু লেন্নহুনা লানথোকখি। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম হায়বসিমক জাতি অসিগী ইতিহাসতা কাউঙমদ্রবা তাংককনি চাউখৎপগী অকন-অথৌগী, লৈবাক ঙাকলোন কয়াগী শক্তমদা তত্তনা শীংথানরিবনি। উপন্যাসকার অসিদি জাতিসিগী অরিবা মতমবু য়াম্না মুংশিজবা অমদি হৌগ্রবা পুন্সিগী ফিদমদা অচেৎপা থাজবা থমজরকপনি। মহাক্না ধ্যানগী পাঙ্গন্না হৌগ্রবা জাতিগী সমাজবু চিংশিনখি। লোয়ননা ফিদমগী শক্তমগা লোয়ননা উৎথোক্লবা হোৎনখি। লৈবাক নিংথৌ পানবগী মখল মথেলগী ওইবা কাঙলোন্দা চাউখৎ খোঙথাংগাদমক হোৎনরম্বশিং থেংনৈ। শাফম লানফমগী মতম চুপ্পদা লেম শাহুনা লৈরম্বা লোয়ননা য়াম্না হৈ-শিংলগনা মতিক চাউরবা খাগীবু মপৃঙফানা মাংখীলা নীরা ঙমখি।[১] নিপা খুদিংমক লালোয়নি লাল খোঙফমদা পুন্সিগী লেঙদবা লমীনি[২] হায়বা রাকম অসিমক চাউবনা য়াম্না ময়েক শেংনা উৎথোক্লি। শাফম লানফমগী হৈশিংবসিতনা পীক্লবা মশিং য়ামদ্রবা জাতি অসিনা মতমচুপ্পদা নীংতম্বগী মুংঙাইবহ

---

১। খ্বাইরাকপম চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা', গৌরহরি খ্বাইরাকপা, ২ শুবা থুৎনম ১৯৭০, লাঃ ১৮

২। মীনকেতন সিংহ, 'রারেং পরেং', (মণিপুরী লোক সাহিত্য) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১৯৫০, লাঃ ২৮

ফংহনা লৈরকপনি হায়বসি উৎলি। তশেংনমক শাফম লানফমনা য়াম্না মরু ওইনা লৌগ্রবা হৌগ্রবা সমাজ অদুবু উপন্যাসকারনা নীংশিংই লেমজনকমনি হায়না লৌই।

চাউবনা অহিংসাবু ফনমক ইকাইখুম্নরবসু মণিপুরী সমাজবু য়োক্ল-বগীদমক নীংতম্ববু কন্নবগীদমক লাল হায়বসি থৌনা ফনা শোক্লবা তাই হায়বসি খাজখি। তশেংনমক মণিপুরী জাতি শা-লাল য়াম্না পাম্বা পামদবসু য়াদ্রবা জাতিনি[১] হায়বসি উপন্যাসকার চাউবনা ময়েক শেংনা উৎখি। থৌনা ফরবা জাতি অসিগী পুন্সিবু 'থৌনাগা শাগোন্ননা পোকপা, থৌনা শাগোন্ননা হিংবা, থৌনা শাগোন্ননা শিবা'[২] হায়না মীনকেতননা শিংখাবা অসিনা ময়েক লানা উৎলবনি। তশেংনমক মতমতুগী সমাজ অথৌবশিংগী সমাজনি হায়বসিদি ময়েক শেংলবনি। জাতি অসিগীদমক সমাজ অসিগীদমক মশা মশাগী পুন্সিগী মমলদি তয়াংনা লৌনবা জাতিনি।

ধর্মগী, লালগী, নুংশিবগী মশক কয়া য়েকখিবা উপন্যাসকারনা তাংকক কয়াদা সমাজগী মচলশিং অমদি থৌদোক রাথোক, থাজবী কয়াবুসু য়েক্লবা হোংনখি। অন্ধবিশ্বাসকী ওইবা খাজনবী কয়াসি মমংঙৈদগী হৌনা লৈরক্লবনি। খাগেম্বা হাক্তক্তা চৎনবী অসি অদুমক থেংনরি। মাইবীগী লাইপাউ য়াম্না হকচিন্না লৌনরম্মী। মসিবু অচুম্বনি হায়নসি অইবা অসিনা উৎথোক্লি। লতায়া মশুংলাংগী লৈবাক কায়বগী মরু হুনগনি[২] হায়বগী মাইবীগী লাইফাও অসিমক মমৈদা অচুম্বা ওইনা

---

১। রাহেংবম য়ুমজাও, 'মণিপুর ইতিহাস', (শংভিমদনা য়াদম্না রা খরা) ২বা পন্দুপ, ১৯৫০, লা: ৭।

২। মীনকেতন, 'মৈতৈ উপন্যাস', লায়োল অহানবা, সোমাবস্ত অশাংবম, ১৯৫০,

নিংথৌ অমদি অঙাম্বশিংনা পূক্লিং চঙলম্ব। নিংথৌ সভাদা চাওখৎ থৌ-ৱাংগীদমক কুপ্না খন্নরম্বগী শক্তম উবা ফংই। লম্বী থোঙ শেমগৎ-শাগৎপদা নিংথৌনা পূক্লিং চঙই তোঙান তোঙানবা মীশক কয়াদা মতিকচাবা মফম শিন্নৈ। মস্না হায়রবদা খাগেম্বা মতমগী সমাজ য়াম্না চেকশিন্না অমদি মায়কৈ খুদিংদা চাওখৎলম্বা তমজনফম ওইরবা সমাজনি হায়বসি উপন্যাসকার অসিনা উৎলি।

হৌখ্রবা সমাজবু লাকশিন্দুনা চাউবনা শেমজবা অতুগী ওন্নবদা অঙাংহলনা মশামক্তা শক্নক য়ারিবা মৈতৈ সমাজদা অমদি লেংগা লেংগা থৈনতুনা হিংলিবা মণিপুরী পাঙলশিংগী সমাজ অনীগী শক্তমদা লৈরিবা শম্নবা ওমত্রবা মশক অতুদা হেন্না পূক্লিং থিংজিনখি। নক্না তান্নরবা সমাজ অনীগী মরকতা লৈরিবা ফত্রবা চৎনবীগী পল অতুবু থুগায়নবা অইবা অসিনা লম্বী থিগে হোংনখি। মরমসিনা মহাক্না কুঞ্জো অমসুং জহেরা অনীগী পুন্সিগী অকাইবদা মতম অতুগী চৎনবী কয়া লোয়ননা চৎনবীশিং অতুগী মসুংদা চেংশিন্না য়েকখি। চৎনবী কয়াসিনা মীওইবগী শেংলবা আশাবু শুদংতুনা থম্বাব অমদি থমোয়গী অচুম্বা শক্তমবু নমথতুনা খাঙঙু থক্তা মাঙহল্লিবা নুংঙাইতবা শক্তমসিনা অঙাংহলদা অকনবা ইথিল ওইখি। মসিবু তেমথোক্লবা মহাক্না লম্বী অমা থীরকপদা নুংশিবা হায়বা পোৎশক অসিবু খুতুম চেংনা পায়তুনা ফত্রবা চৎনবীগী পল অসিবু য়ানথংনবা হোংনখি। অতুবু মতমগী তমখীরবা নুংশিংনা সমাজগী য়াক্লবা মানোক্তা লোয়ননা মনুংশি ওত্রবা, অচুম্ববু চয়ফম পীত্রবা মতম অতুগী হিন্দু সমাজগা শীংনবগা পাঙল লেইশিললকুনা অঙাংহল মনাংদা হন্দোকখি। অতুবু মহাক্না কংলুরিবা রাথল কয়াগী হৌরকফম ওইরিবা মতম অতুগী সমাজগা মশক অসিবুদি অঙাংহলনা ময়েক শেংনা উৎখি। লেংগা লেংগা ঙানংনা পানমিন্নরিবা হিন্দু অমসুং মুসলিম সমাজ অনীমক্তা মশকপু চপ চানা য়েকথোক্লবা লাক্লখি।

নুংশিবা হায়বা পোৎশক অসিদা অচেৎপা পূক্লিং থিংজিন্দুনা অতু-গুম্বা নুংশিবা শাজং অমদি থোদোকশিংনা শাগোম্লনা চংনবী কয়া অমদি পুন্সি কয়াগী মশকপু শাগৎপ্রবস্থ অঙাংহল সমাজবু শেংদোকপা পামজবা মীশক অমনি। মীওইবগী শেংলবা থমোয়গী লীচিংদা জাতি-বিজাতিগী চৈথলনা অপনবা পীফম লৈতে হায়বসি মহাক্কী অশেংবা ব্রাখলনি। য়ানীংদবা চংনবী কয়ানা অহৈবগী ব্রাখলদা অকনবা ঈথিল ওইরকনা মহাক্না সমাজ সংস্কারগী লম্বী অমা থিজখিবনি। তৌবত্তবু অঙাংহল লম্বী লম্মুক্করকনা পালেপফম খঙখিদবনি। ধর্মগী খেন্নবগী চৈথল অমদি চংনবীগী তমথীরবা পল অসিন মীখা পোল্লিবা জাতি অনগী নীংতম্বগী লম্দা অচৌবা য়ৈথাবপা ওইরি হায়বসিম্ব অঙাংহলনা উবা ফংখি। খেন্নব কয়া অসিনা লিংজেল মান্নবগী রাখল মাঙহনখিহুনা নাইতোম তারকই। নীংতম্বগী লম্বীদা নাইতোম ভাবা হায়বসিনা জাতি অমবু য়াম্না শোন্থহল্লি। অঙাংহল মহাক্না মতমগী মীখা পোল্লবা পুন্সিগী-দমক নাংতম্বগী লম্বী থিবা পামখি. অপুনবা ভারতকী পাঙ্গল অমা শাগওনা মনাই য়োহ্লিং থাংলবা ভারতপু কনবা পামজখি। মহাক্না ফোঙদোকই 'হিন্দু-মুসলিম ঈচিল-ইনাওগী লেংবান্দা মথুং য়েৎ-ওইনা কোন্দুনা থৌগৎনবা তৌসি নক্ৰন্দি নিংতম্বা লৈতে।

"হিন্দু মুসলমাননা ঈচিন-ইনাও থমোইই অমত্তা ওইনা অমনা চৈবা অমনা শাগুপ অমগী পক্রবা অমনা শাবক্রুনা তিন্নতুনা ভারত মাতাগী মখোংদা থাংত্তনা য়োহ্লিং থাদোক্লসি। মতম কুইনা মীগী কৈতুমশংদা লৈরক্লনা চংপা থাংবা য়াদ্রবা থোং খনিসি অহল-ওইরবী ইমাবু হিন্দু মুসলমান ইচিল-ইনাওগী লেংবান্দ, মথুং য়েৎ-ওইনা কোন্দুনা থৌগৎনবা তৌসি নক্রবদি নিংতম্বা ওম্মাবোই [1]

---

১। অঙাংহল, ক্রহেরা, নপুর সিংহ, ১বা নম্বা. ১৯৬৪, লাঃ ১৫৬

উপন্যাসকারগী অসিগী রাখলদা নীংতম লালহৌবা শৌগৎপগী অচেৎপা আশা লৈ। মীখা পোল্লবা জাতি অমগী পুন্সিবু মহাক্না তুকচ্চখি। নীংতম্বা হায়বসিগীদমক থৌওইবনা থৌনা ফনা চোংথোক্কদবনি হায়বসি মহাক্না উৎনবা লাক্লখি। মীখা পোল্লবা সমাজ অমগী মমুংদা অমুকস্থ ধর্ম্ম খেন্নহনা কাওলুপ নাইবগী রাখল অমা খল্লিবসিনা জাতি অসিবু শোম্হল্লি। নীংতম্বগীদমক খেন্নবা রাখল থাদোকপ। অমদি মান্নবা লৌচিং অমগী মফমদা চঙশিনবা হায়বসি তঙাইফদে হায়বসি মতমহুদা অশিংবা অমগুম্বগী রাখলনি।

অসিগুম্বা থুয়েক অসিদা অঙাংহল্না মতমহুগী সমাজবু য়াম্না ময়েক শেংনা য়েকথোকখি। হিন্দুশিংগী ভুমখৈ নাইরবা মীংয়েংগা শীংননবা মহাক্না কুঞ্জো শেমগী, মহাক মশামাংস্থু হিন্দু সমাজগী মরমদা খঙবা রাখল কয়া কয়া লংখোকখি। অতুবু য়াম্না ময়েক শেংনা উৎখিবদি ফজবা চৎনবা কয়া অসিবু শৌগৎপা পাখা পুন্সিশিংনা মপুঙ ওইবা সমাজনি। সমাজ অসিগী মমুংদা অচুম্বা অমদি অশেংবা নীতিবু মশক খঙবদি থরতন হায়বসি হিন্দু সমাজকী শক্তম য়েত্নুনা উৎলি। খামিনিন-চিংবনা হিন্দু সমাজগী মীহুং ওইনা কুঞ্জোবু শিংনবা হোৎনৈ। জহেরাবু থমথেনা পংশিনবা ইবেনচা কাওবনা জহরাবু হিন্দু সমাজদা চুশিল্লকপা ওইথোক্তবনি হায়বহু উৎলি। মরুবোপ কৌবা রানা বাঁশী শাংগুম চুমন্দ্রবা থৌদোক্নি হায়না হিন্দু ধর্ম চৎপাশিংগী রাখল ফোঙদোকই[১] য়াম্না মীংয়েং থুনা অরানবা চৎনবাগী পনথুংদা হিংলিবা মতমহুগী হিন্দু সমাজবু মহাক্না য়েকথোকই। অসিগুম্বা ধর্ম অসিগী মায়োক্তা লৈরিবা মতমহুগী মুসলিম সমাজগী মমুংদসু লৈরিবা পুকচেল শীরুবা অচুম্ববু মশক খঙদনা পায়না মপুঙনি হায়বহুসু অঙাংহল্লনা উৎখি। মুসলিমগী লুচিংবা লৈবাকমচা ওরবা আমরনা মান্নবা লৌচিংগী অমদি ধর্মগী অচুম্বা মশকপু

১। অঙাংহল, "জহেরা", নপুরসিংহ, অহানবা নম্বর, ১৯৬৪ পা: ৫০

পুথোক্কুনা উৎলবস্মু[১] মতমত্তুগী মুসলিম সমাজনা মহাক্কী ৱাখলত্তুবু মখোয়না পামখিদে জাবব্ব ম্নুংশিজবা জহেরাবু মগ চাদবগীদমক দণ্ডি পীবা মখোয়না পাম্মী। ধর্ম্ম খুদিংমক্কগী মখোয়গী ধর্ম্মনা অথোইবনি অতৈ ধর্ম্মদি ফত্তবনি হায়বসি মতমত্তগী মুসলিম কাংলুপনা চেংনা থাজৈ। লোয়ননা অতৈ ধর্ম্মবু তাখিবগী শক্তম্মু উৎলি। জাহেরানা মৰ্ত্তি লাৎপা ভলসি থাদবু নিন্দা তৌই।[২] মসিগীদমক নাংচাবু যুমদগী তাম্থোকপী।

উপন্যাসকারনা অসিনা য়ানীংদবত্তনা থম্লবা সমাজ অসিবু অমুক্কং থোং মান্নবা তেমথোক্লবা ম্নুংশিবব খনখিবসিনা অহবা অসিনা মায়থীনবা লম্বীসু ওইখি। মখা পোনবগী ম্নুংনাংবা ধৰ্ম্ম খেন্নবগী পেন্দবা অমদি খুবৰা মীংয়েংগী পনব নমথায়বগী ৱাথল অসি অঙাংহলগী ৱাকৎ ওইহৌই। মসিগী চাংয়ংদা মৈ ইকলুবা জাহেরা সমাজগী শাৱবা মৈয়ুংদা কেমহুনা লাঙহল্লি। ম্নুংশিবগী লমচিংনা লমদম তাম্না চিংলক্কুনস্সু মহাক্কী হিন্দু সমাজগী মংদা পুশিল্লকপদি ঙমখিদে। মরম অসিনা অঙাংহলনা সমাজ সংস্কারগীদমক লাংখংলুবা থৌবাং ৱাকৎকী মওংদা লৈরকই।

উপন্যাসকার শীতলজ্জীৎতি বৈষ্ণব অমা ওইবগী মতিক ধৰ্ম্ম অসিনা পিরকপা বিস্বাসংগী লুপচত্নুনা সমাজ অসিবু ফিদমগী মশক ওইনা শেমদোকচবা পাংখি। মীওইবগী পন্সিগী অসংবা লীচৎ অমদি থৌদাং কয়াসি ধৰ্ম্মগী অচুম্বা মায়কৈদা পুশিল্লক্কুনা ফগৎপ্প শান্তিগী থাজরবা শক্তমদা শেমদোক নিংখি। অসেংনমক শীতলজ্জৎকী অচৌবা আশা অসি য়াম্নমক ফিদম ওইত্তুনস্সু মবক ওইনা পাংথোকপদি ৱাগদবগী মওং লৈ। মীংয়েং অমরো শা হায়না হিন্দু সমাজদগী থমজক্লবা আশা কয়াগা শাগোন্নবা ধৰ্ম্ম অসিগী অকনবা নীপুন্না পুশিল্লকপা অশেং অশেংবা

১ অঙাংহল, "জহেরা", নপূবসিংহ, অহানবা নম্বা, ১৯৬৪, লাঃ ১৫৬
২। মথক্কীসি লাঃ ৪৭।

মশক অমবু আশা তৌজখি। অতুম ওইনক অইবা অসিনা সমাজগী মনুংদা লৈরিবা অশোনবা য়ানিংদবা কয়াবু শকখঙদবদি নত্তে। ওইজবা তানবগী মীওইবনা মীওইববু ঙৎ-লৈবগী অমদি মশা মশাগী মুংঙাইবা থিবদা মীৎ মীনা অরাবা পীবগী য়ানীংদ্রবা থৌদোকশিংগী মায়োক্তা অইবসিনা লেপ্লে। অমদি ফত্রবা সমস্যা কয়া অসিদগী লাম্থোক্রবা লম্বী থিখি। মরম অসিনা মহাক্কী অহানবা উপন্যাস 'থাদোকপদা পুকচেল চাউরবা মীশক অমবু ...কওইনা সংস্কারগী থৌদাং লৌহল্লি অমদি উপন্যাসকার মশামক্কী পাজবা পাউজেল য়েলহল্লি। মহাক্কা শেংলিবা সদানন্দদা ওইজবা থাদোকপতনা লেংদ্রবা থৌদাং পাঙথোকহল্লি। সমাজ অসিগীদমক মহাক্না মীশক দরকার লৈ হায়বত্থু অইবনা উৎনবা হোৎনৈ। মতম অতুগী সমাজগী মনুংদা লৈরিবা ফত্তবা সমস্যা কয়া শেংদারবা ধর্মগী অমদি অহিংসাগী শক্তিমদা পান্দম কয়া শেমখি। সমাজগী অচৌবা সমস্যা কয়া অসিবু মখোয়না শেংদোক্কনি হায়বা শীতলজিৎকী তোপতোপ্পা আশানি। অদবু শীতলজিৎ হিন্দু অমা ওইনা ধর্ম্ম অসিদা হেক্লিন্না থাজত্তুনা মপুঙ ফারবা সমাজ অমগীদমক ধর্ম্ম অসিগী পাউজেল চঙদবা যাদ্রবনি হায়বসি উৎখিবনি। অইবা অসিনা গণতন্ত্রবু চেংনা থাজনা গণতান্ত্রিক ওইবা লম্বী অমদা হংনা চীক্লা হিংজবা পুন্সিবু পামজবস্তু উৎলি শান্তি লৈবা সমাজ অমা শাগৎনবা লৈবাক ঙাকপা অমদি প্রজা অনীগী মরক্তা অফবা মরী লৈগদবনি অমদি অহিংসাতনা মসিবু শাগৎনবা অরোইবা থুংলায়নি হায়বসি অইবনা চেংনা থাজ্জৈ।

উপন্যাসকারনা সমাজগীদমক্তা অহিংসাবু চেংনা থাজখিবা রাথলবু মহাক্কী 'ইমা' হায়বা উপন্যাস অসিদদি আহাংবা অমা লাকপা উখি, অহিংসানা অথোইবা লম্বী ওইহনস্থু সমাজ অসিদি মপুঙফাদবনা থম্লা

লৈবনা হিংসা হায়বসিসু চঙদবা য়াত্রবা মচাক অমনি [১] হায়বসি মহাক্না রাখলদা ফাওরকখি। সমাজ অসিগীদমক অহিংসাবু চেংনা থাজরমতু ফীভমগী লাংদা খুথিবদগী হিংসা হায়বসিসু চঙত্রবা য়াত্রবনি হায়বসি উংলকখি। ইংনা চিক্না হিংজবা পুন্সি কয়াদা তত্তনা কাইহৌবীবা অমদি ওৎ-নৈবীবদগী থাঙবা ঙমলক্তনা লমন খুমলকপগী রাখল মহাক্না 'ইমা'দা উংথোকই। অইবসিগী রাখলদা হিন্দুনা চেংনা থাজবা ধর্ম্মগী লম্বী নিষকাম কর্মগী রাখল য়াওরি। অইবনা ফীভমগী মতুংইন্না অহিংসাবু সমাজগীদমক শীথিল্লরঙবসু হিন্দু ধর্ম্মগী থাজবী লাঁচিং অতুগী মথাদা মহাক্না ফিদমদি অতুমক উংখি। সমাজ অসিগীদমক অমদি অরাবা তারবা পুন্সি কয়াগীদমক ফত্তবা নীতিবু থাদোকপগী ভঙাইফত্রবা রাখল ফোঙদোক্লি। লোয়ননা হিন্দুশিংনা শীংপানবা সর্তীত্বু ইকাইখুম্নবগী রাখল রাধারাণীগী পুান্সদা ম'ম শা-ী নাকোয়ননা উৎলি। ফিদমগী মশক ওইরবা পুন্সি কয়া পুশিল্লক্তুনা শীতলশিংনা মপূংফারবা সমাজ অমবু শাগংপগী আশা ফোঙদোকচখি।

মপুঙ ফাত্রবা অংদি কল্লক নীংহৌবনা থল্লবা সমাজ অসিগীদমক অচুম্বা অমদি ধর্ম্মবু মশক থঙবা মীওই কয়া চঙদবা য়াদে হায়বসি মহাক্না 'রোহিনী' উপন্যাসনা ফোঙদোকই. লোয়ননা মতমতুগী সমাজদা লৈরম্বা শেঞ্জা খুমজাগী চংনবীবু করেমনৈ। অতুবু ধর্ম্মগী মচু অমবু কোকপা লৈতনা শীজিন্নখিবা উপন্যাসকার অসিনা হিন্দু ধর্ম্মগী ফিদমগা সোয়ননা পুন্সি-শিংবু শাগৎতুনা হেন্না মপূঙফারবা সমাজ অমবু শেমগৎচনিংবগী আশা ফোঙদোকখি।

---

১ | Dr. Radhakrishnan, "Religions, however, exalted non-violence as the supreme virtue and acquired in violence an account of human imperfection."

—"Relligions and Society' George Allen and Unwin, 3rd impression (2nd edition), 1956, P. 200

উপন্যাসকারনা মণিপুরী সমাজদা কলাগী মফম অমা থিনবা লাক্লখি। মাফম অসি অইবগী 'মুংশি রাখৈশা'দা উবা ফংই। সমাজ অমসুং কলা অনাগী মরক্তা ফাওনরিবা রাখল অসি উৎপদা শাক্তলজিংনা কলাবু পামজরম্বা মশক ফোঙদোকই। কলানা সমাজবু শেংদোকপা অথোইবা খুৎলায় ওইনা লৌদুনা চন্দ্রাদেবী অমদি রাধাচরননচিংবগী পুন্সিগী সমস্যাশিংদু য়েংখি। রাখল থেনবা খরনা কলাবু হুনথনা লৌরিবা সমাজগী মনুংদা অচৌবা পৌদাং অমসুং সমাজ অসিমক্কী মীংশেল ওইরিবা কলাবু হুম্বা মীৎয়েংনা য়েংলিবা রাখলবু শীতলজিংনা য়ানিংখিদে। কলাদা অাম্বাগী ওইবা খোম্থাং অমা মত খুদিংদা শাগোন্নরি হায়বসি শীতলজিংনা উৎপা পামখি। উপন্যাস অসিদা মুংশিবগী মহৌশাগী ওইবা থিংঙমদ্রবা শাজৎ অমদি মওই পুন্সিগী অচুম্বা পান্দম উৎপগা লোয়ননা পুন্সি অমসুং কলা অনিগী শেংন-থাইনবা য়াদ্রবা শক্তনবু শীতলজিংনা উংনবা লারে। মীওইবগী পুন্সিদা কলা পুম্নমক্কী মফম চাউনা লৈ হায়বসি অইবনা চেংনা থাজে। মতমদুগী সমাজনা শৌরকপা অইবগী রাখল্দা কলাবু অচুম্বা মওংদা শীজিন্নদুনা কলাবু হুম্বনা লৌনবা মতমদুগী অরানবা চংনপাবু থাদোকপা রাকৎ লাম্তোকখি। কলাগী মঙল কংদ্রবা মতমদু। সমাজদা অশেংবা কলাকার ওইরবা রাধাচরনগা চুশিন্নবা ঙমদদুনা থাংঙুথক্তা পুন্সি কেম্বা তারকখি। অশেংনমক শীতলজিংনা কলাগী পান্দমদি পুন্সিবু অফবা লম্বীদা শেমদোক্কদবনি হায়বা রাখলসিবু চেংনা থাজে। হিন্দু ধর্মনা উংলিবা কলানা পুন্সিগী নিরবান[১] ফংবগী অতোপ্পা রাখল শীতলজিংনা খনখি। সমাজগী মনুংদা হিংলিবা অইবশিংনা সমাজগী অমা অনাগী হেন্না খজ্জিল্লি, মখোয়না তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদা সমাজবু মচেৎ মচেৎ খাইদোক্তুনা য়েংনবা হোৎনৈ।

১। স্টেলা ক্রামরিস, (ইন্টরদকসন,) দি আর্ট ওফ ইন্দিয়া, ট্রেদসিন ওফ ইন্দিয়ান স্কল্পচর, ১৯৬৫,

অনীশুবা লাঙ্গাংনা অরা-চথেং পীরবা লানফমগী শরুক অমা ওইনা মণিপুর সমাজবু কাংথোং চাইহনখ্রবা শকুম অহু অহানবা ওইনা উপন্যাসকার আর, কে, এলাংবমনা 'মরুপ অনী' উপন্যাসতা উৎলকই। লানগী মৈশানা কেমহনখ্রবা পুন্সি কয়াগী লেমহৌবা শরুক ওইনা অঙাং অনীগী পুন্সিবু শাগংলি। উপন্যাস অসি খরা লাপথোক্লা য়েংলগা লানগী অরাবা নংখ্রবা মণিপুর সমাজগী এলিগোরিগী শকুম অমনি হায়না লৌবসু য়াগি।[১]

লানগী অরা অনা ফংলবা সমাজ উপন্যাসকারনা য়াম্না মীনুংশিগা লোয়নননা য়েংহনা কাহনবা কয়াগী মরক্তা মপী মচা নৈতনা ছিংনবা লানফম শোক্লরিবা অঙাং অনীগী পুন্সিবু যেকখি। থুগায়বা কয়াগী মশক ওইরবা লানগী শকুম্না সমাজদা পীরিবা চৈনা অতুবু অইবনা থরাই শোক্লা য়েংখি। কাংথোং চাইরবা সমাজনা অইবগী রাখলদা ঊথিল ওইহনা শেংনা থায়নবা পুন্সি খরগী মপাউ তমহনা সমাজগী অচৌবা চৈনাখোলবু উৎনবা হোৎনরি। শরৎ-চান্দনী অনীগী চম্লবা বারীনা কান্নদ্রবা লংনবু কারিগী শোক্রিবনো হায়না হংলি[২] লানগী নুংঙাইত্রবা শাজং কয়া টংন উৎনা অউবনা অঙাং অনীগী অকোইবদা পুন্সি কয়াগা থেংনরিবা ছিংবা লানফমসু মীনুংশিগা লোয়নননা উৎথোক্লি।

---

১। চোংথাম মনিহার "খরা লাপথোক্লা য়েংলগা শরৎ-চান্দনী অঙাং অনীগী পুন্সি অহু 'এলিগোরি' ওইনা লৌহনা লাল মনুংগী মণিপুরাশিংনা থেংনবা অরাবা মহুদা হৈনরকপা অমসুং মতম খরগী আশা উৎলি হায়না লৌবা য়াই"—ঋতু (হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য, আশা অমসুং শীংনবা), ৬০ শুবা চেফোঙ, লা: ২১।

২। আর, কে, এলাংবম, 'মরুপ অনী', অহানবা ফোঙবা, ১৯৫০, লা: ৮৮-৮৯

অসিগুম্বা পুস্তি কয়া অমদি আশা কয়াম্ব লমখাওদা মাওহল্লিবা লালবু য়ানীংদবা রাকং অমা উপন্যাসকারনা লানখৎলি। মৈতৈ সমাজগী মমুংদা ফুমংনা থম্লিবা শোক্ক-শমবা য়াদবগী, মীগা মীগগী মরক্তা থেন্নবা থম্বগী মুংওাইত্তবা চংনবানা উপন্যাসকার রামসিংগী সমস্যা ওইনখি। সমাজ অসিদা কোনশিন্দুনা থম্লিবা অরানবা চংনবাসিনা ইথিল ওইহুনা মহাক্কী 'জাং ওনবা' ইরকখি। লাইরিক অসিনা মতম কুইনা ফুমহুনা থম্লিবা য়ানিংদবা মৈগী চাং অহু পোখায়গদৌরে হায়বসিগী অহানবা খুদম ওইনখি।[১]

অওাংহলনা সমাজ অসিদগী লৌখৎলিবা হিন্দু মুসলিমগী শম্নবা য়াদ্রবা মুংওাইত্রবা সমস্যা অসি রামসিংগী মফমদদি মৈতৈ অমসুং বামোন অনীগী মরক্তা চারো মৌরোনবা য়াদবাগী চংনবা ওইনা লাকখি। তশেংনমক রামসিংনা মণিপুর সমাজগী মোংহাদ্রবা চয়বা পুস্তিদা অপেনবা পোকচখি, অহুবু সমাজ অসিনা লৌশিল্লিবা মীগা মীগগী মরক্তা থম্লিবা থেন্নবা অসিবুদি য়ানিংখিদে, অসিগী মায়োক্তা মহাক্না নবকিশ্বর যামিনী অনীবু থমোয় অমত্তা ওইহন্দুনা মৈতৈ পাখং অমসুং বামোন নৈশাবী অনীগী লৈপুন শেমখি অমসুং চাং লৈবাক্তা শাইদাংফম লৌহনখি। চাংমীশিংগী অচম্বা পুস্তিদা পেনজবা অমদি মীমুংশিগা লোয়ননা পামজবা সমাজগী শক্তমহুম্ব উপন্যাসকার অসিনা মীমুংশিগা লোয়ননা উংলি। মীমুংশি অমদি মীওইববু অমত্তা ওইনা উবা ওম্বগী তমজনীংওাই ওইবা শক্তমদি চাংমীশিংগী মফমদত্তা হেন্না মপুং ফানা লৈ হায়বসি রামসিংনা থাজবা ওমখি। চাং লৈবাক্তা সমাজ অমদি পুস্তিদা নবকিশ্বর অমসুং যামিনীগী পুস্তিনা চওজফম লৌরকপদা মফম অহুদা খেন্নবা লৈরমদে হায়বসি ময়েক শেংনা উংলি। অমরোমদা ফনমক সমাজগী অকনবা চেরাক লৈত্তুনমক্ত থমোয়গী ওইবা মরাদদি মসিনা অখিংবা পীবা ওমদে।

১। মণিহার, "ঋতু", (হৌজিকী মণিপুরী সাহিত্য, আশা অমসুং শীংনবা।) ৬০ শুবা চেংখোঙ, লাঃ ২২

অমদি অরানবা চৎনবীদি সমাজ অসিদা মতম কুইনা হিংবা ভমদে হায়বসি অইবা অসিনা উৎনবা হোৎনৈ। মীওইবনা মহাক্না শরুক য়ারুরিবা সমাজ অতুগীদমক অরানবা চৎনবা কয়াগা ইচং থৌনা শীংনগদবনি অমসুং থমোয়গী অশেংবা দাবীদা কান্নব্রবা চৎনবীনা পল ওইহল্লোই-দবনি হায়বসি অইবনা থমজখিবা রাখলনি। অসিগুম্বা রাখল কয়া অসি সমাজ অসিনা পীবা অইবগী রাখলনি। অইবা অসিগী মফমদা জাৎ-বিজাৎ খায়দবা, লিংজেল মান্নবা সমাজ অমবু পামজবসি ময়েক শেংনা লৈরম্মী। মসিগাদমক মহাক্না রাকৎচরম্মনি। সমাজগী অরানবা চৎনবীশিংগা শীংনরুবদা শাবী শানৌ অনীগী পুন্সি থাংগৎথক্কা কেমখিবা অরা পোলোই অসিনা মণিপুরী সমাজদা অচৌবা রাকৎ ওইহৌই। সমাজগা শীংনরুবা পুন্সি কয়াদি অরা চৈনা ফংদুনা থাংগৎথক্কা মাঙই হায়বসি নাকল অমরোমদা উৎলবসু সমাজনা থাদোকপা ভমদনা কোন-শিনলিবা ফত্তবা চৎনবী কয়ানা শেংলবা পুন্সি কয়াবু থাংগৎথক্কা মাঙহল্লি হায়বসিসু ময়েক শেংনা উৎলম্মি। মীচিং অমতদা চৎমীন্নদুনা মপুঙ-ফারবা সমাজ অমবু শাগৎনবা অরানবা চৎনবী কয়াসি থাদোকদবনি হায়বসি অইবনা ফোঙদোকপা রাখলনি। মরমসিনা নবকিশ্বর-যামিনী অনীনা থাংগৎথক্কা কেমলদা অইবনা সমাজগী অরানবা চৎনবাবু উরগা রাজরম্বা শক্তম অদু মরীক চুন্না ফোঙদোক্লি। সমাজগী অরানবা চৎনবীনা লানজদবা পুন্সি কয়াবু থাংগৎথক্কা মাঙহল্লিবসিমক অচৌবা অশোয়বনি। চৎনবা অসিবু লোৎথোক্লগা অচুম্বা পুন্সিগী লম্বী অমা ফংননা হোৎনবসি তৌফম থোকপনি হায়বসি অইবনা খঙবা রাখলনি।

উপন্যাসকার গুণনা মীথা পোল্লবা মণিপুরী সমাজদা থাঙখিবা অরা অনা কয়াগী ইথিল্লা অমদি মীনাই নাইথাংগী শোক্লবা রাখলনা ঈথিল ওইদুনা অসিগুম্বা সমস্যা অসিদগী নানথোক্লবা লম্বী থিবগী পান্দমদা মহাক্কী উপন্যাসশিং ইরকখি। অইবা অসিনা অসিগুম্বা রাখল কয়া অসিদগী মহাক্কী 'লমন' ইরকপনি হায়না খাজবা য়াই। বৃটিশকী

মীথা পোল্লা পোক্লকখিবা অইবসিগী রাখলদা মীথা পোনবগী চৈনাখোল অমদি মীবু মীনা ওৎ-নৈবগী মুংঙাইত্রবা চৎনবীনা অচৌবা ঈথিল ওইখি। মশাগী মতীক মঙাস্থনা চীংলোন মপালগী পম্মুংদা নুংঙাইনা পানজরম্বা মণিপুর সমাজগী হৌখ্রবা ইতিহাসকী তাংকক্তা অইবনা অহানবা ওইনা পূক্নিং চিংশিনখি। নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইতুনস্থু জাতি অসিগী ইতিহাসকী তাংকক কয়াদা মীবু মীনা ওৎ-নৈবগী ন্নুংঙাইত্রবা চৎনবা কয়াদি অতুমক হাকথেংনরকখি। মীনাই ফুঙ্গা লাংলম্বা সমাজ অত্থদা মীওইবনা মীওইববু কয়াগী মতিক ওৎ-নৈখিবগে হায়বসি শেলুংবনা চাউবা, য়াইমনচিংববু মীরৈবাক্দা লোই থাদোকখিবদগী উবা ফংই। রাজনীতিগী লম্বীদা লম্মুক্তনা কাংখোং চাইরবা তাংকক্তা মরৌ- চাউবা কয়ানা মরম্লাই শুংঙাইবা থীবদা মীবু মীনা কয়াগী মতিক ওৎ-নৈখিবগে হায়বদু উংলকই। অসিগুম্বা সমাজগী শোক্লবা সমস্যা অসিগী মরক্তা মশাগী সত্তাদ্বগীদমক অৱা-অনা থাওখিবা শক্তম্ব তমুবীগী পুন্সিদগী শাগংলি। মীনাই নাইথাংগা মীথা পোনবগী অমদি মতৌ- ত্তুগী অকনবা লানফম মহাক্লা থেংনবা তাখি। রাজনীতিগী কাংখোং চাইরবা মীকুপ্তা অরাগী শক্তা তারব মণিপুর সমাজনা কয়াগী মতিক অরা-অনা খাংখিবা অমদি মরৈবাক নাংঙবা কয়ানা মনা লৈবাকপু উদ্ধার তৌজনবগী লীচিংদা হোংনজখিবা চরিত্র কয়ানা অইবগী ঈথিল ওইখি। উপন্যাস অসিদা মীথা পোল্লবা মৈতৈ সমাজবু উৎনবা হোংন- রবস্থু চাংমীগা সমাজ অমদি পুন্স কয়াবুস্থু উৎতুনা, মখোয় অসি মণিপুরী সমাজদগী শেংনা থাইনবা য়াদ্রবা অমদি য়েলহৌচৈদগী লৈরক্লবা তৎফদ্রবা মরানি হায়বদু উংলি। অসিগীদমক চীং-তম অনী লীচিং অমত্তদা পুনসিনবগী রাখল উত্তুনা পারী-চংনীং অনীবু থুংনহনখি। ঐতিহাসিক উপন্যাস ওইরবস্থু অইবা অসিনা লিংজেল মান্নবা চীং-তম তানীগী অপুনবা ফজরবা মশক অমবু মতম খুদিংদা থমজনীংবগী রাখলদি ফোংদোল্লি। লোইরম শম্দোকপা বৃটিশকী মীথা পোল্লবা ভারতনা

মীনাইগী পুন্সিবু লংথোক্লবা লালহৌবগী তাংকক অমগা ঈরোইনথি। মীথা পোল্লবা সমাজ অমনা মায়কৈ খুদিংদা নীংবা কায়নিংঙাই ওইবা থৌদোক অমদি মশাগী মিংগী মহাও য়াওদ্রবা পুন্সিদা নীংতম্বা সমাজ অমবু শাগৎনব, লম্বী থীবন অশেংবা লম্বীনি খনথি। ধর্ম্ম অমদি মশাগী সংস্কৃতিগী তোপ তোপ্পা শক্তমগা লোয়ননা হিংলকপা মণিপুর জাতিগী মোং হাদবা সমাজ অতুবু লানফম্না কাংখোং চাইহনখিবা মুংঙাইত্রবা শক্তম অতুবুম্ না য়েকই। অতুমকপু গুণনা জাতিগী পাঙ্গল কনখৎনবগীদমক লান হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবা পোংশক্লি হায়বসি উংলি মহাক্কী রাখল অসি নিইন্সিচেনচিংবা মী ওইশিংনা উংখিবা রাখল অতুগা চানহল্লি।[১] জাতিগী থৌনা অমদি লিংজেল মায়বগী লীচিংবু পুরক্লবা লাল হায়বসি চংদবা য়াদ্রবা শক্তমনি হায়বসি অইবনা থাজখি। অশেংবা অচুম্বনা য়ুম্ফম ওইবা সমাজ অমবু শাগৎনবা নীংতম্বগী লালহৌদি থাদোকফদ্রবা থবক্নি। ধর্ম্ম অমদি অশেংবা পুন্সিনা য়ুম্ফম ওইরবা সমাজ অমদি ওৎ নৈবা কয়াদগী নান্থোক্লবা পুন্সিগী অশেংবা লৈতাফম অমা ফংনবা লান্থেংনবা হায়বসি জাতিগী তৌফম থোকপা থৌদাংনি হায়বসি অমুক্কা হেন্না মরেক শেংনা অইবা অসিগী 'অরোইবা পাউদম'দা উৎলকই। মণিপুর জাতিনা চয়া হিংলম্বা পুন্সিদা মীনাই ওইবগী পোৎলুমনা ননশিল্লকপদগা জাতিসিগী থামায়দা পেন্দবনা রামৈ চাকপগুম ওমহনা থম্লিবা শক্তম্না মকা ফোংনা চাক্লকপগী শক্তম উৎলকই। বন্দীগী য়োহিলং থদক্নুনা নীংতম্বা পন্সি অমদি মুংঙাই য়াইফরবা সমাজ অমবু শাগৎনীংবগী রাফম অসিনা গুণগী অকনবা ঈথিল ওইনখি। লোয়ননা লংশি-মুংঙলগী শেংলবা মচু কয়াগা লোয়ননা মণিপুর সমাজ অমদি লানফম্না থুগায়রক্লিবা কাংখোং চাইরবা সমাজ অতুবুম্

১। Dr. Radhakrishnan, 'Religion and Society,' War and non-violence , George Allen and Unwin, 3rd impression, 2nd edition, 1956, P. 199

উৎলকই। অইবা অসিনা সমাজ অসিগীদমক নীংতম্নবা লম্বী কয়াবু আশা তৌজখি; নীংতম লানগীদমক্তা পুন্সি কয়াসি যজ্ঞকাণ্ডনি হায়না লৌজবা ঙমখি। অতুনা মানা অসুম্না হায়—

"নথাদগী নচাশিংনা নোক্ন নোক্না মমাগীদমক যজ্ঞকাণ্ড ওইনা মাতৃসেবাগী যজ্ঞদা পূর্ণাহুতি পীজবা ঙম্মে" [১]

নীংতম লানবু যজ্ঞ ওইনা লৌতুনা পুন্সিনা পূর্ণাহুতি পীতুনা নীংতম্বা পুরক্কদবনি হায়বা রাখলসি মহাক্না উৎলি। মীথা পোন্নবা সমাজ অমদা পোক্নবা অইবা অসিনা মতম খুদিং নীংতমক্তনিংবগী থৌরাংবা কয়াবু থাদোকখিদে অমসুং অসিগুম্বা লম্বী অসি থিবদা চাউডৌপা, শাক্সৌব নচিংবা মৈতৈমচা কয়াগী পুন্সিনা থৌনা ফনা চোংশিলহল্লি। লোয়নবা খুঙ্গংচম্নু ওইজবী লাইজ-উননংলবী যমুনা ফাওবা নীংতম্বগী মমলগীদমক অরা অনা খাঙবদা নীংহুম্নখিদে। মীথা পোন্নবা সমাজ অমনা মুক্তিগী লম্বী থিবা হায়বসি গুণনা জাতিগী অশেংবা থৌদাংনি খঙখি। রাখল অসিনা ইথিল ওইতুনা মহাক্না অরা-অনা অমদি ওইজবা থাদোকপা ঙমদবা পুন্সি কয়াবু পুশিন্দুনা পামজবা লম্বী উৎলি। মীওইবগী পুন্সিদা থৌদাং মপৈ-মপৈন মাঙদা তাত্তুনা লৈরি। অসিগুম্বা থৌদাং কয়াসিগী মরক্তগী নীংতম্বগী থৌদাং পাঙবা হায়বসিনা মরূওইবনি হায়বসি উৎলি। লিংজেল মান্নদবনা মরম ওইতুনা জাতি অসিনা মীথা পোনবগী মুংঙাই-ত্রবা পুন্সি অসি লেল্লকপনি লৌচিং অমত্তা ওইন নোমহুনা পুরক্কদবনি হায়বসি মহাক্কী রাখল ওইখি। জাতি অমগী মান্নবা লৌচিং অমদি পাঙ্গল শাগৎনবা লান হায়বসি অফবা থৌরম অমনি হায়বসি মহাক্কী রাখলদা উবা ফংই। [২] অসিগুম্বা হিংসানা মপুঙ ওইরবা লানফম অসি

১ | গুণ, অরোইবা পাউদম', কুমারী হিজম শ্রীমতি দেবী, ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৮৯, লাঃ ১৬২-৬৩

২ | মথক্কীসি ১৯৮৯ লাঃ ১৬২-৬৩

মীথা পোল্লবা সমাজ অসিনা অশেংবা পুন্সি অমবু কংলবা পাম্বৈনি খঙথিবা য়াখননি।

উপন্যাসকার অসিগী তোপ তোপ্পা মওং তাবা উপন্যাস 'ঐখোয় তাদ'দা মণিপুর সমাজগী মনুংদা চংনবী ওইনা লৈরিবা জাং-বিজাং থায়বা অমদি অচৌ-পিশক নাইবগী য়ানীংত্রবা চংনবীবু উৎথোকই। অসিগুম্বা অচাউরমগী চংনবী অসিনা লাজত্রবা পুন্সি কয়াবু অয়াবা পীরিবা থৌদোকশিংনা অইবা অসিদা থৌইনশিন ওইরকখি। সমাজ অসিগী মনুংদা ফুমহুনা থম্লিবা ফত্তবা চংনবী কয়া অসিনা সমাজ অসিদা অরা-অনা তারবা পুন্সি কয়ানা হিংবগী মহাও য়াওরক্তবা শোক্লবা ফিভম অমদা পুরকখিবসি মুংশি হৈত্রবা থৌদোকনি হায়বসি অইবনা উৎলি। চংনবী কয়াগী থৌইনশিন্না অইবা গুণনা সমাজবু থাজবা অমদি আশা কয়াগা লোয়নননা য়েংখিবহু পাচানা তাইওন্নরকখি। অনৌবা সমাজগী শক্তম উরগা পাচাগী মফমদা আশা অমদি থাজবা মাওশিল্লকখি। পুন্সিগী মমল লৈরক্তবা, অচুম্ববু থওইত্রবা, লমচং কাম্লবা মীওই কয়াগী অপুনবা সমাজ অমবু পাচানা শকখঙবা তাখি; য়াখল অসিনা ইথিল ওইখিবা পাচা মায়কৈ খুদিংদা নীংবা কায়রকখি। মহাক্কী উপন্যাস অসিগী মপুংওইবা য়াখলনি অমদি অসিগুম্বা ফত্তবা চংনবী কয়া অসিবু মপুঙফানা মাঙহল্লগা অফবা সমাজ অমবু শাগৎনিংবা অইবা অসিগী মপুঙ ওইবা য়াখলনি। ইনাকখুনবা ইমুংগী তাংনা পোকপা মচা ইবো-চৌবনা কৌক্রুক নিংঙোল অমবু লৌরুবগী থৌদোক্না ইনাকখুল্লবা ইম্ফালগী ইমুং অমগা হুম্বরবা খুঙংগী লাইরবা পুন্সি অনীগী মরক্তা লাকখিবা শম্লবা য়াত্রবা কিশি অতনা লাজত্রবা মচা থৌবা, নীংথেম অনীগী পুন্সিদা প্রকখিবা অরাবা মপৈ অতনি। অতবু অইবসিনা পুন্সিবু লানফম ওইনা থাজনা লৌখি।[1] অসিগুম্বা লানফম অসিগীদমক পোক্লক-খিবা অইবসিনা থৌবা নীংথেম অনীবু য়ায়া থৌনা ফনা লাহেংনহল্লি। লোয়নননা অচুম্বনা মমৈদা মায় পাকপা অয়ান্নবনা মায়থিবগী য়াখল

১। গুণ, 'ঐখোয় তাদ', ইম্ফাল বুক হাউস, ১৯৬৬, লাঃ ১০০

অইবসিনা থরাই য়াওনা উৎলি। মীনুংশিনা য়ুক্কম ওইবা মীগা মীগগী মরক্তা থেন্নবা থমদ্রব সমাজ অমবু শাগৎনীংবগী রাখল অইবসিনা উৎলি।

মথৎদা পাচাগী উপন্যাস 'হজ্জ' অমদি 'হয়াদ বেগম' মুসলিম সমাজ অমদি মুংশি মুংওনগী রারীদা পামজবা পুন্সি কয়াবু য়েক্লবা হোৎনখিবহু তুং কোইখিদে। মতমগী য়াংন্দা তনথীবা শক্তম লৌরকখিবা মণিপুর সমাজবু কুপ্না য়েংশিল্লুবা অইবসিদা পুন্সিগী বিস্বাস কথা মথৎ-মথৎ মাওশিল্লকখি। জাতি অসিনা অচেৎপা আশাগা লোয়ননা শাগংখিবা হৌগ্রবা মণিপুর সমাজগী শক্তম মচোই-মচোই তাগ্রে, শাগৎপা ওমদনা কায়গ্রে হায়বা রাখল অসিনা উপন্যাসকার অসিদা অকনবা চৈনা ওইখি। পুন্সিগী মমল মাওগ্রবা থম্মোয়গী মমল লৈরকত্রবা মণিপুর সমাজবু মমুং হোরবা কুরাংপান্তা তায়রবা পোংশক ওইনা উবা ফংলকখি। অসিগুম্বা সমাজ অসিবু উরগা 'না তাথোবা অহল অমা' হায়বা উপন্যাস অসিগী অভোনা য়াম্না খোয়রাং খোয়গাওনখি, য়াম্না নীংবা কায়খি। হৌগ্রবা সমাজ অমদি পুন্সি অভবু নীংশিংনুরগা হৌজিক ওইরিবা শক্তম অসিদ মউ তেল্লবা লৈখা তারবা শক্তম্নি হায়বসি চাওডৌগী মায়কৈদগী ফোংদোকই: লোয়ননা মহাম তারবা লমচং মাওলবা সেক্সকী মমল লৈরক্রবা, মীনা মাবু থাজবা মাওগ্রবা য়ানাং-দবনা থল্লবা মণিপুর সমাজবু কথা কংলবা নিপা অমগা চাংদমন্নরকই।[১]

মশাগী মতিক মথৌনাতনা নাংখিনা হিংজরকপা অমদি য়েক্লবা কয়াবু মায়থাবা পীহুনা কংলবা সমাজ অমবু শাগৎচখিবা মণিপুর জাতি ওসিদি মাকিপি, মীতম্বালগী শক্তম লৌগ্রে হিংবগী মহাও য়াওখিদ্রে। অসিগুম্বা রাখল কয়াসিনা অইবা অসিবু নীংবা কায়হলখি. মসিনা ঈথিল ওইহুনা পাচানা শোক্লবা রাখল কয়াসি থল্লকখি। অহুবু অইবা অসিদা

১। প্রাচা, 'না তাথীবা অহল অমা', গীতা বুক ষ্টোর, ২ শুবা খুৎনম, ১৯৮২, লা: ১-২৯ (য়া মচং)

পোল্লকখিবা কায়র-তোক্কইরবা আশা কপ্পা অমদি লৈখা তাশিল্লক্লবা সমাজ অসিবু করম্না কনগদগে হায়বগী অচেৎপা আশাদি অইবসিনা পীরম্বা তৌখিদে। মহাক্না খঙবা সমাজ অসিগী য়াইফবা লম্বীসু উৎলম্বা তৌখিদে। উপন্যাসকার অসিগী রাখলদা তেল্লবা মতম অমগী মনুংদা হোংলক্লিবা মণিপুর সমাজ অসি য়াইফ নুংঙাই মচেৎ অমত্তা য়াওদ্রবা শক্তমনি হায়বসি ফাওরকখি। মীগী মাগা থাজনদবগী, মাওইববু তুকৎচনবগী থমোয়গী মমল লৈরক্রবা পুক্নিংশিংগী অমদি ওক্কবা ওক্কবী কয়াগী অপুনবা সমাজ অসিগী পাওদম অমা পীবা তারকপদা নীংবা কায়রবা কাছাড়গী ওক্কা অসিনা খল্লকখিবা শোক্লবা রাখল মপৈ অতুগা সমাজগী শক্তম অসিনা অইববু কদায় ফাওবা নীংবা কায়হল্লবগে হায়বসি য়াম্না ময়েক শেংনা উৎলি। অতুমকপু উপন্যাসকার পাচানা সমাজগী কায়র-তোইরবা শক্তম অমদি শোকচিল্লকলিবা যিভম্বু কুপ্পা উহনসু সমস্যা অসিবু কোকহন্নবা লম্বী খিদদ খক তৌখিদে। লোয়নবা সমাজগী য়াইফগদবা লম্বী অমবু খল্লুনা পামজবা সঙ্কেসন পীবসু খক তৌখিদে। য়ানীংদবনা থল্লবা সমাজ পুক্নিং কয়াগী চুমদবা লীচৎশিংনা অনৌবা যুগ অসিদা সমাজ অসিবু লখা তাহল্লে হায়বসিমদি পাচানা শেংনা উৎখি। মাংয়েং অসিদগী লাবশিন্দুনা পাচানা অকবা সমাজ অমগীদমক অসিগুম্বা চুমদবা শাজাং অমদ য়ানীংদবা লীচৎশিং অসিবু থাদোকদবনি হায়বসি পাচানা নাকোইননা উৎলনি হায়না লৌবদি য়াই। অশেং-বসু অইবগী খুৎইনা মীওইববু ফত্তবা লম্বীদা পুনবা খুউং নত্তে, ফত্তবা কয়াবু উৎতুনা অচুম্বা লম্বীদা চংতুনা হেন্না ফবা সমাজ অমবু শেমগৎনবা হোংনবনি হায়না লৌবা মতিক চাই।

সমাজগী মনুংদা কুমহুনা থমজিল্লিবা, পুক্নিং লাকশিনবা ওমদ্রবা কয়াগী হেনজিনবা শাজংতুগী থোরকপা রাখোক্লা মরূওইবা সমস্যা ওইনা ইবোহল্পা উৎনবা হোংনাখি। যুগ যুগ কপ্পাগী খোঙচক্লা কামগী রাখোক

কয়াসিদি খোঙ্ম্বা য়াদবনি অহুবু সাহিত্যাদা চীংলেম্বা শক্তমশিং থিবদা মসিবু মাকোইমনা উনেবা হোৎনরম্মি। অনৌবা য়ুগনা লাকপদা অরোনবা ফিজং কয়াবু হাইদোক্লুনা পুন্সিগী অথুপ্পা কয়া পুশোক্লুনা উৎনরকপদ। থেংনরকপা সমাজগী সমস্যাশিং ইবোহলগী খুৎইদম্ মথং মথং থেংনরকই। লম অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগীদি ইবোহলনা লময়ানবনি হায়না লৌবা য়াই ; অসিগুম্বা ফিভম কয়াসি সমাজগী লাইনানি হায়বসি ইবোহলনা উৎপা পাময়ি। ডি. এইচ. লোরেন্সনা পুন্সিগী অথুপ্পা মরী কয়া অরোনবা থমোয়গী কীচিং অমদি সেক্সপু ইকোম কোমনা উৎথোকপতু ইবোহলগী খুৎইদম্ থেংনরকই। লোরেন্সকী খুৎইদা সেক্সকী লাইসেন্স পীথোকপগুম মাগী তুংইনবা নহা ওইরিবা অইবা কয়া পৃথিবী শীনবা থুংনা চোংথোরকথির্বানি।

As a result this novel had a far longer circulation than any of his other works and won a licence for free expression for younger novelist of which Lawrence himself might not have fully approved. [১]

অসিগুম্বা ষ্টাইল অসিদা ইবোহলগী খুৎইগু তিল্লরি। অহুবু ইবোহলনা অসিগুম্বা সমাজগী শাজৎ অসিগী মরমদা য়ানিংবা অমসুং য়ানীংদবগী লাইথাই অমদি তানবা হোৎনরমদে। মহাক্না 'ইমানা ঐবু মাঙহনবনি' দা লৈশাবী মেম্মগা মুপী অঙাং লৈরবা ইবোয়াইমগী মরক্তা শাগৎলকপা মরী, মসিদা থমোয় লাকশিনবা ঙমদ্রবী মেম্মগী অরোনবা পুন্সিগী লন অথাকপা লৈজনা পীথোকপা অমদি মতুংগী মাঙথরকপা ফল উৎলি। মকম মতম অমদি মীশক খনদবা অপাম মুংশি হায়বা পোঙশক্লুগী মরালনি মেম্মা অমদি ইবোয়াইমগী মরাল লেত্তে হায়বসি অইবনা উৎনবা

১। I for Evans, (The English Novel from Dickens) "A short History of English Literature," Penguin Books, Reprinted, 1981, P. 278

হোংদৈ। সমাজদা থোক্লিবা ৱাথোক কয়াগী মন্নুংদগী অমথক লৌখত্তুনা অইবনা উৎনবা হোংনখিবনি। অদুম ওইনমক মেম্মগী মমা অমদি মনেনচিংবনা সমাজবু উং-চাইত্তুনা অচাউবম অমদি ওইজবা তানবগী লম্বীদা মেম্মবু চিংনবা হোংনখিবদগী পুন্সিগী মাঙ-তাক্লবা ফিভম অদু য়েৌরকখি। সমাজগী মন্নুংদা অচাউবম পাম্বা কয়ানা পুন্সিগী অমদি সেকসকী মমল ফাওবা থওইদ্রবা শক্তম অদু ইবোহলনা উৎখি। ওইজবা তানবদা মমিং তাংলবা কযানা থমোয়গী মমলবু খোঙ্গাওরকপা অমদি মী ওইববু শান্নপোংকুম খল্লকপদগী মী ওইবনা জীববু মাংহল্লকপদা চিংনবা পোক্কবা সমাজগী তমথীরবা লাইনা উপন্যাসকার অসিনা উৎলকই। মরম অদুইনা ইবোহল লুপ্পাগী মাংথরক্লবা মরী অমদি অকাম্বা শাজৎনা সমাজগী শক্তমদা চমোং চৈনহল্লিবা ফিভংসিদা খুং থারম্বনি। মহাকী 'এদি ওক্ত ৰ্নি' হায়বা উপন্যাস অসিদসু অসংগম্বা ফিভম অসি য়েক্লি। অদুবু ইবোহলন মাওলবা ফিভমশিং অসিং দমক নীংওয়ক্কবা অমদি লৈখা তারদ। মন্নুংদা ফওবা লীচৎকাদমক্কা নিন্দা তৌরকপা ফিভম হেক হেক উৎপাসিনা অসিগুম্বা শাজৎ কয়াসি থাদোক্তুনা সমাজ অসিগী অশেংবা শক্তম অমা শাগৎকদবনি হায়বা অাসদি হেক হেক ফোঙদোকই।

ইবোহলগী মন্নুংদা সমাজ অসি লাইনা কয়ানা নায়রবনি, অরোনবা লায়না কয়াগী সমস্যাসি লায়েংবদা অমবগী মশক্তি হায়বসি উৎলি। লোরেনসনা অনৌবা যুগ অসিগী উরম্বা লায়না কয়ানা নারবা সমাজগী শক্তমবু[1] ইবোহলনসু উখিবনি। মীৎয়েং অমরোমদা উপন্যাসকার অসিনা সমাজগী মন্নুংদা থোক্লিবা সমস্যা অসিগী মন্নুংদা অরোনবা

---

১। I For Euans, "The disease was one which admitted no intellectual cure, for the modern world seemed to Lawrence to have corrupted man's emotional life"—'A Short History of English Literatuer', 1981. P. 277

রাথোকশিং অসিনা মরুওইবনি, অরোনবা সমস্যাশিংনা থোকহল্লিবা ফিভমসিদি লায়েংবদা অরাবনি হায়বসি উংখি।

উপন্যাসকার থোইবী মণিপুরী সমাজগী পমন্নুংদগী ফংলুবা রাখল কয়াবু লৌশিন্দুনা অমদি সমাজ অসিগী মন্নুংদা হিংলিবা পুন্সি কয়াবু মহাক্কী উপন্যাসকী মচল ওইহনা পামজবা থুদোল থরা তমখিবনি। ঈংনা চীক্লা মোং হ্যদনা পানজদা মৈতৈ সমাজগী শক্তমদা মহাক্কী অপেনবা লৈজরবস্ম সমাজ অসিদা তোংশিন্দুনা লৈরিবা ফত্তবা চৎনবা থরবুদি মহাক্কা য়ানিংখিদে। মরুওইনা নুংশিবা অমদি অরা-অনাগী অচম্বা পাউদম পীরবস্মু মহাক্না উরুবা সমাজগী শক্তম্বুদি অইবী অসিনা য়েংকখি লোয়নননা সমাজগী চংনবাশিংনা পুন্সিদা পোংলুম ওইনবগী সমস্যাশিং মহাক্না লাপ্পোকখি। মহাক্কী 'রাধাদা রাধা অমদি কৃষ্ণচন্দ্র অনাগী অভাং ওইরিবদা শান্নমন্নবদগী থাম তমখিবা নুংশিবগী মহে থুংনদবদা ফংবা তাখি। শক্তম অসি উংপদা মৈতৈ সমাজগী মন্নুংদা নুপা-নুপীগী মরক্তা লৈনবা চম্না ফজবা মরী অমদি মচা ওইবশিংনা মমা মপাগী য়াথং হিকত্তোকপা ওমদবা ফিভমবু উংলি। অতুম ওইনমক নুপী ওইবীশিংগী থাজ-য়োক্লবগী তাংককপু য়ান্না জুনা লৌনবা অমদি মতম লিংখিগনি হায়বগী অরাবা মমা মপাদা লৈজবা রাখলত্থু মরাক চুম্না ফোংদোকই। মহে মপুং ফাদ্রিবা কৃষ্ণচন্দ্র থাজ য়োক্লবগী মতম লিংথিগদৌরবা রাধাগা থুংনখিদে। মসিমকস্থু চৎনবা ওইনা লৈরিবা অথুবা মীংয়েং অমদি রাখলগী শক্তমনি। নুপী ওইবাশিংগী মতম খজিক লৌনখবদা মানোক-মৈশা লাংনবা সমাজগী অথুবা রাখল অত্থুনি।

উপন্যাসকার অসিদা মণিপুরী সমাজ অসি চীংনী-তম্মীগী অপুনবা সমাজনি: অমদি মরী অসি শেংন-থাইনবা য়াত্রবনি হায়বসিগী রাখল থরদি 'চীংদা শাংগী ঈচেল্লৈদা' উংনবা হোৎনখি,[1] লোয়নননা মৈতৈ

---

১। খোইবী গোর হরি চাক্রৈগী মমাঙদদি চাং-তা অসিদি পুন্না লৈমিন্নবাগীনি হায়না অমত্ত অহৈ পণ্ডিতশিংনা হায়নৈদো।"
"চীংদা শাংগী ঈচেল্লৈ", অহৈবী মশামক, ১৯৭২, লাঃ ৩১।

সমাজগী মনুংদা লৈরিবা জাৎ-বিজাৎ খায়বগী অ.দি মীওইবনা মীওইববু হন্থনা খনবগী নুংঙাইতবা চংনবা অসিবু য়ানিংদবা রাখল উপন্যাস অসিনা উৎথোকলি। চাংগী নিংোলবু মৈতৈ সমাজনা হন্থনা খনবা, শেরান্নবা চংনবী কয়াসিগী মনুংদা চাংমা নুপী অমবু মৈতৈ সমাজদা পুশিল্লক্নুনা অমত্তনি, মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে হায়বাউৎলি। অসিগুম্বা ওৎ-নৈবা কয়ানা সমাজগী শক্তম্বু অমকপা ওইহল্লি। মসিনা সমাজগী চৈনাখোল ওইহনা পুন্সি কয়াগী অশাবু কায়হনবগী নুংঙাইতবা ফিভমসি য়ানীংখিদে, অইবা অসিন মীওইবগী থমোয়গী মমল খঙননবা নুংশিববু ইকাইখুম্নবা অমদি অচৌ-অশিক খাহনা হিংামহবা য়াবা হেন্না মপুংফাবা সমাজ অমবু পামজবসি মহাক্না অচম্বা খুউংশিংদা থাদোকপা তৌখিদে। মহাক্না নুংশি-নুংঙোন্না মপুংওইবা উপন্যাস 'নুংশি ঈচেল'দা ফাওবা আশা অসিবু তৌখি। অফবগা ফত্তবগা মুক্নবগী অমদি খঙনা খঙনা লৌশিন্দুনা খল্লিবা অরানবা চংনবী কয়াসিনা সমাজবু অমকপা পীবগী ফিভমসি থোইবীনা ঙমজবা শক্তমদা উৎনরমলবনি।

সমাজগী মনুংদা থোক্লিবা লাইরবা ইনাকখুনবা অনৌগী থোং মান্নদবা, ইনাকখুনবশিংনা লাইরববু হন্থনা খনবগী খোঁদোক্তগী থোকপা অরা-অনা কয়ানা ইবোমচাগী মোংফম উপনা সক। মরুওইবা সমস্যা ওইনখি। লাওদ্রবী শেংলবী নুপীমচা অমগী পুন্সিবু অরা-পোলোই তাহন্দুনা মোংফমগী লোইনাইদ্রদা লৈরোলনা মনশিনখিবা শোক্লবা সমস্যা অসি অচাউরম অমদি থোং মান্নদ্রবা সমাজগী অরানবা চংনবীননি হায়বসি অইবনা উৎখি। হাক্ত-পাদবা পুন্সি কয়ানা হাতে-হাতে থিত্নুনা চাবা পুন্সি-শিংদা য়েংলিবা হন্থবা মীৎয়েং অসিনা মরম ওইদুনা থোরবপা মুক্নবগী খোঁদোক্তগী সখিত্তোম্বী অমসুং শ্যান অনী অসি পুন্সিগী কাইনবা তারকখি। নীওইবগী শেংলবা থমোয়নী মরাদা সুপুক্তগী অচাউরম পাম্বা কয়না অয়েংপা ওইদুনা ফিদমগী মশক ওইরবসু নুংশিববু খাংজ্ঞক্তা

কেমহনখিবা অরাবনা থল্লবা থৌদোক্নি। সমাজ অসিগী কান্নদ্রবা লিচৎ খরনা শেংলবা পুন্সিগী লম্বীদা মৈথায়বা পীখিবা অরা পোলোইগী উপন্যাস অসিনা মীওইবগী ফীদমগী মুংশিংবু রাংনা থাঙ্গত্তুনা অসিগুম্বা থমোয়গী লাল অসিগীদমক সমাজনা হকাইগদবনি হায়বসি ওইবনা উথোখি। সখিতোম্বীগী মমা অমদি শ্যামগী মমা অনীমক থমোয় শোকপদগী পুন্সি লোমদ্রিবা মীওইবগী অশেংবা মমনবু ইকাইখুম্নবিদবগী থোরকপা নীঙমদ্রবা পোলোইনি। উপন্যাসকার অসিনা অরা পোলোইগী ব্রারী লীত্তুনা সমাজ অসিগী মাইফনবা মীওইবগী কান্নদ্রবা নাপল অমদি মীওইবনা মীওইববু হত্তুনা খনবগী চৎনবী, অসি থাদোক্কদবনি হায়বসি উৎলি। অসিগুম্বা অরানবা রাখল কয়াসি থাদোরগা লিংখৎলগা মান্নবা সমাজ অমবু শেগত্তুনা অশেংবা ফিদমগী মশক ওইরবা মুংশিংগী মফম ফংহনবগী রাখল অইবনা উৎলি। অশেংবা ইবোমচানা মান্নবা সমাজ অমগী আশা থমজখিবনি।

অসিগুম্বা রাখল কয়াসি মহাক্কী 'মঙ লৈবাক'কী মনুংদসু উৎকক কয়াদা উৎনবা হোৎনখি। অদুবু সহরদগী তামলবী চীংমুংদা চাংজবী মুপীমচা অমবু মীনোক-মৈশা অমদি তমখিবগী শাক্তনা থল্লবা সমাজ মনুংদা পুশিল্লকপদা চুশিন্নবা ওমদত্তুনা অরা পোলোই লাকখিবসিনা হেন্না মরু-ওইবা সমস্যা ওইনখি। ফত্তবা অমদি ওইজবা তানবনা থল্লবা সমাজ অসিদা শেংলবী চমজরবী পুপীমচা অমবু পশিল্লকপদা থেংনরকপা অরাবা থৌদোকশিংত্তুনা মহাক্কী মঙলৈবাক্কী থৌদোক ওইখি : অসিগুম্বা মৈশা লাংলবা অনৌবা সমাজ অসি মুপীমচাগী মফমদা মঙ লৈবাক্তুম থোকখি।[১] মীৎয়েং অমরোমদা ইবোমচানা হেন্না নৌবা সমাজ অসিদা লৈরিবা ফত্তবা লীচৎশিংবু তুক্কখি; লোয়ননা চীং লৈবাক্কী কাঙলুপ নাইনা তুহংনবা মীকোক তানবা ( হেদ হন্টিং ) গী শাজং লৈবা সমাজ অতুগীদমকসু

১। ইবোমচা, 'মঙ লৈবাক', মশামক' লাঃ ১৯৯, ( ৱামচং )

অকিবা পোকখি। উমংদা চাউজবী বঙ্কিমগী কপালকুণ্ডলাবু সমাজগী মনুংদা পুশিল্লকপদা তাখিবা দযাতু ইবোমচাগী চৌংনুংগী মুপীমচা অসিগী মফমদসু তাখি। অইবা অসিনা প্রিমিতিভ ওইরবা শাহিং ঙাহিং নম্বা সমাজ অদু থাদোকপা পায়বসু অ'নৌবা সমাজদা তিল্লরিবা মীংয়েং খুরবা লৌচং অমদি ওইজবা তানবা কয়া অসিবু থাদোক্কবা যাদ্রবনি হায়বসি উৎখি। ফজুবা চংনবী কয়া অমদি লাইর-ইনাকখুনবা কয়াগী মরক্তা লৈরিবা মান্নদবা সমস্যা কয়াব থাদোক্লগা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎচবগী মচ অইবসিনা মওরম্বনি।

বিনোদিনীনা মহাক্কী 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী'দা মণিপুর সমাজগী হৌরবা নৌংতম্না হিংজরম্বা পুন্সিদগী মীখা পোল্লবা সমাজ অমদা ওল্লকপগী ফিভম অদু উৎতুনা সমাজ অমগী হোংলক্লিবা যাওনবু উৎথোক্লি। ইতিহাসকী থিংঙমদ্রবা যাওন্দা মীওইবগী পুন্সি অমসুং সমাজনা খাঙলিবা অরা-নুংঙাইগী ফিভম অদুবুসু য়েক্নবা হোৎনরি। নৌংতম্লিবা নিংথৌ পানবা লৈবাক্ক ঈংনা চৈংক্লা হিংজরকপা মশাগী তোপ-তোপ্পা সংস্কৃতিগা লোয়ননা হিংলম্বদগী খঙহৌদনা লাকখিবা যাওন অমদগী মীখা পোনবগী নুংঙাইএবা পোংলুম অমা নমদা থোংগৎখিবা সমস্যা কয়াসিনা মরক্তা সনাতোম্বা অমদি বড় সাহেব অনীগী পুন্সিগী রারীবুসু লীনবা হোৎনখি। অইবী অসিনা নীংতম্বা জাতি অমগী নুংঙাইজবা পুন্সি অমদি মীখা পোল্লবা সমাজ অমগী অরাবা শক্তম অনীগী মরক্তা লৈরিবা নুংঙাইদ্রবা ফিভমবু উৎলি। ফনক বড় সাহেব অমদি সনাতোম্বী অনীগী পুন্সি রারী লীরবসু বিনোদিনীনা মীখা পোল্লবা সমাজগী পেন্দ্রবা শক্তম কয়াদি য়েকপা ঙমখিদে। থমোয় ফাধবা ঙমদ্রবী, পুক্নিংগী ইরাংবু খুদুম চনবা ঙমদনা লমচং মাঙপ্রবী সনাতোম্বী কাওবগী পুন্সিদা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবনা নীংতম্নবা সমাজ অদুগী-দমক্তা নীংঙমদনা পোকখি। মৈতৈ জাতিগী হৌথবা সমাজবু হঙ্গংনা

য়েংলগা মীখা পোল্লবা সমাজ অদুনা চিন্তাগী শক্তম লৌজবগী ফিভম অইবী অসিনা উৎখি। মীওইবা সমাজগী ইতিহাসতা মাথা পোল্লবা হায়বসি খ্বাইদগী নাংবা কায়নাংঙাইনি হায়বসি অইবীনা উৎখি অদুবু অইবী অসিনা মীওইবা সমাজগী ইতিহাসকী থোংঙমদ্রবা ঈচেলদা মাওইবনা উপাই লৈতনা তাউথজরিবা ফিভম অদুবুস্মু উৎখি।

তোলষ্টোইনা মহাক্কী 'ৱার এন্দ পিস'ত' মাওইবনা ইতিহাসকী ঈচেলবু থিংবা ঙমদে হায়না উৎখিবগুম [১] বিনোদিনীনা মহাক্কী উপন্যাস অসিদা উৎলি। অমরোমদা তোলষ্টোইগী 'অনাকরেনিনা'দা [২] থমোয়গী ইহুলগী থিংঙমদ্রবা শক্তিৎনা কনাগুম্বা অমগী পুন্সিবু অরা-পোলোইদা তাহনখিবগুম স্নাতোপ্পগী পুন্সিদস্মু তাহল্লরে। অদুবু মীখা পোল্লবা সমাজগী মনুংদা স্নাতোপ্পগী পুন্সি ৱারোবু অরা অনাগা লোয়ননা লৈরেল চনথ্রবনি হায়বসিদি ময়েক শেংলবনি।

মৈতৈ জাতিগী মীংয়েং খুরবা সমাজগী পম্বুংদা লৈশিন্দুনা লৈবগী রাখল অসিমদি ইথা থাদোকপা ঙমদনা মতম শাংনা লেপ্লকই। অসি-গুম্বা অথুবা রাখল অমদি অরানবা চৎনবী অসিনা চয়েংনদুনা পুন্সি কয়াবু অরানা তাহল্লি। সমাজগী মনুংদা কোনশিন্দুনা থম্লিবা চৎনবী কয়াসি চুমদে হায়না ভৈগ্যগী 'চাওবী' উপন্যাসতা উৎথোক্লি। মৈতৈ জাতিনা অতোপ্পা জাতিবু হুম্বনা খনবা, মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নবা কয়া থম্লিবা অমদি ধর্মগী মিংদা শোক্ত শম্নবা য়াদবগী অরাববু অচৌবা

১। Leo Tolstoy, ' War and Peace'', Penguin Book s vol, I and II, Trans Rosemary Edmonds, 1977, p. 978

২। Leo Tolstoy, ''Anna Karinina'', Tr. by Mosses S. Gurin and Jacob Gurin, Washington Square Press, Inc. New York, 1876-1877

পোৎলুমগুম সমাজনা পুহনা লৈরিবা চৎনবী কয়াসি অইবনা উৎলি। অইবা অসিনা সমাজগী মনুংদা কোনশিন্দুনা থম্লিবা চৎনবী কয়া অসিবু য়ানিংদে। মীওইবগী অচুম্বা রাখল কয়াগা তায়ডন্নবা চৎনবী কয়াসি অরানবা চৎনবীনি সমাজগী কান্নদ্রবা পোৎলুম্ন হায়বসি অইবগী রাখলদা কাও-রকথি। কয়াগী মতিক মীনোক চাউরবা সমাজনো হায়বহু মাকুপ অমত্তং খুদাং পায়রুবা লৈশাবী ফাওবা মোগী শিংদা চনবগী অমদি হজ্জং মাঙবগী চৎনবী লৈবসিনা ফঙনা উৎলি। মীনা খুদাং পায়রুবগীদমক অমকপা লৈরবী চাওবগী পুন্সিবু পাউথোকপা তাখিবা সমাজ অসিনা লৌশিল্লিবা মতমগী মীনুংশি থংদ্রবা চৎনবী কয়াসিগী খুদম অমা থোদোক অসিনা ওইহনখ। অতুবু নাকল অনৌবোমদা থমোয়গী অমদি লুংনবগী রাখলবু ৎংনা লৌজা বঙ্গালী নুপীমচা অমগী অচৌবা পুকচেল উত্না মহাক্কী লৈজবা কয়া ফাওবা চাওবীগী মফমদা শীন্নরম্মী। সমাজ অসিবু মপুং ফাহনবদা পুকচেল চাউবা অমদি ওইজবা থাদোকপা কয়াগী পুন্সি দরকার লৈ হায়বসি ভৈগাগী রাখলনি।

মতৌ জাতিনা মহাক্কী বঙ্গালী নুপীমচা অমদগী তমজনীংডাই কয়া লৈবি হায়বসি উপন্যাসকারনা উৎপা পামথি। ভৈগা মণিপুর সমাজবু থবা হেন্না ফবা ফিদমদা শেমদোকুনা মীগা মীগগী মান্নদবগী ফত্তবা চৎনবী অমদি ধম্মগী মিংদা চুমদবা চৎনবী কয়াবু কোনশিন্দুনা থম্লিবাসি মপুংফানা মাঙহল্লগা অফবা সমাজ অমা ওইনা শেমগৎপা পাম্বগী আশাবু ফোংদোকলম্বা উপন্যাসকার অমনি।

উপন্যাসকার অসিহাক্না সমাজগী কয়াৎ ওইরকপনি উপন্যাসকারদি কোম্নবা ওইরকপনি। মহাক্কা মীং তেক পাঙথোরকপদা থেংনরিবসি ইমুং মনুংনি মথংদা য়ুমলোম্নবা, লৈকাই, মায়কৈ অমদি লৈবাক মপুম অমদি মীয়াম। মীয়াম মরক্তা চাউরকপনি অমদি হিংলিবনি। মথংদা অমুক চেতনা শক্তিনা পোক্লকপা অমদি চাউথংলকপদা অপা-অপাননা

হকথেংনবিবসি মীয়ামগী নাক-য়েংনি, হায়বদি সমাজনি। সমাজ অসিদা উপন্যাসকার মশা য়াওবতা নত্তনা উপন্যাসকার মশাদা সমাজ অসিমক তঙায়ফদনা য়াওরবনি। অদুনা সমাজগী লাইচৎ-শাজং রাখল মীংয়েং পুম্নমক অসি মশাদা অদুমক য়াওজরকপা তাবনি। মশাদা অদুম্মক ফাওরবনি। মতম-মতমগী মতাং-মতাংগী রাখল্লোন পুম্নমক উপন্যাসকার মশাদা ফাওরবনি। থৌরবা মীংয়েং অমা সাহিত্যকারদা য়াওজরকই। মাসনা মহুং হুক্তিন্না উবা অমদি ফাওবা ওম্বগী শক্তি অমা য়াওই। শক্তি অসিগী পান্থৈনা অহৈবনা সমাজগী অফ-ফত্ত অরা-মুংঙাই পুম্নমক উরকই। অপুনবগী ওইবা মীংয়েংদা য়েংলগা, লোয়নন মানবতাগী য়ুমফমদা লেপ্লগা য়েংবদা অফবা-ফত্তবা অমদি চুম্বা চুমদবগী রাকম থল্লকই; নৈনরকই অদুগা অরোইবদা লাইখাই অমা তারকই। লাইখাই অসিগী থাক থৌরকপদনি কমলনা মৈত্রবাক্তা 'মাধবী' অমা তঙায়ফদ্রে হায়না খল্লকইবা; পাচানা মীগী লাইচৎ অসি নাংখায়রক্লে হায়না মুংনাংলক্লিবা অদুগা রামসিংনা তাইবঙ লাইচৎ অসি তায়ওন্নখ্রে হায়না তেংথারক্লিবা। সমাজগী ওইবা মীওইবা, অহৈবা মশাদা ফাওরকপা রাকম অসি উপ-ন্যাসশিংদা মওং অমদা নত্রগা অমদা য়াওরকপা মশানা তাবনি। উপন্যাসকারদি সমাজবু কুপ্পা শেন্নজরিবা কলাকারনি।

---

## মরীশুবা শরুক

## উপন্যাসকারশিংনা উৎথিবা সমস্যাশিং

মণিপুরী সমাজদা মখল মখলগী সমস্যা কয়া মতম মতমগী ওইনা হুকাথংনদুনা লাকখি। পুন্সিগী অচুম্বা লম্বীদা মতম চুপ্পা ঈংনা হিংজবা হায়বসি খবা ওইথোক্কে, সমাজ অমগী মুংদা ফত্তনা নশিং হেনবা হায়বসিদি থাদোকপা ওমদ্রবা পুন্সিগী পোংলুমনি। মসিগুম্বা মুংঙাইত্রবা সমস্যা কয়া অসিদগী লাম্থোক্নবা লম্বী থিবা হায়বসি উপন্যাসকারশিংগী অচৌবা পান্দমনি। মসিগীদমক উপন্যাসকারশিংনা মখোয় মখোয়না শরুক যাকনা অমদি মতম মতমগী ওইনা শকথণ্ডলুবা সমাজগী সমস্যা-শিংগীদমক মুংনাংবা অমদি নীংনা কায়নবা শৃঙ্খল কয়া লৌবকখি। উপন্যাসকার খবনা মুংঙাইত্রবা সমস্যাশিং অসিবু কোকত্তন্নবা হকথংননা লম্বী থি; খবনা নাকোইনন উৎথোক্কুনা খন্নবা লম্বী খি রাখলগী লম্বী পিদুনা অচৌবা আশা কয়াগা লোয়ননা কোকত্তন্নবা লম্বীশিংতু উৎথোকই। উপন্যাসকার খবদি মখোয় শামরা মুংঙাইত্রবা সমস্যাশিং অদুবু পেনদবগা লোয়ননা লাম্থোকই, অমদি, সমাজগী কোকত্তন্নবা লম্বী কদায়দনো হায়না লাংতক্নবা বাহং হৌই। পেঞ্জা-থুনজান শক্লবা মীচং কননা অচৌবা শক্লবা, শেংগা ও পায়রবশিংনা অহেনবা শক্তি পীজিন্নদুনা লাইরববু শুমদুনা চাবদা আইম্ম করিস্ম থৌনা ওন্দবা, মুংঙাইত যাইফবশিংনা হরাও-কুম্মৈ নীংল-খোংবগা লোয়ননা অহেনবা শেল খরচ তৌদুনা লোম্থাকপা লাইরবশিংনা চরা হেননবা অসিগুম্বা শম্নবা ওমদ্রবা সমাজগী

মশক্তা অইবা থরনা পূক্রিং চিংশিল্লি। কান্নদবা হুরাও কুম্মৈদা লুথুনা মতম অমদি লন শরচ হেন্না তৌথোক্তুনা সমাজদা অশোকপা ওইহল্লিবা, লুহোং-খোংদোংবগী ঙাহনবা অউন-পোৎগীদমক অরাবা তাব্রিবা ফত্তবা চৎনবিশিংবু অইবনা কুপশিন্না য়েংই। হিংনবগী লানফমদা উপাই লৈত্রবী কনানা পুন্সিগী মঙলবু থগতক্তুনা মশামক য়োম্থোকপা অমদি লমচৎ কায়বী কনানা মাকুপকী মুংঙাইবদা ইজ্জৎপু থগতরক্তবগী মুংঙাইত্রবা লীচত্তা অইবশিংনা পূক্রিং থিংজিল্লি

অনৌবা যুগনা থুংলবদা মীওইবগী মরক্তা হেন্না মীয়েং খুজিল্লকপা মশানা মশাবু থাজবা ওয়ক্তবা অমদি অমত্তুংগী মুংঙাইবা থিবদা ময়ামগী অরাববু ওইদবা খুরবা মীংয়েং অসিদগী থোরকপা সমস্যা কয়াবু অই-বনা পেন্দবা ফোঙদোকই। শক্তিগী লমজেলদা মীওইবগী পুন্সিবু অরাবা লৈরোম্না ননশিল্লিবা, পুন্সি কয়া থাঙথক্তা মাঙহল্লিবা তমথীরবা লাঙ্গাও কয়ানা পুরকপা কাংথোং চাইরবা সমাজগী শক্তম্না অইবা থরগী থমোয়দা অরাবা চৈথেং পী। উপন্যাসকারশিংন ফত্তববু শেংদোক্লবা লানফমগী চৈনা কয়া থাঙলুরবশু হেন্না শেংবা সমাজ অমবু নৌহৌননা শাগংচবগী আশাদা লানগী শোক্লবা চৈনাবু থাগবদা নাচুংখিদে। সমাজগী সমস্যা কয়ানা অইবশিংগী রাখলদা ঈথিল ওইহুনা সমস্যাশিং অসিদগী নান-থোক্লবা লম্বী থিরকই হায়বসিদি উপন্যাসকারশিংগী খুৎলানখোক্তা ময়েক শেংনা উৎতুনা লৈরবনি।

উপন্যাসকার কমল সমাজগী মশকপু কুপ্না য়েংখিবা শেংলবা মণিপুরগী সমাজ অমবু ইচাও থৌনা শাগংচবগী আশাদা তাউজরম্বা উপন্যাসকার অমনি। অনৌবা মহৈ অনৌবা জ্ঞানগী লম কয়া উথিবা অইবসিনা অনৌবা যুগনা পুরকপা অরং-অবাক্তা থল্লবা সমাজ অহুদা অপেনবা খিথিবগী মহুৎ চাংলোন কয়াগী পন্নুংদা মোং হাদনা হিংলম্বা মণিপুরীগী থায়নগী সমাজ অহুদনা হেন্না অচেৎপা থাজবা থমখি। সমাজ অহুগী

শেংলবা পুন্সিবু শীংথাখি। অদুবু শেপ্পাও পায়বশিংনা লাইরববু শুম-হৎতুনা চাবা অমদি শক্তিবু লান্না শীজিন্নদুনা মশাগী ফুংঙাইনবা থীবদা লাঞ্জদবা চন্নবা পুন্সি কয়াবু ওৎ-নরিবা মতম অদুগী মীওই পুন্সিশিংনা সমাজগী সমস্যা কয়া থোকহনখিবা অদুদা মুংনাংবা পোকখি। শেপ্পাও পায়বা অমদি খুংকন পাঙ্গনবশিংনা অ ইনবু খুংনা পাযদুনা শীজিন্ন-রকপগী থৌদোকসি উপন্যাস 'মাধবী'গী মমুংদা ধনঞ্জয়গী পুন্সিরোমদগী উৎথোকখি। লুট-পাট হুরান-চিন্থি অমদি থোঙলোয় কয়াগা লোয়ননা হিংলম্বা ধনঞ্জয়গুম্বা পুন্সিশিংনা অতোপ্পগী য়েংদবা, মীমুংশি খঙদনা নৈহৎপিরবা পুন্সি কয়াগী মতুং ইন্না লমগী ইমুং-মমুং অমদি নবীন, উরীরেগী পুন্সিগী চৈনাবু উৎখি। সমাজগা ফত্রবা সমস্যাশিং অসিংদমক লোন হৌগদবনি হায়বসি মতাক্লা উৎখি। কমল অহিংসানা অথোইবা ধর্মগী লম্বীনি হায়বসি খঙদবা নত্তে। অদুবু ফত্ত-ফংখিদ্রবা অমদি ধর্মগী জ্ঞান্না ফহনবা ঙমদবা তারবদি লালহৌদুনা ফত্তববু মুংথংকদবনি অদুনা সমাজগী সমস্যাবু শেংদোক্নবা হিংসা তৌদবা মরাক্তে হায়বসি উৎখি। অফবা সমাজ অমা পুররকপগীদমক হিংসাদা থাজখি। ওৎ-নৈবা হায়-সিনা লালহৌবগী মরুওইবা লম্বীনি[১] হায়বদু কমলনা উৎখি। সমাজ অমগী য়াইফবা পুরক্নবা পুন্সি কয়ানা কৎথোকপগা লোয়ননা অরা-অনা খাঙবা তারকই। কুটিল ওইরবা সমাজ অমগী পামদ্রবা য়োফ্লিং থদংনবা স্বার্থত্যাগপু খুৎলায় ওইনা শীজিন্নগদবনি হায়বসি অইবসিনা চেংনা থাজখি। মসিগীদমক মাধবীগুম্বা পুন্সি খরা চঙই হায়বসি কমলনা উৎখি।। থোং-নৌরবী কুপীনচা অমদ ওইজবা থাদোকপগী মঙাল হাপ্লিবা অসি কমলগী চাউরবা খুদোন্নি।

মণিপুরী সমাজগী ঈংলবা য়োং হাদ্রবা শমদা পেপ্পরবসু কমলনা সমাজ অসিগী শান্তি লম্বীদা অকায়বা পীরিবা লমচং চুমদবা, শক্তিবু

১। কমল, মাধবী, মণিপুর গভর্ণমেণ্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা শৎনম, ১৯৬৭, লাঃ ? ( য়াম্নচং )

লান্না শীজিন্নহনা মীচম কয়াবু ওংলিবা মীওইশিংবু য়ানিংদবা উৎখি। সমাজ অসিগী মন্নুংদা মথোয়বু কোনশিন্দুনা থম্বগী মহুৎ মথোয়বু শেংদোকপা নত্রগা মরূফংনা মুৎথৎখি। মা য়াগী ওইজবা থাদোক্লবী মাধবীগুম্বা পুন্সিশিংনা ইচঙ খৌনা চোংথোরক্লবতদা অসিগুম্বা সমস্যা কয়া অসিদগী নাম্তোকপা ঙমগনি হায়বসি অইবনা থাজখি। মুপীমচা অসিগী মফমদা ত্যাগকী শীংনবগী অমদি সমাজ সংস্কারগী হৃক্লবা পোৎলুম কয়া থোঙ্গৎলি। অরা-অনা তারবী, নিহৎপীরবী উরীরৈগুম্বী কয়াগীদমক মাধবীনা অরাবা খাঙবা তাখি। সমাজদা য়ৈথায়বা পীরিবা হুরানবা ডাকু কয়াবু শীংনবা ভৈরবী শাহুনা উমংদা পুন্সি লেনবা তাখি। সমাজবু মপুংফাবা শক্তমদা শেমগৎচনবা মুংশিনা হায়বা পোংশক অসি ফাওবা মীপুম খুদিংদা য়োম্থোক্তুনা বিশ্ব-প্রেমগী শক্তম উৎনিংখি। মসিগীদমক মাধবীনা ঈশ্বরগী মফমদগী স্বার্থত্যাগকী পাঙ্গল নীজরি:

"হা ঈশ্বর, পাঙ্গল শোল্লবী মুপামচা ওইনা পোক্লবী ঐহাক্না সমুদ্রগী মতৌগুম্বা পুকচেল চাউরবা স্বার্থ ত্যাগকা মরিক অমতং লৌজবা ঙম্নবা পাঙ্গল পীবিগদ্রা? হে দয়াময়, হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবী, পুক্নিংগী পাঙ্গল শোল্লবী, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্বা য়োমহনা পোক্লবী ঐখোন্দা অন্ধবিশ্বাসনা কুপ্পুনা থম্লবা অমমবা সমাজগী মন্নুংদা স্বার্থত্যাগকী মঙাল খজিক্তুং উৎনবা পাঙ্গল পীবিয়ু।[১]"

মীওইবগী অচম্বা নমথাক লৌনম য়াওদ্রবা পুন্সিদা অপেনবা পোকখিবা কমল খুঙ্গংগী ওইবা অচম্বা পুন্সিদা অচেৎপা থাজবা থমখি। পুকচেল শেংনা চম্না থোং মাম্নবা হিংমিন্নবা সমাজ অহুনা অশেংবনি হায়না কমলনা খনখি। কমলনা অচম্বা মপুংওইবা সমাজ অমগী অচেৎপা আশা থম্লবসু পুন্সি অসিদি ইচং থৌনা হিঙ্গদবনি হায়বাস মতম পুম্বদা

---

১। কমল, 'মাধবী', গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা খুৎনম, ১৯৬৭, লাঃ ৫১

উৎখি। মরমসিনা পংলবী উরীরৈ ফাওবদা শীংনবা ওম্বগী পাঙ্গল হাপখি, মহাক্না ভুবনগী অত্যাচারবু শীংনহনা হায়খি -

"হুরানবা. নবুংঙো অমা লৈরি হায়বা খঙনা খঙনা করিগীদমক ঐবু ফারিবা ? শিগনি হায়না কিহনা ঐগী পুকচেল হোংগনি খনবা শারিবরা ? লৈখোক্তা য়েৎপা লিনখাককুম্বা. অমুনবা হৈদা চংবা তীন-গুম্বা ! নংগী পুক্লিংদা থোঙাল হায়বা অহু মরিক অমতা পকত্রবোই', হুরানবা নংনা মুপামচা থোক্লবদি ঐবু পুল্লিবসি থাদোক্তুনা থাং অমমম পায়নহনা মুংশিবগী চাং য়েংনসি "[১]

চন্নবা নবীনচন্দ্র ফাওবা ফিভম্না মী হাৎপা তাখি। সমাজগী শান্তি থুগায়রিবা কয়াগা শীংনবা হায়বসি তৌফ, থোকপা থৌদাংনি হায়বসি কমলনা উৎখি। কমলনা শাগৎচবা সমাজ্ব তরু তরুবনি ওকবী লাচৎ নাইদবা কয়াগী মফম লৌতে : মহাক্না হীরমসিদা পুক্লিং চিঙশিন্দে। মহাক্না ভুবন মপাগুম্বা মীমুংশি য়াৎলবা, থমোয় কল্লবা মশকপু সমাজগী ফরক তারবা মীশক ওইনা লৌহনা মখোয়গুম্বা পুন্সিবু কমলনা করেম্নে। সমাজবু কুপ্না য়েংখিবা দিকন্সমু সমাজগী শান্তি থুগায়বা থমোয় কল্লবা মীশক কয়াবু মহাক্না উপন্যাসতা করেম্নখি। মহাক্না মতমগী য়ানীংদবা চৎনবী কয়াগী মথক্তা অকনবা আক্রমন তৌখি।[২] কমলগী মফমদা ঙাকপীবগী পাঙ্গল লৈ; মরমসিনা ভুবন ফাওবা মীনংশি উৎতুনা ঙাকপীখি। মফম মতমগী মতুংইন্না ঙাকপীবা, লমনথুমবা হায়বসি কমলনা পামজনা শাজিন্নখি। অহুম ওইনমক অফবা সমাজ অমবু শাগৎনবা

১। কমল, 'মাধবী', গভর্নমেণ্ট লাইব্রেরী. ৮ শুবা খুংনম, ১৯৬৭, লাঃ ৪৭

২। I for Evans, 'While in all his work Dickens is attacking the social conditions of his time."—
'A Short History of English Literature', Penguin Books. 4th Edition, Reprinted, 1981, P. 246

খ্বাইদগী অথোইবা খুৎলায়দি স্বার্থত্যাগ হায়বসিনি হায়বসিদি শেংনা উংলি।

উপন্যাসকার চাউবা মহাক্কী মতমগী সমাজগী শক্তম্না উপন্যাসকী য়ুফম ওইনবগী মহুত্তা হৌখ্রবা ইতিহাসকী তাংকক অমদা মহাক্কী পামজবা উপন্যাসকী কল্পনা শেম্নবা হোংনখি। কমলনা ঈংনা লেম্না পানজরম্বা মণিপুরী সমাজ অদুদা অপেনবা ফংজখিবদু চাউবনা হৌখ্রবা ইপা ইপুশিংগী লংলবা পুন্সি অদুদা হেন্না পেঞ্জখি। সমাজগী লংলবা শক্তম অদু হৌখ্রবা জাতিগী ইতিহাসতা থেংনরে, ফিদমফম ওইরবা পুন্সি কম্বাবু লৌশিন্দুনা অশেংবা সমাজ অমা শোহৌননা শাগৎপা য়াগনি হায়বসি চাউবগী রাখল ওইখি। তশেংনমক অনৌবা যুগনা পুরকপা চয়েং-চনৈনরবা অনৌবা সমাজ অদুদা চাউবনা অপেনবা থক ফংখিদে। অনৌবা মাওন্না পুরকপা সমাজগী শক্তমবু কুপ্না য়েংখিবা চাউবনা থায়নগী পুন্সি অমসুং সমাজবু তত্তুনা ঈখো লাংজখি মসিগীদমক চাউবনা জাতিগী হৌখ্রবা শক্তম যুগকী লৈখাদা লুপশিনবা তারক্লবদা নুংশিনা শৈথাখি :

"খাইনগী লৈরাং অমনবা, মলল মলল লৈনুংশি, লৈরাংবিনবা লৈতবনা লৈম নিংথৌ য়ৌদ্রে [১]

ফিদমবু পামজবা উপান্যাসকার অসিনা অনৌবা যুগগী মপালখোংগী ওইবা শক্তমদা ভাওরবা সমাজ অসিগী লৈরোলদা লুপশিন্দুনা য়েংলম্লবশু মহাক্কী উপন্যাস অসিগী মনুংদা পেনদবা কয়া অদু ফোঙদোকপ। মহুত্তা পুন্সি অমদি শেংলবা সমাজগা মক্লবা ফিদম অদু খাগেম্বা হাক্তক্কী ইতিহাসকী তাংকক অমদা থেংনরে হায়না মক লাম্না উংথোক্তখ্রবনি। লৈবাক নিংথৌ পানবগী চম্না ফজরবা চংনবী, অচাউবম লৈত্রবা

---

১। খ্বাইরাকপম চাউবা, 'খাইনগী লৈরাং', গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ২শুবা খুৎনম, নভেম্বর, ১৯৭২, লা: ৮

পুন্সিশিং, অমদি থাঙবা কনবগা লোয়ননা মতমগী পুন্সিগী তীক-খনবু ঙাক্তুনা শেমগৎচবা সমাজ অত্তুদা হিংজ্বিবা পুন্সি কয়াবু চাউবনা উৎথোকখি। অসিগুম্বা পুন্সি কয়ানা শাগৎচরকপা সমাজ অসিনা মতমগী তেমথেং কয়া মায়োক্নদবদি য়াখিদে। লানফম্না পুরকপা পুন্সিগী অরাঅনা কয়া ইতিহাসকী তোরৈ ইন্না খাঙবা তাখি। ফনমক শান্তি পায়বস্থ জাতিগী নীংতম্বা ঙাক্নবা অমদি মশাগী মতিক মগুণ উৎতুনা নীংতম্না হিংজনবগীদমক য়েক্নদবা মায়থীবা পীনবা লাথেংনবা তারি। মীৎয়েং অসিদগী মৈতৈ জাতিনা লানফমবু শিংলা ওইবা মশাগী সমাজগী মশক্তা লানকম্ব শাগোন্নজরবা শাজং অসিদি থক থাদোকপা ঙমখিদে, অশেংনমক মণিপুরী হায়বা জাতি অসিগীদি

"খোংগ্রেংনা পুন্সিগী পৌগাইনি। লানফম্না পুন্সিগী চাক্তাফম্নি।
নিংগা খুদিং লালোয়না লাকোয় খোংফমদা পন্সিগী লেঙদবা লম্বীনি।"[১]

হুন্দোকপা য়াদ্রবা লানফম অসিবু জাতি অসিনা চেৎনা লৌশিল্লম্বনা অচৌবা শক্তি কয়াদগী মশাবু কন্দোক্তুনা নংতম্না হিংবা ঙম্নকখিবনি; শক্তম অসিমক চাউবনা য়াম্না মযেক শেংনা উৎথোক্নবা হোৎনখি। জাতি অসিনা সমাজ অসিবু কাঙখোং চাইহনগে হোৎনরকপা অমদি মৈতৈ জাতিগী নীংতম্বা তেংশানরকপা থাগীশিংগা থৌনা ফনা লান্থেংনখি। মনাক্ত ধর্মগী হেনফগলা খৌদাংমক ওইনা মাওইবনা লান্থেংনগদবনি হায়বনি চাউবগী অরানবা নাখনানি, মদুবু মশাগী সমাজ অমবু অশেংবা শক্তনদা থাঙ্গৎচিনবনা পুন্সি অসিবু য়াংনা লৌরকখিবা চাউবগী অরাংবা ফিদন অসি হৌখ্রবা পুন্সি অত্তুদগী লৌরকখিবা রাখননি। ধর্মদা লুপচবা মতম অত্তুগী সমাজনা লানফমবু ধর্মগী শিন্থা অমানি খঞ্জে। লানফমদগী মায় ওনদনা শিবনা লাইরৈবাক শোয়দনা ফংলুগনি হায়বসি থাজবা

---

১। মানকেতন, 'মণিপুরী লোক সাহিত্য', 'য়ারেং পরেং', মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ১বা কোঙব., ১৯৬৬, লাঃ ২৮

ভম্মী। অহৈবনা থাজে— "শিরে ফরে, ক্ষেত্রিয় মচানি, সনাতন ধর্ম্ম কংখিগে।"[১] থাজনবী অসিমক হিন্দু দর্শননা য়ারবা রাফম্নি।

জাতি অসিগী পুন্সিগীদমক চেংনা নীংজনা নীংতম্বা হায়বসি মাঙ-এবদি থরায় মাঙখদগী হেন্না লুনা থল্লবা জাতি অসিন লানফমদগী চেম্নবস্তু য়াখিদে। মশিং হেল্লবা থাগীগী লানফমবু খাইরাকপনা মায়োকুবদা নীংতুম্লবা লৈখিদে।"[২] তশেংনমক মতম অদুগী সমাজগী ফজরবা শক্তম অমদি সমাজ অসিগী মকোক থোংবা লৈবাক্কী নিংথৌ অমদি ফম্নাই-বশিংনা কঠোকপগা লোয়ননা জাতিগীদমক হোৎনরম্বা অসিনি। নিংথৌ খাগেম্বনা মজাতিগীদমক থরাইগী মমলবু তম্বাংনা থন্দোকপা ভমখি। য়েরুবনা লাকচম্লবদা মশাংক্লা লানফমদা চোংথোক্‌না য়েরুববু তশেংনা মায়থীবা পীখি।

"মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা থাং খোৎবোম্বা খুৎতা পায়রদুনা থাংগী জগোই শার শারদুনা খগিগী অকন-অথৌ পূন্নমকপু য়েন্দেম শোইরগুম শোইবা হৌরক্লে। পাম্বে উদ্রদুনা থাগিগা লাম্মী পূন্নমক কায়দুনা চেল্লে। মৈতৈ পূন্নমক লান ভায়না হায়বা থংনবা তুর্গামাই লাউরে। কোম্নুং অপূম্বা পুং শেনগী খোঞ্জেল্লা নিনথ্রে।"[৩]

চাউবনা য়েক্লুম্লিবা সমাজ অসিগী মামজবা শক্তম অসিদা শাফম লানফম অমসুং হুংশিবা অমদি কথোকপগী রাখলনা অচৌবা মফম কল্লম্লবস্তু মৈতৈ জাতিনা চন্না হিংলমবা মশাগী রাংলবা সংস্কৃতিগী মশাক্তা পেঙ্গরম্বা শক্তম কয়াবু য়ান্না মায়ক শেংনা উংলম্মী। নিংথৌনা প্রজাগীদমক হিংবা প্রজানা নিংথৌদা থম্বা ভক্তি অমদি নিংথৌ শাগৈনা

১। চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা', গৌরহরি, ১৯৫০, লাঃ ২৬
২। মথক্কীসি লাঃ ২০
৩। মথক্কীসি লাঃ ২৯-৩০

অচাউবম মচেং অমত্তা যাওদনা ছিংলম্বা শক্তম ফজবনা মশক্তি। খ্বাইরাকপমগী মমাম লত্তাগী শিন্থাদা ঙম্নিংগী ফজবনা সংস্কৃতিগী শক্তমবু উৎথোকখি। মসিনাই মীশন ওইদনা মখুৎমক্তা শিন্থা পাংজনা চন্না মহুৎ লৈবনী নিংথৌমচাশিংগী মশক্তি। ল.থাং খুতৎ হুৎলা ফি লত্তাম্নানা শাবগী ধ্রুফম –

"লত সনা অহুক্কী তৌগদবা পুন্নংক লোইচুনা খ্বাইনা য়াম্হৌদ্রিবৈদা শিন থাখরে। পাং ইথোং তিংথোক্তুনা লময়ং খুতং লময়ৌনী-শিনবাং খোবা দম্বা পাবদে। খত্ত থাযনা য়েংনা চুপ্প ওইনা ওক, ওইনা চুপ্প য়েংনা ওক খুপ্পং মথক চানা শাখরে"[১]

অমসুং ফজনা শীন লম্ব থংনৈ। লত অসিগী ফজবা মশক অমনি।

সমাজ অমগী মনুংদা তিরিব মতুংদাং থমদাবশিংনা মশাগী লুংঙাইববু থিনদা শন্থা বম্বা থাদে কগী চৎনবী সমাজদা লৈরম্দ। মখুৎতক্তা মখীন শাঙবগী ফজবনা চৎনবীসিনা সমাজ অসিগী মনুংদা থোইদোক্তা লেমজনাংঙাইনি হায়রবসি চেৎনা থাজবমনী। মসিগী বাগী অমদি নিংথৌমচানুপীশিংনা ওৎমক্ত ফিম লোনশা তৌদুনা সমাজদা শকক য়াবম্বা। পোনিলোপীনা ফি শতুনা পুরাইবা অদিসিউস হন্নকপা ওইখি।

I ask your patience till I have finished weaving this robe so that what I have spun away not be wasted and go for nothing it is king Lairtes' burial robe for the time when he is overtaken by the grim doam of distressful death.[২]

---

১। খ্বাইরাকপম 'চাউবা, 'লবঙ্গ-লত্তা', গৌরহরি, ২ শুনা খুৎনম, ১৯৭৩, লাঃ ৫১

২। 'Homer The Odysseus, Book II (76-157) p. 14

মশাগী শিন্থা পাঙবদা মীথুং অমবু ঙাইদবা মৈতৈ জাতিগী ফজরবা চংনবীসি মীপুম থুদিংগী রাখলনি। ধর্ম্মগী থৌরম কয়াদা মশাগী কলাবু থাদোক্তনা কোনশিল্লিবা হৌগ্রবা জাতি অসিগী সমাজদা কংথোকপগী রাংলবা পাঙ্গল, সমাজগীদমক মরম্নাইগী পুন্সিবু তয়াংনা লৌনবগী ফজরবা লোনচং লৈরম্মী। মপরোইববু অচেৎপা লাইনিং ওইজবী লতাম্নাগী পুন্সিদগী সতীত্বগী ফিদমবু চেৎনা থজবা মুপী ওইবীশিংগী লৌচংপু উৎথোকই।

"লাইরক থৌবদগী ননাই ঐহাক লুনা হায়বা অদু ওইরে মপাগী মফমদা লানবগী দগি ফংলে। তৌইঙম্বসুং পাবুং ইবুংঙো, ননাই ঐহাক্তি মুপীগী জাত্তা পোক্লবনিনা মুংশিনবা মরম মপামকপুসু মপুরোইবনা হেনফম থোক্ল: অচুগা সন পেননা কুপা তৌবিয়ু ননাই ঐবুদি ইপা-রোইবনা মণিপুরদা পোকউ হায়বা ফংবং পিবিরমদ্রে অদুনা মপোক অসিমা লোইদ্রিবা ফাংবা ননাই ঐহাক রাজনগর অসিদা ইপুরোইবা ঙাইবা তারে।"[১]

হিংলিবা মপোক অসিমক অচুম্বা নত্তে, লাইরমলেনগী পরুকসু থাঙরি খনবনা অচুম্বা অমদি কর্ম্ম তৌবদা অশেংবা মচল কয়াবুসু কোনশিন্দুনা থম্বা হায়বসি মশানা তারবনি তুংগী লাইফাও ওন্বী মাইব-মাইবীগী রাখলগী চেতনা থাজে অমদি লৈবাক্কী অপোবা থৌদোক কয়া লাক্লমদাইদা নিংথৌগী মঙতাক্না অশেংবা থৌরম তাকই। সমাজ অসিনা শৌশিল্লিবা থাজনবী মপৈ কয়া অসিবু চাউবনা কান্নদবনি হায়না থক হুন্দোকখিদে। মশাগী সংস্কৃতিগী মচল ওইরবা থাজনবী অসিবু উপন্যাসকারনা অশেংবা পুন্সিগী মচলনি হায়না লৌ-শিল্লি। চাউবগী বিশ্বাস অসি কান্নদবদা থাজবগী শক্তনা অদু নত্তে, জ্ঞান লৈরবী লৈমাকোলগী মুপীশিং অমদি লতাম্নাগুগী অরাংবা থাক্তী

১. চাউবা, 'লঙ্গ-লতা', গৌরহরি, ২ শুবা নম্বা ১৯৫০, লাঃ ১২০

পুন্সিগী মরক্তা পুরকখিবনি। গ্রীককী সোফোক্লিসনসু অসিগুম্বা অৱাংবা মশক অমবু উৎখি।[১] অসিগুম্বা থাজনবী কয়াসি পুন্সি অমসুং সমাজদা অচৌবা মফম কনফম থোকপনি হায়বসি মহাক্কী অশেংবা ৱাখলনি। গ্রীক্কীসু ট্রেজেদি কয়াদা শেংতোকপা য়াদ্রবা থৌওং ওইনা লৌনখি।' আন্তিগোনেদা আইরেসিয়সনা তুংদা থোক্লক্কদবা অৱাবগী লাইফাও হায়না চেঙ্গোকই। লাইফাও পুবা মাইবা মাইবী কয়াগী মপাউ ককফদ্রবা ওইনা থোকখি। মৈতৈ জাতিগী লৌরবা সংস্কৃতিগী শরুক ওইরবা থাজনবী কয়া অসিবু চাউবনা লৌশিল্লি। 'নগুংলাংগী লৈবাক কায়র-নিকে মাহল' [২] হায়বা ইমা মাইবীগী লাইফাও অসিবু ময়েক শেংনা থোকহল্লি। লাঙ্গদ্রবী লতাম্নাগীদমক নিংথৌ শাগৈ লানাথিল্লদুনা মণিপুর সমাজদা অৱাবগী তাংকক অমা পুরকখি। মাইবীগী লাইবাওবু অচুম্বা থৌদোক ওইনা লৌনবা শক্তমবু চাওনা লৌশিল্লম্বনি। সমাজগী অৱা-অনা কয়া মতম মতমগী ওইনা মায়োক্লদুনা লাকখিবা সমাজ অসিগী মগুংদা কোনশিন্দুনা থম্লিবা ৱাখল পুরিং অদু চাউবনা উৎলি।

অসিগুম্বা অৱা-নুংঙাইগী থৌদোক কয়া অসিগা অন্ধবিস্বাস কয়াগা চেৎনা থানবা লৈত্রবা মরী অমা লৈরি হায়বসিমক চাউবনা উৎলি। মশাগী মস্তিক মথৌনা কৎথোকপগী পাঙ্গল কয়াগনা নীংতম্না হিংলকপা জাতি অসিগা পুন্সিদা কনাগী ফজরবা চলন কয়াবু পামজনা লৌশিন্দুনা হিংলকপা শক্তম চাউবনা কাউথোকপা তৌখিদে। লতাম্নাগী ঈশৈদা জাতিগী ফজরবা ৱাখল অমা ফোংদোকই।

---

১। H D. F. Kitto, "The Philosophy oJ Sophocles", Greek Tragedy, 3rd edition, 1961. P. 147

২। খুাইরাকপম চাউবা,' লবঙ্গ-লতা. গৌরহরি, ১ শুবা নম্বা, ১৯৫০, লাঃ ৫৬

চীংদা শাংপা ইডেম্রৈ
চীন্নদনা কেনখিবা কল্লকই।
ঐনা কেনগে কেন্দেদো,
মালংবনা হুম্বগী কেনবনি।
মালংবা ঐস্মু কৈদোদে,
লৈরাংনা লৈথোক লোয়বগী-কেনবনি।[১]

কেনবা নাইবা লৈরাংগী পুন্সিগুম মীওই মপোকস্মু নোংমদি কেনখিগনি হায়বসি নীংশিংই। মণিপুরী সমাজদা অসিগুম্বা কলাগী মশক কয়াসিদি মপাল নাইদনা শরুক য়ারিবনি তশেংনমক চাউবনা জাতি অসিগী হৌদ্রবা পুন্সিগী চীং লেম্লবা শক্তম অতুদা অপেনবা পোকচখি অতুগুম্বা চীংলেম্লবা সমাজ অতুগী ফিদম লৌতুনা অনৌবা যুগকী পুন্সি অসিদা ফজনা থল্লবা আদর্শ ওইবা সমাজ অমবু শাগৎপা ঙমগনি হায়বসি ময়েক শেংনা ফোংদোক্লি।

উপন্যাসকার অঙাংহলদি মীওই মপোকশিংগী মনুংদা চুমদবা চৎনবীগী চৈথলনা থমোয়গী অশেংবা শক্তমবু খোঙ্গাওনরিবা শোক্লবা পুন্সি অনিগী মায়কৈদা লেপ্তুনা, মরাল লৈরবা সমাজবু তেমথোক্লবা লম্বী খিখি। সমাজ অসিনা মীওইবগী থমোয়গী মমলবু ইকায়খুম্নরক্লবদা থোরকখিবা অরা-পোলোই কয়া অতুনা অচৌবা রাহুং ওইনখি। মীৎয়েং থুরবা হিন্দু সমাজনা পুন্সি কয়া অমদি মক্লবা আশা কয়াবু থাংগুথক্লা কেমহনবগী দায়িত্ব পুবা তাখি। ওইজবা তানবা কল্লক মীহৌবা কয়াগী খুৎশেমদগী থোরকপা চৎনবী কয়ানা সমাজ অসিদা কান্নদ্রবা পোৎলুম কয়া থোক্লখি। কান্নদ্রবা পোৎলুম মপৈ অসিনা সমাজগী মনুংদা

---

১। খ্বাইরাকপম চাউবা, 'লবঙ্গ লতা', গৌরহরি, ২ শুবা নম্বা, ১৯৫০, লা: ৪৪ ৪৫

শরুক য়ারিবা পুন্সি কয়াবু শোকহল্লি। মপুঙ ফারবা সমাজ অমবু শাগৎপদা অরানবা চৎনবীশিং অসিনা তমচুপ্পদা খুরৌ থাংহনা থম্মী। অসিগুম্বা ফত্তবা চৎনবীশিং অসিবু মপুংফানা শেংদোক্লুনা মরাং কায়না সমাজ অমবু অঙাংহল্লনা শেমগৎচনবা আশা তৌজখি। লৈবাক অমতগী মনুংদা সমাজ অসিমগী মনুংদা হিন্দু মুসলিম হায়না খায়দোক্লুনা শন্নবা য়াদবগী খারবা চৈথল অমনা চৎনবা ওইনা খল্লিবসিবু উপন্যাসকার অসিনা য়াননিংখিদে। মীগা মীগা খেন্নহবা, পুকচেল খোয়জেল মান্নরবা সমাজ শাগৎলুনা অরৈ লৈত শেংনা খায়নহুনা অমনা অমগী মতেং পাংনহুনসু, অমদগী হেনবা রাখল থাদোক্লুনা পানমিন্নবা হায়বসিন' চাওখৎপগী অশেংবা শক্তম ওইগনি অমদি সমাজ অসিদা শান্তিগী মফম অমা লেংদনা থম্বা ঙমগনি হায়বসি অঙাংহল্লগী অশেংবা আশানি। তশেংনমক অঙাংহল্লনা মহাক্কী মতমগী অংগ্রেজশিংগী মীথা পোল্লবা মণিপুরী সমাজ অমদি অপাকপা মীৎয়েংদা মীথা পোল্লবা ভারতকীদমক্তা খন্দবা ঙমখিদে। হিন্দু মুসলিম অনীগী মনুংদা থম্লরিবা য়েংদানবগী খারবা মীৎয়েং হাৎন-হুনবা কয়াগী মুংঙাইরবা সমস্যা মরক্তা নিংতম্বা পুন্সি অমদি সমাজ অমবু শাগৎপা হায়বসি অরাবগী মশকনি হায়বসি অঙাংহল্লনা উখি।[১] লোয়ননা সমাজ অসিবু নীংতমহন্নবা লালহৌগ দবনি, হিন্দু মুসলিম কাংলুপতগী লিংজেল মান্নরবতদা মীনাই য়েহ্লিং থদৎলুনা নাংতম্বা সমাজ অমবু শাগংচবা ঙমগনি। হায়বসি উপন্যাস-কার অসিগী অশেংবা রাকেং ওইখি। ধর্মগী পান্দমদি মীওইববু তোঙান তোঙানবা হায়বসি নত্তে, ধর্মদি অপুনবা লাপুনগীদমকনি[২] হায়বা

১। অঙাংহল, "জহেরা", শ্রীনপুর সিংহ, ১ বা নম্বা, ১৯৬৪, লাঃ ১৫৩

২। M. K. Gandhi, "Religious are not for separating men from one another, they are meant to bind them."
'The Message of Mahatma Gandhi', U. S. Mohan Rao (ed) Publication Division Govt of India Reprint 1969, P. 37.

মরীক চুমবা গান্ধীজিগী রাখল অসিদা চৎশিনৈ। হিন্দুগী লাই মুসলিমগী ঈশ্বর হায়না অনাম্মুবা নত্তে, তশেংনমক ধর্ম্মগী পান্দমদি অমত্তনি, অনীমুবা নত্তে, ধর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা মখিং লৈতে লোয়ননা মপালগী খেন্নবা লৈজবতনি। মীৎয়েং খুদগী রাখলদা অমত্তা ওইবা ধর্ম্মগী পান্দমবু কাউথোক্লুনা য়েংথোনবা হায়রসি চুমদবনি।

অঙাংহলগী মীৎয়েংদা যথার্থ ওইবা মশক অমা য়াওরি সমাজ অসিনা মীনুংশি খঙদনা লংশেকপা তারক্লবা থমোয় কয়াগী অমদি পুন্সি কয়াগী রাকৎস্ম য়াওরি। মীওইনা পোকপা মপোক্তা ধর্ম্মগী মিংদা পুশিল্লকপা অথুবা চংনবা থরনা সমাজ অসিবু মশক থাইহল্লিবা অমদি পুন্সি কয়াবু শীংনবসিগী মায়োক্তা উপন্যাসকারনা হিন্দু পাখং কুঞো অমদি মুসলিম চম্মু জহেরাবু অমত্তা ওইহনদুনা চুনদবা চংনবা কয়াবু থদংকে হোৎনৈ। মীগা মীগী মরক্তা খেন্নবা করিস্মু লৈতে হায়বা মানবতাগী অশেংবা লীকলম অমা থাবা হোৎনখি, অহুবু মতমগী থারবা সমাজগী মায়োক্তা চংশিন্দুনা অঙাংহলগী থারবা সমাজ অহুবু অরোইবা ফাওবা তেমশিংনবা ওল্লক্তহনা অরোইবদা মমাই লৈখি, অমদি নিংজবগী মখুত্তা থরাই মাঙলবা জহেরাগী পোলোইনা অচৌবা রাকৎতমক ওইহৌই।

উপন্যাসকার অঙাংহল, চাউবগী মতৌঙম সমাজগী শক্তমবু ধ্যানগী পাঙ্গলনা উখিবা নত্তে কমলগী মতৌঙম কল্পনাগী পাঙ্গলনা শাগৎখিবা থমোয় অমদি দৃশ্য কয়ানা ফজহল্লবা শক্তম অহুম্ম নত্তে, মহাক্না উজখিবা মণিপুর সমাজগী শক্তম অসিদি মশাক্না হাকথেংনরম্বা, লেংগা লেংগা লৈনরবা পুন্সি কয়ানা শরুক য়াখিবা শক্তম অহুন।[১] মশামক শরুক য়ারিবা সমাজ অহুগী মমুংদগী পুন্সি কয়াগী শক্তমবু হাকথেংননা লৌশিন্দুনা

১। চোংথাম মণিহার সিংহ, "ঋতু" (হৌজিক মণিপুরী সাহিত্য আশা অমস্তুং শীংনবা) ১৭ শুবা চহি, ১০ শুবা ভোলুম ও শুবা মশাং, ১৯৭৭, লাঃ ১৮

মচনশিং অন্তবুদি লংথোকপা পামখি। সমাজগী মতুংদা হিংলিবা লাইরবা পুন্সি কয়াগী মথক্তা থুংকন পাঙ্গনবা অমদি লাকচ থীবা কয়ানা নমজা-নমথেক্লরিবা শক্তম্ মহাক্না উখি। সমাজ অসিদা ধর্মগী মিংদা পুশিল্লকলিবা চুমদবা নীতি কয়াগী মতুংদা জাৎ-বিজাৎ খায়বগী থৌওং অসিদা মহাক থরায় শোকখি। চৎনবী অসিবু সমাজনা কোনশিন্দুনা থম্বা চুমদে হায়বসি অঙাংহনগী শেংলবা রাখলনি। মরুওইনা শোক্ল-পন্নবা যাদবা হায়বসি লৈরিমথৈদি হিন্দু সমাজদা নত্তনা ভারত অপুম্বা লৈথা তাখিগনি অদুগা সমাজগী থগোয়দগী অসিগুম্বা জাৎ-বিজাৎ খায়বগী শোক্ল পন্নবা যাদবসি মরু ফংনা মাঙহনখিবা ওয়বতদা পৃথিবীদা হিন্দু জাতিনা শেংলবা ফিদম অমা ওইরগনি।

মহাত্মা গান্ধীনা হিন্দু সমাজগী ধর্ম অসিগী মতুংদা লৈরিবা জাৎ-বিজাৎ খায়বগী শোক্ল-পন্নবা যাদবা হায়বসি লৈরিমথৈদি হিন্দু সমাজদগী নত্তনা ভারত অপুম্বগী ওইনা লৈথা তাখিগনি হায়বসি উৎলম্মী।

"...If untouchability lives, Hinduism perishes, and even India perishes; but if untouchability is eradicated from the Hindu heart, root and branch, then Hinduism has a definite message for the world."[১]

অসিগুম্বা অসি মরু ফংনা মাঙহনখিবা ওয়বতদা পৃথিবীদা হিন্দু জাতিনা শেংলবা ফিদম অমা ওইগনি। হিন্দু সমাজগী মতুংদা লৈরিবা চুমদবা চৎনবী অসিবু অঙাংহনবা য়ানীংদে। অদুম ওইনমক মহাক্না

১। U. S. Mohan Rao (Com. and ed.), 'The Message of Mahatma Gandhi', Publication Division, Ministry of Information and Broadcasting, Govt. of India, Reprint, October 2, 1969, P. 91

ধর্ম্ম অসিগী মায়োক্তা লেপখিবদি নত্তে। ধর্ম্মগী মিংদা পুশিল্লকপা ফত্তবা শক্তমশিং অহুনা সমাজগী মশক উংনখি অমদি পামজবা সমাজ অমগী থমজখিবা আশা কয়াহু উংখিবনি। অইবা অসিনা সমাজ অসিগী মনুংদা লৈরিবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী চংনবা কয়াগুম্ব হুন্দোকখিবা তৌখিদে। ফত্তবা হায়বা চংনবী কয়াবু লৌখোক্লগা অংগংবা সমাজ অমবু শেমগংনিংবগী রাখলনি। উপন্যাসকার শরৎচন্দ্রস্তু হিন্দু সমাজনা ধর্ম্মগী মিংদা লৌরিবা চুমদবা নীতি কয়াবু য়ানীংদবা ফোংডলবস্তু কৈদৌনুংদস্তু হিন্দু ধর্ম্মগী মায়োক্তা লেপখিদে; অমদি ধর্ম্ম অসিবু য়ানাংদবা উংখিদে; ধর্ম্মগী রাখলদা অমদি হিন্দু সমাজনা লৌশিল্লিবা থাজবী কয়াবু শরৎচন্দ্রনা কয়েন্নবা নত্তে। ধর্ম্মগী মিংদা পুশিল্লিবা ফজদী কয়াবুদি নৈনহুনা উংথোকপনি।

"He is certainly critical of the contemporary Hindu society when it is not in agreement with his own ideas but he never flouts the accepted moral of the Hindu society at any time." ১

সমাজগা মনুংদা লাইর-অনং অমদি মুংডাই য়াইফবশিংগী মরক্তা থেন্নরিবা পুন্সিগী মশকশিং অডাংহুলনা উংখি। ধর্ম্মগী মিংদা পুশিল্লকপা চুমদবা নাতিনা অচৌবা অশোকপা শীরবস্তু লাইর-অনং অমদি মুংডাই য়াইফবশিংগী মরক্তা লাকখিবা থেন্নবা অমদি শন্নদ্রবা নাংয়েংনস্তু সমাজ অসিগী সমস্যা ওইদবা য়াখিদে হায়বসিনক অডাংহুলনা মুন্না থডখি। জহেরা মমা-মচাগী তোন্না হিংজবা পুন্সিগী মরক্তা কাইহৌবিনবা মীওই কয়া খোরকখি। লুখ্রা ওইরবী ইবেমচাগী পুন্সিগী শান্তি থুগায়বিনবা

১। Saratchandra Chatterjee, 'History of Bengali Literature. Dr. Sukumar Sen, Sahitya Akademi, New Delhi, 1960, p. 315

পুকচেল ফত্ত্রবা কয়াসু থোরকপা তাখি। লাইরবা ইমুংদা পোকচবা কুঞ্জোগী পুন্সিগী অকোয়বদা অরা-অনং কয়ানা লাইরবগী চৈনাখোল খাওই। অত্তবু উপন্যাসকার অসিগী মীৎয়েংদা পুন্সিগী শক্তমশিং অসিবু থরাই তানা য়েক্লম্মী, সমাজ অসিগী ইমুংদা হিংলিবা য়াইথোংবা অমিরগী পুন্সিগী চীং লেপ্লবা শক্তমগী ওন্নবদা ভোল্লবী বাবাগী পুন্সিবু থমত্তুনা মণিপুরী সমাজদা শরুক য়ারিবা খেন্নরবা পুন্সিগী মশকপু উংপা ওন্মী। অত্তবু সমাজগী থৌদাংদা পুকচেল চাউরবা অমিরগী দায়িত্ত্ববু শীংথাই। মীওইবগী পুন্সিবু হকাইথুমজবা মুসলিম লৈবাকচা তাবা অমিরগী পুন্সিনা লিংজেল মান্নবনা রাৎত পাদ্রেবা অমদি ধর্মগী অথুবা মীৎয়েং থাদোক্লরবা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎপগী শেংলবা রাখলবু ফোঙ-দোকাখ মীথা পোল্লবা সমাজ অমগী নীংতম্লিংবা আশা অমদি অশেংবা পুন্সিগী পূং ওইবা মণিপুরী সমাজ অমবু শাগৎচনিংবা অমিরগী রাখল অসিনা অঙাংহলনা সমাজগীদমক খঞ্জবা রাখল পরীং অত্তু ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। মতম শাংনা মীগী মীথা পোল্লরুনা ভারতবাসিশিংগী থমোয়দা লোন্না চাকখৎলম্বা নীংতম্বগী মৈরানা মকা ফোংনা হৌরকপগী শক্তম অমা ময়েক শেংনা উবা ফংলকই। মীথা পোনবগী পেন্দ্রবা সমাজ অত্তবু লংখেত্তুনা নীংতম্নবা সমাজ অমবু শাগৎচনীংবা অঙাংহলগী রাখল পরীং অত্তুনি। মীওইবনা মশাগী নীংতম্বা মাঙথ্রবদি থোনা ফুদোক্কদবনি: লিংজেল মান্নগদবনি, মসিতনা নীংতম্বা সমাজ অমবু নৌহৌনা শাগৎপা য়াগনি হায়বসি উপন্যাসকার অসিগী আশানি।

অঙাংহল মহাক মশামক্তা হিংলিবা মতম অত্তুগী সমাজগী অকনবা চৈথেংশিং খঙত্তুনা কুঞ্জো অমসুং জহেরা অনীবু লাপুন অমত্তদা পুনশিন্দুনা মান্নবা সমাজ অমা উংকে তেমশিংখিবনি। অত্তবু মতম অত্তুগী মীওইবগী মমলবু মশক মুয়া খঙখিদবা সমাজনি। হিন্দুশিংগী মমুংদা ফাওবা ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিনচিংবা বর্ণ থায়ত্তুনা চারৌ মৈরৌনবা য়ারমদে। নিংথৌমক্তা

লুচিংহনা ব্রহ্মসভানা আইন শেম্লম্মি। ব্রাহ্মণ মুপাশিংনফাওবা ক্ষেত্রানী লৌবা য়াদে হায়বা য়াথং তাখি।[১]

অসিগুম্বা ধর্মগী মিংদা পুশিল্লকপা চুমদবা চৎনবী কয়া অসিবু উপন্যাসকার অসিনা কুপ্না য়েংখি অমদি চুমদবা নীতি কয়া অসিবু কোকহনবা য়ানবা লম্বী থীখি। অদুবু নমহৎনবা পাঙ্গল ফংদ্রবা উপ-ন্যাসকার অসি পোলোইদা লমুক্লবা তারকখি। মরমসিনা হিন্দু সমাজ অমা খুজেং পায়দুনা পুরকখিবা লানজদ্রবী জহেরাবু হিন্দু সমাজদমু পুশিল্লকপা ওমদে, মুসলিম সমাজদসু। পামদবা মুং অনীগী মরক্তা হা ওইদুনা খাণ্ডফম খণ্ডদ্রবা খুৎপা অমদা শেংলবী জহেরাবু হাংতোকপা তাখি। মীংসেং খুরবা হিন্দু সমাজদা অকনবা য়াকং লানখৎলম্লগা জহেরাগী পোলোই ওইখি। অসিগুম্বা ধর্মগী মিংদা শাগৎলকপা অথুবা য়াখলশিং অসি মুসলিমশিংগী মরক্তা থরা কোমখোক্লা লৈরম্মী। য়ানীং-দবা, পেন্দবা অমদি কলক-মিংহী কয়াদগী খোরকপা য়াখলদগী ফুন-চৈনবা কয়া খোক্লবসু মীবু মীনা হুন্দনা য়েংবগী মুংঙাইদ্রবা মীংয়েংদি হিন্দুশিংগী মরক্তা হেন্না লৈরম্মী। মুসলিমগী লুচিংবা অমিরগুম্বনা হিন্দু মুসলিম তৎন-থানবা য়াদ্রবা মচিল-মনাওনি ভারত ইমাগী শেংলবা মচা ওাক্তনি, অনী অসি পুন্সিনগদবনি হায়বা শেংলবা য়াকং অসিনা সমাজ অসিগী লংজিন পুথোকপা ওখি। অদুবু হিন্দু সমাজগী মায়কৈদগীদি

১। সাইরেম নীলবীর, (১৭ শুবা য়াথং) —"নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রানী লৌবদা মুপী ওইবীশিংগী অরাবা তাবা অমসুং সমাজদা গোলমাল ওইবা মসি কোক্লবা হান্না লৌখিবা মথৈবু থাদোক্তনা মতুং ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রানী লৌদনবা শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজদা হায়জরুসি হায়না লেপ্লরে।"

'মৈতৈ য়ারীদা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা', মতমগী খোংথাং দিসেম্বর, ১৯৮১

অসিগুম্বা রাফম অসিবু কন্না থৌগৎপিনবা মীওই উপন্যাস অসিদা ফংখিদে। তশেংনমক ভারতনা হিন্দু মুসলিম অনী হাংন-শুনখিবগী মুংঙাইত্রবা শক্তম অহু মপূংমক ফাদ্রবস্নু কাঙলুপ নাইনবা সমাজগী মন্নুংদা থোকখিবা য়ৈন-শুনবগী শক্তম অমদি জহেরা হাক-কন্নবদা থোক-খিবা হিন্দু মুসলিম অনী ফুগায়নখিনসিদা ওইখি।[1]

অসিগুম্বা কাঙলুপ অনীগী চুমদবা শাজৎ, লৈপাক মচা তোবা অমিরগুম্বা মীওইনা খামজিনবা ঙমখি। অঙাংহলগী আশাদা লিংজেল মাম্নরবা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎনবা অমিরগুম্বা পুকচেল চাউরবা মীওইশিং চঙই হায়বসি ময়েক শেংনা উংলি। তশেংনমক ধর্ম্মগী মিংদা পুশিল্লকপা অথুবা রাখল থাদোকপা অমিরগুম্বা পুন্সিশিংগী ফিদম লৌগদবনি হায়বসি অশেংবা রাখলনি।

লময়ানবা উপন্যাসকার কমললনা উথিবা কৎথোকপনা ঃপূংওইবা সমাজ অমবু শাগৎপগী রাখলদু মতুংদা লাকখিবা শীতলজিৎনদি থাদোক-পতনা সমস্যা কয়াবু কোকহল্লবা সমাজ অমবু শাগৎপগী রাখলনা মরু-ওইনা লৌজখি। গীতাগী রাখল কয়াবু লৌশীন্দুনা মশাগী ওইজবা তানবতনা মপূঙ ওইরবা সমাজ অসিদগী ফত্তবা কয়া কোকহন্নবা লম্বী থিগনি হায়বসি উপন্যাসকার শীতলজিৎনা মহাক্কী অহানবা উপন্যাস 'থাদোকপা'দা হাপখিবা রাখলনি। মসিগীদমক অনৌবা যুগ অসিদা সাংসারিক ওইনা যোগী ওইরবা সদানন্দবু পুশিল্লকখি। মহাক্কী তুররিংবা লমচৎনা মওইবা জীবগীদমক চোকথবা লৈতনা নোমখি, অরাবা খাঙখি

১ অঙাংহল, "মৈতৈ কুপীবু করম্না পাঙনদা ওংগদগে মাঙেঙদনা হায়হুনা য়াররদি থোকহনগমুসি হায়না থরায় থুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনবা অসি মহম্মদনশিংনা তৌবা উদে। মাগুনী ওম্নবদা মৈতৈদা উই"— 'জহেরা', নপুরসিংহ, ১৯৬৪, লাঃ ২২০

অমদি থাদোকপতনা পুন্সিগী পান্দম ওইনখি। ধর্ম্মনীতি, অর্থনীতিদা সদানন্দনা অচৌবা মফম কন্দুনা মপুঙ ফাদ্রবা সমাজবু নৌহৌননা শেমগৎনবা হোৎনখি। উপন্যাসকার অসিনা সমাজ অসিগী অনৌবা লম্বী থিরকপদা মখল মথেলগী সমস্যা কয়া হাকথেংনখি, অসিগুম্বা সমস্যা কয়া অসি অহিংসাগী পান্থৈনা কোকহনগদবনি অহিংসানা অথোইবা খুৎলাইনি;[১] হায়বা দর্শনগী রাংলবা রাখল অসিবু চেৎনা লৌশিন্দুনা মসিবু খুৎলাই ওইনা শীজন্নদুনা সমাজ সংস্কার তৌনবা লাক্লখি।

অশেংনমক 'থাদোকপা' কর্ম্ম-গীতানি। মক্রুব অশেংবা মুংঙাইবা ঈথৌলাংলবা তেংবানগী কর্ম্মগী অম্বা লমী তাকপা মহাক্কী ঈদেশ্যনি[২] মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা শেংলবা পন্সি অমনা পাঙথিবা অরাংবা আত্মাগী থৌবমনি। সমাজ সংস্কারগীদমক পন্সি কয়াগী সমস্যাগীদমক পোক্লকখিবা সদানন্দগী অকোইবদা মপুঙ ফাদ্রবা চনৈনবা কয়ানা খুরৌ থাংহল্লি। মুংশিবা অমসুং মপুরোইবদগী কুইশিল্লকলবা শেলগী রাখলনা কনশিনলক্লবী[৩] মুখরাগুম্বী মুপী অমবু মহাক্কী লোয়নবী ওইখি। ওইজবা থারবা মুপা অমগী পকচেল পীক্লবী মুপী অমনা পীরকপা য়ৈথায়বা কয়ানা সমাজদা হিংলিবা মুপী য়াংলবা পুকচেল অমদি শেংদ্রবা পুন্সিবু উৎলকই। মুখরা লনগীদমক ধর্ম্মবু থওইদ্রবী সতীত্বদগী শেননা লনা থনজবী লমচৎ নইদবী মুপীনি, মপুরোইবগীদমক খাংফম থোকপা

১। .. অহিংসা পরমা ধর্ম্ম, —'মহাভারত'

২। শ্রীমীনকেতন, '(উপক্রমনিকা)' 'থাদোকপা', অনৌগুবা নম্বা, জুলাই, ১৯৪৯, লাঃ ২

৩। শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ, এম, এ, বি, এল.— "মঙোন্দা রোমান্স চংদে, মুংশিববুদি কুইশিল্লকপা শেলগী রাখলনা কনশিল্লকই হায়বা মুপীগী সাইকোলোজিগী স্বরূপনি।" (উপক্রমনিকা ২) 'থাদোকপা', অনৌগুবা নম্বা, ১৯৪৯, লাঃ ১০

অরাবা কয়া মহাক্না থাঙবা ঙমখিদে। মীওইবা সমাজ অসিদা অসি-গুম্বী নুপী কয়না শেংলবা মপ্রোইবগী পুন্সিগী কর্ম্মদা য়েখায়বা পীরি-বসি উপন্যাসকারমা উখি। অদুবু মখোয়গী পুন্সিফাওবা শীতলজিৎতা মীমুংশ থমখি।

মপূঙ ওইবা মীৎয়েংদা উপন্যাসকার অসিনা সমাজ অসিগী মাইফনবা সদানন্দগী পুন্সিগী আদর্শ অমদি কর্ম্মগী লংলবা মশক কয়া উৎলম্লবসু নাকল অমরোমদা মণিপুর সমাজনা কোর্নশিন্দুনা থম্লিবা অরানবা চৎনবী কয়াবু য়ানাংদবা অমদি চৎনবী কয়া অসিবু থাদোক্তুনা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎচনাংবগী ওাকম ফোংদোকই। ওইদবদা থাজনবা, তোকঙানা খোঙ পান্দুনা চেল্লগা অমাং-অশেংগী কান্নব্রবা পোংলুম কয়া অসিবু শাতল-জিৎনা মরূ ফংনা মুৎথংতুনা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎচবা পামখি। সদানন্দনা মীরৈবাক্তা লাইরিক ওঝাগীদমক মহাকপু অমাংবনি হায়না লৈকাইনা ইম্থোকই. মপাগী কম্মদফাওবা অয়েৎপা পী।[১] মসিনা মতম অদুগী মণিপুর সমাজ পুকচেল খুনা হিংলম্মী হায়বসি ময়েক শেংনা উংলি। পোৎশক অমত্তগী থৌরম অমগী অচুম-অরান লেপ্লবা অশেংবা রাখল থিবগী মতুং মীবু হেক্তা অনাবা পীবা অমদি ইম্থোকপগী চুমদবা চৎনবী কয়ানা খুরক হাংদনা লৈরম্মী। মসিগুম্বা সমাজ অসিদা মহৈ হৈরবা সদনন্দগুম্বা মীশক অমবু পুশিল্লকপদা অরাবা ওইখি। অদুবু জ্ঞানগী মমাংদা অপাংবা কয়ানা মরূ লুকপগুম সদানন্দগী মফমদা পুন্নমক

---

১। শীতলজিৎ —"হোষ্টেলদা জাত-অতোপ্পশিংগা লৈমিন্নৈ হায়দুনা সদা-নন্দবু ব্রহ্মসভানা মাংই হায়বদগী মখোয়গী ইমুংসু য়াওনা মাংলে। ...... ... ... ... চুম্না অশিবা হুবা কাওবা য়াওরদ্রে। রা অসিনসু নবদ্বীপতা মপাগী শ্রাদ্ধ শোন্নিংবা মরূওইবা মরম অমা ওইরম্মী।"

'থাদোকপা,' অইবা মশামক, ২ শুবা নম্বা, ১৯৪৭, লাঃ ২

চঙখিবসিনা ককওাওনরবা সমাজ অমনা অশেংবা লুচিংবা অমবু ঙাইজবগী রাখলহু উংলি। সদানন্দগুম্বা পুকচেল তপ্পবা, অশাঙ কল্লবা লুচিংবা লৈরবতদা সমাজ অমনা চাওখংপা ঙমগনি হায়বসি উপন্যাসকার অসিগী ফজরবা রাখলনি।

শেলগীদমক ধর্ম্মবু থওইদ্রবা, ওইজবা তানবদা অতোপ্পগী অরাবা উদ্রবা লৈচং অসি মুখরাবু পোকপা মমা মপাগী মায়কৈদগী উংথোরকই, লাইরববু হুম্বনা খনবা লন লৈরবতদা ইজৎ-সনমান থম্বগী রাখল কম্বাবু চংনবী ওইনা কোনশিনলিবা সমাজগা ফিভমবু অচম্বা খুৎয়েক্তা শীতল-জিংনা য়েকই। লোয়নবা ধর্ম্ম অমসুং অশেংবা বিস্বাসকা ঈরোইনবা সমাজ অমবু শাগৎচানিংবা অইবনা ফজবা নীতি অসিবু মাঙহনবা পাম্মী। লন থুমগীদমক লমচং ফাওবা মাঙহনবদা হালেংদ্রবা চংনবীশিং অসিবু ময়েক শেংনা লৌথোকখিবা পাম্মী। তশেংনমক ধর্ম্মনা পান্দমফম ওইবা সমাজ অমা উপন্যাসকার অসিনা শাগৎচনীংই। মসিগীদমক প্রজা অমসুং লৈঙাকপাশিংগী মরক্তা অশেংবা মরী থম্নবা নাপাল অমদি অচাওরম থাদোক্লবা লৈঙাকলোন অমা পুরকপা পামখি। রাজরাজ্যগী অশেংবা মশক্তা সমাজ অমবু রাক্তপাদবা অমদি অরা অনা কয়া কোকহনবা ঙমগনি হায়বসি থাজখি। গণতন্ত্রবু ধর্ম্মগী খুন্দমদা শাগৎপা হায়বসিনা মীওইবা জাবগী য়াইফবা ওইগনি হায়বসি থাজখি। মসিগীদমক মহাক্না সদানন্দনা চোকথবা লৈতনা লোমখি অমদি লৈবাক নিংথৌ পূম্বা আদর্শ অসিগী মতুংইনখি। তশেংনমক উপন্যাসকার অসিনা ধর্ম্মনীতিনা অথোইবা খুংলায় ওইবা রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী তং তাবা মফম অমমম ফংহনবা মপুং ফারবা সমাজ অমবু শাগৎচনীংবগী অশেংবা রাখলহু মহাক্না 'থাদোকপা' উপন্যাসতা উংখি। পুক্সিগী লানফমদা হকচাং পোলাং চোকথহুনা হিকথত্রবসু আম্মাগী মাইথীবা নাইদ্রবা শক্তমহু অইবনা উংনবা হোৎনৈ। অচৌবা কলাকার হেমিংরেনা মায়থীবা নাইদ্রবা আম্মাগী মশক অরুদা তাংকক্তা উংখিবহু—

He wants a novel victory from it by his courage and resolutions nearly broken physically but spiritually undefined .."[১]
অইবসিনা ইচম চম্বা তাংকক্কা উংলি।

উপন্যাসকার অসিনা অহিংসাগী অথোইবা খুৎলাই ওইহনা মপুঙ ফারবা সমাজ অমবু শাগৎচনীংবগী অপাম্ব: উংখিবহু মহাক্কী অনীশুবা উপন্যাস 'ইমা'গী মমুংদদি অচৌবা অহোংবা অমা পুরকখি। শাংনবা কয়া, ওৎ-নৈবগী মুংশি হৈত্রবা শাজৎনা শাস্তি পামজবা পুন্সি কয়াদা খাংঙমদবা চৈনাখোল শীরক্লবদা, পুন্সিগী ধর্ম্ম অমদি সতীত্ববু কন্নবা থম্বালনা হিংসাগী পাম্বৈ শাজিন্নহনা মপুরোইবগী লমন খুমহনা মুপী ওইবীগী সতীত্ববু হাকন্নখিবসি মহাক্কী উপন্যাস অসিগী মমুংদা থেংনখি। সমাজগী শান্তি থুগাইরিবা, মরম্লাই মুংঙাইবা থাঁবদা অতোপ্পবু অরাবা পীবদা হালেংবা লৈত্রবা মীওই কয়াগী থয়াত্তগী অচুম্ববু কন্নবা তঙায়-ফদনা মথুত্তা খুৎলায় পায়খৎনবা তাঙ্গা অহু লাক্লবদি চিংনবা লৈতনা পায়খৎকদবনি অমদি সমাজ অসিদা অচুম্বগী মফম অমা লেঙদন থম-জনবা হিংসা তৌগদবনি হায়বসিগী ৱাখলনি।

তাশেংনমক শীতলজীৎনা সমাজ অসিবু অশেংবা অচুম্বা মওংদা শেমদোকনীংই ; অসিগুম্বা আশা কয়ানা মহাক্কী অনীংবা ওইরবম্ব মতম মতমগী মতুংইন্না ওৎ-নৈবা তুহৎপা অমদি অচুম্বা পুন্সি কয়াবু খোঙ্গাঙ-নবগী ৱাফম লাক্লবদি মায়োক্লবা হায়বসি মীওইবগী অথোইবা ধর্ম্মনি হায়বসি উপন্যাসকারনা উংখি। সমাজ অসিগী য়াইফনবা ফিভমগী মতুংইন্না হিংসা তৌবা উপন্যাসকার অসিনা পৌগৎলি। অহিংসানা চুমথোকপা ভমজ্রবদি লানথেংনগদবনি হায়বসি নাংশিংই সমাজ অমগী য়াইফনবা মতম মতমগী মতুংইন্না হিংসা অমুং অহিংসা অনীমকপু শীজিন্নবা

১। Stewort Sandergan. Hamingway, 1961, P. 117.

তারকই। মরম অসিনা মুপী ওইবী খম্বালনা সমাজগী শান্তি থুগায়রিবা মপুরোইনগী থরায় মাঙহল্লি অমদি মশাগী সতীত্ব তেমশিংনখিবা গৌরহরিবু খোনা ফনা মায়োক্তখি। অশেংবমক মীওইবা জাতিগী য়াইফনবা শীংনবা লাম্তুংনবা হায়বসি উপন্যাসকারনা শোগংচৈ।

'When its aim is human welfare, when it respects personality, than war is permissible." ১

মণিপুর সমাজগী মনুংদা শেঙ্গাও পায়বা, য়াইতোং খমদোংবা অমদি অচৌবা ফম্নাংবশিংনা শেঙ্গাথুমজা তৌবা চুমদবা শাজং চংপনা সমাজ শান্তি থুগায়নগী শাজং, দরবার মেম্বর ওইরিবা কৃষ্ণচন্দ্র অমদি মনাও মুপা গৌরহরিগী শাজংনা উংলি। অচাউরবা অমদি মরম্নাই মুংঙাইদা থিবদা শক্তিবু লাম্না শীজিন্নদুনা সমাজগী শান্তি থুগায়ববু উপন্যাসকারনা নিন্দা তৌই। লৈবাক্কী ফম্নায়বা ইচা মীচা নাইবগী চুমদবা শাজংনা সমাজদা সমস্যা কয়া পোকহল্লি, কৃষ্ণচন্দ্রনা লম হেনবা মনাওবু কনখৎপদগী লাঞ্জদ্রবা পুন্সি কয়াদা য়েংথায়বা পীরকই সমাজ অসিবু অচুম্বা শক্তমদা ভাক্কবা বিচারপতিনা মত্তবা শাজং চংলবদি কাং-খোং চাইবা তারকই হায়বসি উপন্যাসকারনা উৎপা পাম্মী। অসিনা হেন্না ময়েক শেংনা উংখিবা রাথলদি অহিন্না খঙশিন্নদ্রবা অচুম্বা অমদি পুন্সিগী মমলবু খোঙ্গাওনরগ্রবদি ফিভমগী মতুংইন্না হিংসাগী উপায় শীজিন্নবা ভাই হায়বসিনি। অশেংবমক সমাজ অমগী য়াইফনবা তঙাইফদনা মা হাৎলবদি করিস্নু নিন্দা তৌকম থোক্তে।

"if one man kills another in his own interest, he is doing a wrong; if he does so for the general good he is not to blame" ১

১। Dr. Radhakrishnan' "Religion and Society", Second Edition Third impression, 1956 p. 203

২। মথক্কীসি কাঃ ২০০

হায়বসি মহাক্কী রাখলনি

শীতলশিংনা পামজখিবা সমাজগী মশক অসি ধর্মবু চেকশিন্না লৌশিনজবা, অচুম্বা মফম অমা লেঙদনা থমজবা সমাজ অতুনি। ধর্মগী পান্দমনা সমাজ অমবু য়াইফবা লম্বীদা শেমগৎচনবা অথোইবা উপাইনি হায়বসি মহাক্কা থাজখি। পুন্সিগী কলা কয়াদা ধর্মনা শাগোন্নবা থৌরমশিং মহাক্কা লৌশিনবা পামজখি। নিমাই-সন্যাসকী খোদোক্কা মমা অনীগী মফমদা অশেংবা বাৎশল্য প্রেম শাগৎলি। মীৎয়েং অমরোমদা কলা অমসুং সংস্কৃতিগী ফজবা শক্তমসু শোগৎলবসু সমাজ শান্তিগীদমক মীওইবগী মফমদা অচেৎপা মান্নুংশি থন্নবা কলানা খোদাং লৌবসিবু উপন্যাসকারনা পামজনা উৎখিবনি।

শীতলজিৎ হিন্দু ধর্মগী অচৌবা প্রচারক অমা ওইনা হিন্দু ধর্মনা মপুঙ ওইবা সমাজ অমবু শাগৎনিংই হায়বাসদি ময়েক শেংই। অতুবু খৃষ্টান ধর্মগী শান্তি অমসুং অহিংসাগী পাউজেলবুসু মহাক্কা থাজখি। মহাক্কী উপন্যাস 'রোহিনী'দা মিসনগী অঙাংশিংনা "লাইবু নুংশিগদবনি,... মহাক অসি নুংশিবগী অবতারনি।"[1] হায়না শকপা ঈশৈদা রোহিনী পুক্নিং লুপশিনবা ঙমখি। মণিপুর সমাজগী মনুংদা চৌংমী-তম্মী অনীগী মরক্তা অচেৎপা লীপুন অমা থম্বগী রাখল মহাক্কা মরু ওইনা ফোঙদোকপদা মাগী ইমাগী মনুংদা হম্বালবু হাওতোম্বী মানহল্লি অমদি রোহিনীবু চৌংমীগী শক্তম লৌহনা মতম কুইনা চৌংমীগী মরক্তা শাইদাংফম লৌহনখি। চৌংমীশিংগী অশেংবা থমোয় মীয়োক-মীচানফবা অমদি চন্না হিংজবা পুন্সিগী মশকপু মচেৎ ওইনা ফোঙদোকই শীতলজিৎকী মীৎয়েংদা আদর্শনা হেনখিবনা হেক্তিগা আদর্শ ওইবা মীৎয়েংদা মহাকী পাত্রশিংব শেম্মী। চয়দা রোহিনীগী লাইবক্তা নোংদমখোলনা

১। শীতলজীৎ, 'রোহিনী'. (খোঙচৎ) ২ শুবা ফোঙবা কোইজম ইবোবী, ১৯৪৮, লাঃ ১০৯

পুরকপা পুলিসগী অকোয়বদা সমাজগী সমস্যা কয়াবু মচেৎ মচেৎ ওইনা 'রোহিনী' উপন্যাসকী মনুংদা লাক্লোকই। মীরৈবাক চৎতুনা জগোই শারিবীশিংগী লীচৎ অমদি মখোয়বু হুন্দনা য়েংবা মীৎয়েং, লোয়ননা মমৈ-থংদা জাতিগী ইজ্জৎ নাগহনবগী থৌরম অমা ওইরে খন্দুনা সমাজনা থিংখিবগী থৌদোক উৎলি।[১] অতুবু শেল তানবগী আশাদা মরবাক জগোই শারীশিংগা লোননা লোননা মপালনোমদা চৎনরম্বা ফিভম য়েকই। মরমসিনা রোহিনীনা গোপালগা মণিপুর থোরকপদা জগোই শাবী ওইরবোই নিংতুনা পুলিসনা ফারুই।[২] তংকক অসিদা শেঙ্গা-থুমজা পামজবা পুলিসশিংগী শাজৎপু করেম্না উৎলি, অইবা অসিনা সমাজদা দায়িত্ব চাউনা লৈরিবা দারোগাগী অরানবা লীচৎপু করেম্নে। মতম অতুগী সমাজদা পুলিসশিংনা কদায়কাওবা চোপথরম্বগে হায়নদু উৎলি।[৩]

উপন্যাসকার অসিনা হিন্দু ধর্ম্মদা লুপ্পবা সমাজ অমবু মপুংওইনা উথিবনা অঙাং ওইরিবা রোহিনীবু লালসাকী ঈশৈদা প্রেম শিন্দুজবা ঙমহল্লি। লোয়ননা মীনোক মৈশা কল্লবা মণিপুর সমাজনা লাইবক থীবী রোহিনীগী লাংলৌ ওইরকখি। মচিন-মৌপরা ওইনা চম্না লোই-নজবা গোপাল অমসুং রোহিনী অনীগী মরক্তা লৈকাই মীনোক চঙ-লকখি। করিগুম্বা মতমদা মীওইবগী অচম্বা থমোয়, শেংলবা লমচৎপু উবিদনা লাঞ্জদবা মীওইবু পাউনীংখোলদা অরাবা পীবসি মণিপুর সমাজগী হৈনজবী ওইনা লৈরকই। অচুম-অরান কুপ্পা থিদনা তোকঙাদা হেক্তা থাজবা মীগী পুন্সগী ইজৎপু খোঙ্গোইনবগী হৈনবীসি অইবনা

১। শীতলজিৎ, 'রোহিনী', কোইজম ইবোবী, ২শুবা কোঙবা, ১৯৪৮, লাঃ ২৪-২৬
২। মথক্কীসি, লাঃ ২৫
৩। মথক্কীসি লাঃ ২৬

নিঙ্গা তৌখি। শীতলজিৎনা 'রোহিনী'গী মনুংদা উংলিবা সমাজগী সমস্যা অমদি সমাজগী পামজবা শক্তম অসি অচৌবা থৌরাং অমা নত্রগম্বু অচম্বা শক্তম খরদা পামজবা মচল অমদি উংলিবনি। অচুম্বগী মফম ফংজবা অশেংবা পুন্সি কয়ানা শাগংপা সমাজ অমগী আশা তৌজখিবনি। তোকপা, শেঙ্গা-থুমজা থাদোক্লবা অমদি মীগী উপকার তৌহনা সমাজ অসিগী সমস্যা কয়াবু কোকহনবা হোৎনবা হায়বসি শীতলজিৎনা পানজবা লম্বীনি।

অইবা অসিনা মাগী অরোইবা উপন্যাস 'মুংশি রাখৈবা'দা মণিপুর সমাজগা চুশিন্নবা ঙমদ্রবা য়াম্না তুরয়িংবা পুন্সি অনীবু উৎতুনা মখোয়গী অকোইবদা থোরকপা সমস্যাগী মশক অহু উৎলি। নায়ক ওইরিবা রাধাচরণ নমথাক লৌনম লৈদ্রবা হোংলকলিবা সমাজগী য়াওন্দা শরুক য়াবা ঙমদ্রবা শিনবাংদবা মীশক অমা ওইহল্লি। কলাবু পামজরবা রাধাচরণ ড্রামা য়াওবী চন্দ্রাদেবী অনীগী মরক্তা অচেৎপা লীপুন অমা শাগৎলবম্বু সমাজ অসিনা অশেংবা পুন্সি অনীবু ইকাইখুম্নবা ঙমখিদে; সমাজ অসিনা লীলা ড্রামা য়াওবীবু হুন্থনা য়েংবগী থাদোকপা ঙমদ্রবা শাজৎনা রাধাচরণ অমদি চন্দ্রাদেবীগী পুন্সিদা অরাবা পুরকখি। অচুম-অরান খিদ্রবা সমাজ অসিনা জগোই ঈশৈ তৌবী লীলা-ড্রামা য়াওবীবু হুন্থনা য়েংবিবগী থাদোকপা ঙমদ্রবা শাজৎনা রাধাচরণ অমদি চন্দ্রদেবীগী পুন্সিদা অরাবা পুরকখি। অচুম অরান খিদ্রবা সমাজ অসিনা শন্দোকই। ঈশৈ তৌবী লীলা ড্রামা য়াওবীবু হুন্থনা য়েংবিবদগী চন্দ্রদেবীনা পামজবা কলাদা থৌনাফনা শরুক য়াবা ঙমখিদে। ঈশৈ তৌহনা শেলতানবদা থৌনা করা ঙমখিদে। নাকল অমরোমদা পুন্সিগীদমক কলাবু শীজিন্নবা ঙমখিদব শ্রীথীয়েটর রাধাচরণ অমদি চন্দ্রানা তোকখিবদা মুৎপা তারকখি। উপন্যাস অসিদা কলাগী মপাল নাইদ্রবা থৌরাং অমদি মুংশিবগী মুৎনাই-দ্রবা মতীকপু পামজনা উৎপ্রবম্বু অইবনা সমাজ অসিনা কলাবু ইকাই-খুম্নবা ঙমদ্রবা অমদি কলাকারশিংবু হুন্থনা য়েংবগী শাজৎপু য়ানীংদবা

উৎখি। শীতলজিংনা কলা হায়বসি সমাজ অমগী য়াইফনবা লমদা শীজিন্নগদবা অনৌবা খুৎলাই অমা ওইনা পামজনা লৌখি। মীংয়েং অসোমদা উপন্যসকার অসিনা উৎলি কলা হায়বসি সমাজগী অচৌবা শকয়েং ওই রবনি। মতীক চারবী শ্রীঃতিনা চন্দ্রা কায়নচুনা নাইত্তোম তাহৌরবা রাধাচরণগী পুন্সিদা তিনজবা পামখিবা অমদি শ্রীথীয়েটরগী মেনেজরনা রাধাচরণগী মফমদা চঙজরকপসিনা তশেংবা কলাকার অমগী অরাংবা পুন্সিবু ইকাইখুম্নচুনা ময়েক শেংনা উৎলি। তশেংনমক উপন্যাসকার শীতলজিংনা কলাগ শেনগীদমক শীজিন্নবগী মচুৎ কলাবু সমাজগীদমক শীজিন্নগদবনি হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলি। সমাজগী সমস্যা কয়াবু অশেংবা কলানা শেংদোক্কনি; অমকপনা থল্লবা মপূং ফাদ্রবা পুন্সি কয়ানা থল্লবা সমাজগী অরানবা নীতি নিয়ম শেমদোক্লবা কলাবু শীজিন্নগদবনি হায়বসি উপন্যাসকার অসিনা ফজরবা য়াথলনি।

অনীশুবা লাঞ্জাওনা নৈথায়রবা পুন্সি কয়াগী কায়রতোক্লবা চৈনাখোলনা থল্লবা সমাজ অমবু অচম্বা খুৎয়েক্ত। মহা ওইরিবা অার, কে, এলাংবমনা মহাক্কী ‘মরূপ অনী’দা উৎলি[১] শরৎ চান্দনী অচাং অনাগী পুন্সিগী অকোইবদা লালগী চৈথা ফংলবা সমাজ অমগী চোকথরবা শকুমবু নাকোয়নবা উৎলকই। মমাগী সংস্কৃতিগী লংলব মশক্তা ঈংনা চক্লা পাঞ্জরকপা মাণিপুরী সমাজদা অনীশুবা লাঞ্জাওগী হৈনদ্রবা চৈনাখোল ফংলকপদা কাংখোং চাইবগী নুঙাইত্রবা সমস্যাশিং মথং মথং লাকখি। অচম্বা পুন্সিগী য়ারী লৈরবসু অঙাং অনীগী পুন্সিদা ফংখিবা চৈনা কয়া অসিনা মণিপুর সমাজনা লালগী চৈথা ফরম্না থাওখিবা অমদি অনীনা পুন্সিগী খোচফম অমা লাক্লমদাইদা শেৎনা থাইনবা কয়াগী চৈনাখোল ফংখিবা হায়বসি উৎলি। মমা মপা কায়নরবা মবুং মৌপা শেৎনরবা মরূপ-মপাং কয়াগী পুন্সিবু মুংশি হৈত্রবা লালনা

---

১। রাজনীকান্ত, ‘মরূপ অনী’, এপ্রিল, ১৯৫১,

লৈরোল চনশিনখিবগী মীকপখোলন তিল্লবা সমাজ অমগী মশক্তা পুন্সি কয়ানা চৈনাখোল খাঙন হিংখিবা শক্তম অদু অইবনা মীয়ুংশিগা লোয়নবা য়েকখি। তশেংনমক উনাসকার অসিনা লালগী চুংশিহৈবা শাজংপু য়ানিংখিদে। লালফম্না অশংবা সমাজ অমবু পুরকনি হায়বদু থাজবা ঙমখিদে, শরৎ চান্দনা অঙাং অনীগী অচম্বা রারীদা লালবু পামজদবা উৎলি। লালসে করিগী তৌরিবনো? চৈনাখোলনা থল্লবা সমাজ অমবু পুরক্লিবা লাল হায়বদি মীয়ুংশি খংদবা পোৎশক্কি হায়বসি অইবা অসিনা থাজখি। কবি রাওনিনসু বোনহেমগী লানফমদা অশিবা কয়াগীদমক য়ুংনাংবা রাখল মশু-মপুগা রারীদা ফোঙদোকখি।

"They say it was shocking sight/After the field was own. For many thousand bodies here/Lay rotting in the sun; But things like that, you know must be/After a famous victory"[১]

অমনা অনৌবা পুন্সি কয়ানা শান্তিগী লম্বীদা শেংনা হিংজনবা মীয়ুংশি হৈত্রবা লানফম হায়বসি লাকহল্লোইদবনি হায়বসি এলাংবনা নাকোইননা ফোংদোকই। নাকল অমবোমদা লানফম্না নৈহৎত্রবা মণিপুর সমাজবু অইবনা উংথোকপগ লোয়নবা মীয়ুংশিন থল্লবা অচম্বা পুন্সিদা হিংলম্বা ডাও অসিনা মমাংগী চয়ুংদা খোদাং পাওজরম্বা অমদি মীয়োক মচান ফবগী ফজবা মওকপু উৎখোকই।

ধর্ম অমদি মশাগী সংস্কৃতিদা লুপচয়মবসু ধর্মগী মিংদা হেক্লিনবা শাজং লেরম্মী হায়বসিদি নোংকবা রাকমগা লোয়নবা ফোঙদোকই। সমাজ অসিনা ধর্মগী মিংদা কায়নবা মচমদা রাই চিলতনবসিসু এলাংবনা নাশোন পিক্না করেমনৈ। অদুমকপু সমাজ অসিগী অচৌবা খোদোক

১। Robert Southey, "(After Blenheim)", English verse, vol. IV, World's Classics, 1971, p. 131.

শুইনা অইবনা শীংথাখিবদি নত্তে। লালগী মৈয়াম্না রাইরবা, শায়র্বা মণিপুর সমাজগী মৈশা শুয়ক্তা অঙাং অনীবু লংশিন্দুনা মীয়ুংশিংগী শক্তম অমা শাগংপনি অমদি লালগী মীয়ুংশি হৈন্ত্রবা শাজংনা শোকহল্লবা সমাজবু উৎতুনা লালবু থাদোকপা পাম্বত্থ উংপনি। লালগী মৈছ্রাং পাইরবা পল্লেপফম শঙন্ত্রবা মণিপুর সমাজগী মশক অমা উংখিবা অইবনা ধর্মগী অর্থনীতিগী অমদি রাজনীতিগী কাংখোং চাইরবা মশক কয়াদি শীংথাখিদে লোয়ননা মীওইবগী পুক্লিং ইহুলগী লাকশিমবা ঙমদ্রবা ঈথিলন পুরকখিবা সমাজগী সমস্যাশিংবুস্ম শোক্লুবা তৌদে। ওইজবা তানবগী মরন্নাই হুংঙাইবা থিবগী অমদি লমচং কান্লবা পুন্সি কয়াবু পুথোক্তুনা উংপগী মওংদা লালগী চৈনাখোল মরক্তা তনীক্লা খাংলবা অঙাং অনীগী নৌরবা পুন্সিগী রারীবু অইন্ন ইচম চম্বা খুৎথাদা লীবনি।

অইবশিংনা মানা মানা পামজবা মীৎয়েংগা লোয়ননা সমাজগী মশকপু শেমদোক্লিংবগী আশা ফোঙদোক্লবা সমস্যা কয়াবু কোকহুম্নবা পামজবা মওংদা লমজিং লীবনি।

অইবা রামসিংদা মোং হাদ্রবা মণিপুর সমাজগী মনুংদা চেংনা কোনশিন্দুন থম্লিবা ধর্মগী থেম্নবা মীৎয়েংদা চৈনা খাঙলবা পুন্সিশিংগী-দমক নীংঙনদবা পোকখি। লোয়ননা সমাজগী অবানবা চৎনবী অসিদগী লাম্থোক্লবা লম্বী খিখি। মহাক অঙাংহলগুম্না পোলোইদা লম্মুক্লখিদে; জাতি বর্ণগী পান মখুৎমক্তা নমথায়দনা নবকিশ্বর যামিনি অনীগী পুন্সিগী পনথুংফম শীখি: অছুবু অরা পোলোইগী মৈথো অমা উৎতুনা নোংদম থীরবা পুন্সি অনীগী থাংগুখক্তা রারীনা সমাজগী অরানবা চৎনবীদি মুংশি থঙন্ত্রবা মওংমি হায়বসি উৎনবা লাক্লখি। সমাজ অমতংগী মনুংদা হিংমিন্নরিবা, পুন্সিগী অরা-অনাগী মপাউ হংনরিবা অমদি অমনা অমগী তেংবাং লৌনরিবা পুন্সিশিংগী মরক্তা ধর্মগী মিংদা পুশিল্লকপা অথুবা মীৎয়েং চুমদ্রবা চৎনবী অমদি ওইজবা তানবশিংগী থুংশেম ওইরবা নীতিনা

সমাজবু চৈনাখোল কংহল্লি, অমদি পুন্সি কয়াগী শেংলবা আশাদা তেমশিংবৈ হায়বসি অইবা রামসিংনা উৎচখিনা রাখলনি। অসিগুম্বা নীতি অসিনা সমাজ অসিগী শান্তিদা লেপ্পা লৈতনা কায়হৌই; মীগা মীগগী মরক্তা থেন্নবা থমত্রবা শেংলবা সমাজ অনৌগীদমক লাংতক্লজবা রামসিংনা হিন্দু ধর্ম্মদা লুপলবা মৈতৈ সমাজ মরক্তা চুমদবা চৎনবী কয়াবু লৌশিন্দুনা থমই, লোয়নননা মীবু মীনা তুকৎচবগী হুস্তনা লৌবগী অপাংবা চৎনবী কয়াসি লাল্লি খঙনা থাদোকপা ওমদে হায়বসি উৎলি। হেন্না পুক্রিং থিংজিনবা য়াবদি মৈতৈ সমাজনা চীংমীশিংবু হুস্তনা খল্লবস্তু অশেংবা থমোয়, অচুম্বা পুন্সি অমদি মীসুংশিগী শেংলবা মফম অমদি চাংমীশিংগী মরক্তা মরাক চুম্না লৈ অমদি পুন্সিগী মমলবু রাংনা লৌবসি চীংমীশিংনা তম্মীশিংদগী থাম্না হেল্লি হায়বসি রামসিংনা ময়েক শেংনা উৎত্রে, চক্লবস্তু মশীং য়ামদবস্তু পুন্সিগী মমল অমদি মীসুংশিগী মফম চাউনা কল্লিবা চীংমীশিংগী সমাজনি অমদি ধর্ম্মবু লাইনীং ওইহিবা অমদি ধর্ম্মগী মিংদা ওাঙজবা মৈতৈ সমাজদদি নাকল অমদা ইহো হোরক্লি হায়বসি রামসিংনা ময়েক শেংনা উৎলি। য়ানীং-দবগী অকনবা চৈথা অমদি পুন্সি কয়াগী আশা থোংগাওনবা তারিবা ফিবম অসিদগী নাম্থোক্লবা লম্বী অমা রামসিংনা খিখি, অমদি লম্বী অতুগী মাওদা পুশিল্লকপা অরানবা চৎনবী কয়াবু থাদোক্কদবনি হায়বসি উপন্যাসকার অসিগী অশেংবা লমতাক্লি। তশেংনমক রামসিংনা ধর্ম্ম অসিগী মথুংদা হিংদুনা হিন্দু ধর্ম্মদা বিশ্বাস থম্লবস্তু ধর্ম্ম অসিনা কোনশিল্লিবা অরানবা চৎনবী কয়াদি লাক্তুনা হুদোক্লীংথ। ধর্ম্মগী মিংদা পুশিল্লকপা অরানবা চৎনবীশিংবু হুদোকপা পামজবা অইবনা হিন্দু ধর্ম্মবুদি থক নিন্দা তৌখিদে, শরচন্দ্রনা হিন্দু সমাজনা ধর্ম্মগী মিংদা পুশিল্লকপা অরানবা চৎনবী কয়াগীদমক শুৎনাংবা লাংতক্লবা অমদি য়ানীংদবা কয়া উৎলবস্তু ধর্ম্ম অসিবুদি থক নিন্দা তৌখিদে হিন্দু ধর্ম্মগী নীতিবু নিন্দা

তৌবগী মহুৎ চুমদবা চংনবী কয়ানা থোকহল্লকপা সমস্যাবু পুথোক্লুনা উংথিবনি।

"He is certainly crititical of the contemporary society when it is not in argument with his own ideas but he never flouts, the accepted moral of the Hindu society at any time' [১]

রামসিংগী থুংইদা হিন্দু সমাজগী মহুংদা কোনশিন্দুনা থম্লিবা ফত্তবা চংনবী কয়াবু পাক শন্না নৈনহুনা চুমদবা কয়া পুথোক্লুনা উংত্রবস্থু য়ানিং-দবা কয়াগী মহুংদগী মরূ হক্রবা শক্তম অমথকপু পুথোক্লুনা উংথিবনি।

মীথা পোল্লিবা মতমদা পুন্সি হকথেংনবা হৌরকখিবা খাংঙত্রবা চৈনাখোল, মহাও য়াঙদ্রবা পুন্সিদা, নাংতম্বা হায়বা পোংশক্লু মতৌ করম্না পুরক্লুনা মণিপুরী সমাজবু অমুক্কুং মুক্তি ফংগদগে হায়বসিনা অকনবা ঈথিল ওইরকই। চৈনাই নাইথাং নাইওইবগী লাকচথীবা কনানা অতোনববু তুহুৎপগী শক্তিগী লমজেংদা পুন্সি কয়া অমদি পুন্সিগী আশা কয়াবু খোঙগাঙনবদা চিংনবা পোক্লবা চংনবী কয়াবু থমোয় শোক্লা য়ানীংদবা ফোঙদোকখি। অঙম-অথৌ ফম্নাই ফনাইবা কয়ানা কা হেনবা লমচৎ চংপদা থিংবানবা নৈতবা ওহাক্নী ম্লংঙাইবা থিবদা শেংলবা পুন্সি কয়াবু মাংখোকপদা নাচুংবা পোক্লবা অখাবা লাচং কয়ানা সমাজবু মশক থীহল্লি অমদি শারমচং মাঙওইনরবা পুংকন পাঙ্গনবা কয়ানা অতোনববু লাকথুহুনা পান্নরিবা তাইবংগী সমস্যা কয়াদগী নাম্হোক্লবা লম্বী থিখি। মশাগী সত্তাববু হাকম্নবদা তমুবীগুম্বী কয়া কয়ানা অৱা পোৎলুম পুবদা নাচুংবা পোক্লবস্থু পুন্সিগী মঙল থঙত্রবা শেলুংবগুম্বা কয়ানা শক্তিবু লান্না শীজিন্নহুনা মীওইববু শজি শঙাই তানবগুম থুহুম

১। Dr. Sukumar Sen. History of Bengali Literature', Sahitya Akademi, New Delhi, 3rd edition. 1979, p. 315

চনগে তেমশিংখি। স্বর্গ নরক অনীগী খেন্নরবা মশক্কুম মীওইবগী মন্নুংদা অচৌবা খেন্নবা কয়া লৈ রবসিনা ফত্তবা সমস্যা কয় থোকহনবদা হালেংবা লৈতে। পুন্সি কয়া খোঙনেংনবদা নাচুংবা পোক্রবা মী-ফত্ত কয়াগী মখুত্তা শক্তি শীন্নরুবনা হৌখ্রবা পুন্সি হৌজিক্কী পুন্সি অমদি তুংলমচত্তসু কোকপা নাইদ্রবা সমস্যা কয়ানা সমাজবু মৌকপ মীরাওখোলনা থলহলবা তাখিবনি। মসিগী দমক গুণনা লম্বী থিনবা কন্না হোৎনখি। মীনাই ফুঙ্গা মুৎথৎপা পামজবা গুণনা মীনাই ফুঙ্গা লীংবগী চৎনবীনা শোকহনখিবা চাউবা, তোম্বা অমসুং তমুবীনচিংবা পুন্সি কয়াবু পৃথোক্তনা থমোয় কায়রবা রারীবু থরাই যাওনা 'লমন'দা লীথি। রাজনীতিগী লম্বীদা লমুক্লরবা শক্তিগী লমজেন্দা মণিপুর সমাজনা কাং-খোং চাইরকপা মীকুপ্পা য়েক্লবনা খুদোংচাবা লোৎহনা মৈতৈ লৈবাক খুন্তাক লাকশিহনখি। অসিগুম্বা তাংকক অসিদা অচৌবা য়ুম্ফম অমা ওইনা অইবনা লৌশিন্দুনা লীংজেল মান্নদবা, জাতি মশেল য়েংথীনবা হায়বসিমক নংত্তম্বা হায়বা পোৎশক অত্থবু মাঙহন্নবা মরমনি হায়না ময়েক শেংনা উৎলি। রাজনীতিগী লমদা কাং-খোং চাইরকপদা শেল-থুমগী ফীভম থমথেংনা শোকচিলহল্লি। মসিবু লাইরবা তোল্ল-তারবা পুন্সি কয়ানা খুদম ওইনরি। চহি তরেং খুন্তাক-তৌদা অচুম্বা অমদি ধর্মগী মশক মাঙশিল্লকপা তাংকক্তা জাতি অসিগী ইতিহাসতা অমুবা কালিনা কোকপা নাইদনা ইত্থনা লৈহৌবসিনা তুংগী মীরোলশিংনা অফবা পারা অমদি ওইহৌই। উপন্যাসকারনা মীথা পোনবগী চৈনাখোল অত্থদগী নাম্থোক্লবা লীংজেল মান্নবগী লীচিং অসি থক থাদোকফদে হায়বসি উৎলি। শক্তি তান্নবদা অথুবা মীৎয়েং থম্বা, অচুম্ববু তুংওইনত্থনা শক্তিতবু খুমক্লুংদা পায়শিনগনি হায়বা আশাসি তুংকোইরোইদবা থৌগৎনি অসিগুম্বা শক্তি তান্নবগী অকনবা লৈরিমথৈ; জাতি অসিনা অরাবা কোক্কদবা লৈতে হায়বসি অইবনা উৎখি, মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা হাক্তক্তা নিংথৌ প্রজা চীংমী তম্মীগী মরী থারম্বা অমদি অপুনবা সমাজ অমদা ভমজবা খুদোল তৌনরম্বত্থ মৈদিংঙু অসিনা

থুগাখিবগা কাং-থোং চাইবা ফিভম অমদা লাকখি। নিংথৌমচা মশেল নিংথৌ খুভম মুম্নবদা অঙম-অংৌশিংনা কাওলুপ নাইনরকপা অমদি নিংথৌ শেম্বা কয়াগী মুকথায়নরক'দা সমাজ অসিদা অর'বগী নোংলৈ ভুম্বা হৌরকখি অসিগুম্ব' তাংকক অসিদা শেলুংবগুম্বা ফম্নাইবা কয়ানা মনীং হেম্না তম্নকখি, লোয়ননা চমজরবা পুন্সি কয়াদা ওং-নৈরকখি। মুপী ওইবীগী সাত্তৈভদা লংজরুবগী নাচুংবা পোকখিদে ভইবা গুণনা চেংনা থাজবা অমদি খমদোং য়াইতোংবশিংনা সমাজগী সমস্যাবু থোক-হনবগী মরুওইবা মরমনি ; মথোয়না দায়িত্ব পুক্ষম থোকপনি হায়বসিনি। চম্না ছিংজরিবা লাইরবা প্রজাশিংগী পুন্সিদা লমজিং পীগদবা অমদি ভাকশেনগদবা অচৌবশিংনা মশা মশাগী ওংঙাইবা থিবনা জাতিগী ফিভম অসি য়ৌনা য়েনা শোকচিনখিবনি। অসিগুম্বা দায়িত্ব লৈবা মীশক-শিংনা পুকচেল ফজনা পুন্সিগী শিম্বা পাংতুনা লৈবাক্কী থৌ পুরবতদা সমাজ অতুনা হইরম খুদিংদা চাওখৎকনি অমদি মরা তপ্প পানবা ঙমগনি হায়বসি অইবনা ময়েক শেংনা উৎলবনি মহাক্কী লমনগী মপুংদা মুপী কয়াগী লীরি থোইরিবা অমদি অচুম্বা ফজবা লীচত্তা মরা চেংন হিংজবগী রাখল পরাং অমদি ময়েক শেংনা লাম্ভোকই, থুম্লাকপীগী অথাও কনবা, মপুরোইববু চেংনা নীংজবা অমদি অচুম্বা মশক খঙনা থৌনা ফবগী লংলবা শক্তম্না মুপীগী অরাংবা ফিদম কয়া ময়েক শেংনা উৎলকই। ফত্তবা চংনবী কয়াগী মায়োক্কা ইচং থৌনা লেপ্পদা চিংনবা পোকখিদে লোয়ননা লংথোকখিবা লংনগী মমল অমুক শীংলুদে। ফত্তবা সমস্যা কয়াগী, অমদি ১মা ওইপী অমগী রাংলবা থমোয় অমবু লৌশিন্দুনা শান্তি পাম্বী মুপী অমগী মশক উৎলকই। তমুবীগী সতীত্বগী মশক অমদি মীথাপোম্না হিংবা পামদ্রবা শাজং অমদি থাঙখিবা অরা-অনা কয়ানা কাউঙমদ্রবা মুপীগী ফিদম অমা পীবা ঙমখি। চৌংম্নী নিংঙোল চংনিং ফাওবগী মফমদা শেংলবা চৌংগী ঈফুৎকুম মক্রুবা থমোয়গী মশক পুথোক্তুনা মুপীগী শেংলবা পুন্সিগী পাম্দম উৎকে হোৎনৈ, উৎসু উৎখি

অইবা অসিগী খুৎইদা লমচৎ নাইদবা কনাগী মফম পীখিদে। রাজনীতিগী কাং-খোং চাইরবা তাংকক্তা মুংশিবগী মউ অমদি চেৎনা লিংখি। অদুবু মরু ওইবা সমস্যা কয়াবু লান্থোক্লবা লম্বীদি লীংজেল মান্নবা অমদি পুকচেল চাউবগা লোয়ননা পুন্সিগী শিন পাঙবতুনি। অইবনা জাতি অমগী খ্বাইদগী শোক্লবা সমস্যাদি মীখা পোনবগী সমস্যা অসিনি হায়না লৌই। মীখা পোন্না হিংবগী মহুৎ মীকুপ অমতং মনীং তম্না হিংলম্বনা হেন্না ফৈ। মনীংতম্বা ফংনবা থবায়গী পোন্থাদা নিংচম্নরোইদবনি হায়বসি উংখি। মরুওইনা গুণনা মণিপুরী সমাজবু কুপ্না য়েংশিন্দুনা সমাজ অসিনা লৈতোরবা লম্বী খুদিংদা মপাংফারনা শক্তম অমা শাগৎনবা চীং-তম অনী খুশম্লগদবনি লীংজেল মান্নবতনা মপুংফাবা সমাজ অদু শাগৎকদবনি হায়বসিমদি ময়েক শেংনা উংখি।

গুণগী রাখলদা মণিপুরী সমাজনা মতম শাংনা মায়োক্লরম্বা মীখা পোনবগী থারবা মহাও অংবু তরাইনা খন্দোকপা ওমদবতু 'খুদোল'গী মতুংদম্ন অদুমক উংথোকই। মহাক মশামক্তা শরুক য়ারিবা মণিপুরী সমাজনা মীখা পোন্না হিংলম্বগী চৈনাখোল অদুবু কোকহন্নবা লম্বী থিবদা থবায় য়াওজখি। অদুম ওইনমক গুণনা চেৎনা লৌশিনজরম্বদি জাতি অসিগী মথায় থায়নদগী লৈরক্লবা সংস্কৃতি মশাগী থাদোকফদ্রবা কলাগী মশক কয়াগী লংলবা শক্তম অসিনি। অরানবা চৎনবী কয়াবু অচুমঅরানগী খন্দা ওনবা ওমদবা অমদি সমাজনা হেক্তা লৌশিন্দুনা থম্লিবা চৎনবী কয়াদুনা থমোয়গী মমল ফাওবা খোঙ্গাওনবা তারকপা মুংঙাইদ্রবা সমস্যা খরদি ফিভমগী মতুংইন্না য়েকথোকই। লাঙদ্রবী থম্বালগী পুন্সিদা অসিগুম্বা চুমদ্রবা চৎনবী অসিনা বদনামগী মাহিং কাহল্লি।

চৈয়াওচীংগী থৌদোক্লা থম্বালব ফাপে তেম্বশিংখিবা রাথোক অদুনা থম্বালগী পুন্সিদা মক্লবা দাকফমনি হায়না লৌবা তারকই মরমসিনা

গোকুলগী মপানা লাঞ্জদ্রবী থম্বালবু মীখুৎ চম্লুরবী [১] নি হায়না পাঙথোকই। সমাজনা মুপী ওইবীগী পুন্সিবু তয়াং তশোয়না লৌবিবা অমদি অচুম-অরানগী রাখল লেপ্পা ঙমদ্রবা, সমাজগী মনুংদদি চেৎনা কোনশিল্লিবা সমস্যানি। করি অত্থক হায়গনি। মণিপুরী সমাজদা তুমন নিঙোলনা পোকপা মচা নিঙোল ফাওবা বদনামগী মাহিং অমদি পুন্সিদা চম্লফম পীবগী রাখল ফাওবা লাপ্পা থম্লরম্মী। মরমসিনা বোকুলগী মপানা মচা রারকপদা তুমন নিঙোলনা পোকপা মুপীবু মমৌ ওইবা ঙম্মোয় হায়না অকনবা রাখল ফোঙদোকই। [২] অসিগুম্বা চুমদবা রাখলশিং অসিবু অইবনা মু থৎচনিংবগী রাখল উৎলি। লোয়ননা শীংনবগী মশকক লোয়ননা থৌনা ফরবা রতনগুম্বগী আশাবু ফোঙদোকই। [৩] সমাজগী চুমদবা চংনবীগা শীংননবা রতন্না সরোবু লুহোংগে তেমশীংলুই অত্থবু মরুপকী আশা খঙলকপদা শামায় লৈখিবতনি। সমাজগী মগুংদা অসিগুম্বা সমস্যাশিং অসি পীক্রবা সমস্যানি হায়না উপন্যাসকারনা তয়াং-তশোয়না খন্দোকপা ঙমখিদে। তশেংনমকস্মু মী-ওইবগী থামোয়গী মঙলনীদমক অরানবা চৎনবা কয়াগা তেংশিংনবা হায়বসিদি উপন্যাসকারগী থৌদাংনি। উপন্যাসকার অমা হায়বসিদি সমাজগীদমক অচেৎপা ব্রত্ত চঙই। শরৎচন্দ্রগী পান্দমস্মু মশাগী পান্দমদি সমাজগীদমক মপুংফারবা ব্রত্ত পাঙথোকপা হায়বসিনি হায়না থাজখি। [৪] অপাম মীহৌবনা খুতুম চনপ্রবা কনানা নমজা নমথেক্লত্থনা

---

১। হিজম গুণ 'খুদোল' ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৮, লাঃ ১৩২

২। মথক্কসি।

৩। মথক্কসি লাঃ ১৪৪।

৪। Humayun Kabir, 'Chatterjee is also an artist but he also believed that the artist has a direct social obligation' 'The Bengali Novel', Firma K. L. Mukhopadhyay, Calcutta, First Edition, 1968, p. 73

পুন্সিগী আশা থুংগে তাল্লকপদা মুপী ওইবগী পুন্সিদা কয়াগী মতিক অরাবা নংবা অমদি মতুনা সমাজদা থোকহল্লকপা সমস্যাবু গুণনা তয়াংনা লৌখিদে। পুন্সিদা শান্তিগী পাওজেল পী মুপী ওইবীশিংনা থাদোকফদ্রবা মুংশিবগী মশক্তা ভক্তিদি হক্লবা গুণনি হায়না লৌই।

লমনগী মনুংদা শারমচংনা মাঙওইনবা শেলুংবনা তমুবীবু ফংগে তাল্লকপতুগী অতোপ্পা মশক ওইনা থম্বালবু রত্নাকরনা খুংম চনগে হায়না হন্না হন্না তেমশিংই। অতুবু খুদোলগী মনুংদা লমচং মাঙলবী সমাজগী মায়দা অমুবা কালি তৈহল্লিবী নুপীগী মফম পীখিদে। অশেং-নমক মণিপুরী সমাজদা মুপী ওইবীগী অরাংবা ফিদম লে। মশাগী ইজং ঙাক্লা হিংজবী, ফিদমবু মতমচুপ্পা চেকশিন্না পৌজবী মৈতৈ চনুগী আদর্শবু গুণনা কাউথোকপা ঙমদে। সমাজ অসিদা লমচং মাঙলবী নুগী কয়ানা থোকহল্লকপা সমস্যা মরাঙ কায়দে। মথোয় অতুনা মফম খরদা লোম্না থুপ্পা হিংলম্লবংে শীংথানবদা ভাঙনা থোকই। গুণগী খুয়েত্তা সমস্যা কয়ানা থল্লবা সমাজ ওইনা উখিদে মীনাই য়োঙ্লিং থাংজবা সমাজ অমগী মশক্তা শাগৎলবসু মণিপুরী সমাজনা মশাগী কলা সংস্কৃতিগী লংলবা মশক্তা লুপচববু পুন্সিগা থায়দোক্লবা ঙমদ্রবা ওইনা শিংথানিংঙাই ওইবনি হায়না লৌই। মরমসিনা মোইরাং লাই হরাওবগী জগোই শাথেক্তা ঙাওজে, চৈরাওচীংগী থোদোকপু পামজনা লৌশিল্লি। আদর্শবু চেংনা থাজবা গুনন মণিপুরী সমাজগী মপানদা থোদোক কয়া শাগৎলকশদা ফিদমগী মশক ওইরবী পুর্ণিমা মমাবু থেংনরুই। ভক্তিগা ইরোয়নরবা পুর্ণিমাগী কংথোকপনা পান্দমফম ওইবা মুংশিবগী মশকতা হেন্না থৌনা পীশিল্লি।

মীথা পোনবগী মুংঙাইদ্রবা সমস্যাশিং অমদি মতুগীদমক অকনবা লাখেংগী রাখল পোল্লকখিবা লোয়ননা অনৌবা যুগনা লাক্লদাইদা মণিপুর সমাজগী কাং-খোং চাইরবা সমস্যা অতু মহাক্কী উপন্যাস অরোইবা পাউদমগী মমুংদদি য়াম্না ময়েক শেংলকই। অনীশুবা লাঙাওগী শরুক

অমা ওইনা পুন্সি অমদি পুন্সিগী আশা কয়া নৈহৎপ্রবা কাং-খোং চাইরবা মণিপুর সমাজগী মশক অমা অইব অসিনা য়াম্না থরায় য়াওনা উৎথোকয়। নীংতম্বা হায়বা পোৎশক অসিগীদমক মীওইবনা থরায়না পোম্থা ওইনা লাম্থেনগদবনি। মীখা পোল্লবা সমাজ অমদা হিংলিবা পুন্সিশিং অদুমক হিংবগী মমল য়াওদ্রবা, মহাও য়াওদ্রবা লেমখাক্কি পুন্সিনি হায়বসি শুগনা লৌই। মীখা পোল্লবা সমাজদা নীংতম্বগী লংলবা মুক্তি পুরক্কবা মীওইবনা হনবা লৈতনা লাম্থেংনবা হায়বসি অথোইবা ধর্ম্মনি হায়না থাজে। মসিগীদমক থরায় কৎপবু অথোইবা পূর্ণাহুতি পীবনি হায়না শুগনা শীংথারি।[১] লিংজেন মান্নবা ইচঙ থোৌবা অমদি মমা লৈবাকপু মুংশিবতনা শান্তি অমদি মরাং কায়রবা সমাজ অমবু শাগৎপা ওমগনি হায়বসি শুগনা উৎলকই। মসিগীদমক মহাক্কী লমচৎশিংগী মমুংদা থৌনা ফরবা মীশক কয়া চোংথোকহল্লি, চাউভৌপা, শাজৌবা অমদি খুঙ্গংচন্দ্র যমুনানা ইচঙ থৌনা নীংতম লানগী থৌদাং পাওলকই। মীখা পোল্লবা সমাজবু লাক্তুনা লংথোক্লবা অকনবা লাম্থেং মরক্তা আজাদ হিন্দগী লান্মী কয়াগা লোয়ননা চাউভৌপানা থরায় কৎখি[২] নীংতম লালগী মৈয়াক ফরবা যজ্ঞগী মৈরীমুংদা পুন্সি কয়াদি অকংবা শীংগুম কেনফম থোকপনি হায়বসি উৎলকই। নীংতম লান্দা থরায় কৎপদি মপোক মহৈ য়াল্লবনি হায়না শীংথাই। মীখা পোল্লবা সমাজদা য়েক্লবগী মখোঙ কোন্দুনা হিংবগী মহুৎ মুংশিজরবা মমা লৈবাক অদু ফাওবা খাদোকপদা নাচুংবা পোক্লবা অরংবা রাখল শাজৌবনা উৎতুনা পুন্সিগী ওইনা তায়া চংখি। তশেংনমক অইবনা মীখাপোনবা সমাজ অমদা হিংলিবা পুন্সিশিং অদু য়াইফদা মচেৎ তামতা য়াওদ্রবনি হায়না থাজে। সমস্যা পুম্মক্কগী মীখা পোনবগী সমস্যানা খ্বাইদগী হেন্না তমথীবনি হায়বসি মহাক্কী 'লমন', 'খুদোল' অমদি অরোইবা পাউদম' দা মরীক চুন্না উৎলি।

---

১। হিজম গুণ, 'অরোইবা পাউদম' কুমারা হিজম শ্রীমতী দেবী, ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৮৯, লাঃ ১৬২-১৬৩।

২। মথক্কসি।

লোয়ননা সমস্যা অসিদগী নাম্থোক্লবা অমত্তা ওায়রবা লম্বীদি লান হায়বসিনি হায়বসি উৎনবা কন্না লাক্লখি। মীৎয়েং অমরোমদা গুণ লান হায়বা পোৎশকসিবু শোগৎপা অইবনি। সমাজগী য়াইফবা পুরক্লবা লান হায়বসি ছন্দোকপা য়াদ্রবা পোৎশকনি খন্না লালবু হরাওনা ওকচৈ। লালবু স্বাগত তৌজবগী রাখলসিমক্তি ফিভমনা পুরকখিবনি। মীথা পোল্লবা সমাজ অমগী মুক্তিগী লম্বী থীবদা অরোইবা উপাইদি লাল হায়বসিনি হায়না লৌরুবনি।

অনৌশুবা লাঙ্গাওনা নৈহৎথ্রবা মণিপুর সমাজগী মশক উৎপগা লোয়নন অইবনা ন্নুংশিবা, অপাম-মিহোৎবা অমদি কথোকপগী মক্রুবা মশকশিং মাগী উপন্যাসশিংদা উৎথোক্তুনা লালফমগা শাগোননা পুন্সিগী মন্নুংদা থেংনরিবা সমস্যাশিংস্বু লাস্তোকই। লোয়নন লাকচখিবগী তমথীরবা রাখলদগী অচৌবা লাঙ্গাওথোরকখিবনি লোয়নন লাকচখিবগী শাজং অসিনা অচম্বা পুন্সি কয়াগীস্বু সমস্যা ওইদবা য়ারক্তে। পুক্লিং খুতুম চনব ডমদবা অপাম-মিহোৎবনা মডওইনবা পুন্সি কয়ানা ন্নুপীগী সতীত্ববু খোঙ্গাওনগে হোৎনবগী মশক অরোইবা পাউদমগী মন্নুংদা নবকুমারগী শাজত্তুগী উবা ফংই। অহুবু করাম চাউবশিংনা মায়খিখিবা শক্তম উৎতুনা পুন্সিগী ইজৎ ডাক্লা হিংজবী মৈতৈ ন্নুপীগী লংলবা পুন্সিদি মসিনি হায়না লেন্নজবগী মশক অমা উপন্যাসকারনা মাগী উপন্যাস খুদিংদা লাস্তোকই। লমচৎ কামনবী নুপী কয়াগী অমদি লনগীদমক পুন্সি য়োস্থোক্রবী কয়াগী শাজৎ অইবনা পুন্সিল্লকাখিদে। মণিপুরী সমাজদদি অসিগুম্বা সমস্যা অসিদি অতাওবনি। ফিদম ডাক্লা হিংজবী ন্নুপী ওইবীশিংগী ইকাইথুম্নবু লাকচবগী রাখলসি অইবদা নেংনা লৈ। অহুবু মহাক্কী সমস্যাশিংগী মন্নুংদা অচম অথৌ অমদি শেঙ্গাও পায়বশিংনা ন্নুপীশিংগী মফমদা লংজবা অমদি মথোয়গী সতীত্বদা অমকপা ওইংন্নবা হোৎনরুবদগী খোরকপা থেঙ্গায়নবা শক্তম অসিদি হেক হেক উৎলকই।

অইবনা অসিগুম্বা কা হেনবা শাজং অসিগী মায়োক্তা, অশেংবা পুন্সি লম্বীদা খোঙ থাংনবা রাখল উথোকই। সমাজ অসিগী শান্তিগী রাখল খঞ্জবা অইবনা অসিগুম্বা লমচং নাইদবা পুন্সিশিংদি শোয়দনা মায়থিগনি হায়বসি উৎলি। নুপীগীসু অকনবা অমদি চেৎলবা থমোয় লৈ হায়বসি অইবনা য়াম্না মরীক চুন্না ফোঙদোকই অসিগুম্বা রাখল পরাং অসিগী মথাদা মহাক্কী অপীকপা উপন্যাস 'ঐখোয় তাদা' হায়বসিগী য়ুমফম থোল্লকই। থৌবা অ.সুং নাংথেম কৌবা অপীকপা অঙাং অনীগী পুন্সিগী ফিভমগা মখোয়বু পোকপিরম্বীগী মশাগী কলঙ্ক অমদি শীংনবগী থারবা লীংজেলগা মরী লৈনহল্লি। অদুগ জাতি অসিগী মনুংদা থাদোকপা ঙমদনা লৌশিন্নবা পোক্নশিন্নবা য়াদবগী, মীবু মীনা হুন্দন খনবগী ফত্রবা সমস্যানা থাদোকহল্লকপা পুন্সিগী অরাবা কয়াতুনা হেন্না মরু ওইবনি। কৌত্রক নিংগোল অমবু নাগী মমৌ ওইনা লৌশিনবা পামদ্রবা ইফালগী নুংঙাই য়াইফবা ইমুং অমগী মমৌ য়ুম্বুরেনগী শাজংনা মশামক্কী অমত্তা পোকচবা মচানুপাগী পুন্সিগী অরা পোলোই অদু পুরকপা তাখি। সমাজনা হুন্দোকপা ঙমদনা লৌশিন্নম্বা মীবু মীনা হুন্দনা লৌবগা চংনবী শাজং অসিনা সমাজ অসিগী লায়নানি। অদুগুম্বা চংনবী অহনা লাঞ্জদ্রবা পুন্সি কয়াদা অরাবগী সমস্যা ওক্তরকই। মুকথায়নবা কয়াগী মরক্তা নৌনা য়েংশিং হুনখিবা অপীকপা অচাং থৌবা অমসুং নীংথেমনা পুন্সিগী হিংবগী লানফম অদু ইচঙ থৌনা থেংনবা তারকই। মচাগী অরা পোলোই তাল্লকপা মীকুপ্তা ইনাক খুনবা মপুনা মশাগী অরানবা রাখল থঙলক্তুনা অঙাং ওইরিবা নীংথেমবু মপাগী কম্ম পাঙনবা থীরকখি। মতম কুইনা ইথোকলুরবা অঙাং অনীবু মম-মপা অনীনা থুপত্রবা মতুংদা লৌথৎখিবসিনা সমাজগী মমুংদা ফত্তবা চংনবীবু শোগংলুবা কয়াগী মমিং পাঙহল্লকপগী রাখলনি। অনীশুবা লাঞ্জাওগী তথোরব, শাজং অমদি নীংতম লানফমগী মমল লেপখিবা উপন্যাসকারনা মীথা লোনবগী শোক্লবা সমস্যাশু মহাক্কী মতৌ উপন্যাসশিংদা নৈনতুনা উৎখিবনু মহাক্কী "ঐখোয়

তাদা' গী মমুংদদি সমাজগী লাইনা ওইরবা অরানবা চংনবী কয়া, মীবু মীনা লাকচথীবগী অশোনবগী মরল অকনবনা মুন্দুনা চাবগী ফত্তবা লীচংনা থোকহল্লকপা সমস্যা কয়া অদুদা পূক্রিং থিংজিন্দুনা য়েংখিবনি। অদুবু তেল্লবা অশিবনা রাখৈরগদবা পুন্সি অসিদা অসিগুম্বা লন-থুমগী অমদি লাকচ-থিবগী খুরবা রাখল অসিমক কান্নদবনি। সমাজবু শান্তিগী লম্বী পীনবা ইশানা অচুম্বা মশক থংনা হিংগদবনি হায়বসি অইবগী অশেংবা রাখলনি। রাখল অসি উংপদা অইবনা আধ্যাত্মিকী স্বর অমগা ঈরোইনৈ। পথৌ নাইবা পুন্সিদা কল্লবা মিহৌগী কান্নদ্রবা লাচংনা হৈনরিবা মীওইবগী থৌরাং অরেম্বনি। অসিদা করিসু অরেপ্পা লেতে; তেল্লবা পুন্সিনি, কান্নদ্রবা মীওইবগী লাজংনি হায়না অইবনা শিংথাখি।[১] অদুবু গুণ মণিপুর সমাজগী মনুংদা অরা-মনুংতাই খায়না হিংবা অমদি ফত্তবা সমসা কয়া ওইজবা তানবশিংনা থোক-হল্লকপবু মুংনবা রাকং লানখংলি। মাগী পুয়েক্তা অরানবনা মমৈদা হেক হেক মায়থীহনবসিনা অচুম্বনা মমৈদা জয় ওই হায়ববু উংপনি।

লমচং মাংলবী পূক্রিংগী ঈহলনা ভুমহুনা পুন্সিগী লংলবা আদর্শদা কাইরক্লবী অমদি ঐখোয় থরা অদুগী লমচংনা সমাজগী অরোল-অফোং কয়াগী সমস্যা ওইরকপগী ফিভমশিং অদু ইবোহলনা মহাক্কী উপন্যাস 'ইমানা ঐবু মাওহনবনি' অমসুং 'ঐদি ওকুবীনি' অনীদা পুথোকুনা নৈন-রকই। অচাওরম পামজবী লনবু মীহৌবদা অচুম-অরান হুন্দোক্লবী মুপী থরনা সমাজগী তিলগুম নোংম নোংমগী চিকশিল্লদুনা সমাজগী লাইনা কয়া পুরকপা য়াবগী ফিভম অমবু ইবোহলনা পুথোরকই। অদুম ওইন-মক উপন্যাসকার অসিনা লৌশিল্লবা সমাজগী মশকসি থুনাম হানৈনা থল্লবা ইরাংদা লুপথ্রবা ওইদবা লৌনমনা থল্লবা, শেঙ্গা থুমজাগী উজার মেলা অমদি লমচং নাইদবী কয়াগী য়াকাবুং ওইথ্রবা সমাজগী মশকু

---

১। হিজম গুণ, 'ঐখোয় তাদা,' ২শুবা ফোঙবা, ১৯৬৮, লাঃ ১১৮।

নত্তে মীৎয়েং অমরোমদা লমচৎ নাইদবী কয়াগী পুন্সিবু চন্নফম লৈত্রবা, লোয়ননা মখোয়গী পুন্সিনা পোলোইদা মায়থীরকপগী মুংঙাইত্রবা ফিভম অত্তুনি। চীংলল্লবা, পুন্সিগী মমল খঙনা হিংজবদা অপেনবা খিরিবা মণিপুর সমাজদা লমচৎ নাইদবীশিংগী মফম থিবদা রানা থোকই। মখোয়বু লাপ্পা ইম্মোকপা মণিপুরী সমাজনি। মরমসিনা মেম্মনা 'ইমানা ঐবু মাঙহনবনি' হায়বা উপন্যাস অসিগী মমুংদা মফম কয়াদা মায়থীবা ফংবা তাখি। লোন্না থুপ্পা পূক্লিংগী ইহুলনা শন্দোরকপা লাইনানা মকা ফোংলকপদা মমায় ফিরুপ খুয়ুকপী মুপা খরগী লমচৎপু উপন্যাসকারনা চেকশিন্না লৌশিন্দুনা মোং হাত্রবা মণিপুরী সমাজগী মমুংদগী অসিগুম্বা মচল অসি মফম কয়াদা লৈরি হায়বসি উৎলকই অত্তুবু অইবনা সমাজ অসিগী মমুংদা মখোয়গী মমলদি লুখাকলাগুম লৌখি। মখোয়গী পুন্সিবু ইকাইখুম্নফম পীবা শক্তম অসিনা মণিপুরী সমাজদি চাংমুংগী ঈফুংকুম শেংলবা সমাজ অমবু মতম চুপ্পদা আশা তৌজবনি থমোয় মক্লবা লমচৎ নাইদ্রবা কয়াগী য়াকাবুং ওইহনফম থোক্তে হায়বসিদি ময়েক শেংনা উংখি। মৈবু ফিনা কুপ্পুনা থম্না য়াদবগুম মীকুপকী মুংঙাইবা থিবদা হকথ্রবা দাকফম কয়া নোংম নোংমগী ময়েক শেংলহনা সমাজগী অরোনবা সমস্যা ওইরম্বদগী সমাজগী অফোঙবা সমস্যা ওল্লকখি। মসিগীদমক রায়েলশংদা মেম্মনা বিচারপতিমকী মমাঙদা মহাকী পুন্সিগী অরোনবা ৱারীবু মকা ফোঙনা লিথোকপা তাখি।[১] অইবা অসিগী মফমদা পুন্সি হায়বসি ফোঙদোক্তনা খুমজিল্লিবা ৱাথোক কয়াগী মফম ওইনা লৌরকই। মপালথোংদা ফোংদোরকপা সমাজগী সমসা খরতনা সমস্যা কৌবা য়াদে। মুংগী সমস্যা কয়া অসিবু সমাজগী সমস্যানি হায়না শীংথাবা পামখি। দি এইচ, লোরেনসনা সেক্সকী মরী কোমথরকপা

১ | খুমনথেম ইবোহল, (পুন্সিগী অহানবা থোঙথাং), 'ইমানা ঐবু মাঙ-হনবনি' অহানবা নম্বা, ১৯৬২, লাঃ ১৮

অমদি অরোনবা লায়না কয়া নারবা সমাজ অমগী মশক উৎলম্বগুম উপন্যাসকার অসিনসু সেকসকী লায়নানা নারবা পুন্সি খরগী অরোনবা থৌদোক্না ফোঙলকপা শক্তম অদুবু উৎথোকপনি উপন্যাসকার অসিনা পূক্লিংবু লাকশিনবা ঙমদবা অমদি খুদক্কী মুংঙাইবা থিখিবা পুন্সি কয়ানা মমৈদা ফিরুক খুম্বা উৎতুনা লমচং নাইদবশিংনা পোনলাইদা মায়থীবগী রাখল পরাং লান্থোকই। সমাজগী সমস্যা কয়া অসিগী দায়িত্ব লমচং নাইদবীশিংগী মফমদা হেঙ্গৎলি, মসিবু কোকহম্নবা পাম্বৈদি থমোয়গী মমল খঙবা অমদি পুন্সিগী অতুম্বা লম্বী থিবা হায়বসিনি হায়না হবো-হলনা লৌই। অদুবু অইবনা অচাউরম পাম্বী, লন মাহৌবী মুপী খরগী পুন্সিবু পুথোকপা সমাজগী অমকপা সমস্যা কয়া নাচুংবা লৈতনা থোকহল্লিবা শক্তমবু করেম্নদুনা মণিপুর সমাজদা অসিগুম্বা ওক্ত-লমচত্তা লায়চুরবা অমদি কারবারগী লমদা মকা ফোংলবী ওক্তবী কয়াগী মফমদি পীথিবা লৌতে। তশেংনাক অচৌবা লৈবাক কয়াদা চাওখৎলবা সহর কয়াদা ওক্তবীগী মফম লিংতুনা হিংনবা কারবার পাওথোকপবু মণিপুরী সমাজদদি ওইথোক্তে তরমসিনা শাংং অসিবু য়াম্না হন্থনা লৌবগা লোয়নননা সমাজগী অমকপা মাহিংনি হায়না লৌই। অমরোমদা ইবোহল সমাজগী মনুংদা সমস্যা ওইনা লৈরবা লেঞ্জা-থুমজা হরাও-কুম্মৈদা মতম অমদি চাদিং হেন্না তৌনরিবা সমাজগী সমস্যাশিংবুদি কাউথোকই। অমরোমদা মহাক্কি লমচং নাইদবী অমদি ইন্দ্রগী ঈহুল লাকশিনবা ঙমদ্রবা মুপা মুপীনা সমাজগী অমকপা সমস্যা কয়া থোকহল্লকপা অমদি লমচৎ নাইদবীশিংনা পুন্সিগী লানফমদা মাইথীবগী রারাং ইচম চম্না লৌজবনি।

কুমারী থোইবীগী মীৎয়েংদা মণিপুরী সমাজদা মায়োক্নরিবা মখল মথেলগী সমস্যা কয়াবু থিদুনা মদুবু কোকহম্নবা লম্বী থিবগী মহুৎ ইচম চম্বা পুন্সি খরা পুথোক্তুনা পামজবা বারী লৌজবনি। মণিপুর সমাজদা মায়োক্নরিবা সমস্যা কয়ানা মুংনাবা লাংতক্নবা অমদি নীংবা

কায়বা রাখল কয় থোইবীগী মফমদা পোকহনখিদে। অহোইনহুম মণিপুর সমাজগী চাক্লা লেমন হিংজরিবা শক্তমদা পেনজবা ওন্মী, অদুবু থমোয়গী ওইবা মরীদা হুংশিবা অমসুং থাদোকপগী মমলবু লৌজবগী অচেৎপা মখল অমা অইবীগী থাজনা থমজারিবা সমাজ অসিদা অচৌবা সমস্যা কয়া থোকহল্লকপা য়াবা ফত্তবা চৎনবী কয়াগা থেঙ্গায়নবগী মশক্রা মহাক্কী উপন্যাসকী সমস্যা ওইহনখিদে। অদুমকপু সমাজ অসিগী মনুংদা নিঙোল ওইবীশিংগী থমোয়গী মমলবু খঙবিদবা মখোয়গী পুন্সিগী অচুম্বা আশাদা খুৎ থিংজিনবিহুনা তাইওরবা থৌরম কয়া মমা-মপা ওইবশিংনা পাংথোকপিরকপদা নীংবা কায়বা তারকপগী ফিভম মহাক্কী 'রাধা'গী মনুংদা নৈনহুনা উৎলি। অহকপা সমস্যামক নত্তসু পুন্সিগী অচুম্বা আশা থমোয়গী মমলবু ইকায়খুম্নফম থোকপনি হায়বসি অইবী অসিগী রাকৎনি। লোয়ননা হুংশিবগী মমলবু খঙদ্রবদি নীংবা কায়বা কয়া থোকহন্নবা থৌরমনি হায়বসি উৎলি। মীৎয়েং অমবোমদা রাধারাণী অমদি কৃষ্ণচন্দ্রগুম্বা মীশক কয়া শেমগৎতুনসু জ্ঞান লৈরবশিংনা সমাজগী সমস্যা কয়াগীদমক পায়থৎলকপা য়াবা থবকশিং অদুদি উৎনবা তাঞ্জা পীখিদ্রে। অদুবু থোইবীগী মীৎয়েংদা মীওইববু য়াম্না মানুংশিংগা লোয়ননা য়েংজবা পুন্সিগী অরা-অনাবু লুনা খঙবগী রাখল য়াওরি। মহাক্কী 'চৌংদা শাৎপা ঈঙেল্লৈ'দা চাংতম তনীগী থাদোকফদ্রবা মরী অমদি অতা ওইবা সমাজ অমা মতম চুপ্পা কায়দনা থাজবগী তাশাবু ইচম চম্না ফেঙদোকচবনি। মীওইবনা মীওইববু ইকাইখুম্নবনা সমাজগী সমস্যাশিংদগী নাম্থোক্লবা খুৎলায়নি হায়বসি কুমারী থোইবীগী ইচম চম্না শাগৎচবা রাখলনি।

তোকপম ইবোমচানা মীওইবনা মীওইববু ইকাইখুম্নদ্রবা অমদি কান্নদ্রবা রাখলদা মীবু মীনা হন্থনা থনবদগী থোরকপা সমস্যা অমনা মরুওইনা লৌদুনা মহাক্কী 'মোংফম'গী মনুংদা শেৎন-খাইনবা অমদি পুন্সি অমগী অরা পোলোইগী রারী লীররি। ইমাকথুনবা খুৎকন

পাঙ্গনবশিংনা লাইরবা মীচঙ রাংপা কয়াবু লাকথুদুনা থম্বীরিবা অমদি মখোয়না আশা কয়া থুগায়বদা নাচুংবা পোক্রবা মচোরিংনা অরাবা সমস্যা কয়া খোররুবা মরুওইব খৌরমনি। অসিগুম্বা অবাবগী সমস্যা অসি খোরক্রিভৈদা পুন্সিগী অচুম্বা লম্বী হায়বদু মশক খঙগদবনি অমদি মীনা মীবু লাকচশিবগী তমথীরবা শাজৎ থাদোক্কদবনি হায়বসি উপন্যাসকারনা ফোঙদোকই। অচুম্বা অমদি ফজবনা মপুংফারবা সমাজ অমবু শেমগৎপা ঙমগনি হায়বসি ইবোমচানা ইচন চয়া থাজখিবা রাথলনি। অচুম্বা হায়বা পোৎশকসি লুংশিবা অমসুং কখোকপগা থাদোক্লবা য়াদ্রবা পোৎশক্কি হায়বসিস্থ অইবনা উংলি। সমস্যা কয়াগী মথল মখেলগী কল্লবা খৌদোক্তা মুকখায়নবগী মশক উত্রবসু উপন্যাসকারনা লুংশিবা কৌবা পোৎশক অদুবু ইকাইখুম্নখিদবা অমদি লাকচথিবগী শাজৎনা মাঙওইনহনা ইনাকখুনবা, খুংকনবা ইমুংগী নিঙোল শখিতোম্বীগী অশেংবা অশাদা থাজখিবনা মহাক্কী মোংফমবু শেম্নিবা লম্বী ওইখি। নিংঙোলশিংগী য়াইফনবা থনবা রাখলদা শেরান্নরকপা অমদি থমোয়গী মমলবু কাউখোক্লদগী অরাবগী সমস্যা অসি পুরকখিবনি হায়না লৌবা তারকই। লুংশিবা হায়বা পোৎশক অসিবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নদুনা সমাজগী সমস্যা কয়াবু লাম্থোক্লবা নহা ওইরিবা ইবোমচানা লম্বী থিরম্বনি। মহাক্কী অনীশুবা উপন্যাস 'মঙ লৈবাক'তা মঙলৈবাক্কী মশক ওইরবা অনৌবা সমাজদা চীংমুংগী নিংঙোল চম্লবা অমবু পুশিল্লকপদা চুশিন্নবা ঙমদনা মাঙখিবা মুংঙাইত্রবা সমস্যা অমবু মীমুংশিগা লোয়নননা লীথোকই। থরা হন্দোক্লগা য়েংবা মীৎয়েংলোমদগী ইবোমচানা প্রিমিতিভ সোসাইটি অমগা অনৌবা সমাজ অমগগী মরক্তা লৈরম্বা তমথীনা খেন্নবা শক্তমবু উৎথোকপনি হায়না লৌবসু য়াই। অদুবু অইবা অসিনা অসিগুম্বা সমাজগা মমুংদসু লুংশিবা কৌবা মক্রবা পোৎশক অদুমক হাকথেংনদুনা লুংশিবগী মমল থমোয়গী খাংঙমদ্রবা তেংথা অমদি মসিগী মমলবু নৌহৌননা লেপকে তেমশীংখি। মীৎয়েং অমরোমদা চাং লৈবাক্কী ওইবা

মীকোক তানবদা (হেড-হনন্তিং) অমদি হাৎনবদা হালেংবা লৈত্রবা প্রিমি-তিভ সমাজ অদুদা মীয়ুংশি উৎলবসু অকিবগী মশক ফংলবা সমাজ অদুবু লৌশিনদুনা অনৌবা সমাজ অমা শাগৎনিংগী রাখল অইবনা ফোঙদোকই। অনৌবা আইন অনৌবা চাওখৎলবা সমাজগী মুংশিংনা য়ৌবা ঙমদ্রবা পুন্সি মমলবু থৌশাদনা হাৎনবদা হালেংবা লৈত্রবা সমাজ অদুদগী মক্রুবা থমোয়না মহাক্কী ওইঙবী মুপী অমবু মুংশিবগী লৌচিংনা মরম ওইদুনা অনৌবা সমাজদা পুশিল্লকখি। অদুবু নমথাক লৌনমগী লাকচ-থিবনা ঙল্লবা লমচৎ নাইদ্রবা সমাজ অদুদা চুশিন্নবা ঙমদনা থাংঙু থক্কা কেশ্বা তাখি। অনৌবা যুগনা পুরকপা চাওখংলবা সমাজনি হায়না খন্নরিবা সমাজ অসিদা লমচৎ নাইদবগ অমদি মীকুপকী মুংঙাইবা থিবগী, লোয়ননা মশা মশাগী ওইবা রাখলদা লুপ্পদুনা শেংলবা পুন্সি কয়াবু মাংথোকপগী মীপাইবা পোকএরা ওক্রুমবু উৎলি। মুংঙাইত্রবা খৌদোকশিং অসিনা অচৌবা সমস্যা ওইদুনা সমাজবু লৈতাহন্দে লাকচ-থিবগী হৈনবা কয়া অসিবু থাদোকত্রিমখৈ সমাজ অসিবু য়াইফবা মশকতা শেমগৎপা ঙমখিরোই। মাংইবগী থমোয়বু মশক থঙবা অকনবনা অশোনবগী ইঙৎপু ঙাকপীবা হায়বা ধর্ম্ম অসি কাওথোক্লবদি কাংখোং চাইরবা সমাজবু শেমগৎপা ঙমখিরোই হায়বাস অইবনা উৎতুনা লমচৎ নাইদ্রবা শাজৎপু খাদোক্লবা দাবা তৌই। চাংমুংগী মীহাৎ মীপূনগী অমদি মীকোক তানবগী সমাজ অদুদগী লমচং নাইদ্রবা অনৌবা সমাজ অসিনা কারম্ন হেন্না ফগত্তে হায়বাস ইবোমচাগী মীৎয়েংদা থেংনরি। লমদুইগী শাজং চৎলুবা থমোয় শেংদ্রবা অমদি শারমচৎনা মাঙওইনবা মীওঙ কয়ানা মপুঙওইবা অনৌবা সমাজগা হৌথ্রবা আকিবগী মশক ফংলবা মীকুপ খুদিং হাৎনশুনবা অমদি চাওখৎতবা সমাজ অদুগা খল থানদুনা এল্লি। লোয়ননা অনৌবা সমাজ অসিবু মুক্তি পীনবা অশেংবা থমোয় অচুম্ব রাখল তঙাইফদে হায়বসি ইবোমচানা উৎলি। মসিগী-দমক্তা লাইবক থীবা চাংমুংগী মুপামচা অমগী অরাবা পোলোই উৎলি।

পাচানা মমুং হোৱরা মপানগী কুয়োমতনা ফজনা উৱিবা ঐখোয়গী সমাজবু নৈনহনা মায়কৈ খুদিং নীংবা কায়বতনা থল্লবা অনৌবা যুগগী মথোং হুক্রবা মণিপুরী সমাজগী শক্তম্‌বু 'না তাথিবা অহল অমা'দা য়াম্না মরীক চুম্না ফোঙদোক্লি। অনৌবা যুগনা অনৌবা আশানা থল্লবা সমাজ অমবু শাগৎলক্কনি থাজরম্বা মণিপুর সমাজনা লম্বী লম্মুকরক্তুনা লমচৎ মাঙলবা মীওইবগী থমোয়দা অচুম্বা পক্রবা নমথাক লৌনমতনা থল্লবা জুং চাদ্রবা পুন্সি কয়াগী য়াকাবুঙ ওইরক্লবদা পাচানা থমোয় শোক্না নিন্দা তৌরি। মায়কৈ অমত্তদা নত্তে, মায়কৈ খুদিং হীরম খুদিং লৈখা তারবা শারমচৎনা মাঙওইনরবা অমগা অমগা থাজনদ্রবা থাজ-ফমসু থোক্রবা হিংহৈদ্রবা শক্তম অমদা মণিপুরী সমাজনা খোঙ থাঙলি হায়বসি উৎলকই। মশাগী মতিক মথৌনা অমদি অচুম্বতনা পান্দমফম ওইনা পাঙ্গল ফুদোক্তুনা হাইনা হুমনা পায়ম্বা মণিপুরী সমাজ ঙসিদি লৈখা তাত্রে।[১] কাংথোং চাইরবা মীনুংশি পক্রবা, মীওইবগী রাখল পোকত্রবা মীশকশিংতগী তুংনফম ওইখিহনা অচুম্বা থৌনা অশেংবা পাঙ্গল অমদি পারা পুরীগী পুন্সিগী মশকপু ইকাইথুম্নরক্তহনা ঙসিদি চৈনা-খোলতনা থল্লবা, মাংকৈ খুদিং নীংবা কায়রনা সমাজ ওইররে। পাচা হীরম খুদিংদা মণিপুরী সমাজবু কুপ্না য়েংশিল্লি। লমচৎ নাইদ্রবী পুন্সিগী মমলবু থওইদ্রবী মুপী কয়াগী কাঙবু ওইরবা তুকচরবা সমাজগী সমস্যাবু হুন্দোক্তে। অনৌবা যুগকী সমাজদা সেক্সকী ফ্রিদমদা মীওইবগী থমোয় অমদি পুন্সিগী মমল অনীগী শম্নফম লৈত্রবা শক্তমদা নীংবা কায়বা ফোঙদোকই। রাখল চোইরবা জাতিগী শক্তম লৌহনা সমাজগী[২] সমস্যা

১। পাচা, "মীওইবা কাঙবু কয়া কয়া মকোক নোম্নখিবা, থৌনা লৈবা মীওইশিংগী তাংলবা হুকচাংগী ঈ মরীক মরীক্। থোনখিবা নত্তবা ঙসি ঐগী ঈরৈবাক।"
'না তাথীবা অহল অমা' গীত্মবুক ষ্টোর, ২ বা খুৎনম, ১৯৮২ লাঃ ৫-৬

২। মথক্তসি লাঃ ১

কয়াবু মথং মথং পুথোকই। উপন্যাসকার অসিগী মীৎয়েংদা মায়কৈ খুদিং হৌরম খুদিং নিয়না নাইদ্রবা, মপোং হুকত্রবা মপৈ মপৈনা পুন-শিন্দুনা শাগৎপা সমাজ অমগী শক্তম্নি হায়না লৌরি। সতীত্বগী রাংলবা আদর্শ অমদি মহুগী মরুম থুগা লংলবা পুন্সিগা শাগোন্নন যুগ কয়া কয়াগী মকচ্রবা ইতিহাস শাগৎলকখিবা মীতৈ মুপীগী থৌনা ঙসিদি মরায় চায়গ্রে। ওক্তবী লমচৎ নাইদ্রবী শারংথোক কয়াগী নোক খেবা খোঞ্জেল্লা নাকোং শীংজা য়ৈগ্রবনি। মীকুপকী গুংঙাইবা থিবদা, কনানা লনগীদমক শাদোং য়োল্লগা মায়থোংদা মথোয়গী লায়না লোংশিংনবদা নাচুংব পোকচ্রবা অসি তমথিরবা সমস্যানি। শেঙ্গা থুমজাগী লাকচথীবগী অমদি চীরোল চৎপা কয়ানা অচৌবা ফম কোল্লিবা সমস্যানা থল্লবা সমাজদা শান্তি হায়বহু লৈফম থেক্তে মরকসিদা অচুম্বা পামজবা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎচনিংবা নহারোলশিংগী লালহৌ অহুবু য়াম্না মুংশি হৈতনা নমহংলি। নহারোলশিংগী অচুম্বা রাখল উনা উনা উশিন্নদে। হুরানবা নমথাক তৌবা সরকারগী খুয়াদা কুল্লিবা মীনাইমুপা পুলিশ এস, পি, অনা লালহৌবা নহারোলশিংবু মরাল পী। অহুবু পাচানা নীংথিনা খঞ্জরনবদি লালহৌবশিং অহুগী অচুম্বা রাখল উগনি; এস, পি, অহুনা ওলবকীদমক ওইদবা ঙাংলিবনি হায়বহু ফোঙদোকপনি[১] তশেংনমক অচুম্ব খল্লবস্তু নত্রগা খঙলবস্তু অচুম্বা তৌবা য়াদ্রবা অচুম্বা থৌদাং পাঙলুবদা মতমগা চানদ্রবা মীশক ওইহুনা সমাজদা মফম ফংলরোই-দবগী তানকম অহু য়ৌনা শোকচিনগ্রবা সমস্যাতনা লাঙ্গোই চল্লবা অচৌবা সমাজনি। অহুবু হয়াও কুপ্নৈ, ধর্ম্মগী মিংদা ইরাংদা তাউরিবা অহুগা অচুম্বা অমদি বিশ্বাসকী মশক্তি য়াওদ্রবা লৈথা তারবা সমাজনি হায়বসি উংলি। পাচানা অসিগুম্বা পামদ্রবা সামাজ অসিদা শরুক

১। পাচা, 'না ভাখীবা অহল অমা', 'মৌনহাগী শাজৎ' গীতা বুক হাউস, ইমফাল, ১৯৮১, ল্যাঃ ২৬

য়াক্লবদা তমথীনা নীংবা কায়বত্থ উৎংলি। লোয়ননা জাতি অসিগী ইপা ইপুশিংনা শাগৎলম্বা লংলবা সমাজ অদুবু নৌহৌননা ঈখৌ লাংজবা পোকই।[1] অসুম্না হিংলম্বা সমাজ নত্তে লংলবা সংস্কৃতি, অচুম্বগী তুংনফম ওইবা সমাজ অদু যুগকী লৈরোয়া নমশিনখ্রে। অদুবু মসি পুম্নমক তানা তানা তাশিন্নদবা তারক্লবা না তাথীরবা অহল অমগী পুন্সিগুম নীংবা কায়বত্তনা লাঙ্গোই চল্লবা পুন্সি অদু লেনখিবা তারি। অসিগুম্বা নীংবা কায়রবা সমাজদি মায়কৈ পুম্নমক্তা চাহুৎলবা সমস্যা কয়ানা মকোক শারবা হিংহৈদ্রবা সমাজগী মশক ওইরে হায়বসি অইবনা ফোঙই। পাচানা অসিগুম্বা সমস্যাশিং অসিবু তুক্কচনা লৌজে লাক্লুনা হুন্দোকনীংই, অনৌবা সমাজবু থায়নগী অশেংবা লংলবা রাখলবু পুশিন্দুনা শেমদোকনীংবগী আশা ফোঙদোকচৈ। অদুম ওইনমক মহাক্না সমস্যাশিং অসিবু করম্ন কোকহনগদগে হায়বদুগী লম্বীদি পুথোকপা ঙমদে; পুথোক্লবসু হোৎনদে। পাঙ্গল লৈত্রবা, য়ানীংদবনা থল্লবা সমস্যাবু কোকহন্নবা লম্বী থিবসু ঙমদ্রবা নত্রগা ফত্তব সমস্যাশিংগী মায়োক্তা লালহৌনবা পাঙ্গলসু লৈজদ্রবা মীশক অমা না তাথীরবা মীশক অমগী শক্তম লৌদুনা অদুমক তাশিন্নদন থাঙজবগী শক্তম অসি পাচানা শাগৎলি। অদুবু পাচা ফত্তবা সমস্যাশিং অসিবু কোকহন্নবা লম্বা উৎত্রবসু সমাজদা রাকৎ লানখৎতুনা কোকহন্নবা লম্বী থিজবনি।

অসিগুম্বা রাখল পরীং অসিগী মখাদা মহাকী 'ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিৎকী ফিভম' হায়বা উপন্যাস অসিসু শাগৎলকই। য়ানিংদবা ফল্লবা সমস্যাশিংগী মশক মথং মথং উংথোরকই। অশেংবা

---

১। পাচা, "অসিগুম্বা মীওইবা কাঙবু কয়া কয়ানা মকোক নোন্নখিবা থৌনা লৈবা মীওইশিংগী তাংলবা হকচাংগী ঈ মরীক মরীক্না থোনখিবা নত্তরা—ঙসি ঐগী ঈরৈবাক"

'না তাথীবা অহল অমা', গীতা বুক স্টোর, ২ শুবা নম্বা, ১৯৮১, লা: ৫

পুন্সি অচুম্বা লৌচং চংচবা অমদি ইচম চমজবা নীশক অমনা সমস্যানা থল্লবা অনৌবা মণিপুরী সমাজব্ উবদা নীংবা কায়বা নত্তনা কব্রিম্ন ওইখিদে। লাইগী লৈবাকনি হায়নবা ধর্ম্ম অমদি শেংলবা সংস্কৃতিগী মশক্তা ইতিহাসকী লংলবা মফম যুগ কয়া কয়াদগী কন্দুনা লাকখিবা সনা লৈবাক মণিপুরব্ অমুক্তং দর্শন তৌজনীংবা মপালগী মীতৈ মচা অমগী মফমদা অনৌবা যুগতা শাগংলকপা অমোংপনা থল্লবা সমাজব্ হাকথেংনক্কবদা কয়াগী মতীক নীংবা কায়খিবগে হায়বত্থু নীংবা কায়রবা পাচানা উংথোকপনি। অচম্বা ওজা অসিনা তেল্লবা মতম থরদং খ্বাইরম্বন্দ বাজারদা ভারা য়ুংদা লৈরকপদা মণিপুর সমাজগী লায়না পূম্নমক উবা ফংলকই। স্নুপীগী অদর্শ মাংলেখ্র. লৈখ্রা তাখ্রে সতীত্ব লৈত্রে; অত্থুবু মসিগী দমক তেংথাবীনবা নত্রগা লমজিং মরা পায়বীনবস্থু চোংথোরকএ। অহোইনত্থুম লমচং নাইদবীশিংনা বাজার ময়োনমক্তদা য়াকাবুঙ ওইরে শক য়োন্দুনা, শাগী তোংশা য়োন্দুনা শেল তাম্লরে। চুরাচান্দপুরদগী মিজো অমগী মচানা বাজার ময়োনমক্তদা ওক্তবী কারবারদা নত্থুম শাররে। সমস্যা অসিবু সমস্যানি হায়না খনবা ফাওবা ঙম্লরক্রবা মোংলবা সমাজ ওইরক্লে। মসিগীদমক নীংবা কায়বা, মসিগীদমক তেংথাবীনবা লৈত্রে। অপংবা যুগকী ঈচেলদা তিনবা ঙত্রবা সনা লৈবাক মণিপুর, শ্রীগোবিন্দগী মণিপুরদা ভক্তি কংচরম্বা ওজা অসি অপংবা যুগকী ঈচেলদা তিনবা ঙমত্রবা মীরেম ওইবা তাররক্লে। লমচং নাইত্রবা সমাজনা চেংনা লৌশিল্লিবসি মপালগী কান্নত্রবা অরং অরাকতমক ভাইরক্লে। শেঙ্গা থুমজা মরম্নাই স্নুংঙাইবা থিবদ মীয়ামগী থনবা ঙমত্রবা; মপালথোংদা অফবা শাবা থমোয় য়াওত্রবা কয়াগী লৈবাক ওইররে। শম্না হায়রবদা মন্থুং অমদি মপালগী লায়না কয়ানা প্রিক প্রিক শৌরবা মণিপুর সমাজনি। মরৈসাক জাতিগী মফমদা অমদি সনা লৈবাক মণিপুরদা ভক্তি থমজরিবা কয়াগী মফমদা অনৌবা যুগকী পাউদম অম্না পীবা তাররবদি নীংবা কায়বগী বক্ত তারগনি। মরমসিনা অচম্বা ভৌগোলিক

অবস্থাগী ওইবা অমতং পীবা নত্তনা ওজা অসিগী পাজল লৈখিদে। পাচানা মণিপুর সমাজগী সমস্যা কয়া অসিবু য়াম্না খুত্থম চেংনা পায়রি। য়াম্না যথার্থ ওইবা মশক্তা সমস্যাশিংসি পুথোকই। লোয়ননা পুন্নমকসি উরুরগা থমোয় শোক্লকই। ফিদম্না থল্লবা মশাগী মতীক মথৌনাতনা চীংলেম্না পাল্লম্বা হৌখ্রবা সমাজ অত্তুবু হেক হেক ঈথৌ লাংলকই। অনৌবা মীংয়েংদা অনৌবা য়াথলদা সমাজগী সমস্যাশিংবু শীজিন্নহুনা জাতি অসিগী পুন্সি অমস্তং সমাজবু য়েকথোক্লবস্থু অইবা অসিগী য়াথলদা উপন্যাসকার চাউবগী মতৌগুম ইপা ইপুগী হৌখ্রবা চীংলেম্বা সমাজ অত্তুদা অচেৎপা থাজবগী মশক অমদি য়াম্না ময়েক শেংনা য়াওরি। অত্তুবু পাচাদি সমস্যাশিং অসিদগী নাম্থে,ক্লবা লম্বীদি থক উত্তে। করম্না সমস্যাশিং অসিবু কোকহুনগদগে হায়বগী য়াহুংতমক হংথিবনি।

কমলদগী পাচা ফাওবদা চেম্থরক্লিবা উপন্যাসকী ঈচেনদা সমাজগী ওইবা সমস্যা কয়াগী য়াফম থেংনরি। সমস্যাগী ওইবা ঈচেল অমা শাগৎতুনা য়েংনবা সাধনা তৌবা য়াগনি। সমাজগী ওইবা সমস্যা হায়ব-সিমক্তবু অপূনবগী ওইবা চৎনবীদগী ওইরকপনি। চৎনবী অসি হৌরকপগী মতাংদদি মতংগী ওইনা অপূনবগী ওইবা য়াইফবগী য়ুমফম অমদা শাগৎ-লকই। চৎনবী খুদিংমক সমস্যা ওইরকপা নত্তে। মফম মতমগা চান্নরক্লবা থবদি শোয়দনমক ওল্লকই। থরদি য়াম্না হেন্না তমথিবা শক্তম লৌরকই। লৌনবা য়াবা-য়াদবগী লোনচৎ অসি লোইনমক তমথিবদি নত্তে। য়েক্কী পুদিন-পেন্দিন্নবগী য়ুমফমদা চৎথরকপা মশক্তি হৌজিকস্থু অচুম্মক য়াই-ফনবগী মচাক ওইরি। বিজ্ঞানগী ওইবা অচুম্বস্থ লৈরি। অত্তুবু মতম অমদা চান্নরম্মবস্থু বামোনগা মৈতৈগা লৌনবা য়াদবা, চীংমীগা-তম্মীগা তিন্নবা য়াদবা হিন্দুগা মুসলিমগা পূনবা য়াদবগী চৎনবী অসিদি য়ুগ অসিদদি মানবতাগী মীংয়েংদগী চান্নদবা হায়বত্থু ওইরক্তে। অত্তুম্না ঙাংব: শেংব', শোক্লবা য়াবা-য়াদবগী লোনচৎ অসিমস্থু মাক্তননবগী মচাক

ওইরক্লে। সমস্যাগী শক্তম ওইরে। সমস্যা অসি উপন্যাসনা অপূনবগী সমস্যা ওইনা ময়েক শেংনা রেক্লি। অসিগুম্বা সমস্যা ময়াম অমা পরীং ওইনা উপন্যাসকী ঈচেল্দা য়াওরে। পনবা য়াবদি সমস্যাশিং অসি উপন্যাসকারনা চয়গী রারী পরীং শাগৎপদা মতেং মতেং ওইননবা ইচম চম্: হেক্তমক লৌশিল্লুবা নত্রি; চুমদে মতমগা মফমগা চান্নরক্রে হায়না উৎপগী রাকম অমা শাগোল্লরি। রাকম অসি অতা-অতাবীগী রাঙাংদা ফোঙদোকুনা খাদোকসি চৎনরগুমসি হায়বদি নত্তে। সাহিত্যদদি মফোঙ-দোক অসি চৎনদে অদুবু অশেংবদি সমস্যাশিং অসি লৈবনা সমাজ অসি য়াইফদরে হায়বসিমদি অপাননা নক্রদস্তু নাকোয়ননা উৎলবনি. মসিমক সামাজিক চেতনাগী চাউরবা পোৎচঙ অমনি। মণিপুরী উপন্যাস-কারশিং অশেংনমক সমাজগী থক্লি। মখোয়দা সামাজিক চেতনা চপ চানা লৈরে।

---

# মঙাঙবা শরূক

## অরোইবদা

উপন্যাস হায়বা সাহিত্যগী বিধা অসিনা, তশেংনা হায়রবদা, মীওইবগী মঙ্গংগী অমস্তং মপানগী ওইবা পুন্সিবু ময়েক শেংনা অমদি পাক-শন্না উৎপা ঙম্মী। মীওইবদি পুন্না লৈনিন্নীংবা জীবনি অপুন-বগী ওইবা পুন্সি অসিসু উপন্যাসকারশিংনা অতোম্বনা নত্রবসু নাকোইননা শোয়দনা য়েকই। অপুনবগী পুন্সি অসিদা মথল মথেল কয়াগী অপাম্বা অমদি পামদবা থৌদোক রাথোক কয়া ঈরোয়ননা য়েকই। অপাম্বা থৌদোকশিং য়েকপগা লোয়ন লোয়ননা পামদবা, হাকথেংনদবদি য়াদবা থৌদোক রাথোক কয়া অমসু মীওইবগী লনাইগী অমসুং অপুনবগী পুন্সিদা মুত্তিগী থোক্লি। থৌদোকশিং অসি মথক্তা নৈনথ্রিবা উপন্যাসশিংদা ময়েক শেংনা য়েক্লি। মণিপুরী উপন্যাসনা মণিপুরী সমাজগী ওইবা নাক য়েং উৎলি।

সমাজগী ওইবা সমস্যা ময়াম অমশু উপন্যাসশিংদা মতাং মতাংগী ওইনা য়েক্লি অমদি অথন্নবা মতাং থরদনা নৈনরি। হাকথেংনরিবা সমস্যা কয়া ইচম চম্না শিংথাবা উপন্যাসমু য়াওই অদুগা অতোম্বনা সমস্যাশিং অসু নৈনবা উপন্যাসশিংসু য়াওই। তৌবতবু নৈনবা মতমদা পামদবা নত্রগা য়ানিংদবা রাকম কয়া পলম্বা নত্তনা সমস্যাশিং অদুগী সমাধানদি ইথেং থেংনদে। অদুমকপু পামদবা রায়ম কয়া লাক্হোক্লিবা অসিমক অপাম্বা লাম্বেল পুখোক্লবগী থৌরিনশিন পীবনি হায়না লৌবা য়াই।

অহানবা ওইনা সমাজগী ওইবা রাফমনা মরুওইবা হীরম ওইনা লৌখত্নুনা ইবা উপন্যাসশিংগী খোঙহো অমসুং ঈচেল ময়েক শেংনা উবা য়াই। উপন্যাস হায়বনা খঙনরিবা সাহিত্যগী মচল অসি ইংলিসতা নোভেল হায়না খঙনৈ। মচল অসি ইংলিসকী সাহিত্যদা তরানিপাল-শুবা শতাব্দীদা পোকখিবনি। পণ্ডিত এল্লেন, রিলিয়ম লোং, ডাঃ জোন্-সননচিংবা সাহিত্যকারশিংনা নোভেল অসিবু মীওইবগী লম্নাইগী অমদি অপুনবগী পুন্সি ময়েক শেংনা য়েকপা, কল্পনাগী য়ুমফমদা শাগৎপা অমদি মতম মতমত্তুগী চৎনরিবা নত্রগা ঙাংন-শান্নরিবা লোন্দাদা ইবা রারী অশাংবনি হায়না লৌনখি। হৌরকপা মতাংদা ইংরেজী উপন্যাসশিংদা থমোয়গী ওইবা ঈথিল কয়া হায়বদি সেন্টিমেন্টেল ওইবা ঈথিলগী রাফম কয়া য়েকই। মতুংদা তম্নজনকমগী ওইবা নত্রগা মুংশিবা অমদি অকল-অথোগী ওইবা থৌদোক-রাথোক কয়া খজিক তুংওইনরম্লগা যথার্থ-বাদী অমগী মীৎয়েং অমদি খুৎই উবা ফংলকই। রাফম অসি তরা-নিপালশুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক্তা উবা ফংগনি। তরামাপলশুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক্তা রোমান্টিসিজমগী হীরম অমসুং খুৎই থোরকই। মতম অসিদা কলম পায়রম্বা উপন্যাসকারশিংনা মীওইবগী পুন্সিদা থোক্লিবা অমদি থোকহন্নিংবা থৌদোক কয়াবু য়াম্নমক মহৌশাগী ওইবা (নেচরেল) মওংদা য়েক্লবা লাক্লখি। শতাব্দী অসিগী অনীশুবা তঙথায়দা ইতিহাসকী ওইবা উপন্যাসশিং অমদি ময়ামদগী তোপ তোপ তাবা মীরমচৎ য়েংকপা উপন্যাসশিং থোক্লকই।

কুনশুবা শতাব্দীদা লম্নাইগী অমদি অপুনবা পুন্সিগী চনৈ-খনৈনবা মওং অমা উপন্যাসকারশিংনা য়েকপ হৌরকই। অতোপ্পা অমম মহৌ-শাগী ওইবা পোৎলম্বু অনৌ-অনৌবা মথলগী ব্যাখ্যা তৌবা হৌরকই। শতাব্দী অসিগী অরোইবা শরুক্তা মীওইবগী পুন্সিবু সিম্বোলিজমনচিংবা খুংলাম্লোক কয়াগী মতেংন য়েক্লবা লাক্লরকই। মতম অসিদা হিম ওক

কনসেসনেস হায়না খঙনবা খুৎলাহোক অমা পুরকই। মতাং অসিমক্তদা যথার্থগী ওইবা মীংয়েং হেন্না মরীক চুমকই; ঙসি ফাওবা চথরি।

উপন্যাস হায়রিবা সাহিত্যগী মচল অসি নোংচুপলোমদগী নোংপোক-লোমদা, মরুওইনা বেঙ্গলদা চঙলকখি। তরামাপলগুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক্তা বিধা অসিগী মমি বেঙ্গলী সাহিত্যদা তারকই। ভাবানী চরণ পরিচান্দ মিত্রা, বঙ্কিমচন্দ্র, শরতচন্দ্র, রবীন্দ্রনাথ অসিনচিংবা উপন্যাসকার কয়াগী খুৎই অমক্তং খুৎলাকথোক্তা সাহিত্যগী মচল অসি হেন্না খুমাঙ চাওশিল্লকখি। কুনগুবা শতাব্দীদা হীরম অমদি খুৎলান-থোককী মতাংদা অনৌ-অনৌবা মথলগী চাংয়েং কয়া উবা ফংলকই।

মণিপুরগী সাহিত্যদা ইহান হানবা ওইনা মচল অসি খৃষ্টগী কুম ১৯৩০ দা চঙলকই। অহানবা মণিপুরী উপন্যাস 'মাধবী' অসিমক সামাজিক চেতনাগী যুমফমদা ইরকপা উপন্যাসনি হায়বা য়াই। য়ারেংদা ইবা য়ারী অশাংবগী লাইরিকশিং—খুদম ওইনা, 'পাম্থোইবী খোঙগুন', 'পোইরৈতোন খুন্থোকপা', 'নোংপান পোমপী লুরাউপা,' চোথে থাংরাই পাখঙবা'নচিংবা অসি উপন্যাস হায়না খঙনবা মচল অসিদা থম্বা য়াদবনা ডাঃ কমলনা ইবা 'মাধবী'বু মণিপুরীগী অহানবা উপন্যাসনি হায়না লৌবা তাই। মুংশিবা অমদি থাদোকপনা মপুঙ ওইনা উৎলবসু অপুনবগী পুন্সি হায়বদি সমাজগী ওইবা পুন্সি নীংথিজনবা য়েকই। সমাজদা চৎনরিবা অপাম্বা অমদি পামদবা থৌদোক-রাথোক কয়া য়েকই। সামাজিক চেতনাগী উপন্যাস অমনি। মতুংদা খাইরাক্পম চাউবা 'লবঙ্গ লতা' কৌবা ইতিহাসকী ওইবা উপন্যাস অমা থোরকই। মুংশিবা থাদোকপা, লৈবাক লীংবা অমদি অকল-অথোগী লীচৎপু পামজনা শীংথাবা উপ-ন্যাসনি। মতুংদা সামাজিক চেতনাগী যুমফমদা ইবা উপন্যাস, য়েংখোম ভাগ্যগী 'চাওবী' থোরকই। মতম অদুদা মণিপুরদা কয়া চৎনবা অমাং-অশেং, লৌকপা, য়াবা-য়ানবা অমদি অাং ভাবা-ভাদবগী য়াক্তসু

য়ানিংঙবা ফোঙদোকপা উপন্যাসনি। মথংদা হিজম অঙাংহল সিংহগী 'জহেরা' থোরকই। মতম অদুগী মণিপুরদা ইনক-নক্না লৈমিন্নবা তীব-তবু চংনবীনা লাপহনখ্রবা হিন্দু অমদি মুসলিমগী পাম্নবা লীচৎ য়েকপা উপন্যাসনি। উপন্যাসকারনা মীওইবগী মমলদি ধর্মনা লেপকদবা নত্তে; থমোয়গুনা লেপকদবনি হায়বা রাফম অসি উৎনবা লাক্লখি। হিজম অঙাংহলগী য়াখল অসিমক উপন্যাসকার শীতলজিৎকী 'থাদোকপা'দা উবা ফংই। থাদোকপগী মরুওইবা অতোপ্পা রাফম অমনা তাইবঙ পুন্সিদা মথল কয়াগী থাদোকপা হায়বসিমক পূর্ণমকী য়াইফনবগী দমক্তা তঙাইফত্রবনি হায়বসি উৎলি। অসুম্না উপন্যাসকার শীতলজিৎনা মাগী 'রোহীনি' অমসুং 'ইমা' উপন্যাসতা মতম অদুগী মণিপুরদা ফংবা শেল-থুমগী সমস্যা উৎনবা লাকনৈ। কুনশুবা শতাব্দীগী ময়াই চনবদা আর, কে, এলাংবম, লৈতাংহেম রামসিং, হিজম গুণ, থোইবী, খুমন্থেম ইবোহল অসিন-চিংবা উপন্যাসকার কয়ানা সমাজগী মুংঙাইতবা থৌদোক-য়াথোক কয়া য়েক্লবা লাক্লে। অরোইবদা এ, চিত্রেশ্বর শর্মা গুণ অমদি পাচা মীতৈনা সমাজগী যথার্থবু মশা মশাগী ওইবা থুংয়েক অমসুং থুংলাম্লোক্তা য়েক্লবা লাক্লরি। অসুম্না মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাস হায়রিবা সাহিত্যগী মচল অসি সমাজগী ওইবা হীরম অমসুং সমস্যাদা য়ুক্ষম ওইবা হৌরকই। মরক্তা মথল-মথেল কয়াগী উপন্যাসশিং লাকখি অদুবু হৌজিক কাওবদা সমাজগী ওইবা রাফম্না মরু ওইনা য়েকপা উপন্যাসশিং লেপ্পা লৈতনা থোরক্লি।

মীওইবগী সমাজ অওনবা নাই। লন্নাইগী অমদি অপুনবগী পুন্সিদা মথল কয়াগী অওনবা লাকপা মশানা তাবনি। লাক্লিবা অওনবশিং অসিগী অকক্লবা অমদি নাকোইনবা মরমশিং শোয়দনমক লৈকম থোকই। মণি-পুরগী উপন্যাসকারশিংনা সমাজদা অওনবা পুরকপগী মরম কয়া অপায়না নত্রগা নাকোয়নবা য়েক্লবা লাক্লরি। উপন্যাসকারশিংগী উপন্যাসশিংদা সমাজ ওন্নকপগী মরমশিং মথংগী অদুমনা য়েক্লম্মি হায়না ৌোবা য়াই।

অহানবমক্তদা অনৌবা মখলগী মহৈ-মশিং তম্বগী লমদাংদা মণিপুরী সমাজ অসি ওল্লকখি। নোংচুপলোমগী মহৈ-মশিং তম্বগী লমদাংদা থাইনগী মণিপুরী সমাজদু অনৌবা মখলগী লম্বেলদা পুরকখি হায়বা য়াই। থাইনা চৎনরম্বা, হৌজিক ফাওবদা থাজনা থম্লিবা ধর্ম্ম অমদি অনধবিশ্বাসকী রাফম্ বিজ্ঞানগী ওইবা মীৎয়েংদা য়েংলগা মরম অমদি মরু থিনবা অমদি থিহুন্নবা লৌশিং কয়া পুথোরকখি। মশাগী ওইবা ধর্ম্মবু লুনা তৌজবগা লোয়ননা অতোপ্পগী ধর্ম্মশিংবুসু মান্নরা ইকায়খুম্ন-নবগী রাফম কয়া অনৌবা মহৈ-মশিং তম্বনা পীরকখি। নোংচুপলোমগী সভ্যতাবু লম্নাইগী ওইবা মওংদা লৌশিনবা য়ানবগী রাফম কয়া অনৌবা মখলগী মহৈ-মশিং তম্বনা পীরকখি। মদিংগু নাউথিংখোং অমদি পোং নিংথৌ সুকানফা অনিগী হাকথক্তগী তম্বা অমদি তম্বীবগী তঙাইফদবা অপুনবগী ওইবা লীচৎ অমা থমখি। অনৌবা মখলগী মহৈ-মশিং তম্বনা মণিপুরী সমাজবু বিজ্ঞানগী ওইবা লম্বেলদা পুরকখিবগা লোয়ন লোয়নন৷ ইনাৎকী ওইবা লীচৎ কয়াসু মাঙহনখি হায়না লৌবা য়াই। রাফমশিং অসি মণিপুরীগী সামাজিক উপন্যাসশিংদা ময়েক শেংনা উৎলি :

১৯৩০ গী মণিপুরী সমাজদা নৌনা থোক্লিবা নোংচুপলোমগী মহৈ-মশিং তম্ববু ডাঃ কমলনা বীরেন অমসুং ধীরেন্দ্রা হাপ্পুনা থমোয়গী মথক্তা লৌশিংগী ওইবা রাফম ময়েক শেংনা উৎনবা লাক্লরি। অমুম্না গুণগী 'খুদোল'দা অনৌবা মখলগী লাইয়েংদা য়ুমফম ওইবা লায়েংবগী মহৈ-মশিংগী কান্নবা অমদি তঙাইফদবা রাফম পল্লি। তশেংনা হায়রবদা অনৌবা মখলগী মহৈ-মশিংনা মণিপুরী সমাজবু অনৌবা লম্বেলদা পুরকখি হায়না লৌবা য়াই। মহৈ-মশিং তম্বনা লম্নাইগী অমদি অপুন-বগী পুন্সিদা অচুম্বনি হায়না খনবা য়াবা অওনবা কয়া পুরকই হায়বসি উপন্যাসকাশিংগী খুৎইদগী খঙবা ঙমই। মহৈ-মশিংদি মঙালনি। মঙালনা অমম্বা কয়াবু মাঙহল্লি। মণিপুর সমাজদা লৈরম্বা অমম্বা অমদি অমঙ্বা

থাজবা কয়া অনৌবা মথলগী মহৈ-মশিং তম্বনা কোকহনখি। য়াফম অসি মাধবী, চাওবী, খুদোল, চীংদা শাংপী ইণ্ডেলৈ অসিনচিংবা উপ-ন্যাসশিংদা ময়েক শেংনা য়েক্লি। মহৈ-মশিং তম্বনা সমাজ অমবু কদায় ক্লাওবা অমদি কয়া য়ায়া ওননবগে হায়বসি মণিপুরী উপন্যাসকারশিংগী খুৎইদা মরীক চুম্না থেংনৈ।

অওনবা পুরকপশিংগী পাম্বৈশিংগী মমুংদা লৈঙাক্লোন (রাজনীতি) অসিসু অচৌবা অমনি। নিংথৌন পুন্নমক ওইরম্বদগী প্রজানা পুন্নমক ওইরকপগী য়াফম অমা উপন্যাসশিংদা উবা ফংই। মণিপুর চীং অমসুং তম অনীনা পুমবা লমদমনি। চীংগা তমগা মতম পুন্নমক্তা খোংগ্রেং হানহুনা লাকখি। ঈংবা নাইদ্রবা মতম পুন্নমক্তা থংনবগী অমদি খৎন-হুনবগী য়াফম অসিনা মণিপুরবু মতম পুন্নমক্তা নৈহৎতুনা লৈহনখি। মরম অসিনা মণিপুরগী মপান্দগী অকনবা শক্তিশিংনা খুৎ থিংজিল্লকুনা ঈংনা লৈজবা ফীভমবু চরাংহন্নবা লাক্লখি। চহি তরেৎ খুন্তাকপগী য়াফমা চাওরবা খুদম অমা ওইরি। নীংথা তম্মা লৈজরবা মণিপুরনা মীতোপকী য়ায়েল শাসন মথাদা লৈখিবগী য়াফম মণিপুরী উপন্যাস-শিংদা ময়েক শেংনা উৎলি। বৃটিশকী য়ায়েল চুপ্লি মথাদা লৈরম্বা মণিপুর নীং-থা তম্নকখি। নীংথা তম্নবা মতুংদা মণিপুরী সমাজ মশাগী লম্বেলদা অমদি পামজবা মায়কৈদা চৎনবা লাক্লরকখি, লুপ্লিবা অমনা নীংথা তম্নবা মতুংদা মণিপুর অমদি মণিপুরী সমাজ আদর্শদগী যথার্থরোমদা চংশিল্লকখি। অপাম্বা থৌদোক কয়া হুকথেংনরম্বদগী পামজবা কয়া অমা খুরক হাংদনা হাকথেংনরকখি। য়াফম অসি পাচা মীতৈগী 'ইমফাল অমসুং মাগী ঈশিং মুাশিংকী ফীভম' গুণগী 'ঐথোয় তাদা' অসিনচিংবা উপন্যাসশিংদা ময়েক লানা উৎলি। লৈঙাক্লোনগী ফিভম্না মকম অমদা অওনবা কয়া অমা লৈঙাকলোন্দা পুরকখি। নিংথৌনা অমম্বা ওইরকলী প্রজানা মথং শিল্লকপা প্রজাগী লৈঙাকলোন্দা থাগরবা

থরবগী মীওইনা লৈঙাকলোন শেমলকপা মতুংদা প্রজানা পুন্নমক খঙলকপ-দগী শেমদোক্লবা হোৎনরকপা পুন্নমক অসি মণিপুরীগী সামাজিক উপন্যাস-শিংদা উৎনবা লাক্লরি। লৈঙাক থৌরম অমবু পাংথোক্লবা লাক্লবদা পাম্বৈ কয়ামুক চংই। পাম্বৈশিং অতুগী মতুংদা ঈথেংগী লানহৌ (ভাইওলেনস) অমদি ঈংনা তপ্পা থম্নবা (ননভাইওলেনস) অনীসিনা মরুওইনা লৈ। মতম অতুগী মণিপুরদা পাম্বৈ অনীসি শিজিন্নখি। কমলগী 'মাধবী'দা য়াও-ন্নিবা মাধ্বী অমদি নবীন, 'লবঙ্গ লতা'দা য়াওরিবা শানোংবা অমদি লবঙ্গ অসিনচিংবা পাত্রশিংনা শীজিন্নরিবা পাম্বৈশিং অসি ঈথেং ঈরোই-নবা লানহৌনি হায়বা য়াই। দেশ অমম্তুং সমাজবু অনৌবা লম্বেলদা পুরক্লবা শেমথিবা লম্বেলনি।

অমরোমদনা গুণগী 'খুদোল' থোইবী দেবীগী 'চীংদা শাৎপী ইঙেলৈ' লৈতাম্বেম রামসিংগী 'জাৎ ওনবা' অসিনচিংবা উপন্যাসশিংদনা ঈথেং-ঈরোইনদবা মোং হাদবা অমদি থম্নহনবগী রাকম্মা মরুওইবা অওনবা পুরক্লবগী পাম্বৈ অমনি উৎনবা লাক্লরি। লৈঙাকলোনগী থৌদাং পুন্নিবা মীওইশিংদা পাম্বৈ অনীমক্কী রাফমবু উনবা অমদি উহন্নবা থৌইনশিন কয়া উপন্যাসকারশিংনা পীরি। তশেংনা হায়রবদা লৈঙাকলোনগী মতম পুন্নমক্তা ওন্নকপা ফীভমনা মণিপুরী সমাজবু অনৌবা মায়ওন্দা পুরকখি। পাম্বা অমদি পামদবগী রাফমনা অমনি অতুবু মতম্মা পীরকপা থৌইন-শিননা মণিপুরী সমাজবু মতাং মতাংগী ওইনা ওলহনখি।

ধর্ম্ম, মীওইবগী থম্মোইগী ঈথিলনি। লৌশিংনা ফংবা ওমদবা লীচং কয়া থমোয়না কংলি। ডাঃ কমলনা মৈতৈগী হান্না চংনরকপা চীংলোয় বাক্লনীনচিংবা কুম্মৈশিংদা হিন্দুগী চংনবী লম্বেল কয়াগা চুংশিন্নবা লাক্লরি। মরক অসিদা অথুবা ধর্ম্মগী মীৎয়েং লাম্হোক্লনা মীওইবা অপুম্বগী ওইবা লীচং অমা, উৎনবম্তু লাক্লরি। 'লবঙ্গ-লতা' উপন্যাসতা ধর্ম্মগী ওইবা

থাজবীগী য়াকম কন্নাবু পুকচেল ফাধবা অমদি থাদোকপগী লমদা পুশিল-লকুনা য়াথল চোইরবা মীচমশিংবু অমকমগী ওইবা লম্যেলদা পুশিল্লকনা লাক্করি। ধর্ম্ম খুদিংমক পোলোইদদি চপ মান্নে, লোয়ননা পূম্নমকী য়াইফবা হায়বসিনা লমথুংনি হায়বসি উপন্যাসশিংনা উৎনবা লাক্করি। হিজম অঙাংহলগী 'জহেরা'দা হিন্দু অমসুং ইসলাম ধর্ম্মগী মরক্তা লৈবা মপাম্থোংগী খেন্নবা কন্নাবু য়ানিংদবা ফোঙদোক্লি। মমৈথংদা মপাম্থোংগী ওইবা খেন্নবা কয়াগী ফিজং মরুমদা মাম্নবা অমদি অমত্তা ওইবগী চেং-লবা লীচৎ কয়া ময়েক শেংনা উৎলি। চান্নবা, অমত্তা ওইবগী য়াথল, মুংশিবা অমদি পুকচেল তিন্নবগী য়াথলবু শোগৎলিবা অঙাংহলগী 'জহে-রা'নি। থাদোকপা উপন্যাসতা থরাই পাল্লিবা জীব পূম্নমক চপ মান্নে অমদি মুংশিনবগী লিপুন্না অমত্তগী ওইবা য়ুমফমদা চিংশিল্লি হায়বসি উৎলি। থায়নগী মণিপুরী সমাজদা লৈরম্বা খৎনবা য়াম্নবা অমদি খোংগ্রেং হানবগী য়াফমবু অমত্তা ওইবগী য়াথল পুরক্নবা হোৎনখিবা উপন্যাসনি: অসুম্না 'মুংশি-য়াথৈবা' 'রোহিনী'নচিংবা উপন্যাসশিংদসু ধর্ম্মনা পুরকপা অওনবা কয়া উৎনবা লাক্লখি। আর, কে, এলাংবমগী 'মরুপ অনী' উপন্যাসতসু হিন্দু ধর্ম্মগী অপাম্বা অমদি পামদবা লোনচৎ কয়া উৎনবা লাক্নে। 'জাৎ ওনবা' উপন্যাসতা মণিপুরী সমাজদা চৎনবা জাৎ থাম্নবী অমদি লোনবা য়াবা য়াদবগী য়াফমগী মায়োক্তা য়াকৎ কয়া অমা লানখৎপা থেংনৈ। হিজম গুণগী 'লমন' উপন্যাসতা মণি-পুরদা ধর্ম্মগী শাফুদগী হোংলকপা ফিভম থরা উৎলি। উপন্যাসকার অসিগী 'অরোইবা পাউদম' উপন্যাসতা মণিপুরদা চৎনরম্বা হান্নগী ধর্ম্মম অনৌবা লাকপা হিন্দু ধর্ম্মদা লুপশিনখিবগী অমদি মসিগী ফল ওইনা পামদবা চৎনবী কয়া লাকপগী য়াকম উৎলি। মতৌ অসুম্না মণিপুরী সমাজদা হান্না লৈরম্বা কোম্না পুশিল্লকপা ধর্ম্মশিংগী মফম্তা লৈবা পাম্বা অমদি পামদবা লীচৎ কয়া উৎনবা লাক্করি।

সংস্কৃতি অসিস্মু সমাজ অমদা অওনবা পুরকপা মচল অমা ওইনা লৈ। ধর্ম্মগুম্না সংস্কৃতিস্মু লৌশিংগী মচাক ওইবদগী থমোয় অমস্মুং থাজনবীগী মচল ওইবনা হেল্লি। ধর্ম্মদা লৌশিংগী মরৈ চণ্ডদবগুম সংস্কৃতিদস্মু অকক্লবা লৌশিংগী মরৈ চংদে। মণিপুরী সমাজদা মমাংঙৈদগী হৌনা কুম্মৈ কয়া, মীংওইবগী নোংমগী অমদি চহিগী পুন্সিদা পাংথোকদবা অমস্মুং পাংথোকপা তাবা থৌদাং কয়ামুক মণিপুরী জাতিগী ওইনা লৈজরকখি। খুদম ওইনা ঈপাল থাবা, চউম্বা, শঙ্গাবা, সনামহি ঈরাংপা (সনামহি শিধাথিনবা) অসিনচিংবা মণিপুরী জাতিগী লন্নাইগী তোপ-তোপ তাজবা সংস্কৃতিগী চংনরোল লৈরক্লি।

ফিজেং চাকচা অসি ফাওবদা মণিপুরী সমাজগী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা ওইনরি। মুপানা অঙৌবা ফৈজোম অমদি পুময়াং লিংপা থৌদোক খুদিংদা চংনৈ নুপীগীনা লুহোং থোঙদোংবা মতানি চাক্কৌবনচিংবদা ময়েক নাইবা অমদি ফীগে লোয়ননা অমুবা নত্তবা মচুগী ইন্নফি ইনবা চংনৈ। অশি অনাগী মতমদনা পুঙৌ ফনেক অমদি অঙৌবা ইন্নফি শীজিন্নবা চংনৈ। মণিপুরী সমাজনা মৈহৌরোলদগী হৌনা য়ুমগী লাই (সনামহি লৈমরেলনচিংবা), উমংলাইশিং মতাং মতাংগী ওইনা ঈরাংলি। অস্মন্না চংনরোল, ঈরাং-পূজা রাখল্লোন অমদি থাজনবী পূন্নমক মণিপুরী সমাজগী মশাগী ওইরম্মী।

খৃষ্টগী ১৮ শুবা শতাব্দী চঙলকপদা মণিপুরী সমাজদা ধর্ম্মগী অওনবা অমা লাকখি। শান্তিদাস গোষাইনা অনৌবা ধর্ম্ম মণিপুরদা পীরবা মতুংদা ইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা গৌড়িয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম শাগোম্লখি।

"ইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌরবা মতুংদা মৈতৈ লৈবাক্তা গৌরীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী উপাল মপুংফানা মন্ত চাউনা কন্নখিরম্মী।[১]

---

১। ডাঃ আই, আর, বাবু (সম্পা), 'অপুনবা রারেং', মণিপুর য়ুনিভরসিটি ১৯৮৮, লাঃ ৯১

মণিপুরী সমাজনা বৈষ্ণব ধর্মগী অথৱবা লম্বেলদা চংগ্রবা মতুংদা অগ্রনবা কয়া পুরকখি। লাই হরাউবগী জগোইদা য়ুমফম ওইরবা রাসলিলাগী কুম্মৈ পুথোরকখি। ঈপান থাবদা ষষ্ঠি পূজাগী রাফম চঙলকখি। ভাতৃ দ্বিতিয়াবু নিঙোল চাক্কৌবা হায়না ওনখিবা অসিমক সংস্কৃতিগী চাউরবা য়াওন অমনি। মণিপুরদি খোংব্রেং হান্নবা অমদি লানগী মফম ওইদুনতা লাকখি। চীং অমসুং তমগী কাঙলুপ কয়াগী লালহৌ পুরকখি। লালহৌ অমদি লালথেংনবশিং অসিদা অমাঙ-অতা কয়া থোকখি। লোয়ননা মণিপুরী সমাজবু তোঙান তোঙানবা লমবেলশিং অমদি কাংলুপশিংদা থুগায়নবা লাক্লখি। থাজনবী অমদি চংনবীগী য়ুমফমদা মণিপুরীশিংনা মরৈবাক অমসুং মজাতিবু কন্নবা লাক্লখি। সংস্কৃতিগী লম অসিদা শান্ন-খোংনবগী রাফমসু লাকই। য়ুবী লাকপী, শগোল কাঙজৈ, মুক্না কাঙজৈ, মুক্না অসিনচিংবা মণিপুরী সমাজগী মশাগী ওইবা কয়া অমা লৈরম্মী। মসিগী মথক্তা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমদি বৃটিশকী লৈঙাক শাসন লাক্লবা মতুংদা মখল কয়াগী অনৌবা মশান্ন কয়া—ফুটবোল, হোকি, ক্রিকেট অসিনচিংবা য়াওরকখি।

মতৌ অসুম্না মণিপুরী সমাজদা সংকৃতিগী মচলশিংনা অনৌবা মখলগী অহোংবা পুরকখি। অহোংবশিং অসি মথক্তা নৈনখ্রিবা উপন্যাস-শিংদা অপান্নবা নত্রবসু নাকোইননা খরা খরা উংলি।

মণিপুরী উপন্যাসশিংদা সমাজগী ওইবা সমস্যা কয়া নৈনরি। উপন্যাসকারশিংনা মশা মশানা হাকথেংনরুবা অপান্বা অমসুং পামদবা রাফম কয়া ফোঙদোকই। অইবশিংনা মশাগী নাক-য়েংতা থোক্লিবা থৌদোকশিং শীংথাহনা লন্নাইগী অমদি অপূনবগী য়াইফনবগীদমক পাউ-জেল কয়াসু পীনবা লাক্লরি। ডাঃ কমলনা মাগী 'মাধবী' উপন্যাসতা হিংসা অমদি চুমদবা লম্বেলদা মশাগী ওইজবা তানগে লাক্লরকপা মী-ওইশিংগী মায়োক্তা ওইজবা থাদোকপা, অতোপ্পগী সেবা তৌবা অমদি

পুন্নমকপু মুংশিবা (বিশ্ব-প্রেম) হায়বনচিংবা রাখল কয়া মণিপুরী সমাজদা পীরবা লাক্লি। মতম অহুগী সমাজদা লৈরম্বা লন্নাই অমদি অপুনবগী ওইবা সমস্যা কয়াবু মাধবী, কবিরাজ রাজেন অমদি নবীনগী মতেংনা শেমদোকুবা অমদি শাগংনবগী রাখল পীরকখি। ঐ ঐগী ওইবা অপাম্বদগী অপুনবগী য়াইফ থৌরমনা সমাজগীদমক্তদি হেন্না মরুওই হায়বসি মণিপুরীগী অহানবা উপন্যাস মাধবীদা উংলি।

উপন্যাসকার চাউবনা মাগী থৃংই অমসুং রাখল্লোন্দা নিংথৌমচাগী মচিং-মশোন নাইবগী রাফম অমা ফোঙদোক্লি। লন্নাই অমসুং অপুনবগী পুন্সিদা চংনরিবা অচাওরম কাবগী রাখল অসি থাদোকুনা অমদা অমনা থাজবা অমদি অমনা অমবু তংনা মুংশিবগী রাখল্লোন অমা উংনবা লাক্লি। লালহৌ অমদি হিংসা সমাজগী পুন্সিদা মরুওইবা মতাং লাক্কবা নত্তে। অহুবু থাজবা, মুংশিবা অমদি থাদোকপগী রাখলনা লৈতেংলবা তাইবং লৌচংনা পুন্নমক্নী থমোয়বু কোনবা ওম্মী হায়বসি উপন্যাসকারনা নিংথিনা উংলে। উপন্যাসকার হিজম অঙাংহলনা ধর্ম্ম খেন্নবা অমদি জাৎ-বিজাৎ নাইবগী রাখলবু মণিপুরী সমাজদগী থাম্না তাম্হোক্লবা থৌ য়িনশিন অমা পীরি। ইমুং অমত্তগী মীওইগুম লৈমিন্নবা মণিপুরগী হিন্দু অমসুং পাঙলগী খেন্নবা রাখল্লোন অমদি লোনচং অনাসিবু য়ানিং-দবা ফোঙদোক্লগা মপাম্থোংগী ওইব খেন্নবা কয়াগী মরুদা মীওইবা হায়বা জীবসি অমত্তনি হায়বগী রাখল অমা অইবনা মাগী জহেরাদা ফোঙ-দোক্লি। রাজকুমার শীতলজিৎ মীওইবগী ধর্ম্ম অমদি মীনুংশিবু লুনা চান্না তৌজবা অইবনি। অইবসিগী 'থাদোকপা', 'রোহিনী', 'ইমা' অমসুং 'মুংশি রাখৈবা' উপন্যাসশিংদা অপাম্ব। থাদোকপা অমদি থৌদাং পাংথোকপনা মরুওইবা লোয়ননা অতোপ্পগী সেবা হায়বসি লন্নাই অমদি অপুনবগী পুন্সিদা ভঙাইফদবনি হায়বসি উংনবা লাক্লি। আর, কে, এলাংবম্বগী 'মরূপ অনী' উপন্যাসতা লাগাওনা নৈহুংলবা মণিপুরীগী লন্নাই

অমদি অপুনবগী পুন্সিবু য়েংবা লাকুরি। অইবগী রাখলদা পুন্সিদা মুংশিনবা অমদি মীমুংশি হায়বসি তঙাইফদবনি হায়না উৎলি।

লৈতাংথেম রামসিংগী 'জাং ওনবা' উপন্যাসতা অনত্তা ওইনা লৈমিন্নরিবা মণিপুরগী মৈতৈ অমসুং বামনগী মরক্তা লৈবা মপাংম্থোংগী খেন্নববু চুমদবা অমদি পামদবা লীচংনি হায়না উৎনবা লাকুরি সমাজগী অরানবা চংনবী অমদি থাজনবীনা মীওইবগী পুন্সিবু খাংঙু থক্তা মাঙহল্লি অমদি মতম পুন্নমক্তা মাঙহনগনি হায়বগী রাখল অমা অইবনা উৎনবা লাকুরি। উপন্যাসকার হিজম গুণনা মহাক্কী 'লমন' উপন্যাসতা মণিপুরী সমাজদা থাইনদগী চংনরকপা মীনাই ফুঙ্গাগী লীচং অসি তাইবং লীচংকা চান্নদ্রবা চংনবী অমনি হায়রবসি উৎলি। উপন্যাস অসি মক্তদা চীং অমসুং তম অনীগী মরক্তা লৈবা খেন্নবগী লীচং অদুবুসু থাদোকপা চুম্মী হায়বগী রাখল অমা অমদি মণিপুরী সমাজগী মন্নুংদা লৈরিবা জাং-বিজাং খায়বা অমদি অচৌ-পিশক নাইবগী রাখল অসিবু য়ানীংদবা ফোংদোক্লি। পাচা মীতৈগী 'হজ্জ' অমদি 'হয়াদ বেগম' উপন্যাসশিংদা মুংশিবা অমদি থাদোকপবু পুন্সিদা পুশিল্লকবা লাকুখি। উপন্যাসকার অসিনা সমাজবু অপুনবগী ওইবা য়াইফ লম্বেলদা পুরকপা পাম্মী। উপন্যাসকার পাচা মীতৈনা মণিপুরী সমাজনা হাকথেংনরিবা যথার্থগী থৌদোকশিংবু ময়েক শেংনা উৎলি; লোয়ননা যথার্থশিং অসিনা লন্নাই অমদি অপুনবগী পুন্সিবু মাঙহনবা নত্তনা য়াইফবা পুরক্তে হায়বসি উৎনবা লাকুরি। উপন্যাসকার খুমন্তেম ইবোহলগী উপন্যাসশিংদা লন্নাইগী ওইজবা অমদি য়াইফবা পাম্বী অহল-লমনশিংনা অপোকপী মচানুপীশিংবু চুমদবা লম্বেলদা খঙনা অমদি খঙদনা পুশিল্লকপগী রাফম ময়েক শেংনা উৎলি। অইবনা তমজনফমগী লীচং ওইওইনখ্রবা মীওই কয়াগী পুন্সিবু চুমদবা অমদি পামফম থোক্তবনি হায়না উৎলি। নীংজবা অমদি মুংশিববু মপাংম্থোংগী ঈরাংনা নমথহনবসি চুমদবা লীচংনি হায়না অইবনা

ফোঙদোক্লি, উপন্যাসকার খোইবীনা মশাগী 'রাধা', 'লুংশিং ঈচেল' অমদি 'চীংদা শাংলী ইডেলৈ' উপন্যাসশিংদা লল্লাইগী অমদি অপুনবগী পুন্সিদা মীলুংশি থাদোকপা অমদি মল্লামগী সেব। তৌবা হায়বা রাখল অসি তঙাই ফদনা চঙদবা য়াদবা লীচংবি হায়না থাজবা ফোঙদোকই। উপন্যাসকার ইবোমচাগী 'মোংফম' উপন্যাসতা লাইরবা অমদি ইনাক-খুনবা অনীগী খোং মান্নদবা ফীভমনা মীওইবগী মীৎয়েংবু মথোং-মরম খওদনা খেন্নহল্লি হায়বসি উৎলি। লুংশিবা অমদি মীলুংশিবু অচাওরম পাম্বা মীওইশিংনা লৈখা তাহল্লি হায়বসি অইবনা উৎলি। উপন্যাস-কার ইবোমচাদি খেন্নবা লৈতবা সমাজ অমা পামজবা অইবনি। অইবা অসিগী 'মঙ লৈবাক' কৌবা উপন্যাসতসু খেন্নবা লৈতবা অমত্তা ওইবা সমাজ অমগী অশা তৌখি। উপন্যাসকার বিনোদিনীনা মশাগী 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী'দা নীংতম্না হিংজরম্বা মণিপুরদা মীতোপকী লৈঙাক শাসননা পুরকখিবা অওনবা কয়া উৎনবা লাক্লি। মরৈবাক অমদি মজাতিবু লুংশিবগী রাখল অমা অইবীনা উৎনবা লাক্লি। মীখা পোনবগী ফিভম্না লল্লাই অমদি অপুনবগী পুন্সিবু ঈংনা তপ্পা মরা চেৎনা লৈহনবা ওমদে হায়বসি অইবীনা উৎনবা লাক্লে। ওইদবদা থাজবা মতম অমদি মফমগা চান্নত্রবা লীচং কয়াগী মায়োক্তা ভাগানা মাগী উপন্যাস 'চাওবী'দা ফোঙদোক্লবা লাক্লি।

মতৌ অসুম্না মণিপুরী সমাজদা থেংনরিবা পামদবা অমদি মাঙ-নিংঙাইগী মশক ওইরবা লোনচৎ কয়াবু মণিপুরীগী উপন্যাসকারশিংনা অপান্নানা অমদি নাকোয়নন্না য়েক্লি। অয়াম্বা মতাংদা সমস্যাত্মক উৎলম্মী। সমস্যাশিং অসিগী সমাধান, কোরুবগী পাম্বৈদি ময়েক শেংনা উৎলম্বা থেংনদে। সমস্যা লৈয়ে হায়না খওলক্লিবা রাফম অসিমক সমাধানগী পাম্বৈ থনবা অমদি থম্নবা মতম ওইরে হায়বসি উৎলিবনি হায়না থাজবা য়াই। মণিপুরী উপন্যাসকারশিংনা সমাজগী ফীভমশিংবু ময়েকাশেংনা

মতাং মতাংশী ওইনা উৎনবা লাক্লি। অশেংনমক উপন্যাসকারশিংদা ফাওরকপা সামাজিক চেতনানি হায়বা য়াই।

মণিপুরী সমাজদা অরিবা অমদি অনৌবা সংস্কৃতিগী মফম য়াম্না চাউনা লৈ। সংস্কৃতিনা সমাজ অমবু ময়েক শেংনা ওলহনবা ঙমই। হায়না লৈরম্বা মণিপুরী সংস্কৃতিদা অনৌবা মপানগী সংস্কৃতিগী মচল কয়া চঙলকেখি। ধর্ম্ম চৎনবী অমদি থাজনবী কয়াগী লমদা অওনবা পুরকখি। অওনবশিং অসি থোইবীগী 'চীংদা শাংপী ইঙেল্লৈ' গুণগী 'খুদোল', চিত্রেশ্বর শর্মাগী 'লৈপাক্লে' অমদি পাচা মীতৈগী 'না তাথীবা অহল অমা' হায়বা উপন্যাসশিংদা ময়েক শেংনা উৎলি। সংস্কৃতিনা পুরকপা অওন-বশিং অসি থরনা মৈতৈ সমাজদা চান্নে অতুগা থরা অমনা চান্নদে। অমুবু উপন্যাসকারশিংনা মতম মতমগী ওইবা সংস্কৃতিনা পুরকপা কয়া অমা সমস্যা ওইনা উৎনবা লাক্লি। সমস্যা উৎলিবা অসিমক সামাজিক চেতনাগী মচল অমনি।

উপন্যাসকারশিংনা সমাজগী চেতনা মশক খঙনা শীংথারবস্থ মমৈদা সমস্যাশিং অসিগী সমাধানশিং পুথোক্লবদি লাক্লখিদে. অতুম ওইনমক মৈহৌরোল্দগী হৌনা সংস্কৃতিগী চাউরবা য়ুমফম অমা ওইনা। লৈব্রিবা মণিপুরী সমাজদা মথল কয়াগী অওনবা লৈরি হায়বসি উপন্যাসকারশিংনা শোয়দনমক উৎলি।

মতৌ অসুম্না হায়না লৈজরম্বা সংস্কৃতিগী মচল অমদি পোৎশক কয়াদা অনৌবা মথলগী মচল অমা লাকখিবনা মণিপুরী সমাজদা অওনবা থরা লাকখি। অওনবশিং অসি মণিপুরী উপন্যাসকারশিংনা মখোয়গী উপন্যাসশিংদা ময়েক শেংনা য়েক্লবা লাক্লি। অওনবা লৈরে হায়না উত্নুনা ইরিবা উপন্যাসশিং অসিগী য়ুমফমদি সামাজিক চেতনানি হায়না লৌবা ভায়।

লোইরবা

# ইণ্ডেক্স

